# ꯀꯕꯤ ꯆꯥꯎꯕꯥ

# কবি চাওবা



ডঃ সোরোকখাইবম সবতচন্দ্র সিংহ

ꯀꯕꯤ ꯆꯥꯎꯕ

# কবি চাওবা

# Kavi Chaoba

ডঃ সোরোকখাইবম সরতচন্দ্র সিংহ



[illegible]
**RINDA PUBLICATIONS**
**RINDA LIBRARY AND PRESERVATION FOUNDATION, MANIPUR**
Sagolband, Khamnam Leirak Imphal West-795001

# ꯀꯕꯤ ꯆꯥꯎꯕ

# কবি চাওবা

# Kavi Chaoba,

**a critical study of Kavi Chaoba's poems written by Dr. Sorokhaibam Saratchandra Singh & Published by Rinda Publications,**

**RINDA LIBRARY AND PRESERVATION FOUNDATION, MANIPUR**
Sagolband Khamnam Leirak Imphal West-795001

অহানবা ফোঙবা ঃ ২০১৪

লাইবিক মশিং ঃ ৭০০

মমল ঃ লুপা ২০০

মখুম ঃ এ.তরুণ

ফংফম থোকপা ঃ অইবা


ISBN 978 93 81544-28-0

ব্রাহেংবম অমর সিংহ, হোজাইনা

দেস্কটোপ প্রিন্টিং তৌবগা

এ.তরুণ প্রিন্টিংপ্রেস, ইম্ফালদা নম্বনি

# কচ্চবা



**সোরোকখাইবম ওংবী বিনাবোন দেবী**

**( - ১৯৯৯ ইং, ইঙাগী ১৭ নি পানবা)**

*নচাদা তাকপীবম্বা ব্রাবোলশিং*
*ঙাক্লি ঙসিফাওবা নচানা।*
*ইমা।*
*মীওইবসি ঙকইকো?*
*থাজববা মকুপ যেক্লবে*
*মবি-মতা থৌশানবক্রে*
*অদুগা অমবোমদা*
*লোযনকুবনা পুল্লে থম্মোযসে*
*মসিসু মহৌশাবনে ইমা।*
*থৌজাল পীবিযু নচাদা*
*খাঙঙমদবনা থল্লে নচাসে।*
*অদুগনে ইমা।*
*চৈনা কযাগী মবকসিদা*
*শেমজকই ইমাগীদমক নাচোম*
*কচ্চবি লৌবিযু নচাগী - কবি চাওবা।*

*নচা - সোবোকখাইবম সবতচন্দ্র সিংহ*

# ৱাহৌদোক

কবি চাওবা হায়রগা খঙদবা মণিপুরী সাহিত্যগী সেবক লৈতে। অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লমযানবশিংগী মনুংদা মহাক্কী মফমসু চাউনা কন্দুনা লৈরি। মণিপুরী সাহিত্যগী ৱারেংগী লমদা অখং-অহে কয়ানা থিজিন্দুনা অমসুংনৈনবিদুনা খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহবু ৱারেংগী অপোকপনিসু হায়নরি। মাইকৈ অমরোমদা হংবসু যাই-শৈরেংগী লমদদি কমদৌই ? খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহবু রচনা ইবা অমা ওইনা মীযাম্না খংনববসু মহাকপু মশক তাকপদা 'কবি চাওবা' হায়রগদি ইনুংনুংঙাইতবা, শক খংবা ইরাৎ ৱাৎপগুম্বা অমা ইলোযতা লোইনৈ। কবি চাওবা হায়রগদি লাইবিক লাইস্ত হৈজদবা অহল-নহা কয়ানসু হেক্তা খংনবিবসি কবিগীবু ওইরিগবা ? খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহগী শৈরেংশিংঅসিদা করি যাদুবু যাওরিবগে হায়বা খঙনিংবা পোক্লকই। থিবু থিকবগদি মণিপুরী সাহিত্যগী কবিগুরুগী আসন্দা কবি চাওববু পুখৎলম্বা ৱাবোলশিংথেংনকই। খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা সাহিত্যরত্নবু ফংজববসু মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা সাহিত্যরত্ন হায়বসিদা পেল্লক্কদুনা কবিগুরুগী থাক্তা থাক্তৎপা সাহিত্য প্রেম্মী কযানা পামলকখি। কবিগুরুগী থাক্তা পুখৎপা পাম্বা সাহিত্যপ্রেমীশিংগী মীংখবা পল্লবদা এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, রাজকুমার মণি সিংহ অমসুংশ্রী কোংব্রাই ইবোহল শর্ম্মা নচিংবনি। অসুম্না শৈরেংগী লমদসু খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী মফম থোইদোক্না ৱাংনা লৈবি। মণিপুরী সাহিত্যদা কবিগুরুগী থাক্তা লৈবা যাবা কবি অমতংপল্লবদা কবি চাওবা নত্তনা অতৈ কবি থেংনদ্রি। মণিপুরগী সাহিত্যগী মহাকবি লৈবে। কবিরত্নসু মযাম অমা লৈবে। অসুম্না অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী লমদা ঈথক-ঈপোম নাইনা শমথদুনা ঙসিসু মথংমথং চেম্শাবক্রি।

কবি চাওবা হায়না মীংথোনবা লাইবিক অসিদা যাওবিবা 'চাওবা' হায়বিবা বানান অসি 'চাউবা' ওইফম থোকই হায়না কনাগুম্বনা তাকপীবকপসু যাওই। অদুবু কবি মশামক্না খুৎই ওইনা 'চাওবা' হায়না ইবিবম্বা অদু কাইহনজনিংদদুনা ঐহাকসু 'চাওবা' হায়না ইজবে।

অবোইবদা, লাইবিক অসি পুথোক্লবা থৌহনশিন পাবিবক্কুনা থৌনা হাপ্পীবকখিবা পুম্নমকপু থাগৎচবি। রিন্দা পব্লিকেসন্স, ইম্ফালনা লাইবিক অসি ফোঙদোকপগী থৌদাংলৌখিবা অসিগীদমক থম্মোয শেংনা ইক'ই খল্লবা উচ্চবি। দেস্কটোপ প্রিন্টিংগী থবক পাযবিখিবা ৱাহেংবম অমর সিংহ, আর.কে. কম্পিউটর, হেজ্ঞাই, আসাম্বুসু থাগৎচবি। লাইবিক ওইনা পুথোক্লবা নম্বগী থবক পাইবিখিবা এ.তরুণ প্রিন্টিং প্রেছ, ইম্ফালনা খরাই যাওনা চেকশিন্না হোৎনবিখিবগীদমক থম্মোয শেংনা অপেনবা ফোংদোকচবি।

অইবা

# হীরম লামায়

হীরম | লমায়

## অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য :

ঙসি ঐখোযনা অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্য হাযনা খঙনবিবা অসি কবম্বা মতমদগী খঙনবা হৌগদগে হাযবগী মতাংদা অখং অহে কযানা মাগী মাগী ৰাখল্লোন পীনে। পণ্ডিৎশিং অসিগী অশুম্পা ৰাৱোলদি বৃটিশশিংনা মণিপুৰীশিংগা শন্নবকপদগী অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্যগী মক হুনবা হৌখিবনি হাযবসিনি। চুম্লবা ৰাফম অসিগী মনুংদা অমূক থিরুবদা ৰাহং কযা থোবকই। ইং ১৮৩৫ দগী পানবা হৌবকখিবা চন্দ্ৰকীৰ্ত্তি মহাৰাজকী মতমদা মণিপুৰদা বৃটিশকী পোলিটিকেল এজেন্ট লৈৰে, মণিপুৰীশিংগা ফজনা মৰি লৈনৰে। অসিগুম্বা মতম অসিদগী অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্য হাযবা তাংকক অসি হৌবা তাববদি চন্দ্ৰকীৰ্ত্তি মহাৰাজনা জিলা দববাব চংপা খোঙফমদা যুম্ফম ওইদুনা ইবা *চন্দ্ৰকীৰ্ত্তি জিলা চঙবা* হাযবা লাইবিক অসি অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্যগী অহানবা খুৎমাবা লাইবিক ওইৰোইদবগী মবম লৈব্রা? হৌজিক্কী মীৰোননা লাইবিক অসি মণিপুৰী সাহিত্যগী মযাইচনবা শকক্তা কবিগী থল্লীবা?

ঙসিগী মীবোলনা অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্য হেক পল্লকপদা চাওবা, কমল, মীনকেতননচিংবা হেক্তা নীংশিংনবিবসি লাল্লদ্রা? মণিপুৰদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা লাক্ল বা মতম ইং ১৮৮৫ গী মতুংদা মণিপুৰী মচাশিংনা লাইবিক লাইশু তম্লদুনা ৰাবেং শৈবেং ইনবকপা মতমদুদগী হৌনা অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্য হৌফম থোক্তববা হাযবা ৰাহং লাকই। মবম অসিনা ঐখোযনা মণিপুৰদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা মতৌ কবম্না লাকখিবগে হাযবসি মাংজৌননা নৈনফম থোকই। মহে মশিং হৈববা মতুংদা অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্যগী ঈচেল লাকফম থোকই।

### ক) মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা :

মণিপুৰ হাযবা লৈবাক অসিদা মহে মশিং তম্বগী চংনবী অসি অঙনবা মতমদগী লৈবক্লে। ওজা-গুৰুশিংগী মযুমদা চত্তুনা থাং-তা, জাগোয-ঈশৈ তেন, লৈঙাকলোন অসিনচিংবা তম্নবগী চংনবী লৈবম্মী। মৈতৈ নিংথৌ উবা কোম্লৌবগী মচানুপা নাওথিংখোংনা

লুব্রাং গুরুগী মফমদগী লৈবাক ঙাকলোননচিংবা তমখিবগী রাবী *নাওথিংখোং ফাম্বাল কাবা* হায়বা অবিবা লাইবিক্তা পনবা থেঙনৈ। অমরোমদনা খম্বনা পীক্লিঙে মতমদা মপা শক্লবা কবুই শলাং মাইবগী মফমদগী খুৎশু-খুৎলাইনচিংবগী মহৈ তমখিবগী মতাংদু অঙাংহল (১৮৯২-১৯৪৩)গী *খম্ব-থোইবী শৈরেং* (১৯৬৪) হায়বা মহাকাব্যদা যাওবি ।

খবা থেঙথবকপা ১৮শুবা চহীচাগী মতমদদি মণিপুরগী কলা-সংস্কৃতি, লোন অমসুং সাহিত্য, ফিজেৎ-চাকচা ধর্ম্ম - কর্ম্মনচিংবদা অহোঙবা কয়া লাকখি। মসিগী মরু ওইবা মবমদি হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা শাফুনা মণিপুরদা যৌবকখিবদগীনি। শাফু অসিনা মণিপুরগী মহারাজ গরিবনিৱাজ (পামহৈবা ১৭০৯-১৭৪৮) ফাওবা ধর্ম্ম অসি লৌখি। 'গোপাল সিংহ' হায়বা মিং অসি মহাক্না লাইমিং লৌবদা থোনখিবা মিংনি। মহাক্না ধর্ম্ম অসি চাওখৎনবা হোৎনবদা ধর্ম্ম অসিগা মরী লৈনবা লোনগী শাদোং ওইবিবা বাংলা অমসুং সংস্কৃতসু লোয়নবকখি। মসিমক্তা হান্নদগী লৈজবন্নবা মৈতৈগী পুযাশিং মৈ থাখিবদা নিংথৌনা অপনবা পীখিদে। মসিদগীদি বাংলা অমসুং সংস্কৃত হৈবা মীবু ইকায খুম্নবগা লোয়ননা লাইবিক হৈবনি হায়না লৌনবকখি। মণিপুরী সাহিত্যদসু বাংলা অমসুং সংস্কৃতকী মমি তাবা হৌবকপগা লোয়ননা মৈতৈবোলগী মহৎ শিন্ননবা হোৎনবকখি। অসিগুম্বা মবমশিং অসিনা মণিপুরী সাহিত্যনা চহী চনীবোম তুমদুনা লৈখি। মণিপুর হায়বা লৈবাক অসি মৈহৌবোলদগী হৌনা নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইন। লৈবক্লখসু অমসুং নিংথৌনা লৈবাক ৱায়েলগী মকোক ওইববসু ইং ১৮৩৫ দগীদি ইহান হানবা ওইনা Captain Gordon (১৮৩৫-১৮৪৪) না মণিপুরগী অহানবা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লাকখি। মহাক্না মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী মমি তাহন্নবা ইং ১৮৩৭ দগী হোৎনখি। অদুবু মাইদি পাকখিদে

> *An English School was established about 1837, Johnstone says that fifty or sixty students including two girls attended it But it had to closed* [1]

Captain Gordon গী মতুংদা Major General W F Nuthall না (১৮৭১-১৮৭২) না পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবিঙেদা ইম্ফালদা ইং ১৮৭২ দা প্রাইমারী

স্কুল অমা লিঙখৎখি। স্কুল অসিদা বেঙ্গল সবকাবনা লুপা ৪০০/৫০০ বোমগী মমল ওইগদবা লাইবিক, মেপ অমসুং স্কুলগা মরী লৈনবা পোৎলমশিং খুদোল তৌবকখি। মসিগী মতাংদা ইতিহাসকাব আব কে ঝলজিৎ সিংহনা হায,

*In 1872 , a school was established at Imphal at the suggestion of the then Political Agent Major General W F Nuthall The Government of Bengal presented books, maps and other requisities to the value of Rs 400 or 500* [2]

Major General W F Nuthall না লিঙখৎলম্বা স্কুল অসিদা বেঙ্গল সবকাবনা মতেং কন্না পাংডুলদসু মতম অদুগী মণিপুরী সমাজনদি নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসিবুদি তবান্না লৌখিদে। কোনুংগী অচৌ - অশাং ফম্নাইবশিংগী মচা মশু খবদং নত্তনা স্কুল অসিদা মহৈ তম্নখিদে। স্কুল অসিদা মহৈবোইশিং খবদং মবক মবক্তা লাইবিক তম্বা লাকখি অদুবু অযাম্বনা মখোয মখোযগী অহল-লমনশিংনা মচা-মশুশিংবু লাইবিক তম্বা থাবা পামলমদে। মসিন মবম ওইবগা স্কুল অসি শিথখি। অমবোমদা মতম অদুদা মমাংঙৈদগী চৎনবক্পা মহৈ তম্বগী ঙংনবীশিং হাযবদি- পুং, ঈশৈ জগোইনা হেন্না পাম্নকপী। মসিগী মথক্তা মৈতৈগী থাজনবী ওইনা সাহেবশিংগা তিন্ন তোৎনবা অসি মাঙই হাযনা শৌনকপী। অসিত্থা থাজনবী অসি লৈবনা স্কুল অসি মুৎথগী লম্বীদ হাকাথখনি। হাযবিবা ব্রাফম অসিগী মতাংদা Captain E W Dun না মাগী *Gazatteer of Manipur* (১৮৮৬) হাযবা লাইবিক অসিগী Education হাযবা পান্দুপ অসিগী অশ্রোবদা অসুম্না ইবি

*The question of education may be dismissed in a very few words In 1872 a Varnacular School was established in Manipur at the suggestion of the late*

*Polıtıcal Agent, Major General W Nuth-*
*all and the Government of Bengal pres-*
*ented books and maps & c to the value*
*of Rs 400 or 500, but for want of enc-*
*ouragement on the port of the authorıtıes,*
*ıt has been nearly closed Some few*
*boys attend occassıonally The Manıp-*
*urıs prefers remaınıng egnorant, so*
*ıllıtarate are they, that some of the*
*hıghest offıcıals can neıther read nor*
*wrıte, and are not a quıt ashamed for*
*theır want of knowledge*[3]

Major General W F Nuthall গী মতুংদা Sır James Johnstone (১৮৭৭-১৮৮৬) না মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লৈরিঙৈগী মতমদা মহারাজা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী অযাবা লৌবগা মতম অদুগী ফম্লাইরশিং - লোংজম রমা, শৌগাইজম বলারাম অমসুং থঙ্গাল জেনেরেলনচিংবগী অযাবসু যাওবগা ইং ১৮৮৫ গী ডিসেম্বর ৩০ দা পোলিটিকেল এজেন্ট অসিগী মীং লৌদুনা ইংলিশ স্কুল অমা ইম্ফালদা লৈবা মাগী Resıdentıal Compound দা লিঙ্খৎখি।

Sır James Johnstone (১৮৪১-১৮৯৫) না লিঙ্খৎলম্বা জোনষ্টোন স্কুল অসি হৌজিক্কী ইম্ফালগী লম মযোন্দা ঙাম্মোইদুনা লৈরি। হৌজিক লৈরিবা জোনস্টোন স্কুল অসিগী কেম্পস মযাইদা থিল্লিবা জোনষ্টোন সাহেবকী মূর্ত্তিদা ইরিবা রাহৈ খরা অসিনা মণিপুরীশিংগী মহৈ-মশিং তম্বগী লম্বীদা অচৌবা লমজিং অমদি মঙাল ওইনবি। মূর্ত্তি অসিগী মমাঙথংবা শরুক্তা অসুম্না ইরি।

*Lıves of great man all remaın us*
*We can make our lıves sublıme*

*And departing leave behind us*
*Foot prints on the sands of time* [4]

মহাবাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা লিঙখৎখিবা জোনষ্টোন স্কুল অসিনা ঙসিগী ইস্কাল সহবগী ময়োলদা তোমথিল ওইনা লৈদুনা হৌগ্নবা নোংচুপলোমগী শিক্ষাগী রাখললোন অমা ঐখোযদা নীংশিংহল্লী। স্কুল অসিনা ইং ১৮৮৫ দা প্রাইমাবী স্কুল ওইনা লিঙখৎচববসু ইং ১৮৯১ দা এংগ্লো-মণিপুবী রাবনা মবম ওইদুনা চহী খবা লেপ্লুববা মতুংদা ইং ১৮৯২ গী জুন ২০ দগীদি মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট মেজোব মেক্সবেলনা হাংদোক্লনা স্কুল অমা ওইনা চথবা হৌবকখি। স্কুল অসিগী মপুং ফাবা হেড মাষ্টব অমা ওইনা Rev William Pettigrew না ইহান হানবা হেড মাষ্টব ওইনা ইং ১৮৯৪ দগী ১৮৯৬ ফাওবা পুখি। মসিদগীদি জোনষ্টোন স্কুল অসি মিদল ইংলিশ স্কুলগী থাক্তা লাকখি। স্কুল অসিদা এন্ট্রান্স / মেট্রিক ফাওবা যৌনা তমহনবগী খুদোংচাবা অসি ইং ১৯২০ ফাওবা লৈবমদে। স্কুল অসিগী ওজা অযাম্বা সাহেবশিং অমসুং মগাল লৈবাক্কী মীওইশিং মকওইনা আসাম অমসুং ঢাকা (শ্রী হট্ট) তগী লাকখিবা মৈতৈ, আসামী, বাঙ্গলী ঙাক্তনা ওইবম্মী। স্কুল অসি নত্তনা অরাংবা থাক্কী মহৈ তমনবা অতোম্পা স্কুল অমত্তা মণিপুবদা ইং ১৯৩০ ফাওবা লৈবমদে। অমরোমদা মণিপুবীশিংনা অসিগুম্বা স্কুল অসিদা তমদ্রবসু শেৎপা চাবা মনিঙ থুংবা, চাথোক মবাং কাযবা অমসুং মীশিং লিকপা ওইবনা হিংবদা লেম্না, নুঙাইনা লৈনবম্মী। মতম অদুগী মণিপুবীশিংনা লাইনিং লম্বীদা, লৈবাক্কী ওইবা হবাও কুম্মৈদা, শান্ন-খোৎনবা অমসুং কলা-সংস্কৃতিগী ওইবা মাইকৈদনা হেন্না পান্নবম্মী। পুন্নমক অসিগী মথক্তা খোংজোম লান (এংগ্লো - মণিপুবী রাব) ইং ১৮৯১ দা থোকখিবদগী মতম অসিগী মীশিং অসি অসুক্কী মতিক যামলমদে। ইং ১৯৭১ গী মীকোক থিখিবগী মতুং ইন্না মণিপুবদা লৈবম্বা মীশিং অসি ২,৮৪,৪৬৫ নি। মসিগী মনুংদা তমদা লৈবা মীশিংনা ১,৮০,৯৬০ নি, অদুগা চীংদা লৈবা মীশিংনা ১,০৩,৫০৫ নি। মসিগী মতাংদা বা কু ঝলজিৎ সিংহ (১৯২৪ -) না মাগী *MANIPUR* (১৯৭৫) হাযবা সাহিত্য একাদেমী, নিয়ু দিল্লিনা ফোঙবা লাইবিক্লদা অসুম্না ইবি.

*In 1873 ,the population was estimated*

*at 1,39,000 census was taken in 1881 for the first time and the population was found to be 2,21,070 The figure for the 1891 census are not available as the records were destroyed in the event of the year The population in 1901 was 2,84,465* [5]

মথক্কী হ্রাফম অসিগা T C Hodson গী *The Meitheis* (১৯০৮) দা পীবিবা অসিগা মান্নে। মদুদি

*The census returns of 1901 shows a population of 284465 in the state, of whom 1,80 960 are the inhabitants of the valley and 103 505 hill tribemen* [6]

সাহেবশিংনা লিঙখৎলম্বা স্কুল অসিদা তম্বসি মাঙই হাযবা তোকঙা অমসু মতম অদুদা লৈবম্মী। মবম অসিনা বাম্নাশিংগী য়ুম য়ুমদা চক্লুনা সংস্কৃত অমসুং বাংলানচিংকা লোন অসি তম্নবম্মী। মসিগী মতাংদা পদ্মশ্রী অশাংবম মীনকেতন সিংহ (১৯০৬ ১৯৯৫) না মশাগী হ্রাবোল পীবদুনা অসুম্না হাযবম্মী

*জাৎ তানবা লাইবিক তম্ফম থোকপ্রা হাযবা খ্বাযগী*
*হ্রাখল অমনা স্কুল কাবা থাবসি কন্না পুথোক্লখিববা খল্লি।*
*অপাল-অপিল অযাম্বনা মচা-মশু পঙথা থানদে-থাদে।* [7]

নিংথৌকাবা, ইং ১৮৯১,এপ্রিল ২৭ কী অযুক পুং ৭ তাবদা মণিপুরগী নীংতম্বা মাঙখি। নুমিৎ অসিদা বৃটিশ বাজ্যগী য়ুনিযন জেক ফিবালনা মণিপুরগী কংলান হৎদুনা মণিপুর অসি বৃটিশকী লোইলম অমনি হাযবদু তাকখি অমসুং য়ুনিযন জেক ফিবালনা হাযনা হুম্না পাইখি । ইং ১৮৯১ গী ওগষ্ট থাদগী সাহেবাশংনা হাম্পা নিংথৌ চুডাচান্দ মহাবাজ (১৮৯১ - ১৯৪১) না লৈবাক মনুংগী ওইবা লৈবাক ঙাকলোনগী বাযেল থৌদা

যেংশিনবা হৌখি। মতম অদুগী Political Agent, Colonel H P Maxwell না মণিপুরগী নিংথৌ হাম্পগী নত্রগা থম্বগী মতাংদা *চৈথারোল কুম্বাবা* (১৯৬৭) দা অসুন্না ইবা থেঙনৈ,

> *শ্রী গম্ভীর সিংগী থাবা অসিদি সবকাবদা যান্না লাল্লে। মণিপুরগী নিংথৌদি নবসিংহ মহারাজগী থাবানা ওইবা তাবে। নোংমদা বব সাহেবনা শাবাং পাঙ্গিদা হংএ নবসিংহ মহারাজকী মচা অহলদি কনা- না হনবগে হংবদা ভুবোন সিংহ যুবরাজ কৌবা অমা লৈবমএ মহাক্তি শিখ্রে মানা হল্লি হায। মাগী মচা মশুদি লৈবিববা হংবদা লৈবি হায। মদুদা থিনদুনা কৌখৎলে। ২১ নি শগোলশেনদা বব সাহেবনা ভুবো- সিংহ যুবরাজকী মথৌ অদুবু লৌখৎতুনা হংএ। নংগী নচা কযা লৈ হংবদা ঐগী ইচা ৪ লৈএ হাযনা খুমএ। অদুদি নচাগী কোষ্ঠি পুখৎলকউ হাযএ। ৪ গী কোষ্ঠি পুখৎলক্লুনা পিএ। অদুদা মোইবাংথেম চনুনা পোকপা চূড়াচাঁন্দ কৌবা অদুবু চহী ৮ দা নিংথৌ শেম্মিএ।* [৮]

চূড়াচান্দবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা হাপ্লবসু লৈবাক্কী রাযেল থৌদাণী থবক্তি মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট মেক্সরেলনা থৌ পুরম্মী। মহারাজ চূড়াচাঁন্দবু আজমীরদা লৈবা Lord Mayo's College (১৮৭২) দা মহৈ তম্বা থাখিবম্মী। মসিগী মতাংদা Bimal J Dev (১৯৪৭ -) অমসুং Dilip, K Lahiri (১৯৪৪ -) গা পুন্না ইমিন্নবা ইতিহাসকী লাইরিক, *Manipur Culture and politics* (১৯৮৭) হাযবা অদুদা অসুন্না হৈবি,

> *During the minority of the young ruler, the Political Agent administered the state as the Superintendent, Meanwhile Chura-*

*chand Singh was educated at the Mayo College from 1895 - 1901 and the he later joined the imperial cadet corps The Superintendency terminated on 15 th May, 1907, when Churachand came to age He was formally installed on the gaddi by Sir Lancelet Hare on 4th February 1908* [9]

ইং ১৯০৫ দা J Shakespeare না মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা লৈরে। মহাক্কী মফমদা ইং ১৯০৭ কী মে ১৫ দা মণিপুরগী থবক পুন্নমক মহারাজ চূড়াচাঁন্দা শীন্নে। মসিগী মতাংদা অসুম্না ইবি,

*Minor Churachand was selected During his minority the Political Agent Major Maxwell administered the state as the superintendent He introduced many reforms keeping the old introductions intact as for as possible He abolished slavery and Lallup On the 15th May 1907 the charge of the state was handed over to the Raja He was to manage the state in accordance with a set of rules sanctioned by the Government of India which was called Rules for the management of the state of Manipur* [10]

জোনষ্টোন মিদল ইংলিশ স্কুল অসিগী অহানবা হেড মাষ্টরদি Rev William Pettigrew নি। মহাক্না ইং ১৮৯৪ দা শীংজমৈ থোকচোম লৈকাইদা লৈরিবা Pettigrew Government Junior High School অসি লরাব প্রাইমারী

স্কুল অমা ওইনা লিঙ্খৎখি। স্কুল অসিগী অহানবা হেড পণ্ডিৎতি খাইদেম বিহাবী সিংহনি। শ্রী বিহাবী সিংহ অসি কাছাবগী কাহ্নাইলালপুবদগী মণিপুবদা লাকখিবনি। মহাক্কী মতুংদা লাকখিবা হেড পণ্ডিৎতি খ্বাইবাকপম নবকিশ্বব সিংহ (১৮৭৭ - ১৯৬১) নি। মহাকসু কাছাবগী দুধপুব হাযবা অদুদগী মণিপুবদা লাকখিবনি। স্কুল অসি হৌদোকমিন্নবকপদা যাওবকপা ওঝা পুর্ণ সিংহসু মপাল লমগী মৈতে মচানি। মহাক্কী মতাংদা *চৈথাবোল কুম্বাবা* (১৯৬৭) তা অসুম্না ইবি,

*মযাংলম্বম পুর্ন সিংহবু স্কুলগী মাষ্টব ওইহন্দনা মৈতে*

*মচাশিংবু লাইবিক তমহল্লে।* [১১]

ইং ১৮৯৫ দা তেবা এল পি স্কুল লিঙ্খৎখি। মসিগী হেড পণ্ডিৎতি মকুবাবুনি। কুম অসিদা মাও থানা অমদি সেকমাইদা এল, পি স্কুল লিঙ্খৎখি। ঙসি ইম্ফালগী মযোল ওইবিবা বাবুপাডাদা লৈবিবা The Government Bengali High School অসি ইং ১৯০৩ দা প্রাইমাবী স্কুল অমা ওইনা লিঙ্খৎখিবনি। স্কুল অসিদা তম্বীবগী লোনসু বাংলা লোন্না ওইবম্মী। মসিগী অহানবা হেড মাষ্টবদি ইং ১৯০৭ তা ঢাকাদগী লাকখিবা যামিনী সুন্দব গুহ (১৮৭৫ - ১৯৫০) নি। মহাক্না ইং ১৯০৭ তগী ১৯১৭ ফাওবা স্কুল অসিদা হেড মাষ্টব ওইনা পুদুনা লাকখি। মহাক্কী মতমদা স্কুল অসি মিদল ইংলিশ স্কুল ওইবে। মহাক্না জোনষ্টোন হায ইংলিশ স্কুলদা ইং ১৯১৭ তা এসিসটেন্ট হেড মাষ্টব ওইনা চঙখি। মণিপুবদা স্কুল মশীংদি যামদবা অদুগা মহৈ তম্নীংবগী ঈহৌনদি নোংম-নোংমগী হেনগৎলকপা মতমনি। স্কুলশিংদা মৈতৈলোন তম্নবর্গা খুদোংচাবদু মতম অদুদদি লৈত্রি। মহৈবোইশিংনা বাংলা অমসুং সংস্কৃত সাহিত্য তম্নবম্মী । মৈতৈলোনগী তম্ননবা লাইবিক লৈতবা অসিবু কোক্লনবা মতম অদুদা সাহিত্য প্রেমী কযা খোবকখি। মখোয অযাম্বা মণিপুবগী মপাল লমদগী হাযবদি শ্রীহট্ট, কাছাব অমসুং ঢাকাদগী লাকখিবা বাঙ্গালী অমসুং মৈতে মচাশিংনি। পনবা যাবা থবদি - লাইবিকযেংবম মকব সিংহগী *মৈতৈলোনগী অহানবা তম্নবা লাইবিক* (১৯০২), ক্ষেত্রি মুন্নানগী *মীতৈলোনগী অনীশুবদা তম্নবা লাইবিক* (১৯০৩), *মৈতৈলোনগী অহুমশুবা তম্নবা লাইবিক (১৯০৫) ব্লবেং মযোল* (১৯০৬, *প্রবন্ধ মঞ্জবী*গী অনুবাদ), *চিঠি পবেং* (১৯১৪), জোনষ্টোন স্কুলগী হেড

মাষ্টব বাবু মহেশ্বব দাস (১৭ ১৮৯৫ - ১৮৯৮) না বাংলা লোন্দগী মণিপুবীদা অনুবাদ তৌবা মদন মোহন তর্কলঙ্কাবগী বাংলা লাইবিক *শিশু শিক্ষা* দগী হন্দোকপা *শিশু শিক্ষাগী অর্থ লাইবিক* (কলিকতা ১৮৯৬/৯৭) *ব্রাবী পবিং* (১৯০১, ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগবগী *কথা মালা* গী অনুবাদ), শ্রীহট্ট তগী লাকখিবা ওজা ব্রজমোহন শর্ম্মানা অনুবাদ তৌবা *ইউক্লিদকি জ্যোমিত্রী* (১৯০৬), বামসুন্দব বায (জোনষ্টোন স্কুলগী ওজা) গী *মৈতৈ ধাবাপাত* ওজা সনাচাউ (হেড পণ্ডিৎ, মযাই যুম্ফাল প্রাইমাবী স্কুল) গী *মৈতৈ ব্রাবেং অহানবা মৈতৈ অঙ্ক* অমসুং *পাবা অনৌবা* (১৯২৮) Rev William Pettigrew গী *মৈতৈলোন ব্যাকবণ* (১৯৯২), শ্রী ভুবনচন্দ্র সিংহ (পেটিগ্রু স্কুলগী ওজা) না শ্রী ভাবত চন্দ্র চৌধুবী বি এ না লেংবা *প্রাথমিক সাহিত্য*গী অনুবাদ *চৈকোক অচংবা* (১৯২৫), পোৎশংবম চাউবা অমসুং বাজকুমাব সেতুম্নানা *আদর্শ ভূপবিচয* গী অনুবাদ *পৃথিবীগী ব্রাবম তম্নবা লাইবিক* (১৯২১), ব্রাহেংবম যুমজাও (১৮৮৪ - ১৯৫৬) কী *লৌবুক* (১৯০৭) *হকচাং নাদনবা পাম্বৈ* (১৯২০) অমসুং *লোনগী ব্রাযেল* পার্ট ১ অমসুং ২ (১৯২৯ - ৩০), পুখ্রম্বম পাবিজাৎ (১৮৭২ - ১৯৪২) গী *মণিপুব পুবাবৃত্ত* (নিংথৌবোল থৌদোক ব্রাবী, ১৫ ১৯৯৭) *মণিপুব ইতিহাস* (১৯১৮ ইম্ফাল মণিপুব প্রিন্টিং প্রেসতা নম্বা) *ধ্রুব লীচৎ* (১৯১৮) নচিংবা পনবা যাই।

মতম্না পুবকপা ঈচেলবু কনানদি থিংবা ঙমগনি? মণিপুবী সাহিত্যগী ঈচেল ইকুই কুইদনা ঈব্রোং ফাঙনা চেম্লবকপা হৌবকখি। ইং ১৯২২ সেপ্টেম্বব ১৯ (লৈবাকপোকপা) দা মণিপুবী লোন অসি ভার্নাকুলাব অমা ওইনা ফোর্মেল বিকোগনিসন পাবকখি। অদুবু বাংলা লোনগী মহুত্তা পবীক্ষা থাবা যাবগী খুদোংচাবা অমা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয (জানুৱাবী ১৮৫৭)কী মতম অদুগী বেজিষ্টাব, জে সি ঘোষনা ওগস্ট ২০, ১৯২৪ দা থোকখিবা ওর্দব অদুদা অসুম্না পল্লি,

*Calcutta University*

*Notification No MISC*

*No 101, Senate House, 20 August, 1924*

*Manipuri be added to the list of Vernacular*

*language from translation into English*
*Section 10, Chapter XXX of the Regulation* [12]

ইং১৯২২ দগীদি মণিপুরী সাহিত্যগী মচাক থাওববা চেফোঙ পুথোক্লবা হৌনবকখি। থোইদোক্না পনবা যাবদি হিজম ইবাবত সিংহ (১৮৯৬ - ১৯৫১) না সম্পাদন তৌবা *মৈতৈ চনু* (জুন,১৯২২), শ্রীজর্জন সিংহ বিএল অমদি সহাকারী সম্পাদকশিং বিষ্ণুপ্রিয়া লোনগী *শ্রী* রামকৃষ্ণ সিংহ অমসুং মণিপুরী লোনগী শরক্রুদ ইম্ফালদগী পুথুম্নম পাবিজাৎ সিংহনা ইসলামমিশন প্রেস, শ্রী হট্টতা নম্লগা ফোঙলম্বা, বাংলা, বিষ্ণুপ্রিয়া অমদি মণিপুরী লোন অমদা পুন্না ফোঙলগা থাগী চেফোঙ *জাগরণ* (জানুৱারী,১৯২৪), ডা নিংথৌখম লৈরেন সিংহ (১৮৯৩ - ১৯৭৮) না সম্পাদন তৌবা থাগী চেফোঙ *যাকাইবোল* (ওক্টোবর ১৯৩০) অবস্থম দলেন্দ্রজিৎ সিংহ বিএ সংস্কৃত ওর্নস (১৯০৭ - ১৯৪৪) না সম্পাদন তৌবা চেফোঙ *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* (সেপ্টেম্বর ১,১৯৩৩), থোকচোম মধু সিংহ বিএ না সম্পাদন ওইবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী থা ৩/৩ গী ওইনা ফোঙনবগী পান্দমদা অহানবা মশীংদমক ফোঙলগা মখাতানা ফোঙবা লেপখিবা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী চেফোঙ *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা* (নভেম্বর, ১৯৩৭), সমরজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা বাংলা অমসুং মণিপুরী লোন অনীগী বাইলিঙ্গুয়েল ওইনা পুথোকপা চেফোঙ *মণিপুর* (১৯৩৪), ফুবাইলাৎপম গৌরচন্দ্র শর্মানা সম্পাদক ওইবা *মৈতৈ* (জানুৱারী ১৯৪১ নম্ফম চুরাচান্দ 'প্রিন্টিং ৱার্ক্স ইম্ফাল), নিংথৌখোংজম তোম্বী সিংহ (১৯২৭ - ২০০১) না সম্পাদক ওইবা মণিপুরী ছাত্র সন্মিলনীগী মুখপত্র, ইং ১৯১৩ দা লিঙখৎখিবা যং রাইটর্স এসোসিয়েসন ইম্ফালগী থা থাগী চেফোঙ *ছাত্র জগৎ* (ডিসেম্বর, ১৯৪৬), খ্বাইরাকপম চাওবা (১৮৯৬ ১৯৫০) না সম্পাদক ওইবা *মীংনাইদবী* (ওগষ্ট,১,১৯৪৭) নচিংবনি। চেফোঙশিং অসিনা মণিপুরী লোন,সাহিত্য অমসুং কলা সংস্কৃতিনচিংববু চাওখৎনবা হোৎনবদা চাওববা মতেং পীবকখি।

মথক্তা পনখ্রবা চেফোঙশিংঅসিগী মতেংদগী মণিপুর অমদি মপাল লৈবাকশিংগী অনৌবা ঈ-পাও, যৌদোক রাখোক,সাহিত্য, কলা-সংস্কৃতিনচিংবা কথা খঙবা ঙম্নবকখি।

মসিনা পাক শন্না মণিপুরীশিংগী থম্মোযদা ঈহৌ অমা লাকখি লোযননা তুংগী হৌবক্লিবা মীবোলশিংদা মহৈ-মশিং তম্নিংহনবগী অচৌবা পাম্বৈ অমা ওইবকখি।

মণিপুরী লোন্না মেত্রিক্তা বিষয অমা ওইনা পরীক্ষা থাবা যাবকপদগীদি মণিপুরদা হায স্কুল মথংমথং লিঙ্খৎপা হৌনবকখি। ইং ১৯২৯, ডিসেম্বর ৩১ দা মণিপুর ইন্সটিট্যুশন লিঙ্খৎখি। মসি হৌজিক্তি চূড়াচান্দ হায়র সেকেণ্ডরী স্কুল হাযনা খঙ্গনবে। মসিগী হেড মাষ্টরদি জোৎস্না মযদত্ত চৌধুরীনি। মহাক কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযগী বিএসসি নি। মহাক্না ই° ১৯৩০ দগী ১৯৪২ ফাওবা হেড মাষ্টর ওইবম্মী। ইং ১৯৩২ দগীদি ইযোর হায স্কুল হাযনা মিং ওনখি। মসিগী অহানবা হেড মাষ্টরদি কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযদগী ইং ১৯৩২ দা বিএ সংস্কৃত ওনর্স পাস তৌখিবা অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহনা ওইখি। হাযরিবা স্কুল অসি ইং ১৯৩৫ দা মহারাজ চূড়াচান্দগী মজাইরেম্মা মহারাজকুমারী তোম্বীস্নগী মমিংদা তোম্বীস্না হায স্কুল হাযনা মিং ওনখি।

মণিপুরী নুপীমচাশিংগী মহৈ-মশিং তম্বগী ফিবম হঙ্গৎনা যেঙ্লুববদি অৱাবগী মশক্নি। ইং ১৮৯১ গী ডিসেম্বর থাদা মোইরাংখোংমদা নুপীমচাগী এলপি স্কুল অমা লিঙ্খৎখি। স্কুল অসিদা ইং ১৯০০ গী মার্চ ৩১ ফাওবদা লৈখিবা ছাত্রীগী মশীং অসি ৫৩ শুখি। মসিগী মতাংদা শ্রী থোকচোম মাঙ্গোলজাও সিংহগী *মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা* (ভোল, ১) দা অসুন্না ইরি,

> *মতম কুইনা খৌরাংনা ঙাইরক্লবা নুপী ওজা অমা কুমসিদা*
> *ফংলদুনা খৃ ১৮৯৯ গী ডিসেম্বর থাদা নুপী মচাগী এলপি*
> *স্কুল অমা মোইরাংখোমদা লিংখৎখি। স্কুল হৌবা নুমিত্তা*
> *নুপীমচা ১২মিং চনখি। খৃ ১৯০০ গী মার্চ তাং ৩১*
> *দা স্কুল অসিগী অপুনবা ৫৩ শুখি।*[১৩]

অসিগুম্বা মতম অসিদা যাম্না কন্না শন্দোকপা তোকঙা অমনা ছাত্রী অযাম্বা স্কুলদা অহন-লমনশিংনা থিংবদগী কান্নখিদ্রে । নাপ চাদ্রবা মী খরনা স্কুল অসিগী ছাত্রীশিং অসি ইংলিশ খিত্তং ইরা পাবা হেক ঙম্বগা মখোযবু বিলাত্তা সাহেবশিংনা পুশিনদৌরিবনি হাযজিল্লী । অদুগা অচুম্বা রাফম অমনা ইং ১৮৯২ ওক্টোবর ৫ দা

দা মতম অদুগী পোলিটিকেল এজেন্ট মেক্সরেলনা মহারাজ সুরচন্দ্র (১৮৮৬-১৮৯০) গী মচা ইবেম্মা সনাতোম্বীবু মপুরোইবা নোংমাইথেম মণিকচান্দগী যুমদগী পুবক্তুনা লৌখি হাযবসি মতম অদুগী মীপুম খুদিংনা খঙনববা ৱাফমনি। সনাতোম্বী ঙাং তাবে, মাঙলে হাযদুনা ৱা-ৱা ঙাংনখিবা মতমনি। মসিনা মৈতৈ নুপীশিংগী মহে-মশিং তম্বগী লম্বীদা খাইদগী চাওববা পল অমা ওইখি। ৱাফম অসিগী মতাংদা শ্রী থোকচোম মাঙোলজাও সিংহনা হায,

*নাপ চাদ্রবা মী খবনা স্কুল অসিগী ছাত্রীশিং অসি ইংরেজী খিত্তং ইব-পাব হেক ঙম্বগা মখোযবু বিলাত্তা পুশিন-খিগদৌবিবনি হাযজিনখি। মদুগী ফলনা ছাত্রী অযাম্বা স্কুল কাখিদ্রে। শিক্ষাগী থবক পুবিবা অঙম্বশিংনা মতম যাম্না চংনা অমসুং ৱানা তোকঙ্ম অসি মুখৎখি।*[১৪]

ইং ১৯১৪ দা আসামগী চিফ কমিস্নার Earl সাহেব মণিপুরদা লাকখি হাযবদু নীংশিংনবা বাঙ্গলীশিংনা নুপীমচাশিংতগী ওইবা Lady Earl Girls' M V School অমা চহী অসিমক্তদা সাহেবকী লোযনবীগী মিংদা লিঙখৎখি। ইং ১৯৩৪ দা মণিপুর গার্লস হায স্কুল লিঙখৎখি। অতোম্পা নুপীমচাশিংতগী ওইবা হায স্কুল অমসু ১৯৩৪ দা লিঙখৎখি। মণিপুরগী মহারাজ চূড়াচান্দ (১৮৯১-১৯৪১) না মাগী মচানুপী অহল তম্ফাসনা (১৯০৯-১৯৩১) গী মমিংদা থোন্দুনা স্কুলগী শঙ শাবিখি। মণিপুর ষ্টেট দররাবনসু স্কুল অসিদা থাগী grant-in-aid ওইনা লুপা ১০০ পীখি। স্কুল অসি ঙসিদি তম্ফাস্না গার্লস হাযার সেকেণ্ডরী স্কুল হাযনা খঙনবে। স্কুল অসিগী অহানবা হেড মাষ্টরদি হাওবম ইবুঙোতোম্বী সিংহ বিএ নি। ইং ১৯৩৮ দগী স্কুল অসি কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয গী মখাদা মেট্রিককী ছাত্রীশিং পুথোকপা হৌরকখি। পনবা যাবা শরুাইববী খবদি অহানবা বেজ (১৯৩৮) দা থাংজম ওংবী যেন্দ্রেমবম নিংঙোল বেদামণি দেবী (১৯২৩ -১৯৯৩, ইং ১৯৪৪ দা মণিপুরগী নুপীবক্তা অহানবা ওইনা এমবিবিএস পাস তৌখিবনি)। অনীশুবা বেজদা ইং ১৯৩৯ দা তখেল্লমবম থোইবী দেবী (১৯২০ - ১৯৯৬), এমকে বিনোদিনী (১৯২২ - ২০১১) সু স্কুল অসিদগী মেট্রিক পরীক্ষা ঙল্লকখি। নুপীশিংগী শিক্ষাগী মতাংদা বেঙ্গলগা চাংদম্নবদা মণিপুরদি যাম্না হম্ববা থাক্তা লৈবম্মী।

মসিগী মতাংদা সবকাব সেন গুপ্তনা হায,

> *Kadambari Bose and Chandramukhi Bose passed B A in 1883 from Calcutta University, Chandramukhi Bose also passed M A from Calcutta University and she was the first woman in India who also serve in the Government as the first Inspectress of schools* [15]

ইং ১৯২০ দা জোনস্টোন মিদল ইংলিশ স্কুল অসি হায স্কুল ওল্লকখি। অদুগ। সেপ্টেম্বব ১৯২১ দা হায স্কুল অমা ওইনা পাবমানেন্ট বিকগনিসন পীবকখি মতম অসিগী হেড মাষ্টবদি বিলাত মচা Philpotts না ওইবম্মী। মহাক্না হেড মাষ্টব ওইখ্রবা মতমদি ফেব্রুবাবী ১৯২০ - ১৯২৩ ফাওবনি। মতাং অসিদা *ভাগ্যবতী পত্রিকা* গী সম্পাদক অবাম্বম লালমণিগী ব্রাবোলদা অসুন্না ইবি

> *জোনস্টোন এমই স্কুল অসি Mr Wince না হেড মাষ্টব ওইবম্মী। মহাক হাকথক্তা ক্লাস vi, vii, viii, ix ফাওবা হাপ্পই। তৌইগুম্বসুং ফিবিংগী অদুনা হিংলিডেদা ৯ শুবা ক্লাসদগী ইহেন হেনখিদে। Mr Wince না শিখিবা কুম অদুমক্তদা স্কুল অসি জোনস্টোন হায ইংলিশ স্কুল কৌবে। ১০ শুবা ক্লাস লিংখৎলি। মতম অদুদা বিলাট মচা Philpotts না হেড মাষ্টব ওইবম্মী। মহাক্না খব লৈবক্লগা শ্রীযুৎ যামিনী সুন্দব গুহনা হেড মাষ্টব ওইবম্মী।* [১৬]

জোনস্টোন হায ইংলিশ স্কুলদা ক্লাস টেন লৈবকপদগী মেট্রিক পবীক্ষাদা মণিপুবী লোন্না ইং ১৯২৪ দগী কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযনা শক খঙবগা লোযননা পবীক্ষা পীবা যাহনখি। লাইবক থিবদি মণিপুবী লোনগী তম্নবা মতিক চাবা লাইবিক লৈবমদে।

অসুন্না মতম খবা হৌখ্রবা মতুংদা অহানবা ওইনা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা ইবা ব্রাবেংগী লাইবিক *ফিদম* (১৯২৬), শৈবেংগী লাইবিক *থাইনগী লৈবাং* (১৯৩২), ডা কমলগী উপন্যাস *মাধবী* (১৯৩১), লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহলগী ড্রামা *বব্রুবাহন পোকপা* (১৯৩২) বু মেট্রিক্কী তম্ন-লাইবিক ওইহন্দুনা পরীক্ষা থাহনখি।

ইং১৯৪৬,ওগষ্ট ৬ তা দি এম কলেজ লিঙ্খৎখি। মসিগী অহানবা প্রিন্সিপাল ইন-চার্জদি মতমদুগী Johnstone H/E School গী head master, কোঙ্গেংবম গৌরবা সিংহনি। মাগী মতুংদা মপুংফাবা প্রিন্সিপাল ওইখিবদি কটন কলেজ, গৌহাটি (১৯০১) কী পোখাববা প্রিন্সিপাল Dr R R Thomas নি। কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযগী মখাদা পরীক্ষা থান্নবস্নবসু ইং ১৯৪৮ দা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয লিঙ্খৎলকপদ্দগীদি মণিপুরদা লৈবিবা হায স্কুল পুন্নমক অমদি দি এম কলেজ যাওনা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালযগী মখাদা এফিলিযেট তৌখি। গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালযন লৌবা ইহান হানবা ইং ১৯৫০ গী মেট্রিক পরীক্ষাদা জোনষ্টোন হায ইংলিশ স্কুলগী মহৈরোই H Brajamani Mukherjee Sharma না অহানবা পোজিসন (মকোক)তা লাকখি।

অসুন্না নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি নোংম-নোংমগী মপুং ফাবক্নুনা মালেমগী ওইবা সাহিত্যগী লীচৎশিং খঙলুবগা মণিপুরী সাহিত্যদা খুৎথাবা হৌবকখি। হাযবিবা সাহিত্যগী ঈচেল অসিগা অবিবা মতমগী সাহিত্যগী মওংশিংগা থেন্নৈ। হান্না লৈবম্না সাহিত্যগী মওং অসিদ্দী নৌনা থোবকপা মওং অসিবু ঙসিগী মীবোলনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্য হাযনা খঙ্নবি।

## (খ) অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী লময়ানবা কবিশিংঃ

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী অঙনবা মতমদা অচৌবা থৌদাং লৌবিবম্না লাই ওইখ্রবা কবিশিংদি - খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহ (১৮৯৬ - ১৯৫০), লমাবম কমল সিংহ (১৯০০ - ১৯৩১) অমসুং অশাংবম মীনকেতন সিংহ (১৯০৬ - ১৯৯৫) নচিংবনি। মখোযগী রোমান্টিক পবম্পবাগী ঈচেল মনুংদা নাওবিযা ফুলো (১৮৮০ - ১৯৪১), হিজম ইরাবত সিংহ (১৮৯৬ - ১৯৫১), হিজম অঙাংহল সিংহ (১৮৯২ - ১৯৪৩),

হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ (১৮৯৭ - ১৯৪৬), অবাম্বম দৱেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯০৭ - ১৯৪৪), মহাৰাজ বোধচন্দ্র (১৯০৮ - ১৯৫৫), পুখ্রমবম পাবিজাৎ সিংহ (১৯৭২ - ১৯৪২) অমসুং চিংঙাখম মযূৰধ্বজ সিংহ (১৮৮৮- ১৯৪২) অসিনচিংবসু সাহিত্যগী ঈচেলবু মপুং ফানা শৌগৎলম্মী।

ইং ১৯২৪ দগী হৌনা বাংলা সাহিত্যগী মহুৎতা মণিপুৰী সাহিত্যনা নিনি পানবা থাজগুম মণিপুৰগী লৈমাযদা মঙাল পীবা হৌবকখি। পামহৈবা নিংথৌ (১৭০৯-১৭৪৮) গী মতমদা মৈতৈ পুযা লাইৱিকশিং কাংলাগী উত্রা মাংদা মৈ থাখিবদগী হৌবগা মণিপুৰী সাহিত্যনা চহী চনীবোম অশিবগুম লৈখি। মতমগী যাওল ঈহৌগী মতুং ইন্না মণিপুৰী সাহিত্যনা অনৌবা যেন্নিং হুল্লকখি। ইং ১৯২২ দা হিজম ইবাবত সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা খুৎনা ইবগা সাইক্লোষ্টাইল তৌদুনা পুথোকখিবা চেফোং *মৈতৈ চনু* (১৯২২) না মণিপুৰগী লৈমাযদা অনৌবা যেন্নিং হুল্লক্লবগী লম্বী যাংখি। মৈবেবাক অমদি মজাতিগী সাহিত্যবু নুংশিজবা কবি ডা কমলনা চেফোংসিদা ইং ১৯২৪ দা ফোঙখিব মৈতৈ চনু শৈবেংনা মণিপুৰী সাহিত্য ইমাগী মন্দিবদা থৌগল তৌকসি হাযনা ফোঙদোক্লি

*মতম কুইনগী তুংদা*
*লেংশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু*
*মৈতৈ সাহিত্য মন্দিব মনুংদা*
*যেন্দাই থন্না লৈহাগুনা*
*কৎলুসি হমাগী খুযাদা ।* [১৭]

অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্যনা হৌগৎলকপা, বাংলা সাহিত্যগী মহুত্তা মণিপুৰী সাহিত্যনা মফম কনবা হৌবকপা, মণিপুৰী সাহিত্যগী মশাগী শক্তম শাগৎনবা লাক্লবকপা, বাংলা সাহিত্যগা মণিপুৰী সাহিত্যগা অনীগী তোঙান-তোঙানবা মশক লেপ্পা হৌনবকপা অসিগুম্বা মতম অসিদা ওইবক্লিবা মণিপুৰী সমাজগী ফিভম ধর্ম্ম সংস্কৃতি অমসুং সাহিত্যনচিংবদা অহোংবা অওনবা লাকখিবগী মশক কযাবু শীঙথাবগা লোযননা মতম্না পুৰকপা অওনবা অসিদা ঐখোযসু শকক যাবসি হাযনা কবি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী নীংখাঈবে (ঈশিৎপা নিপা অমগী অৱাবা দশা) হাযবা শৈবেংদা পাউজেল্লি,

*মেল্লো লাও মেল্লো লাও, লোযনা নীংখাঙ্গবে ।*

*সাহিত্যগী পনম্মাইমক্তা হাননা নমখাঙ্গবে ।*

*কনাগী লীলা কনাগী ঈশৈ লোঙ্গনা তাওথবে ।*[১৮]

কবিনা মখা তানা হায়বি,

*লাইবক চাওবা ঈশিংপা থোইনদুম যানখাইরো ।*

*চেল্লক্লিব ঈচেল অদু ঈপাক্তদুম তিলহনখো*

*মতমগী ঈথৈ অকন্নবা, কনানবু খিংঙ্গনি ।*

*অবিবগী মঙ্গ ত্রা অনৌবা, মহৌশাগী নিযমনি ।*[১৯]

কবি চাওবাদি মণিপুরী সাহিত্যবু লাইথৈ-নংই হাযবসি যানিঙ্খিদে। মণিপুরী সাহিত্যগী অনৌবা যুগ অমবু পামজখিবা অমসুং তৌজখিবা মঙ মঙজখিবা কবিনি। মতম অদুগী মৈতৈ সমাজনা বাংলাগী ধর্ম্ম সংস্কৃতি অমদি সাহিত্যদা লুপ্তুনা লৈখিবনা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী কল্লবা সপুন্না পুনখিবনা মখোযগী ব্রাখল পক্লিংদা মণিপুরী সাহিত্য অসি অমুক হিঙগৎলকখিগনি হাযবসি কনানসু খল্লুদে। কবি চাওবদি কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযগী মখাদা শিলং গোর্ভনমেন্ট হায স্কুল (১৮৯১) দা চত্তুনা ১৯১৮ ইংদা এন্ট্রান্স পরীক্ষা থাখি। কলিকতাগী South Suburban College দা ইন্টরমেদিযেট ওফ আর্টস তমখি। বাংলা সাহিত্যবু বিষয অমা ওইনা লৌখি। মীবমদা মহে তল্লিঙৈদা মণিপুরী সাহিত্য, লোন অমসুং মযেক লৈনা লৈনা অশিবঙুম লৈখিবগী ইকাযবা নঙখিবা অদু খাঙবা ঙমখিদে। মবম অসিনা কবি চাওবনা মমালোন সাহিত্যবু নুংশিবা পোকখি, সেবা তৌগে নীঙখি। মৈতৈ মচাশিংগী মফমদসু মমাবোন মৈতৈলোনগী সেবা তৌহননিংবগী অপাম্বা ফোঙদোকখি। মণিপুরী সাহিত্য অসি ব্রাত্ত পাদবা মবাং কাইনা লৈ হাযনা কবি চাওবনা মহাক্কী 'মৈতৈ কবি' হাযবিবা শৈরেংদা অসুম্না শৈথাবি

*মৈতৈ কবি লাকখিনি ।*[২০]

কবিনা মখা তানা হাযবি,

*মপুগী থৌজাল ফংলবা*

*অসিগুম্বা লমদমসে*

*কবিগী পোক্রফমনিদো ।*[২১]

নাওবিয়া ফুলো (১৮৮৮ - ১৯৪১) দি মৈতৈ লাইনিং লিকল্লমগী ঈহৌ শাগৎনবা অমদি মৈতৈগী কলা সংস্কৃতিবু মাগী থুৎইদা মবৈবাক মজাতীগী মাঙখ্রগদবা কলা সংস্কৃতি অমসুং লাইনিং লাইশোনগী মশকপু নৌহৌননা হিঙগৎহল্লবগী অপাম্বা অসিগা লোযননা মালেমসিদা মৈতৈগী মশক তাক্লনবা অচৌবা থৌদাং যাবম্মী। মহাক্কী শৈবেংগী মপুং ওইবা মশক্তি মৈতৈ ঐখোয় ইশানা ইশাবু মৈতৈনি হায়বদু শক খঙলশি হায়বগী অকনবা ঈথিল পীবি। মহাক্কী *তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইবাও* (১৯৮১) হায়বা লাইবিক অসিদা মৈতৈ খুন্নাইগী অপুনবা মশক অমা পুবক্লবা পাওজেল পীবি,

*হৌবো হৌবো পাবিখোই*
*মপুগী পাওবু লাকয়ে ইবুঙোসিং*
*হৌবো হৌবো পাবিখোই ॥০॥*
*পোকলেন পোকপা যাওললে।*
*তুং - না - মাং ওযবকলে,*
*সিংলুব নুংসিং হলকলে*
*পংথকব সিংলী হৌবকলে ।১॥* ‥

কবি চাওবা সিংহ অমসুং লমাবম কমল সিংহগী হেক মথংদা মমিং পনবা যাবা কবিদি শ্রীঅশাংবম মীনকেতননি। মহাক্কী শৈবেং লাইবিক *বসন্ত শৈবেং* (১৯৩৩) অসি আই.এ গী তন্ন- লাইবিক্নি । লাইবিক অসি ইং ১৯৩৩ দা সাইক্লোষ্টাইল তৌদুনা বাংলা মযেক্তা নমদুনা অহানবা ওইনা পুথোকখি। মসিগী মতাংদা শ্রীবীরেননা অসুম্না হায়

*বসন্ত শৈবেং (শৈবেং ৬৭ যাওবা) লোন অসিগী*
*লাইবিক তাঙলিডো ইন্টরমেদিয়েট ক্লাসকী টেক্সবুক*
*ওইবম্মনি অহবগী মিংসু মীনকেতন কৌবমদে তোম্বী*
*সিংহ হায়না ইরম্মী বাংলা মযেক্কী টাইপ তৌবগা*
*সাইক্লোষ্টাইল তৌদুনা ফোঙবনি।* [২৩]

মণিপুরী সাহিত্যদা খ্যাইদগী মতম শাংনা সেবা ফঙজখিবা শ্রীমীনকেতন সিংহনি। মহাক্কী লোনশেম খুফোঙদোক মৈতৈগী ওইবা রাহে - রাতা মনং হঞ্জিনবা অর্থ অমসুং

ব্রাহেগী লৈতেং কয়া শৈবেংশিংদা থেঙ্নে। মহাক্কী সাহিত্যগী জগৎ পাক চাওই। মতাং অসিদা শ্রীবীরেননা মখা তানা কবি অসিগী মবমদা হায,

*শ্রীমীনকেতন মমাবোল অমসুং মজাতিগী অবিবা*
*সংস্কৃতিবু নুংশিনা লুনা নীংজবা মজাতিগী অবিবা*
*শৈবেংগী পরম্পরাদা খোঙফম চেৎনা লেপ্পুনা ইবা*
*অচৌবা কবি অমনি । হৌজিক্তদি শ্রীমীনকেতনদি*
*মণিপুরী সাহিত্যদা অরাংবা চীঙজাও অমসুং*
*অশুকপা উমংগুম্বনি ।* [২৪]

কবি মীনকেতনগী শৈবেংগী লাইরিক *বসন্ত শৈবেং* (১৯৩৩) দা মপুং ওইনা ফোঙদোক্লিম্বসি - মমালোনবু নৌনা হীঙগৎহনবা পাম্বগী ঈথৌ লাংজবা বসন্ত ঋতুবু শৈবেংগী শকক অমা ওইনা লৌবা মহৌশাগী খুৎশেম্মু পবসোনিফাইদ কবেক্টব অমা ওইনা কল্পনা তৌবা অমদি ঈশ্বর নৈ হাযনা থাজবগা লোইননা মপু মাগী মফমদা চঙজবা অসিনচিংবনি। মাগী 'যাকাইরোল' হাযবা শৈবেংদা মণিপুরী সাহিত্যনা যুগ কয়া চীংদা শাৎপা ইঙেল্লেগুম চিন্নদনা কনা খঙবিদনা লৈখ্রবা, পোক্লফম লমদম মণিপুর ইমানা মমানবী সাহিত্য লৈকোন্দগী নাথেদুনা নাইতোম তাহৌবগী মশক অদু মেলানকোলি ওইনা ফোঙদোক্লি

*ইমা ইমা হৌগৎলোনে ইমা,*
*মীকপলোনে ইমা,*
*চুসিদি ওইন-মংলান্দা ।*
*মতম কুইনা যাহিপলবী,*
*মচা লৈনা চানংলবী*
*নরা - খোঞ্জেনবু তাদ্রবী,*
*ওইন ইবাসু কংদ্রবী*
*তৈথোকলোনে ইমা*
*ইবাদি মিৎয়া থম্বান্দা ।* [২৫]

মণিপুরী লোন অমদি সাহিত্যগী অরাংপা মশক অসি কবিনা উকবে। বাংলা অমদি সংস্কৃত সাহিত্যদা মণিপুরীশিংনা তাংজদুনা লৈবিবা অসিদগী মণিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যগী মফম কনবা ঙমজনবগীদমক ইমাবু মীৎকপ থোকলো হায়না হৌদোকচবি,

*মীতম্বাক্তা ও চাওববা,*

*মীবোন্নিদ ও তাংলবা,*

*পলেম চেংলৌ খংদ্রবা,*

*নচানিদ ও তোল্লবা*

*ইমা ইমা হৌগৎলোনে ইমা*

*মীকপলোনে ইমা*

*ঙসিদি ওইন-মংলান্দা।* [২৬]

কবি ময়ুরধ্বজগী শৈবেংদদি মবৈবাক নীংবগী ব্রাখললোন্না মপুং ওই। মবৈবাকপু শীঙথাবা, মবৈবাক্কীদমক্তা শিজবা পাম্বা কথোকপা পাম্বগী মমি কয়া মাগী শৈবেংদা তাই। মহাক্কী 'পোক্রফম লমদম' হায়বা শৈবেং অসিদা অসুম্না শৈথাবি

*মালেমদা অনী শুদবা*

*অমত্তা ঙাঈবা মফমনি*

*মাগী মগুণ অচৌবা*

*থাদুনা ঙম্মোই কনানা*

*স্বর্গদগী হেনবীনি*

*হাঈনবিবনি ময়াম্না।* [২৭]

কবি হুরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ (১৮১৭ - ১৯৪৬) গী শৈবেংদদি মতম অদুগী মণিপুরী সাহিত্য অসিগী মহুত্তা বাংলা সাহিত্যনা ঈচেল কল্লিঙে, লৈখা তাকুববা মণিপুরী সাহিত্যবু অমুক হিঙগৎহন্নিংবগী ঈথিল অমা শৈবাংবগী থম্মোয়দা ফাওবকখি। মহাক্কী পুন্সি হিদোম হায়বা শৈবেং অসিদা মতম অদুদা কবিনা থেঙ্গনখিবা অরাবা

অমসুং অপাম্বা অদু মযেক শেঙ্গা তাক্লি,

*হ্নবিযু ননাইগী হিদোম*

*হোঙ্ককগে ঈপাক যৌনবা ।*

*পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি*

*ঐহাক্কী পুন্সিগী হিদোম ।* [১৮]

কবিগী মপুংওইবা মীৎযেংদি লাইনিংলম্বীগা মবী লৈনবা - মীওইবগা ঈশ্বরগা অনীগী লৈনবা মশক অদু উৎনবা লাক্লে। মাগী শৈরেংসি 'নহাকপু থিবদা হৌখ্রে পুন্সি' হাযবসিদা ঈশ্বরগা মীওইবগা লৈনবা মবী অদু উৎনবা লাক্লে।

কবি হিজম অঙাংহল সিংহগী শৈরেংশিংগী পুন্সিনবা লাইবিক্তি ইং ১৯৫০ দা অহানবা ওইনা মচানুপা হিজম বমনি সিংহনা ফোঙলকখি। মসিদা মণিপুরগী ওইবা পোৎলমশিংবু মীপুম খুদিংদা শীজিন্নহনবা পাম্বগী রাখললোন অমা পীন্নবা লাক্লে। মীরমগী পোৎ-চৈশিংনা হেন্না ফৈ হাযবা রাখললোন অসি মহাক্না যানিংখিদে। ইবমদম অসিদসু মতিক চাবা পোৎ-চৈ মবাং কাইনা লৈ হাযবসি মহাক্কী মিৎযেংনি। মিৎযেং অসিদা মহাত্মা গান্ধীনা ইবমদমগী ফিজেৎ শীজিন্নখিবা রাফম অদু মতাং অসিদা নীঙশিংহল্লি। মসিগী খুদমদি মৈতৈ বং হাযবা মহাক্কী শৈরেং অসিদা উবা ফঙই,

*তুংগী লম্বী যেংলসি*

*ইচা ইনাওবু যোক্লসি*

*ইমাগী লমন শিংলসি*

*লাইব-নমবু কন্ন-ফী,*

*পলেম খুৎকী লংহিংফী*

*হোংলসি চবৈ লংবৌ ফী ।।* [১৯]

মহারাজ বোধচন্দ্র (১৯০৮-১৯৫৫) সু ঙসিদি নৌহৌননা মণিপুরী সাহিত্যদা শক্তাকপা মথৌ তারি। শ্রীযুৎ চূড়াচাঁন্দ (১৮৮৫-১৯৪১) গী অনীশুবী রাণী চিংঙাখম নিংঙোল শ্যামাসখিনা পোকচবা মচা ইবুংঙো অহলনি। নিংথৌগী ভাব কোক্তা থোঙ্গৎত্রিঙৈ, লৈবাক্কী লৈঙাক সাসন চুপ্লি পাইদ্রিঙৈ রাজ কুমার কলেজ, রাইপুর (মধ্যপ্রদেশ) তা

নবেম্বর ১৯১৯ দগী এপ্রিল ১৯২৭ ফাওবা মহৈ তম্লিঙৈ অমসুং কাশি (বারানসি) দা সন্যাসি অমগুম্না লেপ্লিঙৈ, মহারাজকুমার অমা ওইরিঙৈগী পুন্সিদা *শিজেন নাচোম* (১৯৩৭) কৌবা শৈরেং ১৫ যাওবা লাইরিক অমা ফোঙদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোল তম্লীবম্মী। *গুরু মন্ত্র* (১৯৫০) কৌবা শৈরেংগী লাইরিক অমসু ইদুনা ফোঙদোকপীরম্মী।

মহারাজ বোধচন্দ্রদি তাইবঙপানবা অসিদা কল্লকপা মীহৌবা, নাপলনচিংবা লৈতে। পেম্মোকপা হৈবা থম্মোয়নি, কথোকপনা মপুঙ্ভনি। কবিগী হে মীওইবা হায়রবা শৈরেং অসিদা অসুম্না হায,

*থাদোকউ আশাগী লন তানবা কবি তৌদুনা খল্লিবা*
*তৌগনু খৌরাংবা পুক্রিং যাওনা*
*খবদং ফংজবা নহাক্কী তৌজবা ফলনা কর্ম্মগী*
*লৈজৌ নংগী পুক্রিংদু পেন্দুনা ।* [৩০]

পুখ্রম্ব পারিজাৎ সিংহসু মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা খুদোল তম্লীবম্মী। মহাক্কী সাহিত্যদি রোমান্তিসিজমগী পকম্পবাগী মনুংদা যাম্না চেকশিন্না মীওইবগী নুংগী ওইবা থম্মোয়বু ঈহোংহনবনি। মঙোন্দা শারী-শানৌশিংগী নুংশি-নুংওনগী মমি তারা ৱাৎলি। পাউতাক অমসুং বাৎসল্য বসনা মপুং ওইনা উৎনবা লাক্লে। ভারতকী মহাকাব্য *রামায়ণ*গী শকক অমা ওইরিবা বীরবাহু তুবগী মতাংবু এলেজিগী ফোমদা পুশীল্লক্লনা অপারশিংগী থম্মোয়দা রাবণনা মচানুপা বীরবাহু কায়নবগী অৱাবদা শকক যাহল্লি। নুংহিক্লবা থম্মোয়গী মপাও অমা পীননবা লাক্লে। মাগী থোইদোক্লা মশক নাইবা এলেজিগী মওংদা ইবা শৈরেং নুঙাইবগী মনুংদা অৱাবা (বীরবাহু তুবা) অসিদা মমি তারি। বীরবাহুনা লানফমদা তুখ্রবদা রাবণনা মচা কায়নবগী তেংথাবা মতাং অদু নীংশিংবা যাই। কবিনা অসুম্না শৈথারি,

*হা বিধি নোংদম্বা।*
*তাইবংপান হায়বা অসিদি,*
*নংগী লীলা শান্নফমনি,*
*মীনা ৱারা অসিবু*

*নংদি যেংবা নুংঙাইবোই।*

*মচানা ৱাবা উবগা*

*মপানা হেন্না ৱাবিবনি।*

*কবিগী মচৎনি হাযবগে।*

*হা বীববাহু শকহেনবা,*

*ইপা কবন্না যেংশিবা। ৩১*

মথক্তা পঞ্জখিবা বোমান্তিক পবম্পবাগী ঈচেল মনুংদা অনৌবা শৈবেংগী ঈচৌ ইং ১৯৪০ গী মতুংদগী শাগৎলকখি। পনবা যাবা মীওইশিংদি - হিজম ইবাবত (১৮৯৬ - ১৯৫১) বাকু সুবেন্দ্রজিৎ (১৯২৫-১৯৮২), এলাংবম নীলকান্ত (১৯-৭-২০০০), লাইশ্রম সমবেন্দ্র (১৯২৫ -) অসিনচিংবনি। অদুগা ইং ১৯৭০ গী মতুংদদি মতমদুগী অশাওবা অমদি শীঙ্গনবা কবিশিং থোবকখি। মথোযশিং অদুগী মনুংদা শ্রীবীবেন (১৯৪২-) না লুচিংবা ওইবগা বাকু মধুবীব (১৯৪২-২০০৪, থাংজম ইবোপিশক (১৯৪৮-) অমদি যুমলেম্বম ইবোমচা (১৯৪৯-) অসিনচিংবনা মখা শমথবক্তুনা মণিপুবী মোদর্ননিতি শৈবেংগী অনৌবা স্কুল অমা শেমদুনা মণিপুবী শৈবেংদা মশক তাকপা হৌবকখি। ইং ১৯৮০ দগীদি নহা ওইবিবা অইবশিংসু থোবক্তুনা অনৌবা স্কুল অসিদা শকক যাবগা লোযননা পোষ্ট মোদর্ননিতি শৈবেংগী লম্বীদসু অনৌবা স্কুল অমা হাঙ্গনবা থৌদাং লৌনবকলি। মণিপুবী শৈবেংদা মশা মশাগী তোঙান তোঙানবা মশক তাক্লবা অমদি মফম থিবা হৌবকখিবা অইবা অমসুং অইবীশিংদি বাকু ভুবনন্না (১৯৫১ ) বঘু লৈশাংথেম (১৯৫৪), বিবেন্দ্রজিৎ নাওবেম (১৯৫৯-) শগোলশেম লনচেনবা মীতৈ (১৯৬১) শবতচান্দ থিযাম (১৯৬১) অবাম্বম ওংবী মেমচৌবী (১৯৫৫-) মোইবাংথেম ববকন্য (১৯৫৭-), এল ইবেমহল দেবীনচিংবনি।

ইং ১৯৩৪ মে ৩০ দা মহাবাজ চুড়াচাঁন্দনা সভাপতি ওইবগা নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভা কৌবা হিন্দু ধর্মবু চাওখৎহন্নবা হোৎনখিবা সংস্থান অমা লিপ্সখৎখি। অসিদা ব্রহ্ম সভাগী অকনবা নীতি নিযমগী চৎনবী কযা লৈখি। চীংমী - তম্মীগী মবক্তা

শীঙচেপ থাবা নিযম কযা চৎননবা সভা অসিনা কন্না হৌবকখি। মসিদগীদি অমাঙ অশেঙগী চাওববা পল অমা লৈবকখি। ব্রাহ্মণ অমসুং বাজকুমাব (নিংথেমচা) শিংবুনা থাক ব্রাংনা থম্লগা অতৈনা হন্নবা থাক্তা লৈহনখি। মসিবু যানিংদবা পেন্দবা অমদি অশাওবা কবি কযা মতমদুদা থোবকখি। মখোযশিংদুগী শৈবেংশিংগী মনুংদা কবি হিজম ইবাবতকী শৈবেং 'স্বাধীনতাগী ঈশৈ', অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎকী শৈবেং 'ঈবৈপাক' অমসুং বাকু সুবেন্দ্রজিৎ সিংহগী 'মহাজাতি' নচিংবা শৈবেংশিং পনবা যাই।

হিজম ইবাবতকী 'স্বাধীনতাগী ঈশৈ' হাযবা শৈবেং অসিদা জাৎ বিজাৎ খাইদনা মবৈবাকপু নীংতম্বা পুবক্লবা পুন্না চঙশিল্লসি হাযবগী খোল্লাও লাওবি,

*স্বাধীনতাগী নুমিৎ থোবক্লে*

*মৈতৈ মচা নখোয কদায*

\- \- \- \-

*থব্রায থব্রায চেৎনা পুল্লসনু*

*বিভেদ মাঙ্হল্লু মক ফংনা।* [৩২]

অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ (১৯০৭ - ১৯৪৪) গী 'ঈবৈপাক' হাযবা শৈবেংদদি গৌডিযা বৈষ্ণব ধর্ম্মবু যানিংদবা ব্রাফম ফোঙদোক্লি। মতম অদুগী কল্লবা বক্ষ্ম সভাগী মাযোক্তা চৈবনি। লৈবাক নিংথৌ পাল্লিঙৈ মতমদা লৈবাক নিংথৌগী ধর্ম্মবু চৈবা খোঙগাওনবা, চৎনবিবু যানিংদবা ফোঙদোকপগা লোযননা মবৈবাক নীংদবা, মবৈবাকপু নুংশিবদি শাবা, মবৈবাকপু মীংচৎ থিহল্লিবা মৈতৈ মচাশিংদুদা পেন্দবা, শাওনিংবা উত্তুনা চৈবি,

*মৈতৈ মীংলেনদি কৌবগা মাতৃ থৌদাংদি কাউবগা*

*নাপলগী ঈঙাংনা ফিজোন্দা তৈবিবা।*

*নবক্কী লৈখোমনা লাইবক্তা থিল্লিবা ॥* [৩৩]

গৌড়িযা বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী শেঙ্লবা লৈঙাং শংবা ফিজোলবু 'নাপলগী ঈঙাংনা ফিজোন্দা তৈবা'অমসুং শ্রীগোবিন্দ অমদি বাধা-কৃষ্ণগী যুগল মূর্ত্তিগী মশক ওইববা লাইবক্কী চন্দনবু 'নবক্কী লৈখোম'গা মান্ননা লৌদুনা গৌড়িযা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী চৎনবী

সংস্কৃতিবু মৈতৈ মচাশিংগী মফমদগী লাপ্পা লৈহন্নিংবগা লোইননা মশাগী ধৰ্ম্ম, সংস্কৃতিবু ঙাকচনবগী ঈহৌ অমা কবি দবেন্দ্রজিৎনা অহানবা ওইনা মণিপুরী শৈরেংদা থূৎ থাবকখি। চূড়াচান্দ মহারাজনা পাল্লিন্ডৌ বৈষ্ণব ধৰ্মগী মাযোক্তা অইবা কযাগী ঈহৌ শাগৎলম্মী।

বা কু সুবেন্দ্রজিৎকী শৈরেংদা সমাজকী অমোৎপা, তৌশিন্নবা কযা উকবগা পেন্দবা ফোঙদোকপা মতাংদা মহাক্কী 'মহাজাতি' হাযবা শৈরেং অসিদা ইবি,

*অহংকারগী যুক্ষম'থক্তা*

*থরাই অনিনা শাজবম্বা*

*অমাং অতোংগী ফুবা*

*লুপশ্নে বিশ্বপ্রেমগী ঈপাক্তা ।* [৩৪]

অদুগা মহাক্কী 'শেংদোকপা' (ইবা মে, ১৯৪৫) হাযবা শৈরেং অসিদসু মীবমগী চৎনবী সংস্কৃতিবু পান্না লৌবিবা মৈতৈশিংবু চৈবগী মতাংদা অসুন্না হায,

*ইজাৎকী লীচৎ থাদোক্লনা*

*মীজাৎকী ফিজেৎ হোংদুনা*

*মীনাই ওইবা তম্লিবা হে মৈতৈগী শা ।* [৩৫]

মতম অদুগী নিংথৌগী শাসন মখাদা মীচম প্রজাশিংনা ধৰ্ম্ম অমসুং চৎনবীগী অরাবা শাফু কযা পীখি । অসিগুম্বা অরাবা, যানিংদবা চৎনবী অসিবু যানিংদবদগী মীযামগী মীহুৎনা শাসন তৌবা গণতন্ত্রগী ঈহৌ অমগী রাখল প্রজাশিংদা লাকখি। শোম্ববা জাতি অসি চাওখৎপগী মঙাল পুনরুবগী মতাংদা সুবেন্দ্রজিৎকী 'যুগকী কোলোই' হাযবা শৈরেং অসিদা উবা ফঙই । নিংথৌগী লৈঙাক শাসনবু পেন্দ্রদুনা মবাইবক থীববা মীচম প্রজাশিংগীদমক্তা সভ্যতাগী মঙাল পুবরুবা মহাক্কী শৈরেংদা লাওবি,

*ঈগী সিংহসন্দা ফমদুনা*

*শাগী নিংথৌ ওইবিবা ।*

*লাইবক থিববা জাতি কযাবু থাঙ্গৎ পীবরো সভ্যতাগী মথক্তা* [৩৬]

কবিনা শীজিন্নবিবা রাহে 'ঈগী সিংহাসন' অমদি 'শাগী নিংথৌ'অসিনা ফোঙদোক্লিবদি মীনুংশি খঙদবা, শা-লান পাম্বা, শাগী লীচৎ চৎপা, মীচম প্রজাশিংবু কা

হেন্না ওৎনৈবিবা অমসুং হাৎকে তুপকে হাযবদা হেক্তা ঙম্না মশক্তু সিম্বোলিক ফোর্মদা উৎননবা লাক্লে। ঈ অমসুং শা হাযবিবা ইমেজবি অসিমক মতম অদুগী মণিপুরী সমাজদা অমদি সাহিত্যদা শাথিনা তমথিবা খঙহনবা, অকি-তুজংবা পোকহন্নবা মশক অমনি। নিংথৌগী সিংহসনবু ঈ গা চাংদম্নবকই, নিংথৌগী লীচৎ শাজৎপু শাগা মান্নবা লৌবকই। মণিপুরদা বোধচন্দ্র মহারাজনা পাল্লিঙৈ (১৯৪১ - ১৯৫৫) মতমদা মণিপুরী শৈরেংদা যাম্না মতিং ফুদোক্তুনা ফোঙদোকপা ঙমখিবসি বা কু সুরেন্দ্রজিৎনা অহানবনি। সাহিত্যগী খুৎমাবা বিদ্রোহিনি। ব্রিলিযম সেক্সপিযার (১৫৬৪ - ১৬১৬) গী *ট্রেজিক প্লে মেকবেথ* (১৬০৬) তা থেঙ্নখিবদি - ঈ না মীহাৎপা লমন থুম্বা, লান অমদি কা হেন্না মীনুংশি খঙদবা থবক্কী থৌওং অদুবুনি হাযনা লৌনৈ। মতাং অসিদা ট্রেজিক হীরো অমগী চরিত্রদা শক্তম লাংলিবা মেকবেথনা অসুন্না হায,

> *It will have blood , thev sav , blood will have blood*
>
> *Stones have been known to more and trees to speak*
>
> *Augurs and understood relations have*
>
> *By magot - pies and choughs and rooks brought forth*
>
> *The Secret st man of blood*
>
> *Act-iii Scene-i*

মীওইবগী হকচাংদা 'ঈ' অসিনা কবিঙম্বদা ঈ'চ সাইত্রংগী শক্তমদা মুর্তি ওইনা শাগৎলকপা অসি কবি সুরেন্দ্রজিৎকা ব্রিলিযম সেক্সপিযরকা মন্নবা মতৌ মতু।

ইং ১৯৪৭ দদি মণিপুরদা অওনব ঈরৌ অ . . . ক। মীযামগী শাসন (গণতন্ত্র) গী ঈরৌ অমা মপ: ফানা শাগৎপগী . . . তাবে . . . গী মহয ওইনা জলাই ১ ১৯৪৭ দগীদি মণিপুর স্টেট দরবার (১৯০৭) অসি মণিপুর স্টেট কাউন্সিল হাযনা মিং ওনখ্রে। মণিপুরগী ইহান হানবা মণিপুর স্টেট লেজিসলেটিভ এসেম্বলীগী জেনেরেল ইলেক্সন চীংদনা জুলাই ২৬ অমদি তমদনা জুন ১১ অমসুং ৩০ ১৯৪৮ দা ভোৎ থাদনখি। জুলাই ২৮ দদি অম্পাক্কী অমসুং . . . ৬ . . . চীংগা মীথলগী সল লাওথোকখি। ওক্টোবর ১৮ ১৯৪৮ দা মহারাজ বোধচন্দ্রনা সভাপতি ওই . . . স্না কোনুংদা রাশক লৌবগী থৌরম পাঙথোকপগা লোযনন্না মহারাজ কুমার প্রিযব্রতবু

১৯১১ - ২০০৫) চিফ মিনিষ্টর ওইহল্লগা মিনিষ্টর ৬ অমগসু ৱাশক লৌহনখি । গণতন্ত্রগী শাসন অসিনা হেন্না ফগদ্রা খল্লম্বা প্রজাশিংগী থাজবা পুন্নমক মাঙহনবিখি। মন্ত্রীশিংগী চিনগা খুৎকা মান্নবক্তবা থৌওং অসিনা প্রজাশিংগী থম্মোযদা পেন্নদবা ৱাসুম হে ্জিল্লকখি। মণিপুরগী রাজনীতিগী তংদু লৈতাদবা মশক অসি মতম অদুগী মহা ওইবিবা কবিশিংগী থাম্মোযদসু মমি তাখি । মখোযগী শৈরেংগী মপুং ওইবা হীবমসু অসিগুম্বা পেন্দবা মওং অসিদা ওনশিল্লকখি । সমাজ অমসুং মীযামদা শৈরেংনা প্রবাইবা মওংগী পাউ ফাওহনবগী মশক ওইবকখি । মসিদা মণিপুরগী চেফোঙনা অচৌবা থৌদাং লৌদুনা মীযামদা পাক শন্না খঙহন্নবগী লম্বীদা চঙশিল্লকখি । এলাংবম নীলকান্তনা *মুক্তি* (ওগষ্ট, ১৫, ১৯৪৯) হাযবা চেফোঙদা 'মণিপুর' হাযবা শৈরেং অসি ফোঙদোক্তুনা মতম অদুগী সোসিও-পোলিটিকেল এৱাবনেস অমা শাগৎনবা হেৎনখি।

*অদুবু মণিপুরগী অতিযাদদি*

*অমকপা, যেংথিনবা থম্মোযদগী থোবকপা*

*লোযবা নাইদবা চৈনবা খোল্লাউ*

*অমুবা অবংবা প্রোপগন্দাভ*

*কংগ্রেস, সোসেযেলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজা শান্তি*

*হিংসা অহিংসা রাজসিংহাসন* [৩৮]

অদুগা অমুকসু মতম অদুগী মণিপুরগী রাজনীতিৱালাশিংগী মশক যেকপদা অসুম্না হিবি,

*কদোমদনো লম্বেলসিবু*

*চিনগা খুৎকা মান্নদবা*

*লমথুংফমগা লম্বেলগা শম্নদবা*

*ফিদম মীশক্লা লুবা* [৩৯]

মণিপুরি শৈরেংদা হৌজিক্কী মণিপুরী সমাজগী অশোযবা অৱানবশিং চুমথোক্লবা অচৌবা থৌদাং লৌবাক্লিবশিংগী মনুংদা লাইশ্রম সমরেন্দ্রসু অমনি । মাগী শৈরেংদা অপাবশিংবু নোকহন্দুনা, ফাগী তৌদুনা, কবিগুম্বদনা আইরোনিকেল ভিউদা করেম্নদুনা মশা মশাগী অশোযবা কযাদু হোঙদোকহন্নবা তাক্লি । খুদম ওইনা 'হুবানবা মচা'

হাযবা শৈবেংদা হুবানবা অচৌবশিংনা যোকখত্তুনা থম্লগা হুবানবা মচা কযানা অৱাবা নঙববু তাক্লি। লাইবক থিবা মতাংদনা মথৱাই ফাওবা থাই। মাগী শৈবেং 'মমাং লৈকাই থম্বাল শাৎলে' হাযবা অসিদনা মবুক শেংদবা ঠিকাদাবশিংগী থবক খুৎতৌ কৈথেন্দা দুকান ফল্লীবশিংনা প্রাইসলিষ্টকী চৎনবী থমদবা, ওজাগা ছাত্রগা অনীগী মবী ফৎচিল্লক্তবা উৎপা অসিনচিংবা ফোঙদোক্লি ।

বাকু ভুবনস্নাসু সমবেন্দ্রগী মতুংদা সমাজবু কবেম্নদুনা খুন্নাই অসিগী অশোযবা পুথোক্লিবা কবিনি। মাগী 'মৈ মমগেবা বুদ্ধি মমগেবা' হাযবা শৈবেংদা সবকাবগী অশোযবা লাইবিক লাইশু হৈববা নহাবোলশিংনা থবক ফঙদবদগী ঙাওচৎনবকপা জ্ঞান মাঙশিল্লকপা, বুদ্ধি মমশিল্লকপা অমসুং সবকাবগী মথোং হুক্তবা মশকশিং কবপশন্না হাববা থবক যৌবমশিং অদু পুথোক্তুনা উৎনবা লাক্লে। মহাক্কী শৈবেং 'হাযযু মণিপুব, নহাক হৌজিক কনানা কনগনি ?' হাযবা শৈবেংদনা মণিপুবগী শোকচিল্লবা মশকশিং উৎপগা লোযননা মণিপুববু পার্সোনিফাইদ কবেক্টব অমা ওইনা শাগৎতুনা (বলিগী শা অমা ওইনা লৌদুনা) হৌজিক হৌজিকমক লাইমাঙদা শ্রো শ্রো চিংথোবক্লিবা বলি তৌগদবগী ঙাইবিবা, হীঙবগী হক লৈত্রবা কনবিনবা কনাসু লৈত্রবা মীকুপ্তুদা ওইবিবা শক্তম অদু যেক্লি

*হাযযু মণিপুব*
*নহাক হৌজিক কনানা কনগনি ?*
*নেশানা পঙথবদুনা*
*জ্ঞান মাঙদুনা তাববনি নঙদি ।*
*মশানা যাদা*
*ঙকশমদা যৌবী থুবদুনা*
*নমদুনা বলি তৌনবা*
*শ্রো শ্রো লাক্লা*
*লাইমাঙদা চিংথোবক্লবা শানি নঙদি ।* [৪০]

শ্রীবীৱেনগী শৈৱেংদি সমাজবু শীঙনবনি, ধর্ম্ম - সংস্কৃতিবু যানিঙবা ফোঙদোকপা

ঈশ্বর ফাওবা শিখ্রে হাযনা লৌদুনা চৈবা ঙম্মা শাওবমবা কবিনি । মহাত্মা মীগী মমল লৈবক্তুবা মশক্তু উৎনবসু লাক্লে । মী লাক্ষ লাক্ষনা নুমিৎ খুদিংগী চৎনবিবা ইম্ফাল সহব অমদি মসিগী মোৎলবা নলাশিং অসি তক-তানান্না থম্নিংবা, ওফিসতা থবক তৌবিবা-তৌবিবীশিংগী অমোৎপা মশক (লমচৎ) অদু উৎনবা লাক্লবগা লোযননা মীওইবসি অমব নত্তে - নোংমদি শোযদনা শীগনি, মীওইবা খুদিংমক অশীবগী লমন তোল্লী হাযবদু মীপুম খুদিংদা খঙহনবা অমদি অচুম্বা পুবকপা পাম্বগী ব্রাখললোন যাওবি। 'ঐ লাইমিং লৌদে' হাযবা শৈরেংদা ধর্ম্মবু থাজবা লৈবক্তবা ঈশ্বরবু শীঙ্গনবকপা মশক অমা উবা ফঙই ।

*ঈশ্বর লৈ হাযবসি*
*খুমজিন্নবা চলাক্কী খুৎলাইনি*
*অশোনবশিংগী ,*
*ভাবনা শাবনি । ভাবনা শাবনি ।*

\- \- \- \-

*মীওইবগী তমথিববা যেক্লবনি*
*অদু ওইববদি -*
*ঈশ্বর মীওইবগী শাথিবা যেক্লবনি ।*
*ঐ লাইমিং লৌদে*
*ঐগী ধর্ম্ম লৈতে ।* [৪১]

মথক্কী খুদম অসিগী দর্শন অসি Fnendnch Wılhelm Nıetzche গী (১৮৪৪-১৯৯০) লাইবিক *The Joyfull Wısdom* দা (১৯৬০) যাওবা অঙাওবা নুপা অমগী ব্রাহৈ খবগা নকশিন্নৈ ।

*Where ıs God gone ! I mean to tell you !*
*We have kılled hım , you and I !*
*We are all hıs murderers , God ıs dead !*
*God remaıns dead !*

## *And we have killed him* [42]

মণিপুরগী ওফিসশিংদা থবক তৌবিবা-তৌবিবীশিংগী মশক উৎপদা, ৱাবী-ৱাতাই শান্নবদা হঙ্গোইবা ইকাইবা লৈবক্তবগী মশক অদু মাগী শৈবেং 'মসিবু মহৌশাদগী তৌবক্তুনে' হায়বসিদা যেক্লি,

*"অঙাং অনি শুরে হায়বদায"*

*"অং কৈগীনো ?"*

*"লুহোংবদি কুইদ্রিদাই ?"*

*"কুইদ্রি ।"*

*'থবক্তি ফনা যাংশিল্লি ।'*

*(নুপাদুনা মোমোন নোক্লা হায)*

*'অদু তাই ।'*

*(মোমোন নোকই নুপীদুসু)* [৪৩]

থাংজম ইবোপিশক্কী 'মীগী মেলা' হায়বা শৈবেংদদি মীওইবা অসি নোংম-নোংমগী মমল হন্থবকপা লৈবা-যোনবা যাবা, যেংবা যাবা, লাইফদিবীগুম্না লৌনবকপা শেৎলি-ইল্লিবা ফি-বোলগুম্না থল্লকপা, মেলাদা উৎপা যাবা পোৎ ওইনা লৌনখকপগী মশক উৎনবা হোৎনৈ । হায়বিবা মওং অসি ঙসিগী মীবোলদা থেঙ্নদ্রবসু নোংমদি শোয়দনা থেঙ্নবক্কদবা মশক অমনি শায়না লৌই । ঙসিগী নাতে চাদ্রবা ফিভম, শোয়নাইববা মী মখল কয়া লৈবিবশিং অসি পুথোক্তুনা মীযামদা উৎপা পাম্মী । মসি লৈবাক্কী অঙম্বা মন্ত্রী ফাওবদা খঙহনবা পাম্মী । অঙম্বা মন্ত্রীশিংনা দলান মথোল মথোলদি শাগৎলগা, নুঙাইবা ফুবা-দলান্দা লৈবগা থানাগী লোক-অপ্তা অমদি মোর্গতা লৈবিবা মী মখলশিং অসিবুদি উবা ঙমদ্রি । মবম অসিনা মী মখলশিং অসিগী ওইবা মেলা অমা পাংথোকপা মথৌ তাবে । লৈবাক্কী অমদি প্রজাগী সেবা তৌগনি হায়দুনা লৈবিবা অঙম্বা মন্ত্রীশিংসু শোয়নাইববা মীওইশিংগীদমক্তা মিৎযেং চঙবিবা মতম ওইবে হায়বদু কবিনা ঈঙ্গিৎ পীবনি । মতাং অসিদা কবিনা খেন্ন-খেন্নবা মীগী মশক তাক্লি,

*মী মী মী*

*অমুবা মী অঙাউবা মী,*

\- - - -

*অপৈবা মী অখোযবা মী,*

\- - - -

*মমিৎ যাওদবা মনা পান্দবা*

*মখূৎ যাওদবা মখোঙ যাওদবা*

*মী মচেৎ মী তংখাই মী মশুং,*

\- - - -

*মীগী কৈথেল মীগী মেলা*

*মন্ত্রি দলান মথোন মথোন্দা*

\- - - -

*থানাগী লোককপ্পা*

*অমসুং মোর্গতা।* [৪৪]

বাজকুমাব মধুবীবগী শৈবেং 'থাদোক্রসি ইমা' হাযবা অসিদা মব ওইনা খোঙদোক্রিবসি কবিগী পোক্কফম লমদম ওইবিবা মণিপুব অসি শান্তি লৈত্রবা লমদম অমগী মশক ওইরবে। শা ষণ ফাওবা নাপীগী মহুত্তা শাহিং-ঙাহিং চাবক্রে। হৈকোন্দা লৈকোলসু লেপকং কংলরে। পোকমিন্নবা মচিন মনাও ফাওবা কৌবব-পাণ্ডবকী মশক লৌবক্রে। তমথিববা শা কৈগী শান্নফম হাযবদু ওইবে হাযনা খোঙদোক্রি। অসিগুম্বা মতম অসিদগী অপোকপী মমাগী মফমদা পোক্কফম লমদম অসি থাদোক্তুনা হেন্না শাফগদবা মফম অমদা চংলসি হাযবি। মসি মতম অসিগী সভ্যতা অমদি যাওনা ঈচৌগী শক্তম থেংনি। ঙসিগী মীবোদনা তংদু লৈতনা লৈবা ঙম্লুবগী অচৌবা মুৎনা শমান। মসিদা কবিনা অসুম্না হায -

*থাদোক্রসি ইমা পোক্কফম লমদমসে ঙসিদি*

*তুংলবে চেল্লবে ফোং ফোং শাববা ঙাঙ্লবা ঈনা*

\- - - - - -

*চবি তংলবা হুই অদুগা চাবক থরুত্রুন্বা লংজা*

*কযা কযাগী উৎসব ওইবে*

\- - - - - -

*তমথিববা শা-কৈ কযাগী ওযবনি শান্নফম*

*শাহিং ঙাহিংগী অপুম অশাত্না থল্লবনি ।* [৪৫]

ঙসিগী মীরোলনা নুংশিজখবা পোক্লফম লমদম ফাওবদা লৈনিংলক্লবা, থাদোক্লনা চৎনিংবগী অপান্বা লৈবকপা, হীঙবগী মমল খোঙ্গাওনবকপা, ঙাকপি শেনবিনবা লৈবক্তবা, ঙসি, হৌজিক কবি থোক্কনি হাযবা তম্বা ঙন্নবক্তবা যান্না শাথিবকপা পুন্সি মহীং অমগী মশক অদু উৎলি ।

শবতচান্দ থিযামগী শৈবেং 'যুম লিংদবশিংগী যুম' হাযবা অসিদি - মীওইবগী অবোযবা খোঙফম ওইবিবা, শিববা মতুংগী সংস্কাব তৌনবা থল্লীবা পোৎলোইফম মোঙফম অসিবু সিম্বোলিক আর্ট ফোর্ম অমদা মূর্ত্তি ওইনা শাগৎপনি । মাযাগী ঈপাক্তা লুপলিবা মীওইবা অমক্তনা শিনিংদে । অদুবু মণিপুবগী তম্পাক লমদমদদি অশিবগী পোৎলোইফম মোঙফম অসি শেল যান্না চঙ্না ফজনা শেম শাদুনা থম্বীবি । লৈকাই খুদিংগী খুল খুদিংগী লেম্পা লৈতনা শাগৎনবক্লি । মৈতৈগী থাজনবীদা মোঙফম্বু তোযনা যামখৎলক্লবা, মশীং হেনগৎলক্লবদি মী শিবগী চাংসু হেনগৎলক্কনি হাযবদো নীঙশিংহল্লী । মসিমক্তি মণিপুব মীযামগী লাইবক থিবনি । মমৈখঙদদি মীওইবগী লৈফম ফাওবা লৈবক্তবা যাবগী অমদি মোঙফমত্না থল্লবা লৈবাক অমা ওনখিবা যাবগী অকীবা ফোঙদোকপগা লোযননা ঐখোয ইশা ফাওবা পামদ-পামনা মোঙফম অসিদা ঐখোযগী শক্তম ঙাকপা ঙমদদুনা চঙলগদ্রা হাযবগী নুংহিক্লবা পাউজেল পীবি,

*নোংমা কাংদনা*

*শাগৎলক্লিবা যুম*

*কযাদি যামম্লে ।*

*কনানবু লৈনিংলমগদগে*

*যুমশিংসিদা*

- - -

*কবম্না শকনি ঐখোযদি*

*নুশিববা ইবৈবাক্কী ঈশৈ*

*যুমলিংদবাশিংগী যুমসিদা*[৪৬]

বিধেন্দ্রজিৎ নাওবেমগী শৈবেংদদি লালহৌবগা মরী লৈনবা নীংতম্বগী ঈহৈদা খোঙ্গ থাওজিল্লকইবা শহাবোল্শিংগী নীং তম্নীংবগী ঈখো শাংবা মশক্তু উৎলি। শক্তিন্দু খুত্তা পাযদুনা শিজিন্নদুনা মওংদা নীং-খা তম্না শীজিন্নবিবা চুডাম্বাবগী লীচৎ চৎপা নোংমৈ পাইবশিং খুদদা নোংমৈন, লুযনগনু অচুম-অবানগী মতুং ইন্না, মবানগী মতিক চাদ চৈবাক পীযু হাযবা শীং টীং। মসিগা লোযননা শিবগী চৈবাক পীবগী মহুত্তা অতোপ্পা চৈবাক অমা পীবিদুনা ডাকপীবা কনবিবা মবান চুমথোকচনবগী মতম পীবিগদবনি হাযবগী ৱাফমসু থম্লী। মসিবু নোংমৈনা ৱাযেন্দুনা শিবগী চৈবাক পীবা তাববদি, ঙসি ঐখোযগী খুন্নাইদা নোংমা নোংমগী লৈখা তাবকপগা লোযননা খণ্ডহৌদনা মুৎখিবা যাবগী ওইথোকপা লৈ। মবমদি লানখিদবা শোযখিদবা মী লৈতে। মিৎযেং খবা অসি কবিগী 'ঐ নীংতম্বা পাম্বী' অমদি 'ৱার্নিং' হাযবা শৈবেংসিদা মযেক শেংনা ফোঙদোক্লি,

*নীংতম্না লৈর্নিংঙি*

*নীংতম্না চৎনিংঙি*

- - - -

*শিবসু শিনিংঙি নীংতম্না*

- - - -

*ঐ নীংতম্বা পাম্বী*

*ঐ নীংতমগনি।*[৪৭]

অমুকসু কবিনা হাযবি -

*নোংমৈনা ৱাযেনগনু*

*নোংমৈ পাযবশিং*

*নোংমৈ পাযদবশিংগী মথক্তা ।*

- - - -

*মীহাৎপতনা যাওল নমথগদবা নৎতে*

*নৎতে মী হাৎপনা যাওল মায পাক্কদবসু*

- - - -

*খুদক্তা লেপকদবনি*

*নোংমৈ রাযেন চৈবাক*

*শক্তিগী লৈজ্রাক পথাপ ।* [৪৮]

মণিপুরী শৈবেংগী চেম্ববক্লিবা ঈচেল অসিদা মক ওইনা আসামগী কবি কযানসু থৌদাং যাবি । কবিশিং অসিনা মণিপুরী শৈবেংগী বোমান্তিক পবম্পবা অমগী ঈচেলবু নৌহৌননা শাগৎলি । কবি চাওবা, কমল অমসুং মীনকেতনর্নচিংবগী শৈবেংগী ঈচেলবু মখোঙ শোল্লি ।

কবি খৈকদ্দিন চৌধুবীদি নুংশিবগী, কল্পনাগী অমদি মহৌশা খুৎশেমগী ফজবদা ঙাওজবা কবিনি । মসিমক্তা বোমান্তিক কবি অমা ওইবগী নুংশিবগী মমি তাই । মহাক্কী 'রাংমা রাংমা' হাযবা শৈবেং অসিদা কবিগী কল্পনাগী শক্তিনা নুংশিবগী পম্বুং মপুং ফাহৌদ্রবা অমদি নীংজবা থুংহৌদ্রবা মশক, কাযনবনা পোলোযগী পম্বুং ওইববস ঙাইজবগী নুংঙাইবা Longings in infinity অমদা কবিগী পুন্সিনা পোল্লোই তল্লীবা মপোক্লি । মতম অমগী চান্নবী অদুগা ঙসিনা কবিগী পুন্সি সন্ধ্যা মতমগী কাযনখ্রবী মাগী মফমদা থম্মোযগী অনীঙ্গবদু ফোঙদোকপা অসিনা অবোইবা মপাং ওইবি । কবিনা সোলিলোকি (Dramatic monologue) কী মওংদা মাগী কাযনখ্রবী চান্নবীগী মফমদা পাওদল্লী,

*নঙ ঐগী পুন্সিসে তেনখ্রবা রাবীনি ।*

- - - -

*নঙনা ঐগী পামজবনি ঐগী খৌবাংবনি*

*ব্রাংমা ব্রাংমদা তোর্বান্দা লেপ্লগা ,*

*উনবগী খৌবাংবা উৎপনা ঐখোযগী পুন্সিনি ,*

\- - - -

*পুন্সিগী অবোযবা মিকুপ তাল্লিদো ।*

*নংনা ঐগী পাম্মজবনি, নংনা ঐগী খৌবাংবনি*

*ব্রাংমা ব্রাংমদা ঙাইজবা ঐখোযগী অপেনবনি ।* [৪২]

কবি শৌগাইজম ব্রজেশ্বব '১৯৩৫-২০০৯) দি মণিপুবী সাহিত্যগী শৈবেংগী লমদাংদা পোথাদুনা খক লৈথোকখিদ । কবি অসিগী শৈবেং অযাম্বদা মোদর্নিতিগী ঈচেল অমা পুশিল্লকুবা লাক্লে । মাগী মপুং ওইবা শৈবেংগী মিৎযেংদি লাইনিং অমসুং বাজনীতি অনীগী মান্নব। অমদি খেন্নবা ইতিহাসকা পৌবানীক্কী ব্রাবীগা যানশিন্নবা ৯শক, মতম অসিগী নাক-৻যৎকী চৎনবি উৎপা অমসুং ঈশ্ববগী মীংদা থাজবা মাঙহনবগী মশক অসিনি । *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনমগী* (১৯৮৭) শৈবেং লাইবিক্তা যাওবা 'কনানা হায' হাযবা শৈবেংদা মপুং ফানা ফোঙদোকই

*কনানা হায ? বাথে*

*নংবু কুলধম থাদোকউ হাযনা*

*কুলধর্মসু ঙাকনা ঙাকনা*

*কৃষ্ণবুসু নিংঙু ।*

*অসিনা গণতন্ত্রগী নীতিনি ।*

*নত্রবদি*

*হল্লো নং ত্রেতা যুগতা ।* [৪৩]

কবি আব্দুল সহীদ চৌধুবীদি লীবিকেল পোইত্রিদা থাজবা বোমান্তিক পবম্পবা অমদা শৈবেংগী লম্বী থিবিবা নুংশিবগী পুজাবী অমনি । মাগী *সনা মচুগী অযুক* হাযবা কাব্য অসিদা মপুং ওইনা ফোঙদোক্লিবা অসিদি মপাল নাইদ্রবা আত্মাগী অপাম্বা অমবু থিবকপনি । পম্মুংফম লৈত্রবা মঙলানগী সংসাব অমবু ঈথৌ লাঙ্জবনি। মসিনা কাব্য অসিদা ঈশৈ ওইনা কবিনা শক্লি,

*হৌখ্রে পুংজা কযা কেমখ্রে মঙ্গলান কযা*

*যুববা পাত্র অসি পুদুনা*

*কোক্লবোয অমুক লৈকংলাগী ঈথৌ লাংবদি*

*মুৎত্রবা মৈচাক্লি পেন্দ্রবা আশানি*

*ফোংডমদ্রবা নুংশিবনি লোযনাইদ্রবা খোংচৎনি ।* [৫১]

মণিপুবী শৈবেংগী ঈচেলদা কবিযেত্রিশিং কযানসু খুৎ থাবি । মখোযশিংদুগী মবক্তা পনবা যাবী খবদি - মেমচৌবী, শান্তিবালা, ববকন্যা ইবেমহল অসিনচিংবনি । মখোযগী শৈবেংশিংদা ফেমিনিজমগী ঈহৌ অমা শাগৎনবা লাক্লে । নুপানা খুৎলীংবা মণিপুবী সমাজ অসিদা নুপীগী তোঙানবা মফম অমা থিবি । নুপীগী মমল হম্বনা লৌবা, নুপীবু হম্বনা যেংবা অসিগী মাযোক্তা যানীংদবা ফোঙদোকপগ' লোযননা নুপা-নুপী হক মান্নে হাযবগী দাবী তৌবি । মিৎযেং অসিদা কবি মেমচৌবীগী 'নোঙ্গৌবী' অমসুং অন্দ্রোগী মৈ', শান্তিবালাগী 'অমুবা মীৎখুমফি' অমসুং ইবেমহলগী 'নোংথাঙগী ইন্নফি' অসিনচিংবা পনবা যাই । অদুবু ববকন্যাগী 'ফেমিনিজম' হাযবা শৈবেং অসিদদি কবিযেত্রিশিং অসিগী মিৎযেংদগী থাযাইননা চৎপগী মওং উবা ফঙই । মদুদি - মণিপুবী সমাজদা মখোয মখোযগী ইমুং মনুংগী মথক থোংবা নুপীশিংনা মখা থাবশিংদা নুপীশিংবু যোকখৎপা পাম্বা উৎলবসু মপাম্লোংদদি মমি তাদে হাযবদো মযেক শেঙ্গা উৎনবা লাক্লে,

*মচানুপা পোকপা মমা থুদিংমক্তা হায*

*'নুপাদি তবাগী মপুনি'*

*যুম্বুবীশিংনা শাগৎলি মখোযগী ফেমিনিজম*

*মখোয মখোযগী মখা থাবশিংগী মথক্তা ।* [৫২]

মণিপুবী সাহিত্যদা শৈবেংগী ঈচেলদি লেম্পা লৈত্রি । শৈবেংদা মপুম ওইনা খুৎ থাবিবা অইবা - অইবীশিং কযাসু মখা তানা থোবক্লি । মণিপুবী সাহিত্যদা থাইদগী মহয চূম্না মবাং কাইবদি শৈবেংগী কলানা ওইবি । যোদ্ধচন্দ্র সনসম মোইবাংথেম বাজেন্দ্র বাজমণি নোংথোনবা, যুগেশ্বব ব্রাইখ্যা, যেংখোম বিহাবী লাইতোঞ্জম নীলমণি,

লাইবেনলাকপম শ্রুতি কুমাব, যেংখোম ইন্দিবা, শঞ্জেনবম ভানুমতি, খ্বাইবাকপম আনন্দিনী, চিংঙাখম সত্যজিৎ, গোপেশ্বব ঔগ্রীথেনবা, নিংঙোম্বম সত্যবতী, ঘৌদাম নেত্রজিৎ, ইমোজিৎ নিংঙোম্বা অমসুং বীবমঙ্গল মোইবাংথেম অসিনচিংবা কযা মথং মথং থোবক্লি ।

*****

## Bibliography -

[1]Jhalajit Singh, R K , 1992, *A Short History of Manipur*, 2nd edn Rewritten and Enlarged, J M Printing Works, Imphal, p 288-289

[2]Jhalajit Singh , R K , 1965, *A Short History of Manipur*, O K Store, Imphal, p 252

[3]Dun, E W , 1981 ' Education', *Gazatteer of Manipur*, rpt ,Vivek Publishing Company, Delhi-110007, p 26

[4]Statue of Johnstone, Johnstone Higher Secondary School Campus, Imphal

[5]Jhalajit Singh, R K , 1975, *MANIPUR*, Sahitya Akademi, New Delhi, p 14

[6]Hodson, T C , 1975, *The Meitheis*, rpt Neeraj Publishing House, Delhi, p 2

[7]মীনকেতন সিংহ অশাংবম ১৯৮৩ *পুনশিগী শক্তম* ( লাবোল অনী ) মেসার্স আব বি প্রিন্টিং হাউস ইম্ফাল লা ৮৯ ।

ইবুংঙোহল সিংহ লাইরেনমযুম অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সমপা ) ১৯৮৯ *চৈথারোল কুম্বাবা,* অনীশুবা ফোঙবা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল লা ৫০২/৫০৩ ।

[9] Bimal, J Dev, and Dilip, K Lahiri, 1987, *Manipur Culture and Politics*, Mittall Publications, New Delhi, p 37

[10] Ibungohal Singh, Lairenmayum, 1963, *An Introduction to Manipur*, 2nd edn , Friends' Union Press, Imphal, p 39

[11] ইবুংঙোহল সিংহ লাইরেনমযুম অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (সম্পা ), ১৯৮৯, *চৈথারোল কুম্বাবা* অনীশুবা ফোঙবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল লা ৫১৭।

[12] শরতচন্দ্র লোঙ জোম্ব, ২০০৮, *ইবাবতকী শৈরেংদা নীংতম ঈহৌ*

পম্মুং কম্পিউটবাইজ প্রিনটর্স, কৈশামথোং, ইম্ফাল, লা ৩ ।

[১৩] মাঙোলজাও সিংহ, থোকচোম, ১৯৬৭, *মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা* (ভোল ১) ভাগ্যবতী কার্যালয, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স, ইম্ফাল, লা ২০ ।

[১৪] ইবিদ ————, লা ২০ ।

[15] Sen Gupta, Sarkar, 1970, *A Study of Women of Bengal*, Indian Publications, Calcutta, p 253

[১৬] লালমণি সিংহ, অবাম্বম , (সমপা), ১৯৪৬, সম্পাদকী ৱাবোল, মণিপুরদা ইংবার্ড ভাষা চংবা *ভাগ্যবতী পত্রিকা* অহানবা চহী, ৩০ শুবা মশিং জুন ২১, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স ইম্ফাল, লা ৯-১০।

[১৭] কমল সিংহ, এল ১৯৪৮, মৈতৈ চনু *লৈ পবেং* অনীশুবা নম্বা স্টেট প্রেস ইম্ফাল লা: ১ ।

[১৮] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম, ১৯৩০, 'নীংখাঈবে (ঈশিৎপা নিপা অমগী অবাবা দশা)', *যাকাইবোল*, ১ বা চহী, ১ বা মশিং, ওক্টোবব সম্পাদক ডা নিংথৌজম লৈবেন সিংহ, নূতন বাজাব, ইম্ফাল লা: ২৩১ ।

[১৯] ইবিদ———————— লা: ২৩১-৩২ ।

[২০] চাওবা সিংহ খ্বাইবাকপম , ১৯৫৬ , 'মৈতৈ কবি', *থাইনগী লৈবাং*, অহুমশুবা নম্বা ডি গোভর্নমেন্ট প্রেস, ইম্ফাল লা ৭ ।

[২১] ইবিদ——————, লা ৯ ।

[২২] ফুলো, নাওবিষা, ১৯৮১, *তেংবানবা অমসুং লাইনিংথৌ লাইবাও* ফ্রেণ্ডস ইণ্ড-স্ট্রিয়েল প্রেস, ইম্ফাল, লা ১ ।

[২৩] শ্রীবীবেন, নোংথোম্বম, ১৯৯৭, কবি মীনকেতনগী শৈবেং, *মীনকেতন নৈনবা ৱাবেং*, সম্পাদক, পোলেম নবচন্দ্র, নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, লা ২ ।

[২৪] ইবিদ——————, লা ১ ।

[২৫] তোম্বী সিংহ, ১৯৪৭, যাকাইরোল, *বসন্ত শৈবেং*, ষ্টেট প্রেস, ইম্ফাল, লা ৩ ।

[২৬] ইবিদ,——————, লা ৩/৪ ।

[২৭] ময়ূবধ্বজ সিংহ, চিংঙাখম , ১৯৪৯, পোক্লফম লমদম, *শৈবেং অনৌবা*, অহুমশুবা নম্বা, তরুণ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল, লা ৪০।

[২৮] নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ, হবাইবম , ১৯৬৭, পুন্সি হিদোম, শৈরেং অখনবা, সম্পাদক, অশাংবম মীনকেতন সিংহ, দ কলচরেল ফোবম, মণিপুব, ইম্ফাল, লা ৪৪। (কৈশাম কুঞ্জবিহাবীনা সম্পাদক ওইবা থাখাইগী চেফোঙ ঙসি, ১৯৪৬, ১বা চহী, ২০/২১ শুবা মশিং, মার্চ ১৬, দদি নবদ্বীপচন্দ্রগী শৈরেং' হাযনা মিং থোল্লি)।

[২৯] অঙাংহল সিংহ, হিজম, ১৯৫০, মৈতে বং, হিজম অঙাংহলগী শৈরেং খবা, অনীশুবা শকক, খোমজিনবা, হিজম বোমণি সিংহ, ফ্রেণ্ডস ইউনিযন প্রেস, ইম্ফাল, লা ২১।

[৩০] বোধচন্দ্র সিংহ , মহাবাজ কুমাব, হে মীওইবা, শিজেল নাচোম, ডি গের্ভমেন্ট প্রেস, ইম্ফাল ১৯৩৭ লা ১।

[৩১] পাবিজাৎ সিংহ, পুখ্রম্বম, ১৯৪৯ নডাইবগী মনুংদা অবাবা (বীববাহু তুবা) মৈতে সাহিত্য অহমশুবা নম্বা, ফেব্রুবাবী, ষ্টেট প্রেছ, ইম্ফাল, লা ৬৩/৬৪।

[৩২] ইবাবত সিংহ, হিজম , ১৯৪৬, স্বাধীনতাগী ঈশৈ, ঙসি, ১ বা চহী, ৫ শুবা মশীং জুন ৩০ সম্পাদক কৈশাম কুঞ্জবিহাবী সিংহ , চিত্রাঙ্গদা প্রেস, ইম্ফাল, লা ৪ ।

[৩৩] দরেন্দ্রজিৎ সিংহ, অবাম্বম, ১৯৩৭, ঈবৈপাক, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ পত্রিকা ১ বা চহি, ১ বা মশিং, নবেম্বব, সম্পাদক, থোকচোম মধু সিংহ বিএ, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ ইম্ফাল, লা ১২।

[৩৪] সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ, রা কু, ১৯৪৭, মহাজাতি, শাংনিংবী, চুডাচাঁদ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল লা ২৭।

[৩৫] ইবিদ ————————, লা ৩৬ ।

[৩৬] ইবিদ ————————, লা ৫০ ।

[37] Benerjee, S K , ed 1980, *Shakespeare's Macbeth*, Lakshmi Narain Agarwal, Agra-3, p 190

[৩৮] নীলকান্ত সিংহ, এলাংবম, ১৯৪৯, মণিপুব (বথ যাত্রা নুমিৎকী নুংথিলদা) মুক্তি ১ ব' চহী অহমশুবা মশিং ওগষ্ট ১৫ সম্পাদক, বা কু ঝলজিৎ সিংহ কংগ্রেসাইট ষ্টডি সার্কল, ইম্ফাল লা: ১৯০।

[৩৯] ইবিদ ————————, লা ১৯১ ।

[৪০] ভুবনসন্না, বা কু. ২০০২, হায়যু মণিপুব, নহাক হৌজিক কনানা কনগনি ?, *অশংবা উনাগী মমি*, বাইর্টস ফোবম, ইম্ফাল, লা: ৫৭ ।

[৪১] শ্রীবীরেন নোংথোম্বম, ২০০৯, ঐ লামিং লৌদে , *তোল্লবা শাদুগী রাখল*, অনীশুবা ফোঙবা, এনআব , পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, লা ১৯/২০।

[42] Common, Thomas, (Tr ), 1960, *The Joyfull Wisdom* (Book- III, Sec-125), Macmillan Publications, New York, pp 167/168

[৪৩] শ্রীবীবেন, নোংথোম্বম, ২০০৯, মসিবু মহৌশাদগী তৌবক্রুনে, *তোল্লবা শাদুগী রাখল*, এনআব , পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, অনীশুবা ফোঙবা লা. ৬৬।

[৪৪] ইবোপিশক সিংহ থাংজম, ২০০৩, মীগী মেলা, *মীগী মনম* বাইর্টস ফোবম, ইম্ফাল লা ৬০।

[৪৫] মধুবীব সিংহ, আব কে, ১৯৯১, থাদোক্লসি ইমা, *প্রলযগী মৈবিলক্তগী,* বাইর্টস ফোবম, ইম্ফাল লা ৮৮-৮৯।

[৪৬] শবতচান্দ, থিযাম, ২০০১, *যুমলিংদবশিংগী যুম* পোরুফম পব্লিকেসনস, ইম্ফাল, লা ৭৫।

[৪৭] বীবেন্দ্রজিৎ, নাওবেম, ২০০০, ঐ নীংতম্বা পাম্মী *লাম্মেংনবিবা লান্মী*, বাইর্টস ফোবম, ইম্ফাল লা ৬১-৬২।

[৪৮] Ibid ————————, ব্লার্নিং, লা ৬৩-৬৪।

[৪৯] খৈরুদ্দিন, চৌধুবী, ১৯৭৪, বাংমা বাংমদা, *শবনমগী মবীক অনীদং* ঠাকুব প্রেস, শিলচব, লা ৬-৭।

[৫০] ব্রজেশ্বব সিংহ, সৌগাইজম, ১৯৮৭, কনানা হায, *ইতিহাসকী তিনশিল্লবা মনম*, সৌগাইজম ব্রাদার্স, বড়খলা, কাছাড়, লা ২৫।

[৫১] আব্দুল সহীদ, চৌধুবী, ১৯৯২, *সনা মচুগী অযুক*, খৃষ্টাইন লিটেরেবী প্রেস, শিলচব, লা ১৩ ।

[৫২] ববকণ্য, ২০০৮, ফেমিনিজম, *যেন্নিংথা নংনা খোঙদোই হুল্লকপসিদা* হিদংমযুম দাইমন্দ শর্মা, ইম্ফাল, লা ১২৪ ।

*****

# কবি চাওবা : পুন্সি অমসুং থবক

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যনা মীংকপ থোক্লিন্ডে মতমদা বাংলা অমসুং সংস্কৃত সাহিত্যনা মণিপুরদা মপাল ফনা শন্দোকস্লম্মী । অসিগুম্বা মতম অসিদা মমালোনবু নুংশিজবা সাহিত্য প্রেমী কযা থোবকখি । মথোয পুন্নমক্না লীঙ্জেল মান্নবগী লীপুন্না অমত্তা ওইবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নবক্তুনা লাইববরী মণিপুরী সাহিত্যবু অমুক নৌহৌননা মিংকপ থোকহননবা হোৎনবকখি। নোংচুপলোমগী শিক্ষা ফঙলবা অমসুং মপাল লমগী সাহিত্যগী প্রভাব কযাগী মমি তাববা মতুংদা মণিপুরী সাহিত্যগী অরাংপা মেনশিননবা থৌদাঙ লৌনরকখি । উপন্যাস, ড্রামা অমসুং শৈরেংদা - ডা কমল সিংহ (১৯০০-১৯৩৪), সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ, উপন্যাসতা - শনজেনবম নদিযাচান্দ সিংহ (১৮৯৬-১৯৭৬), ড্রামাদা - শোরোকখাইবম ললিৎ সিংহ (১৮৯৩-১৯৫৫) অমসুং লাইরেনমযুম ইবুঙোহল সিংহ (১৮৯৫-১৯৬৬), শৈরেংদা - চিংঙাখম মযুরধ্বজ সিংহ (১৮৮৮-১৯৮৩), হিজম ইরাবত সিংহ (১৮৯৬-১৯৫১) অমসুং অশাংবম মীনকেতন সিংহ (১৯০৬-১৯৯৫), রচনা, ড্রামা, উপন্যাস অমসুং মহাকাব্যদা - হিজম অঙাংহল সিংহ (১৮৯২-১৯৮৩) ড্রামা অমদি মহাকাব্যদা - অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯০৭-১৯৪৪) অমসুং শৈরেং অমসুং রারেং ইবা অমা ওইনা পুখ্রম্বম পাবিজাৎ সিংহ (১৮৭২-১৯৪২), খণ্ডকাব্য অমদি অনুবাদতা - হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ (১৮৯৭-১৯৪৬) অমসুং অনুবাদতা কোইরেং সিংহনচিংবনি । মসিগী মথক্তা রারেং ইবা অমা ওইনা রাহেংবম যুমজাও সিংহ (১৮৮৪-১৯৫৩) অমসুং অযাম কমল সিংহ (১৯০৫-১৯৭৬), রাবীমচা, শৈরেং, উপন্যাস অমসুং অনুবাদতা - বা কু শীতলজিৎ সিংহ (১৯১৩-২০০৮) নচিংবা লৈবি । মখোযশিং অসিগী মবক্তা থোইদোক্না অচৌবা থৌদাং যাবম্বা সাহিত্যকাবদি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহ (১৮৯৬-১৯৫০) নি । মহাক্কী থুংইদা রচনা, উপন্যাস, শৈরেং, নাটক ভক্তিগী ঈশৈ অমদি ইংলিশ ট্রান্সলেসন এণ্ড কমপোজিসননচিংবা ইবম্মী ।

## ক) কবি চাওবনা মহৈ তম্লিঙৈগী পুন্সি :

খুাইবাকপম চাওবা সিংহ ইং ১৮৯৬ কী জানুৱারী থাগী তাং ২৩ ফাইবেল থাগী ৭ নি পানবা, শগোলশেন নুমিত্তা পোকখি। মহাক ইম্ফালগী উবিপোক শোর্ব্বোন থিঙেন লৈকাইদা পোকখি। মহাক্কী অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মীংদি মুক্তা সিংহ (কেশব সিংহ) অমসুং থাবল লৈমা দেবী কৌই। চাওবগী মচে অমা মযাম্বা তককী মনুংদা মযাম্বা তকক্তি অঙাং ওইবিঙৈদা লাযনা অচৌবা হাযবা লাইচৎ অমনা খুদুম চনখিদুনা লৈখিদ্রে। মবম অসিনা হীঙহৌবিবা মচে অমসুং মহাকপু ইবেচাউবী অমসুং ইবোচাউবা হাযনা কৌখি,

> *মযাম্বা ৬ শিঙ্খবা মতুংদা মচে ইবেম্মা অসিগা চাউবগদমক হিংহৌই। অদুনা মচে অমসুং চাউবগী মিংসি মমা মপা অনিনা যাম্না মুন্না অমদি চেকশিন্না খল্লগা ইবেচাউবী অমসুং ইবোচাউবা হাযনা যাম্না নুংশিনা থোনখি।* [১]

লৈকাইগী মীশিংনা ইবোচাউবা হাযনা কৌবগী মহুত্তা চাওবা হাযনা শমজিনদুনা কৌনখি। চাওবগী অতোম্পা মীং শ্রীলীলানন্দ সিংহ কৌই অমসুং মহাক মশামক তবেৎশুবা মচানি হাযবদু মহাক্কী জন্ম পত্রিকাদা মযেক শেঙনা তাক্লি।

কবি চাওবগী অপোকপা শ্রীমুক্তা সিংহ্ মহাক্কী অতোম্পা মীং অমনা শ্রীকেশব সিংহ, মৈতৈগী নট পালাগী শীনফমদা লৈজবা অমসুং গৌড় ধর্ম্মবু পুক্কিং চেংনা থাজজবা মীওইনি । হায়রিবা শীনফম অসি মতম অদুদদি মৈতৈ সমাজদা যাম্না পাম্নবা অমসুং লেম্নফমগী মশক অমা ওইরম্মী । শ্রীচাওবনা অঙাং ওইবিঙেদা অপোকপা লৈখিদ্রে। অপোকপা মপাগা কায়নগ্ৰবদা অপোকপীনা চাওববু কবিদা শোইখিদগে হায়দুনা লেম্নজখি।

শ্রীচাওবনা থাংমৈবন্দ নিম্ন প্রাইমারী স্কুল (১৮৯৬)দা লাইরিক তমদ্রিঙেদা সংস্কৃত বিদ্যা তমখি । রাফম অসিবু শৌগৎলদুনা বা কু কলজিৎনা মতাং অমদা অসুম্না হায়,

*According to the wishes of his mother, Chaoba first studied Sanskrit But the time were changing fast Western education was joining ground rapidly He switched over to western education and attended Thangmeiband pathshala - a lower primary school run by the Manipur Administration* [3]

থাংমৈবন্দ নিম্ন প্রাইমারী স্কুলদা চাওবনা ক্লাস টু ফাওবা তমখি । মসিদসু সবকাবনা লাইরিক ফবা মহৈরোয়শিংদা পীবা বৃত্তি অদু শ্রীচাওবসু ফঙখি । স্কুল অসিদগী ক্লাস টু তম্বা লোয়বগা জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস থ্রি দা মীং চনখি । মতম অদুদা জোনষ্টোন স্কুল অসিদা তমগদবা মহৈরোয়শিং অদু ফার্ষ্ট দিভিজনদা পাস তৌবকপা মীওই নিফুদং মীং চনবা যাবম্মী । মসিগী মনুংদা শ্রীচাওবসু অমা ওইবনা মীং চনবা ফঙখি ।

*After passing the lower primary examination he was admitted to Johnstone Middle English*

## *School in class iii (three) in 1910* [৪]

শ্রী বা কু ঝলজিৎ সিংহগী ৱাফম অসিবু অমুক শৌগৎলদুনা থোকচোম প্রফুল্লোনা (১৯৪৮-) অসুম্না হায,

*থাংমৈবন্দ পাঠশালা (এল পি) স্কুলদগী লৱাব প্রাইমাবী পবীক্ষা পাশ তৌবৱ মতুংদা খৃ ১৯১০ দা জোনষ্টোন মিদল স্কুলদা ক্লাস থ্রীদা তমখি ।* [৫]

মতাং অসিদা নীংশিংবা যাবা ৱাফম অমনা কৈশাম মাধুবীনা চাওববু থাংমৈবন্দ স্কুলদা ক্লাস ফোব ফাওবা তম্লগা ক্লাস ফাইভতগী নাইন ফাওবা জোনষ্টোন স্কুলদা তমখি হাযনা ফোঙদোক্লম্মী,

*চাউবা থাংমৈবন্দ স্কুলদা ক্লাস ফোব ফাওবা তমলম্লগা ক্লাস ফাইভতগী নাইন ফাওবা জোনষ্টোন স্কুলদা তম'থ ।* [৬]

মতমদুগী চৎনবিদা ক্লাস টু পাস তৌববা মতুংদা মিদল স্কুলগী থাক্তা ক্লাস থ্রিদা মিং চনবগী চৎনবি লৈখি । স্কুল অসিদা ক্লাস থ্রিদগী নাইন ফাওবা তমখি হাযবগী মতাংদসু চযেৎনবা অমা থোবকখি। শ্রী বা কু ঝলজিৎ সিংহনা শ্রী চাওবা সিংহ অসি ক্লাস এইট ফাওবা জোনষ্টোন স্কুলদা তমখি অদুগা ক্লাস নাইন তম্নবগীদমক মণিপুবগী মপালদা চত্তুনা লাইবিক তম্লম্মী হায,

*চাউবগী মতমগী জোনষ্টোন স্কুল অসি এম ই স্কুলনি । অদুম্নদি ওইবগা খৃ ১৯০৬ তা ক্লাস সেভেন অমদি এইট হাপচিনখি । মতম অদুদা মণিপুবদা লাইবিক তম্নদা ক্লাস এইটতগী হেন্না তম্নিংঙ্গাই লৈবমদে । ক্লাস এইট পাস তৌবগা মতিক চাবা ছাত্র খবদা মণিপুব এডমিনিষ্ট্রেসন্না বৃত্তি পীদুনা মণিপুবগী ৱাংমদা লাইবিক মখা তম্নবা থাবম্মী ।* [৭]

শ্রীহিদংমযুম দ্বিজমণি দেব শর্ম্মনদি (১৯০২-২০০০) শ্রী চাওবা সিংহ অসি জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস নাইন তম্বা উৱৌই হাযনা ফোঙদোক্লি,

*ঐনা মাবু তশেংনা মশক খঙবা হৌবসি জোনষ্টোন স্কুলদনি ।*

*ঐনা জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস ফাইভ তম্বা মতমদা কবি চাউবনা ক্লাস নাইনদা তম্মী । মখাগী ক্লাসকী ছাত্রশিংনা মথক্তা তম্বা ছাত্রশিংবু মশক খঙবা হায়বসি মহৌশানি । অসুম্না মহাকপু মশক খঙবা হৌখি । ঐঙোম্দগী মহাক্না চহী ৬ বোম হল্লখা যাই। মহাক মবুক তম্পা, অফবা ছাত্র অমনি । অযাম্বা মতমদা পরীক্ষাদা মকোক - মথং তাই । জোনষ্টোন স্কুলদা ক্লাস নাইন পাস তৌবগা মতুংদা শিলংদা চত্নুনা ক্লাস টেন (মেত্রিকুলেশন) থাই ।*[৮]

অথং-অহৈশিংগী রাফম অসিদা হেন্না নকশিন্নবা হায়বগদি মিংনা উহৌবা হায়বসিনা মবীক চুমগনি ।

অসুম্না জোনষ্টোন স্কুলদগী ক্লাস নাইন পাস তৌববা মতুংদা ক্লাস টেন তম্নবগী মহৈশঙ মণিপুবদা লৈতবনা শিলং গোর্ভনমেন্ট হায় স্কুলদা লাইবিক মখা তমথখি। মসিদসু মণিপুবগী এডমিনিষ্ট্রেসননা থা থাগী ওইনা লুপা ১৭/- পীদুনা লাইবিক তম্নগী মতেং পাঙখি । মসিগী মতাংদা মণিপুব ষ্টেট দববাবগী বিজোলুসন্দা অসুম্না ইবি,

*Sanctioned Scholarship of Rs 17/- per month from first february 1917 for one year and two months tenable at the Shillong High School for 1 Arambam Ibungohal Singh, 2 Saogaijam Nandakishore Singh, 3 Khwairakpam Chaoba Singh, 4 Oinam Chaoba Singh*[৯]

হায়বিবা মশক নাইবা মীওইশিং অসি *শিলং গোর্ভনমেন্ট হায় স্কুল* (১৮৯১) দা লাইবিক তমথখি । ইং ১৯১৮ দা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয (১৮৫৭) না লৌবা এন্ট্রেন্স পরীক্ষাদা শ্রীচাওবা ফার্ষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌখি ।

শ্রীচাওবনা এন্ট্রান্স পাস তৌববা মতুংদা শেন-থুমগী ফিভম ফত্তবনা লাইবিক মখা তমথনবা হোৎনবদা অপনবা কযা লৈখি । অসিগুম্বা মতাং অসিদা শ্রীচাওবগী

মখবা শ্রীতোনা সিংহনা শিন্দুনা ইং ১৯১৮ দা থাংমৈবন্দ পোলেম লৈকাইদা লৈবা থুমঙ্গেম বাবু সিংহগী মচানুপী প্রীযা লৈমা দেবীগা লুহোংখি । প্রীযা লৈমাগী অতোপ্পা মিং ইবেমহল দেবী হাযনসু কৌনে । লুহোংলবা মতুংদা চাওবগী মকুবোক শ্রীবাবু সিংহনা চাওববু লাইবিক মখা তম্নবগী শেন-থমগী ওইবা তেংবাং পীগে নীঙখি । অদুবু মতাং চান। মণিপুব স্টেট দবাবনা অফবা মহৈবোযশিংবু মপান্দা লাইবিক তম্না থানবগীদমক খনগৎপদা শ্রীচাওবসু যাওবকাই অমসুং বৃত্তি ফঙখি,

*মেত্রিকুলেসন পাস তৌববা অবাম্বম ইবুংঙোহলনচিংবা*

*অতৈনা লাইবিক তমথখিবদা বৃত্তি পিবিনবা থাবা দবখাস্ত*

*পীখিবকপা ১৯১৮ ইং ৮ জুলাইদা শীমহাবাজগী নং ৩৪৯*

*তুবা মেমো খরবে , মখাগী বৃত্তি অসি পীবা লেপ্লবে -*

*১ অবাম্বম ইবুংঙোহল*

*২) খাইবাকপম চাউবা সিংহ*

*৩) ওইনাম চাউবা সিংহ*

*৪) খাংখৈময়ুম অমু সিংহ*

*৫) শৌগাইজম নন্দকিশ্বব সিংহ*

মখক্কী মাফম অসিদা অবাম্বম ইবুংঙোহল সিংহ, খাইবাকপম চাওবা সিংহ অমসুং ওইনাম চাওবা সিংহবুনা কটন কলেজ গৌহাটিদা আই এ তম্নবা অদুগা খাংখৈময়ুম অমু সিংহ অমসুং শৌগাইজম নন্দকিশ্বব সিংহবুনা Berry White Medical School ডিব্রুগডদা এল এম পি তমখি । মখোযগী খুদিংগী বৃত্তি অসি কটন কলেজদা তম্নবা থম্নবা মহৈবোযশিংগীনা লপা ২৫/- নি । Berry White Medical School, ডিব্রুগডদা তম্নবা মহৈবোযশিংগীনা লুপা ১৮/- নি ।

শ্রীখাইবাকপম চাওবা সিংহবু মণিপুব স্টেট দববাবনা কটন কলেজ গৌহাটিদা তম্নবা থন্নে। মতাং অসিদা চযেৎনবা ৱুকেম অমনা শ্রীচাওববু কটন কলেজদা লাইবিক তমখিববা হাযবা অসিনি । মতাং অসিদা কবি চাওবগী মচানুপী নুংশিতোম্বী দেবীনা মসুম্না হায

*বাবুদি কটন কলেজদা তম্লনবা হাযদুনা চৎখি হায । মতম অদু পৃথিবীগী অহানবা লাণ্ডাওগী মতমগা ওইবনা গৌহাটি অসি মীগা ইতাক তাকলম্মী। মতম অদুদা Sir Ashutosh Mukherjeeনু গৌহাটিদা লৈবম্মী । মহাক্কী মফমদা বাবুনা বাংলা লোন্দা চিঠি অমা ইবগা পীখি। গৌহাটি নত্তবা খবা চাউখৎপা মফম অমদা লাইবিক মখা তমথনবা খবা শিনবিযু হাযবসিনা চিঠিদুগী য়াবোলনি। অসুক লৈশি লৈথোনবা বাংলা য়াহৈদা ফজনা ইবা অদুদা পেনবিবদুনা Sir Ashutosh Mukherjeeনা চাওববু কলিকটাদা লাইবিক তমথনবা শিনবিখি ।* [১১]

কবি চাওবদি South Suburban College, Calcutta দা I A তমখি। I A গী Course অসি ১৯১৬ ইংদগী হাংবা হৌখি ।[১] নুংশিতোম্বী দেবীগী য়াফম অসিদা 'বাবু' হাযবিবা অসি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহবুনি । মসিগী মতাংদা মচানুপী নুংশিতোম্বী দেবীনা হায,

*অহানবদা ঐখোযনা মচোন্দা 'বাবু' হাযনা কৌখিবগী মবমদা খজিক্কং পণ্ণবমগে । মৈতৈ লোনবা বাবুগী এক্কপর্শিংনা 'বাবু লৈরা' হাযনা তোযনা লাক্কুনা যুমদা হংলৈ । মিৎসৌ অদু তাকৎবদগী মচা ওইবা ঐখোয পুম্নমক অমসুং ইংখোলনুংদা লৈমিন্নবিবা অঙাং খুদিংমক 'বাবু' হাযনা অদুম কৌখ্রে ।* [১৩]

শ্রীমতী নুংশিতোম্বী দেবীগী য়াফম খবা অসিদা যাওবিবা Sir Ashutosh Mukherjee অসিগা মরী লৈনবা মতাং অমা নীংশিংবা যাই । ট্রেন তোংদুনা চৎপদা ছুবি মচা অমা যাওবম্বদগী শ্রীচাওববু থানানা ফাখি অদুবু মমৈথংদদি থাদোবকখি। মহাক আশুতোষ মুখর্জীনা চানবা মহৈবোযনি,

*ট্রেন তোংদুনা চৎপদা ছুবি মচা অমগীদমক্তা থানানা ফাববদা*

*বাবুদি কটন কলেজদা তম্নবা হাযদুনা চৎখি হায । মতম অদু পৃথিবীগী অহানবা লাম্লাওগী মতমগা ওইবনা গৌহাটি অসি মীগা ইতাক তাকলম্মী। মতম অদুদা Sir Ashutosh Mukherjeeস্ গৌহাটিদা লৈবম্মী । মহাক্কী মফমদা বাবুনা বাংলা লোন্দা চিঠি অমা ইবগা পীখি। গৌহাটি নত্তবা খবা চাউখৎপা মফম অমদা লাইবিক মখা তমথনবা খবা শিনবিযু হাযবসিনা চিঠিদুগী ব্লাবোলনি। অসুক লৈশি লৈখোনবা বাংলা ব্লাহৈদা ফজনা ইবা অদুদা পেনবিবদুনা Sir Ashutosh Mukherjee না চাওববু কলিকটাদা লাইবিক তম্থনবা শিনবিখি ।* [১১]

কবি চাওবদি South Suburban College, Calcutta দা I A তমখি। I A গী Course অসি ১৯১৬ ইংদগী হাংবা হৌখি ।[১২] নুংশিতোম্বী দেবীগী ব্লাফম অসিদা 'বাবু' হাযবিবা অসি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহবুনি । মসিগী মতাংদা মচানুপী নুংশিতোম্বী দেবীন্দ হায,

*অহানবদা ঐখোযনা মঙোন্দা 'বাবু' হাযনা কৌখিবগী মবমদা থজিক্তং পঞ্জবমগে । মৈতৈ নত্তবা বাবুগী মকপশিংনা 'বাবু লৈব্রা' হাযনা তোযনা লাক্লনা মুমদা হংলে । মিংগৌ অদু তাকবদগী মচা ওইবা ঐখোয পুম্নমক অমসুং ইংখোলনুংদা লৈমিন্নবিবা অঙাং খুদিংমক 'বাবু' হাযনা অদুম কৌখে ।* [১৩]

শ্রীমতী নুংশিতোম্বী দেবীগী ব্লাফম খবা অসিদা যাওবিবা Sir Ashutosh Mukherjee অসিগা মরী লৈনবা মতাং অমা নীংশিংবা যাই । ট্রেন তোংদুনা চৎপদা ছুবি মচা অমা যাওবম্বদগী শ্রীচাওববু থানানা ফাখি অদুবু মমৈথংদদি থাদোবকখি। মহাক আশুতোষ মুখর্জীনা চানবা মহৈবোযনি

*ট্রেন তোংদুনা চৎপদা ছুবি মচা অমগীদমক্তা থানানা ফাববদা*

*আশুতোষ মুখর্জীগা ফোটো নমম্নিবা থেংনবদগী থাদোবকখি।*[১৪]

কলিকতাদা ভাবতকী কোনুং ওইবম্বনা নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি কলিকতাগী মীযাম্না খুদোংচাবা হান্না ফঙখি। মতম অদুগী সাহেবশিংগী থৌশিন মখাদা ভাবত অসি লৈবম্মী। সাব আশুতোষ মুখর্জী অসি মহৈ-মশিং মতিক চানা হৈববা মীশক্নি। মহাক অসি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা আই এ তম্লিবা কলেজ South Suburban College গী প্রিন্সিপল ওইবম্মী

*মানা বাংলা জাঙবা হৈবা উংদা প্রিন্সিপাল ওইবিবা*

*আশুতোষ মুখর্জীনা মাবু মশক খঙখি হায*

শ্রীআশুতোষ মুখর্জী অসি South Suburban College গী প্রিন্সিপাল ওইবম্বতা নত্তনা কলিকতা হাই কোর্ট কী বিচাবপতি অমসু ওইবম্মী

*এখানে যাঁহাব কথা বলা হইতেছে তিনি ছিলেন*

*কলিকতাব উচ্চ বিচাবালযেব বিচাবপতি।*[১৬]

অসিতসু নত্তনা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযগী ভাইস চান্সেল্লবসু ওইবম্মী। মহাক সোসিযেল এক্টিভিস অমসু ওইবম্মী। মবম অসিনা মহাকপু 'বেঙ্গলগী কৈ' হাযনা খঙনখি। South Suburban College অসি ফাওবা মমিংদা Sir Ashutosh College হাযনা ইং ১৯২৪ দা মীং ওনখ। আশুতোষ কলেজকী মওংদা ঐখোযনা থেঙনজবদা - ইং ১৮৭২ দা General Committee of South Suburban Group of Schools হায়বা অদু Sir Ashutosh Mukherjee (CIE, Ph D, LL,D) গী লমজিং মখাদা হৌদোকখি মসিদগীদি South Suburband School থোবকখি। অসুম্না মথং মথং চংশবকপনা ইং ১৯১৫ দা কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযগী মখাদা I A. তমথনবগী অযাবা পীবিনবা হাযজ-চোকপা লাওখৎখি। মসিগী পাউখুম ওইনা ইং ১৯১৬ তা স্কুলগী থাক্তগী I A ফাওবা তমথবা যাবগী ব্রাবোল ভাবত সবকাবগী এপ্রোভেল যাওনা পীবকখি। ইং ১৯১৬, জুলাই ১৭ তগীদি I A অহানবা ওইনা তমখি। ইং ১৯১৮ দগীদি I A দগী B A গী থাক ফাওবা মথং মথং তমথবা যাহনখি। হাযবিবা মহৈশঙ South Suburban College অসি ইং ১৯২৪ দগীদি

Ashutosh College হাযদুনা মীং ওনখি । মীং ওনখিবগী মবমদি কলেজ অসি Sir Ashutosh Mukherjee গী লমজিং মখাদা হৌবক- চাওবকপনি অমসুং College অসিগী Principal ফাওবা ওইখিবনি। মহাক্না খঙহৌদনা ইং ১৯২৪ গী মে থাগী ২৫ দা লৈখিদবা অসিদা ইকাইখুম্নবা উৎপা অমসুং মহাকপু নীংশিংনবগীদমক্তা চহী অসিমক্কী জুন থাগী ১৫ দা কলেজ অসিগী মীং Ashutosh College হাযনা ওনখি। মথং চহী ১৯২৫ দগীদি Science Stream কলেজ অসিদা হাঙবা হৌবকখি।

শ্রীচাওবা সিংহ South Suburban College (১৯১৬) দা আইএ তমখি । অহানবা চহীগী পরীক্ষা থাবল্লগা মশাগী লাযনা অমনা মবম ওইদুনা ইক্ষালদা থোকখি । হায়বিবা লাযনা অসি ইনফ্লুজা ইপিদেমিক হাযবদুনি । মতমদ্ অহানবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও লোযশিল্লকপা মতাংনি । আইএ গী অহানবা চহীগী পরীক্ষাদা বাংলা বিষযদা মহাক্না মকোক তাখি । মতাং অসিদা থাইবাকপম নুংশিতোম্বী দেবী না হায

*সাব আশুতোষনা কৌশিন্দুনা কলকতাদা আই এ তমথখি ।*

*আই এ গী অহানবা চেঁহৈতা বাঙ্গলী বিষয অসিমক মকোক ওইখি।*[১৭]

অহানবা পৃথিবীগী লাঙ্গাও লোযশিল্লকপা লৈসাক্নী ঈবাং লৈবনা মবম ওইদুনা শেন থুমগী টি ৬ম অঙৌবী মতিক হংলমদে । মবম অসিনা চাওবা লাইবিক মখা তমথব ঙমখিদে । ইস্কুলগী বাবুপা চন্দা লৈবা বেঙ্গলী এম ই স্কুলদা (১৯০৩) ওজা ওইনা ইং ১৯১৯ দা চঙখি । ইং ১৯২৯ ফাওবা স্কুল অসিদা লৈবদুনা জোনস্টোন হাই স্কুলদা ইং ১৯২৯ দা ওজা ওইনা লাকখি । ওজাগী শীনফমদা লৈনা লৈনা তাইবংপানবা অসিদা হীংলিঙৈদা মচা ৮ থম্বীবম্মী । মখোযশিং অদুদি,

*১) সানাহনবী দেবী, চীংজামথক্তা ওংখীবী ।*

*২) ইবেমাইমা দেবী, তেরা সাপম লৈবক্তা ওংখীবী*

*(মহাক্না মৈতৈলোনগী নিত্যবাসকী মকোক চিংখি) ।*

*৩) গৌবহরি সিংহ উকিল ওইবম্মী ।*

*৪) ইবেচা দেবী, অঙাং ওইবিঙৈদা ঈশিংদা তাদুনা শিখি।*

*৫) নুংশিতোম্বী দেবী, ব্রজপুব ভাগ্যবতী লৈকাইদা লৈবী।*

*৬) ইবেমপীশক দেবী, নাগা মপান্দা ওংখীবী ।*

*৭) ইনাওতোম্বী দেবী, ভাগ্যবতী লৈকাইদা ওংখীবী ।*

*৮) সোহাশীনি দেবী, নাওরেম লৈকাইদা ওংখী অদুবু*

*শোরের্বোন থিজেনদা লৈরে । ১৮*

ইং ১৯৫০ গী নবেম্বব ৯ শগোলশেন নুমিত্তা কবিনা মাগী লোইনবী অমদি মপাবী মমোমশিংবু থাদোক্লুনা ঈশ্বরগী খুযা তানখি।

## খ) থবক -

কবি চাওবদি মহৈবোয ওইবিঙেদ্গী হৌনা মমালোনবু নুংশিবা সাহিত্যপ্রেমী অমা ওইবকখি । মপাল লমদা মহৈ তমলিঙেদসু বাংলা অমসুং সংস্কৃতকী লাইবিকশিং পাবকখি । মসিমক্লা মণিপুবী সাহিত্যগী আব্বাৎপা শককশিং অসি অঙম্বমখৈ মেনশিল্লমগে হাযবা ৱাখল অসি কবি চাওবগী লেপখ্রবা ৱাখলনি। মণিপুবগী মহৈবোইশিংগী তন্ন-লাইবিক ওইবা যাবা লৈবমদকা মণিপুবীগী মহত্তা বাংলা অমসুং সংস্কৃত সাহিত্যনা মহুৎ শিন্দুনা লাকখিবা অদু কবি চাওবগী মতমদদি মণিপুবী লোন্না মহুৎ শিন্ননবা থৌবাং লৌখৎখি । মহাক্লা কলিকতাদ্গী আই এ আহানবা চহী পাস তৌববা মতুংদা মশাগী অনাবনা মবম ওইদুনা লাইবিক মখা তমথবা ঙমখিদবনা মবম ওইবগা বেঙ্গলী এম ই স্কুলদা ইং ১৯১৯ দা মেট্রিকুলেটকী ওজা অমা ওইনা চঙখি । মতম অসিদা মৈতৈ মচাশিংনা থেঙনবিবা মৈতৈলোনগী অৱ্ৱবা অমদি লাইবিক ফঙ্গবগী ফিভম অদু কবি চাওবনা মুন্না খঙখি । মণিপুবীগী তন্ন-লাইবিক লৈতবা অমসুং মসিবু ইবিনবা মী লৈতবনা অচৌবা খুদোং চাদবগী তানফম অমা ওইখি । মতম অসিগী অৱ্ৱাবা অসি মহাক্লা বেঙ্গলী স্কুলদা ওজা ওইবিঙেদ্গী হৌনা কোক্লনবা খুৎথাবা হৌবকখি । কবি চাওবনা মণিপুবী সাহিত্যদা তৌবম্বা অবদান খবদং পঞ্জববদা - *ছাত্র মচা* (১৯৩১) *কান্নবা ৱা* (১৯৩১), *ৱাখল* (১৯২৭), *ৱাখলগী ঈচেল* (১৯৩০), *ফিদম* (১৯২৭) অমসুং *থাইনগী লৈবাং* (১৯৩২) অসিনচিংবা তন্ন-লাইবিকশিং কযা ইখি।

মহাক্লা চহী তবাবোম বেঙ্গলী স্কুলদা ওজা ওইবন্নবা মতুংদা অমুক Johnstone High English School দা ইং ১৯২৯ দগী ওজা ওইখি। মতম অসিদা মহাক্লা ক্লাস ফাইভ অমসুং সিক্সকী ইংলিশ পেপাব টু (গ্রামাব) তম্বীবগা লোযননা অৱাংবা ক্লাসশিংদনা মণিপুবী বিষয তম্বীবম্মী। মহাক্লা জোনস্টোন স্কুলদা ওজা ওইবিভেদা মক ওইনা পাইখৎলম্বা সাহিত্যগী থৌদাংশিংদি মণিপুবী শৈবেংগী লাইবিক *থাইনগী লৈবাং* (১৯৩২) ইবম্মী। মণিপুবগী অহানবা ঐতিহাসিক উপন্যাস *লবঙ্গলতা* (অহানবা মতাং, ১৯৩৪)সু ইবম্মী। মসিগী মথক্তা ড্রামা খবসু ইবিবম্মী। ভক্তিগী ঈশৈ *মৈতৈবোলগী নিত্যবাস* (১৯৯৫) অমসুং *মৈতৈলোনগী বাসক* (১৯৯৫) নচিংবা থম্বীবম্মী। মণিপুবী সাহিত্য চাওখৎনবা হোৎনবদা ইং ১৯১৩ দা উবিপোক্তা লৈবা খাইদেম নোংযাইগী যুমদা শীঙখৎখিবা 'মিত্র সমিতি'গী অচংবা মেম্ববনি। 'মিত্র সমিতি'গী থৌবমদা ৱা ঙাংবা মতমদা অতৈ মেম্ববশিংনা মীবোন্দা বক্তৃ া পীনববদা কবি চাওবদি মৈতৈলোন্দা পীখি। ৱাফম অসিগা মবী লৈননা শ্রীথোকচোম প্রফুল্লো সিংহনা হায,

> *ইংশোক ১৯১৩ - ১৪ দা মহাক্লা মেত্রিক থাদ্রিঙৈ ছাত্র ওইবিঙৈদা শ্রীযুক্ত খাইদেম ˘নোংযাই সিংহ মতমদুগী চৈবাপ কোর্টকী মেম্বব, উবিপোকতা লৈবগী যুমদা ইহান হানবা ওইনা 'মিত্র সমিতি' কৌবা মকপতু লিংখৎপদা মশামক্লা মকওইবা থৌদাং লৌদুনা যাওখি অমসুং মতমদুদা বাঙ্গলা অমদি সংস্কৃতনা মপুং ওইনা লোনগী শীজিন্নফম ওইবা, বাঙ্গলা হৈবা অমসুং ঙাঙবদা মীনা শকখঙনবা অমদি লেমজনিঙাই ওইববদা 'মিত্র সমিতি' লিংখৎপগী শঙ্গাবগী থৌবমদা অতৈনা বাঙ্গলাদা বক্তৃতা ,পীনখিবদা শ্রী ˘চাউবনা মৈতৈলোন্দা মহাক্কী বক্তৃতা পীখি।*[১১]

মমালোনবু নুংশিজবা সাহিত্য প্রেমী কযানা সাহিত্যগী সংস্থান 'মিত্র সমিতি' অসিদা নুমিদাং খুদিংগী সাহিত্যগী মবমদা থন্ন - নৈনবা অমদি নোংমাইজিং

নুমিৎ খুদিংগী শৈরেং পানদুনা থম্ন - নৈনবগী থৌদাং লৌনবম্মী । হাযবিবা সংস্থান অসিগী মক ওইবা মেম্বব ওইবিঙৈদা কবি চাওবগী শৈবেং 'মৈতৈ কবি' ইখি । মসিগী মতুং কাইনথংদা জুন ২৩, ১৯৩৫ দা লীঙ্খৎখিবা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী কার্য্যকাবী মেম্বব ওইদুনা মণিপুবী সাহিত্যদা অচৌবা থৌদাং যাবা হৌবকখি । সংস্থান অসিনা পীবা 'সাহিত্য বত্ন' উপাধি অহানবা ওইনা ইং ১৯৪৮ দা ফঙখি । মহাক্না জোনষ্টোন হায ইংলিশ স্কুলগী ওজা ওইবিঙৈদা স্কুল অসিগী অহানবা ফোঙবা মেগাজিন (ওগষ্ট ১৯৩৯) দা মহাক্না টিচব-ইন-চার্জ ওইবগা লোযননা মুতুম বাধেশ্যাম বি এসসিনা এডিটব ওইদুনা পুথোকখি । মেগাজিন অসিদা কবি অসিগী ৱাবেং অমসুং শৈবেং কয়া ফোঙখি। মসিগী মতুংদা ওগষ্ট ৩১, ১৯৪৭ তা লীঙ্খৎপা মণিপুব সংস্কৃত পবিষৎকী মেম্ববসু ওইবম্মী । সংস্কৃত পবিষৎ অসিনা ফোঙবা থাগী চেফোঙ *জ্যোতি*, ডিসেম্বব ১৯৪৮ (সম্পাদক অশাংবম মীনকেতন)দা শৈবেং অমসুং ৱাবেং ইদুনা কবিগী মশক তাকপগা লোযননা মতম অদুগী সাহিত্যকাব খুদিংমক্না কবিবু অচংবা সাহিত্যকাব অমা ওইনা শক খঙখি ।

কবি চাওবদি ইং ১৯৩০ গী মতমদগী সাহিত্যদা মশাগী ওইবা যিবেপ অমা লৌবা হৌবকখি । মসিগী খুদম ওইনা হাযব তাববদি নিংথৌজম লৈবেন (১৮৯৩ ১৯৭৮) না সম্পাদন তৌবা *যাকাইবোল* (১৯৩০ ওক্টৌবব) অমদি অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহনা সম্পাদন তৌবা *ললিত মঞ্জবী পত্রিকা* (১৯৩৩ সেপ্তেম্বব) নাংবদা ৱাবেং অমসুং শৈবেং কযা ইদুনা অৱাৎপা মণিপুবী সাহিত্যগী অচৌবা মফম অমা মেনশিন্নবা হোৎনখি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদনা অহানবা ফোঙবা থোকচোম মধু (১৯০৮-১৯৪২) বি এ না সম্পাদন তৌবা *মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ পত্রিকা* (নবেম্বব ১৯৩৯)দসু কবি চাওবগী ৱাবেং শৈবেং কযা খুদোল তমখি । পুন্নমক অসিগী মথক্তা দি যঙ ৱাইটবস এসোসিযেসনগী *মিংনাইদবী* (ওগষ্ট, ১৯৪৭) হাংবা চেফোঙ অসিগী সম্পাদক ওইদুনা মণিপুবী লোন, নাৎ অমদি সাহিত্যবু চাওখৎনবা হোৎনবদা মপুং ওইবা থৌদাং লৌবম্মী। মথক্তা পঞ্জবিবা অসিতা নওনা *নহাবোল* (মার্চ, ১৯৪১) কলিকতাদা ফোঙবা, সম্পাদক, লাইশ্রম গোপাল (১৯১৮-২০০৫), *মুক্তি* (জানুবাবী, ১৯৪৯) থা

৩/৩ গী চেফোঙ, সম্পাদক, বাজকুমাব ঋলজিৎ সিংহ (১৯২৪) নচিংবা চয়োল অমদি থাগী চেফোঙশিংদা চাং নাইনা ৱাবেং - শৈরেং অমসুং নৈন-ৱাবেংশিং ফোঙখি । অসুন্না মণিপুবী সাহিত্যদা কথোক্লবা সাহিত্যকাব অসি মণিপুবী সাহিত্যগীদি অতিযাদা থোক্লিবা ধ্রুবতবাগুম্বনি। মহাক্কী সাহিত্যগী দান মপুং ফাই । যান্না ওন্না সাহিত্যগী সেবাবী অমা ওইবকখিবগা লোযননা পুন্সিগী অরোযবা মীকুপ ফাওবা সাহিত্যদা লুপচবম্মী । মসিমক লাইপোক ওইববা কবি অমগী অমব ওইববা মশক অমনি হাযনিংই ।

*হৌজিক ফাওবদা ফোঙ্খ্রবা কবি চাওবগী লাইবিকশিংগী মখলদি -*

| | | |
|---|---|---|
| i) ৱাবেং (বচনা) | - | *ফিদম (১৯২৬)* |
| | - | *ৱাখলগী ঈচেল (১৯৩০)* |
| | | *ৱাখল (১৯২৭)* |
| | | *মতমগী ৱাখল (১৯৯৬)* |
| 11) শৈরেং | - | *থাইনগী লৈবাং (১৯৩২)* |
| 111) ৱাবেং অমসুং শৈবেংগী অপুনবা লাইবিক | - | *ছাত্রমচা (১৯৩১)* |
| | - | *কান্নবা ৱা (১৯৩১)* |
| 1V) উপন্যাস | - | *লবঙ্গলতা (অহানবা শকক, ১৯৩৪)* |
| V) ড্রামা | - | *নবমালিকা (১৯৯৬)* |
| | - | *লবঙ্গলতা (১৯৯৬)* |
| | - | *মধু মালতি (১৯৯৬)* |
| V1) ভক্তিগী ঈশৈ | - | *মৈতৈলোনগী নিত্যবাস (১৯৯৫)* |
| | - | *বাসক (১৯৯৫)* |
| V11) হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্রগা ইমিন্নবা তন্ন-লাইবিক | - | *সাহিত্য অহানবা (১৯৩৫)* |
| V111) ইংরেজী ত্রান্সলেসন | | |

অমসুং কম্পোজিসন - *ইলিমেন্টরি লেসনস ওন ইংলিশ ট্রান্সলেসন এণ্ড কম্পোজিসন, পার্ট ৱন (১৯৩২)*

1) *(ক)* ৱাবেং (বচনা) *ফিদম*

*ফিদম* হাযবা লাইবিক অসি ইং ১৯২৫ দা ইখিবা ৱাবেংগী লাইবিক্তি। মসি ইং ১৯২৬ তা ফোঙখি । লাইবিক অসিদা যাওবিবা ৱাবেংশিং অসি হীবম তোঙান তোঙানবদা খুৎ থাই । মণিপুব লমদমগী ওইবা হীবমদা ইবতা নত্তনা মালেমগী মকওইবা মফম খবগীসু ইবি। মৈতৈগী মমাংঙৈদগী লৈবম্না হীবমশিং ফোঙদোক্লবা লাক্লবগুম মীবমগী ওইবা হীবম কযাদসু নৈনবম্মী,

> *মৈতৈগী লৈবম্না ঙাক্না তম্লনসু মতমগী মতিকচাবা লৌশিং পোকপা ডম্মোইগববা হাঙ্গনা খঞ্জদুনা মৈতৈগী মমাংঙৈগী লৈবম্না হিবম ফোংদোক্লবা লাক্লবগুন্না মীবৈবাক্কী হিবমগী ৱাসু মফম চানা হাপচিল্লবি ।* [২০]

লাইবিক অসিদা 'হজবত মহম্মদ', 'পুকচেল চাওববা আলফ্রেড', 'ভবত' অসিনচিংবগী মবমদা ইবা থেঙ্গনৈ। মসি ছাত্রশিংগী তম্ন-লাইবিক ওইনা কান্নগনি খন্দুনা পুথোকখিবনি। লাইবিক অসি ইং ১৯২৬ তা অহানবা ওইনা ফোঙখি । লাইবিক অসি মতম অদুগী ক্লাস নাইনগীদা তম্নবা হৌখি লোযননা ক্লাস টেনগী তম্ন-লাইবিকসু ওইখি। মসি স্টেট প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফালদা নম্বনি । মসিগী মমল লুপা অমনি। লাইবিক অসি মহৈরোইশিংদা মোরেল লেসন পীবনা মপুঙ ওই । খুদম ওইনা হাযববদা ইংলেণ্ডগী নিংথৌ আলফ্রেডনা পীক্লিঙৈদগী হৌনা হোৎনবা কনবা, মহৈ মশিং থৱাই যাওনা তম্লকপা, নিংথৌ ওইববা মতমদা মমা লৈবাকপু নুংশিবা অমসুং মজাতিগীদমক খন্দুনা হোৎনজখিবা কযাশিং অদু উৎলি । মবম অসিনা মহাকপু পুকচেল চাওববা আলফ্রেড কৌবিবনি । অসিগুম্না পুকচেল অসি পীক্লিবা মহৈরোযশিংদা থঙহন্নবা ইখিবনী।

i.(খ) ***রাখলগী ঈচেল*** :

কবি চাওবগী রাবেং লাইরিকশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী থাক রাংবা গুণ যাওবা কলাগী পোৎ ওইবিবা লাইবিক্তি *রাখলগী ঈচেলনি* । লাইবিক অসি ইং ১৯৩০ দা অহানবা ওইনা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা ফোঙখি । মসি মতম অদুগী কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী মখাদা আই এ গী তম্ন-লাইরিক ওইবম্মী । কবি চাওবগী *রাখলগী ঈচেল* হায়বা লাইরিক অসিদা রারেং তরামথোই যাওরি । মথোযশিং অদুদি, - 'মৈতৈলোন', 'কবি', 'শিবা কিবা', 'মীওইবগী থবক অমসুং অতনবনা রাকাইবা', 'মিনুংশি', 'মৈতৈগী কেথোক মৌথোকপা খাইনা অমসুং হৌজিক', 'মীনা কবি হায়খিগদগে', 'লাইবক অমসুং থবক', 'ঈশ্বর ভক্তি', 'শিনফম ওম্নবা', 'নোংপোক থংবা ভারত অমসুং মণিপুর' অসিনচিংবনি । মহাক্কী রাবেংশিং অসি বাংলাগী মমিং চংলবা অইবা কালিপ্রসন্ন ঘোষকী *নিভৃত চিন্তানা* কলেজগী তম্ন-লাইবিক ওইবা অদুগী ফিভম লাভুনা ইখিবা রাবেংনা মপুং ওই হায়না '*রাহৌদোক*' অ পল্লি । খুদম ওইনা হায়ববদা 'কবি' হায়বা বচনা অদুদা প্রতিভা হায়বা গুণ অসি পোক্লকপদা যাওববা গুণনি । কবি অমদা প্রতিভা যাওগনি। কবিদি লাই তোংলবা মাইবী নত্রগা লাই নীংলিবা মুণিগুম্বনি হায়বি । মসিদসু নত্তনা শাস্ত্রদা যোগারুঢ় হায়দুনা ইকাই খুম্নবিবশিং অদুগী মবক্তা কবিসু শীঙথানকবদা অবানবা ওইবোই হায়না মোৎ পী। কবি চাওবগী *রাখলগী ঈচেল* হায়বা লাইবিক অসিগা লোযননা অইবশিং কযাগী লাইবিকশিংসু মণিপুর *এদমিনিষ্ট্রেসনা লৌখি।*[১১]

1) G) ***রাখল***

কবি চাওবগী রাবেংগী লাইবিক *রাখল* হায়বসি ইং ১৯২৫ দা ইখিবনি অদুগা ইং ১৯২৭ তা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস , ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা ফোঙখি । রাবেংশিং অসি ইবদা বাংলাগী মমিং চংলবা অইবা কালীপ্রসন্ন ঘোষ, রামেন্দ্র সুন্দর ত্রিবেদীনচিংবগী মতৌ তমদুনা ইখিবনি । রাবেংশিং অসি লেংবদা মণিপুরগী ডিপুটি ইন্সপেক্তর শ্রীযুক্ত বাবু গোপাল সিংহ, সব-ডিপুটি কলেক্টর শ্রীযুক্ত বাবু নদিযাচান্দ সিংহ বিএ নচিংবগী মতেং ফঙখি । লাইবিক অসি ঙসিদি থিবা ফঙদ্রে । অদুম

ওইনমক লাইবিক অসিদা যাওখিবা রাবেংশিংদি লাইবিক অসিদা রাবেং ১৫ যাওখি। মদুদি,

১) মবৈবাক অমসুং মবোল

২) মশাগী কান্নবা থাদোকপা

৩) পৃথিবীগী মখা নত্রগা মনুং

৪) জনষ্টোন সাহেব

৫) চাং নাইনা চাডিং তৌবা

৬) হোবোশিও নেলসন

৭) লাইবুনিংবা

৮) ঙাকপিবা

৯) হাজী মহম্মদামহ সীন

১০) মম্থবা

১১) তাথীবা অমসুং মীগী মতূংদা ঙাংনবা

১২) থৌজাল

১৩) মীওইবগী অপাম্ব অমসু

১৪) ধনঞ্জয় লাইবু নিংবা অমসুং

১৫) মহারাজ খগেন্দ্রজিৎ ।

লাইবিক অসি মতম অদুগী হাযবদি ইং ১৯২৭ কী মতূংগী তন্ন-লাইবিক ওইবম্মী। রাফম অসি লাইবিক অসিগী ‘রাহৌদোক’ তা অইবা মশামক্লা ইজবা রাবোল অদুগী কোপী ওইনা থমজবি,

## ৱাহৌদোকপা

লাইরিকমচা অসি পুম্নমক পুথোকচবদা পুক্নিংদা য়াম্না অপীবগী লোইনমা হাইজিনবা থবা লৈরে :— খারেং অসি ইশৈগা পামজবগী লৈমদুনা শাম্নজবা ডাকনি — মসিদা মোনগী অমসুং ৱাহনগী মওংবাদি লোইশঙ্গি তানবা চাম্নবগে হাইবাদি ৱাহন চাওবা পাখিখিবশিংনা খমখিগাদবা মতাইরা। এগী ইশৈগীদি লৈরাম্বুংনা লেংলোকপৌবা মেদে।

লোনগী মরমদা মরাইদা চংজবগা সংস্কৃত থবাদি মোওইনা মাহোল্দুগা লোসনকবাদি পামজদে। মাসি লৈবা বাংলাদেশগী মমিং চৎলবা কবি "জ্ঞানী" প্রসন্ন ঘোষ, রামেন্দ্র সুন্দর ত্রিবেদী অমসুং লৈবাশিংগী মতৌ অমাম্মা এগী খিদম ওইনা লৌজরি। মরম অদুনা এনা লৈবাশিংবু থৌমিবা লমমগী দমক মতিক ওইবা ডাক্তি থাজরি। মসি লৈবদা মণিপুরগী ডিপুটি ইন্সপেক্টর শ্রীযুক্ত বাবু গোপাল সিং সব ডেপুটি কালেক্টর শ্রীযুক্ত বাবু নাদিয়াচান্দসিংহ বি.এ. জনষ্টোন স্কুলগী শিক্ষক ওজা শ্রীযুক্ত বাবু মধুমঙ্গল সিংহ শ্রীযুক্ত বাবু খয়াঙ্গম ইবুংহোনসিংহ বি.এ না তৌখিরবা কান্নরবা মতাঙ্গী দমক এনা তৌবিয়ব থাগৎচরি

লৌশিক লাইরিক অসিমা এনা তমজরিবা অতোংশিংগী থবাং থাক্নবাদি লৌমজরিবা মতৌ য়াম্না হায়চনা হায়া ওগনি। ইতি

উরিপোক, নাহ থন
৮।৭।১৩৬২

শ্রীখোইরাকপম চাওবা সিংহ

1) ঘ) *মতমগী ৱখল*

লাইরিক অসি ইং ১৯৯৬ দা মঙাল উবা ফঙই । মসি থোকচোম প্রফুল্লো সিংহনা খোমজিনদুনা *কবি খাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাকী সাহিত্য* হাযবদুগী শকক অমা ওইনা য়াওই । মসি কবি চাওবগী মতুনুপী সোরোজিনি দেবী, চীংঙামখা ক্ষেত্রী লৈকাই, ইম্ফাল নোংচুপ্তা লৈবনা ফোঙবনি । লাইরিক অসিবু মুখি প্রিন্টিং সেন্টব, শীংজমৈ বাজার কৈথেল মখা, ইম্ফালদা নমখি । লাইরিক অসিদা যাওবা ৱাবেংশিংদি,

অ) লাইপোক অমসুং প্রতিভা

আ) মীতৈগী চাগা চাদীং

ই) ঈশ্বর ভক্তি অসিনচিংবনি ।

'লাইপোক অমসুং প্রতিভা' হাযবা ৱাবেং অসিদা মীওইববু চাওবাক্লা মখল অনীদা যেঙই । অহানবা মখলগী কাঙলুপ অসি জ্ঞানী, অশিংবা পণ্ডিত অসিনচিংবা মীংথোল পীদুনা ইকাই খুম্নে । অনীসুবা মখলগী কাঙলুপতা লৈবা মীওইশিংবু প্রতিভা লৈবা, লাইপোক অসিনচিংবা হাযদুনা মতিক চানা ইকাই খুম্নবা উৎলি । থাঙবু ফেঙলগা থৌবা হেল্লি । মতৌ অসুম্না প্রতিভাসু থবক শীজিন্নবা যানবা ফেঙবা নত্রগা অভ্যাস চঙিঙ। মরমদি *অভিজ্ঞান শকুন্তলম, রঘু বংশ, কুমার সম্ভব*নচিংবা কাব্য, মহাকাব্য অসি কালিদাসনা পোকপদা লোযনবকপা নত্তে । তোঙান তোঙানবা কান্নবা থবক অমসুং হীরম পুথোক্লবা লাইপোক ওইবা মী চঙিঙ । মখোযদা লৈবা প্রতিভা অদু মীপুম খুদিংদা লৈ হাযবদি যাদে। অদুম্নদি ওইবগা তমদ্রবা অমদি নৈনদ্রবদি প্রতিভা অদু চোঙথোকপা ঙমদে । তথা অমসুং নৈনবনা প্রতিভাগী মথৌ শঙিঙ । অদুগুম্বা মীদু লৈবনা পৃথিবী অসি নোংমা নোংমগী চাউখৎলক্লিবনি অমসুং মাগী নুংঙাই যাইফবা হেনগৎলক্লিবনি হাযনা অৱাংবা থাক্কী ৱাখল্লোলদা নৈনৈ । মসি লেংবদা বাংলা, ইংবাজী, সংস্কৃত লাইরিক মঙা তবাগী মতেং লৌখি হাযনসু 'ৱাহৌদোক' তা পল্লি । কবি চাওবনা তাং ৩১।৭।৪৬ ইংদা ইবম্না লাইবিক অসিগী 'ৱাহৌদোক' কী কপিবু খুদমগী মশক ওইবা হাপচবি,

## ii) শৈরেংগী লাইবিক

### *থাইনগী লৈবাং*

*থাইনগী লৈবাং* (১৯৩২), কবি চাওবগী মপুং ওইবা শৈরেংগী লাইবিক্তি *থাইনগী লৈবাং* হাযবা শৈরেং ২০ যাওবা অসিনি । মসি অহানবা ওইনা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা নম্লগা ইং ১৯৩২ দা ফোংঙখি । কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযগী মখাদা ইং ১৯৩২-৩৩ গী মেট্রিক্কী তম্ন-লাইবিক ওইবম্মী । লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈরেংশিং অসি অযাম্বনা ইং ১৯১৭ তগী ১৯২৫ ফাওবগী মনুংদা ইখিবনি । হান্নবা ইদুনা ফোংঙখ্রবা শৈরেংবু অমুক হন্না শেমদোক শেমজিন তৌদুনা হেন্না ফজবা মওংদা ফোংঙলকপসু যাওবি। 'অরাবা ঈশে' হাযবা শৈরেং অসি *ছাত্রমচা* হাযবা লাইবিক অদুদদি পরেং নিফুনা শাদুনা যাওই । অদুগা *থাইনগী লৈবাং* হাযবা লাইবিক অসিদনা পরেং ৩৫ না শাই । 'চীংগী লৈবাং অমদা' হাযবা শৈরেং অসি *কান্নবা রা* কৌবা লাইবিক্তা পরেং ৩২ না শাই অদুবু *থাইনগী লৈবাং*দদি পরেং ৫২ না শাবা থেংঙনৈ । 'শিবা' হাযবা শৈরেংশিসু *কান্নবা রা* দনা পরেং ৩৫ না শাই । অদুগা থাইনগী লৈবাংদনা মসি পরেং ৪৫ না শাই । 'লমগী চেক্লা অমদা' হাযবা শৈরেং অসিসু *ছাত্র মচা*দনা পরেং ৩০ না শাই অদুগা থাইনগী লৈবাংদনা পরেং ৩৪ না শাবা থেংঙনৈ ।

## iii) রাবেং অমসুং শৈরেংগী অপুনবা লাইবিক

### (ক) *ছাত্রমচা*

কবি চাওবা সিংহনা ইহান হান্না খুৎ থাখিবা সাহিত্যগী লাইবিক্তি *ছাত্রমচা* হাযনা মীংথোনবা রাবেং অমসুং শৈরেং অনীগী অপুনবা লাইবিক অসিনি । মসি কবি চাওবা সিংহনা বেঙ্গলী স্কুলদা ওজা ওইবিঙৈদা ইং ১৯২৩ দা ইখিবনি। লাইবিক অসি ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা ইং ১৯৩১ দা ফোংঙখি । মতম অদুগী মণিপুর ষ্টেট দরবারনা ডিসেম্বর ৪, ১৯২৯ দা ক্লাস সিক্সকী তম্ন-লাইবিক ওইনবা খুৎই ওইবিঙৈদা লুপা ১২০/- পীদুনা লৈখি ।[২৪] লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈরেংশিং অসি ক্লাস সিক্সতা তম্নবরসু অরাংবা থাক্কী খুৎইনি । লাইবিক অসি ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফালদা ছাপা তৌদুনা ইং ১৯৩১ দা ফোংঙখি । লাইবিক অসিদা যাওবিবা মরু ওইনা

শৈরেংশিং অসি কবিনা ছাত্র ওইবিঙেদা ইবসু যাওবি । খুদম ওইনা 'ঈশ্বর' হাযবা শৈরেং অসি ১৭। ১২ । ১৭ ইংদা ইখিবনি । মতম অসি শ্রীচাওবনা শিলং গোভর্মেন্ট হাই স্কুলদা ক্লাস টেন তম্লী। অসুম্না 'মৈতৈ কবি' হাযবা শৈরেং অসিসু মিত্র সমিতিদা লৈবিঙেদা ইখিবনি। মসি ইং ১৯১৮ দা ইখিবনি । কলিকতাদা আই এ তম্লীঙেগী মতম ২৭।০৭।১৯১৮ দসু 'মরূপ কাইনবা' হাযবা শৈরেং ইখি ।

iii) (খ) *কান্নবা রা* .

কবি চাওবগী *কান্নবা রা* হাযবা রারেং অমসুং শৈরেংগী অপুনবা লাইবিক অসি তম্ন-লাইবিক ওইনবা ইখিবনি । লাইবিক অসি কবি চাওবনা বেঙ্গলী এম ঈ স্কুলদা ওজা ওইবিঙেদা ইং ১৯২৪ দা ইখিবনি । লাইবিক অসিদা ফিদমগী মশক ওইবা মতাং খবরু মৈতৈ মচাশিংদা খঙহন্নীংকী অপামবদু ফোঙদোক্লি । খুদম ওইনা 'ভবতনা মযাম্বা নীংবা', 'জর্জ ৱাশিংটোনগী অচুম্বা ঙাংবা', মপা মমা অমসুং মচিন মনাওদা চংকদবা লমচৎ-শাজৎ তাকপা, নিংথৌ অমদি তোল্লবা জীবশিংদা চংকদবা লীচৎশিং অমসুং নোল্লুকপনচিংবগী মতাং যাওবি । লাইবিক অসিসু খুৎই ওইনা লৈবিঙেদা মণিপুর ষ্টেট দরবাবনা ডিসেম্বর ৪, ১৯২৯ দা লুপা ১২০/- দা কোপীরাইট লৈখি । " মসি ইং ১৯৩১ দা ফোঙলকখি । মসিদা যাওবিবা মরু ওইনা রারেং শৈরেংশিং অসি মহৈরোইশিংদা মোরেল লেসন পীবনা মপুঙ ওই ।

iv) উপন্যাস

*লবঙ্গলতা* (অহানবা মতাং)

মণিপুরী সাহিত্যদা অহানবা ঐতিহাসিক উপন্যাসনি হাযবিবা *লবঙ্গলতা* (১৯৩৪) অসি কবি চাওবগী সাহিত্যগী খুৎশেম অমা ওইনা ইং ১৯৩৪ দা ফোঙখি । মসি চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স, শগোলবন্দদা ছাপা তৌদুনা মেগাজিন সাইজদা ফোঙখি। লাইবিক অসিগী মমল থাদে । লামাই ৫৩ পাল্লি । রাহৌদোক যাওদে । কোপি মশীংসু পনবিবমদে । কলিকতা বিশ্ববিদ্যালযগী মখাদা বি এ গী তম্ন-লাইবিক ওইবম্মী। মতুংদদি গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালযগী মখাদা বিএ গী তম্ন-লাইবিক ওইবকখি। মমৈথংদদি বি এ (ওনর্স) অমদি এম এ গী তম্ন-লাইবিক ওইনা বিশ্ববিদ্যালযশিংদা তম্নবি।

লাইবিক অসি ফোঙদ্রিঙৈগী মমাংদা ইং ১৯৩১, এপ্রিল থাগী ৭ শুবা ইশুগী *যাকাইবোল* চেফোঙ (সম্পাদক, নিংথৌজম লৈরেন) দা মথং মনাও নাইনা ১১ শুবা মতাং ফাওবা ফোঙখি। মপুং ফানা ফোঙখিবদি ইং ১৯৩৪ দনি। লাইবিক অসিদা মপুং ওইনা নৈনবিবসি মহাবাজ খগেন্দ্রজিৎকী মনাওনুপা যাইমা খ্বাইবাকপগী মচানুপী লতাসনা অমসুং মনাও ইবুংঙো শানোংবগী অচানবা মনাই লবঙ্গগী অমব প্রেমগী ব্রাবীদা যুম্ফম ওই। লবঙ্গনা লানফমদা সনাতন ধর্ম্ম ফঙথ্রবদা কাছাড়দা লৈহৌববী, মপুবোইবা নীংজবী লতাসনানা বাম সীতাগী ব্রাবী তাজবগা স্বার্থত্যাগকী অযৌবী, নুপীগী ফিদমগী মূর্ত্তি অমা শাগৎলকপগা অসিনা ব্রাবীগী পোলোই ওইবি। উপন্যাস অসিগী অনীশুবা শকক খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা ইবা হৌগৎলম্মী। হৌগৎলম্মীবা মতাং অদুদা *'লবঙ্গলতা*, (অনীশুবা মতাং) অহানবা পন্দুপ, কৈনা তোকপা পোকপ্রা ? নবচন্দ্র' হাযনা থাই।[২৬]

মসিগী মপুঙ ওইবা ব্রাবীদি লবঙ্গনা থাবম্মা চাবা অদুনা লতাসনাগী গর্ভদা মপুঙ মবৈ ফাবক্কুনা তাইবঙদা ফাওবক্লে। মচানুপা ওইনা ফংজবে। মচানুপা অদুবু নবচন্দ্র হায়না মীংথোল্লে। পীক্লিবা নবচন্দ্রনা মপুং মবৈ ফাবকপা মতম্সু মমা ওইবিবী লতাসননা ঙাইজবা মতাংনি।

V ) ড্রামা

*নব মালিকা*

*নব মালিকা* (১৯৯৬), কবি চাওবা সিংহনা খুৎই ওইনা থম্মীবম্মা নাটক অমনি। মসি শীংজমৈ, চীংঙামখাদা লৈবা থোকচোম প্রফুল্লো সিংহনা খোমজিনবা *কবি খ্বাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী সাহিত্য*, মুখি প্রিন্টিং সেন্টর, শীংজমৈদা ছাপা তৌবগা ইং ১৯৯৬ তা ফোঙখিবা লাইবিক্তা যাওবা নাটকনি। মসিদা কবি চাওবনা মপুং ওইনা উৎনিংলিবা অসি নব অমদি মালিকা অনীগী প্রেমগী মশক অদুনি। শৃঙ্গার বসনা মপুং ওইবা, নীংথিনা শেম শাবগা পুথোকপা রেল মেদ প্লে হাযবদি অহৌবা, মযাই অমদি অবোইবা নাইবা লীলাগী মশক্তি। মসি নুংঙাই পোলোই (কমেদি) ওইনা লোইশিল্লী। মসি মতম অদুগী হাযবদি অনীশুবা পৃথিবীগী লাল্লাও মনুংগী থৌদোক্তা মক ওইনা জাপান লান মনুংগী ইম্ফালদা ওইবিবা এটমোসফিযাবদা শাগৎপনি। *নবমালিকাগী* মতাংদা সাহিত্যবত্ন এলাংবম নীলকান্তনা হায,

> .. *অসি নত্তবা ড্রামাশিং (অশাংবা, অতেনবা) বাস লীলাগী বাসক্কী ঈশৈনচিংবা জাপান লান্দা যুম্ফম ওইবা 'নবমালিকা'*

*এম ডি ইউ হোলদা (জাপান লাল) মিংথোন্দুনা শেমদোক্লগা শান্নখি ।* [২৭]

নীলকান্তগী ৱাফম অসি চুম্মী হায়না লৌবা যাই, মবমদি এম ডি ইউ ইম্ফালগী চহী ৭৫ মপুং ফাবকপগা লোয়ননা মার্চ ১৪, ২০০৬ তা ফোঙদোকখিবা Platinum Jubileeগী Souvenir দা অসুম্না ইবম্মা থেঙনৈ,

*Profile of the Manipur Dramatic Union*

| Sl | Name | Category | Playwright | Director | Year |
|---|---|---|---|---|---|
| 39 | Naba-Malika | Social | Kh Chaoba Singh | S Lalit Singh[28] | 1946 |

খ) *লবঙ্গলতা* (দ্রামা ১৯৯৬)

নাটক অসি কবি চাওবনা মহাক্কী উপন্যাস *লবঙ্গলতা* (১৯৩৪) হায়বা অদুগী যুমফমদা শাগৎতুনা ইবনি । উপন্যাস অদু দ্রামা ওইনা শান্নবা যান্নবা পুথোকপনি। মসিগী ৱাবী পবীং চপ মান্নে। মীংথোলসু চপ মান্নে। হায়বিবা নাটক অসি নুপী লান (১৯৩৯) গী মমাংদা শ্রী তোমচৌ শর্মাগী মান্দবতা শান্নখি । মসিগী মতাংদা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহনা অসুম্না হায়,

*They have now clarified that Labangalata was presented in Tomchou Sharma's mandap before the war* [29]

নীংশিংবা যাই, মদুদি নাটক অসি মপুং ওইনা ভাবকশিংগী যেংননবগী-দমক্তনি। উপন্যাসনা লাইবিক হৈববা মীওই থবগী পাননবা কলাগী পোৎনি । মসিমক্লা নাটক হায়বসি কলা নত্তে হায়বদি যাদে । নাটক অসি থোকচোম প্রফুল্লো সিংহনা খোমজিনবা লাইবিক *কবি খ্বাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী সাহিত্য* (১৯৯৬) দা অহানবা ওইনা ফোঙলকখি । লাইবক থীবদি, কবি চাওবনা শেমগৎকে নীংলম্বা নাটক অসি ঙসিদি মপুং ফানা উবা ফঙদ্রে । মসিদা নত্তনা ইং ১৯৪৭ দা দি এম কলেজগী এনুযেল সোসিযেল ফ্রেসর্স মিটতা উৎখিবা নাটক *খোংজোম লান* অমসুং *টিকেন্দ্রজিৎ*

*ফাবা* অসিসু ভসিদি খিবা ফঙদ্রে । অদুমকপু নাটক *টিকেন্দ্রজিৎ* অমসুং *খোংজোম লান* অসিগী মতাংদা এন তোম্বীনা হায,

> *The title is not certain but the play is about the arrest of Bir Tikendrajit as well as the Battle of Khongjom It was staged in the Johstone school hall by the students of D M College during 1946-47* [30]

vi) (ক) ভক্তিগী ঈশৈ

*মৈতৈলোনগী নিত্যবাস*

*মৈতৈলোনগী নিত্যবাস* (১৯৯৫) হাযবা লাইবিক অসি কবি চাওবা সিংহনা খুৎই ওইনা ইং ১৯৩৫-৩৬ তা মৈতৈলোন্দা ঈশৈ ওইনা শকপা যাননবা ইদুনা থম্বীবম্মী । হাযবিবা খুৎই ওইনা লৈবম্বা লাইবিক অসি মৈতৈলোন্দা শক শোন্দুনা, জগোই শাদুনা ইং ১৯৩৫-৩৬ তা উৎখ্রে । জগোইগী তম্বীখিবা ওজাগী মীংদি সাপম গোপাল সিংহনি । শান্নখিবা মফমদি খ্বাইবাকপম মাণ্ডব, উবিপোক শোর্বোন থিঙেলদনি। যাওখিবশিংগী মনুংদা মকোক চীংবী ওইখিবীদি কবি চাওবগী মচানুপী অনীশুবী খ্বাইবাকপম ইবেযাইমা দেবীনি ।

| | | |
|---|---|---|
| *শান্নখিবা চহী* | - | *১৯৩৫-৩৬* |
| *তম্বীবা ওঝা* | - | *সাপম গোপাল সিংহ* |
| *শান্নফম* | - | *খ্বাইবাকপম মাণ্ডব উবিপোক শোর্বোন থিঙেল,* |
| *যাওখিবা -* | | |
| *১) মকোক চীংবী* | - | *খ্বাইবাকপম ইবেযাইমা দেবী* |
| *২) কৃষ্ণ শাবা* | - | *থাওবোইজম বাবু সিংহ* |
| *৩) গোপীদা* | - | *চীঙ্গাংবম বিধু দেবী* |
| | - | *অহৈবম কেতুকী দেবী* |

- *অষ্টৌবী দেবী*

- *খোংবানতাবম ইবেচাউবীনচিংবা*

*৪) মোইবুং খোংবা - তেলেম মোইবুং খোংবা*

*৫) নুপা পালাদা ঈশৈ শকখিবা- রাইখোম চাউবা সিংহ,*

*(দববাব মেম্বব)*

*৬) সুত্র ফমখিবাশিং- অবিবম নিংঙোল ইবেমপীশক*

*(বোকুল মখোং ইবেমপীশক)*

*অমসুং তম্ফাতোন।*[৩১]

লাইবিক অসি ভক্তিগী ঈশৈনি । মৈতৈলোনবু থৌওইনদ্রবা মতম অমদা মৈতৈলোনগী ওইবা শ্রীরাধা-কৃষ্ণগী ওইবা লাইশোন ঈশৈনি । কবি চাওবগী মচানুপী হবেযাইমা দেবীনা মকোক চীংবী ওইনা মাইপাক্লা শান্নখি । ঈশৈগী ২২ইশিং অদু মাঙখিবদগী নিত্যবাস অসিগী ঈশৈ শকখিবী অবিবম নিংঙোল ইবেমপীশকপু ঈশৈ ওইনা অমুক নীংশিংদুনা শকহল্লগা ইথোবকপনি।[৩২] অমবোমদা নিত্যবাস হাযবসি জগোই বাসকী মশা অমনি ।

***(খ)*** *বাসক* (১৯৯৫)

কবি চাওবগী সাহিত্যগী পোথোকশিংগী মনুংদা *বাসক* হাযবিবা অসিসু অমনি। মসি রাধা-কৃষ্ণগী গুণ শক-শোঞ্জবা ঈশৈনি । ঈশৈ অসি খুৎই ওইনা মাঙখ্রবদা কবি চাওবগী মচানুপী নুংশিতোম্বী দেবীনা কন্না থিজীঞ্জদুনা নৌনা পুথোবকপনি । *বাসকতা* যাওবিবা 'দুর্গা পূজা অমসুং নুপী পালা' হাযবিবা শকক অসি কবিগী মচানুপী সনাহনবী দেবী অমসুং ইবেযাইমা দেবী অনীনা ঈশৈ হন্দুনা, দুহাব চত্তুনা দুর্গা পূজাদা অবিবম লাইরেম্বীগী থৌগল তৌখি । মসিগী মতাংদা কবিগী মচানুপী নুংশিতোম্বী দেবীনা হায,

*দুর্গা পূজা অমসুং নুপী পালা হাযনা মীংথোল্লীবা মযেক অসিনা*
*ইচে সনাহনবী অমসুং ইচে ইবেযাইমা অনীনা ঈশৈ হন্দুনা, দুহাব*
*চত্তুনা দুর্গা পূজাদা অবিবম লাইরেম্বীগীদা থৌগল তৌখিবনি ।*[৩৩]

অসিগুম্বা *বাসক* অসিবু শান্ননবগীদমক তম্বী তাকপিখিবা ওজাদি যুম্নাম নাতুমনি। ওজা নাতুমনা মৈতৈলোন তম্বীরে, মীযাম্না নোকুবনি কিজবনা মী চীকপা মতম যেংদুন সুব পানখি। রাফম অসিগী মতাংদা নুংশিতোম্বী দেবীনা মখা তানা হায,

*ওঝা নাতুম মৈতৈলোন তম্বীবে নোকুনি খন্না মী চিকপা তাঙ্গা*

*যেংদুনা সুব পানখি । সুব অমসুং মযেকশিংদুবু যোকখত্তুনা*

*ইচেমশীজ ভানুমতিনা থম্বীবম্মী ।*[৩৪]

লাইবক ফবদি ঈশৈ অসি ঙাঙোম ভানুমতি দেবী চীংঙাখম লৈবক্তা লৈবীনা ঈশৈ হনখি হাযবগী রাবোল মশামক্না পীবি,

*বাসক অসিদা ইশামক্না ঈশৈ হনখি, দুহাবদা চনিংখোম্বী,*

*নম্বোল পেমচানা খোনবাংবী, দুহাব মথংনা মৈনো লৈবক*

*মণিলৈমা অমসুং খোনবাং মথংদা হৈতোম্বীনি ।*[৩৫]

কবি চাওবনা ইবিবম্বা অমসুং খুৎই ওইনা থম্বীবম্বদু মাঙ্খিবা তাবগসু ঈশৈ অদুবু ফাহৌবদগী ঙসি ঐখোযগী মাঙ্দা উবা ফঙ্লিবনি । মসিমক কবি চাউবনা শ্রীশ্রী বাধা-কৃষ্ণগী কৃপা লৈবদগীনি হাযনিংই ।

## VII) হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্রগা ইমিন্নবা তম্ন-লাইবিক *সাহিত্য অহানবা* (১৯৩৫)

লাইবিক অসি রাবেং অমসুং শৈবেং পুন্না যাওবা ক্লাস টুগী তম্ন-লাইবিক্লি । মসি শ্রীহরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহগা শ্রীখ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগা পুন্না ইমিন্নবনি। ইং ১৯৩৫ দা অহানবা ওইনা লাইবিক অসি ফোঙ্খি । নিম্ন প্রাইমাবীগী তম্নবা লাইবিক ওইবা মবম্না মোবেল লেসন পীবনা মরু ওই। লাইবিক অসিদা কবি চাওবা সিংহগী শৈবেং ৫ অমসুং নবদ্বীপচন্দ্রগী শৈবেং ৫ যাওই । পুন্না রাবেং অমসুং শৈবেং ৩২ যাওবি । পঙ্গনিংবা রাফম অমনা লাইবিক অসি ক্লাস সিক্সতা তম্মী অমসুং লাইবিক অসি ইং ১৯৩৬ তা ফোঙ্খি হাযনা কৈশাম মাধুবী দেবীনদি অসুম্না মোৎ ফোঙদোক্লি

*অসিগুম্বা অরাৎপগী চৈথেংগী চৈনাখোল ফাওখিবদগী চাউবনা*

*ক্লাস সিক্সতা তম্নবগীদমক্তা হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্রগা পুন্নগা ইবা সাহিত্য অহানবা ইংশোক ১৯৩৬ তা পুথোকপিবকখি ।* [৩৬]

মথক্কী ৱাফম অসিগা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহ অমসুং হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহনা ইবিবা 'ৱাহৌদোক' কী ৱাফমগা খেৎনবা উই । মতম অদুদা নিম্ন প্রাইমাৰী স্কুলদা ক্লাস সিক্স ফাওবা লৈবমদে । 'ৱাহৌদোক' কী মতাংদা অসুম্না ইবি,

*লাইবিক অসি নিম্ন প্রাইমাৰী পৰীক্ষা পীগদৌবীবা*
*অঙাংশিংগী মতিক চানবগীদমক ঙম্মখৈ হোৎনজম্ত্রে,*
*মসিনা মখোযগী খবদং কান্নববদি নোম্না মহৈ যাল্লে হাযনা*
*নিংদুনা হবাওজগনি ।* [৩৭]

viii) *Elementary Lessons on English Translation and Composition Part I* (1932)

কবি চাওবা সিংহনা ইংলিশতগী মণিপুৰীদা অনুবাদ তৌবা অমদি কম্পোজিসনগী মশক অসি অহানবা ওইনা ইং ১৯৩২ দা ইংলিস টুগী তম্ন-লাইবিক ওইনা *Elementary Lessons on English Translation and Composition Part I* (1932) অসি থম্বীবম্মী । মসি কলিকতাদা ছাপা তৌদুনা ফোঙখি । মতম অদুদা কবি চাওবা সিংহদি জোনষ্টোন হাই ইংলিস স্কুলগী ক্লাস ফাইভ অমসুং সিক্সকী ইংৰাজী গ্ৰামাৰ অমসুং কম্পোজিসন অসি তম্বীবম্মী । মৰম অসিনা মণিপুৰী ছাত্রশিংগী যাম্না মথৌ তাবা অৱাৎপা শরুক অদু মেনখৎনবা হোৎনবদা ইংলিস ট্রান্সলেসন অমসুং কম্পোজিসন্দা খুৎ থাবা ওইনা থোবকখিবনি । লাইবক থিবদি হাযবিবা লাইবিক অসি ফোঙলবা মতুংদগীদি মথা তানা পার্ট টু ফোঙবগী আশা উখিদে , খুৎই ওইনসু থম্বীবমদ্রে ।

কবি খ্বাইবাকপম চাওবনা *দেবী পালাগী ঈশৈ, মথুৰা বিবহ, খুবাক ঈশৈ*নচিংবসু ইবিবম্মী । লাইবক থিবদি হাযবিবা লাইবিকশিং অসিগী মচেৎ মচেৎ ওইবা শরুক খবা নত্তনা অতৈদি থীবা ফঙদ্রে । থীবা ফঙদ্রবা লাইবিকশিংগী মনুংদা *সাযোন* অমসুং *নোংপোকথংবা ভাবত* অসিসু যাওবি । মসিগী মতাংদা কৈশাম মাধুবীনা হায,

*'সাযোন' অমসুংনোংপোকথংবা ভাবত' কৌবা লাইবিক অনীখক্তি মমিং যাওবা আসাম সবকাবনা আইএ অমসুং বিএ দা মৈতৈ লোন তম্লনবা লৌখৎপগী ব্লবোল যাওবা চিঠি অমা মণিপুর সবকাবদা ইবকপা থেংনৈ ।* [৩৮]

কবি চাওবগী অসিগুম্লবা মণিপুরী সাহিত্যদা তৌবিরম্বা অবদান অসিবু নীংশিংদুনা মণিপুব অমসুং নাগালেণ্ডগী গোভর্নব ও এন শ্রীভাষ্টভানা হায,

*Kavı Chaoba was one of the many great poet which Manıpurı has produced He was lover of the glorıous harıtage of Manıpurı Culture, who rekındled the sould of the past wıth a new lıght With hıs pro found ınsıght ınto the mysterıes of human exıstance, Kavı Chaoba made a lastıng contrıbutıon to the Manıpurı lıterature*[৩৯]

অমুকসু শ্রীবাজকুমাব মণি সিংহনা মাগী লাইবিক *Khwaırakpam Chaoba Sıngh, Makers of Indıan Lıterature* হাযবদুদা কবি চাওববু অসুম্না মশক তাক্লি,

*Some scholars added an epıthet 'Vaıshnav Poet' after persual of hıs wrıtıngs* [40]

অমুকসু মখা তানা হাযবি,

*He was a great wrıter by any standard He ıs a Kavı Guru ın the real sense of the term* [৪১]

অবোইবদা ব্লবোই পীবদুনা হায,

*Chaoba has been adorned wıth several hon- ours wıth epıthets lıke Natıonal poet of Man-*

*ipur, Kavi Guru, Kavi, Oja, Sahitya Ratna, Maker of Indian literature in Manipur etc* [42]

মতাং অসিদা নীংশিংবা যাই, মদুদি - মতম কৌবা থা/থাগী ওইনা ফোঙবা মণিপুরী চেফোঙ, তাং ১৫-০৮-১৯৫৬ ইংলণী হৌনা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহবু কবি গুরুগী থাক্তা লৈবা হৌখে । চেফোঙ অসিদা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী শৈরেং 'ব্রজ বৃন্দাবন্দা' কৌবা অমা সম্পাদক শ্রীকোংব্রাই ইবোহল শর্ম্মানা ফোঙলকখি । শৈরেংগী নীংথোলগী হেক মথাদা সম্পাদক শ্রীকোংব্রাই ইবোহল শর্ম্মানা অসুম্না ইবি

*মৈতৈ কবি গুরু খ্বাইবাকপম চাওব সিংহন ইবিবম্বা*

*কবিতা কথাগী মবক্তগী খনগৎলকপ মচেৎ অম ।।* [৪৩]

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যবু মশক মুন্না খঙগে হায়বদি কবি খ্বাইবাকপম চাওবগী সাহিত্যশিং খঙবা তাবনি । মহাক্কী শৈরেংশিং অসি হন্দোকলমদুনা অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যবু মশক খঙবা হায়বদুদি কৈদৌঙেদসু ওইরোই হায়বা য়াফমসু ফোঙদোক্লি

*The corpus poeticum of modern Manipuri literature shall be incomplete without Chaoba's poetics* [44]

মতাং অসিদা পদ্মশ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহনসু খ্বাইবাকপম চাওবগী মতাংদা মশাগী মোৎ ফোঙদোক্লদুনা হায়,

*অমতং তোপ তোপ্পা হায়ববু ফোংদোকপগী ফজবদি খ্বায়দগী শীংথানবা য়াববা মণিপুরী য়াবেং হায়বদু ওইবকই । মণিপুরী সাহিত্য পবিষদনা মহাক্কী সাহিত্যগী গুণবু শীংথাবকপদা মজ্রেন্দা 'কবিরত্ন' পীদুনা (অথ্রংহল কমলদদি পীবগা) 'সাহিত্য রত্ন' হায়না পীখিবসি মরম অসিনা ওইবা যাই । শৈরেংদা নত্তনা য়াবেংগী মশক কথাসু শীংথানীংদুনা তৌবা অই । অদুবু কবিতাদি মতীক চানা ইরমই । শৈরেংগী মরমদসু চেকশিন্না নৈনবমই । কবি চাউবা*

*হায়দবদি যাবোই । চুম্নগী কবি ওইবতা নত্তনা লময়ানবা তোপ তোম্পা মগুণ চেনবা কবিনি । তুংদা লাকখিবা কবি-শিংনা মশ্রেন্দকী উৎসাহ, লোন্দা লাক্তা অমসুং রাখল পবীং লৌবকইবনি। মণিপুরী লোনগী নহাবোল কবিশিংগী ওঝানি-কবি গুরুনি।* [৪৫]

মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনা কবি চাওবগী মমল নাইদ্রবা সাহিত্যগী খুদোলশিং অসিবু ইকাইখুম্নবা উত্তুনা ইং ১৯৪৮ দা 'সাহিত্য রত্ন' হাযবা মীংথোল পীখি। ঙসি মণিপুরীশিংনা মমালোলগীদমক্তা চাওথোকচবিবা অসি কবি চাওবা অমসুং মতম অদুগী মমারোলবু নুংশিজদুনা অঙম্বা থৌদাং যাখিবশিং অদুগী মহৃযননি । অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যদা কবি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী মফম থাক রাংনা থম্নবকপা অসিমক্তা মহাকপু কবি গুরুগী থাক্তা নৈনবক্লিবনি । মহাকপু কবি গুরুগী থাক্তা থম্বা হাযবসি মণিপুরী সাহিত্যগী চাওথোকচনিংঙাইনি ।

*****

# Bibliography -


[১] মাধুবী দেবী, কে ১৯৯৫, *চাউবা অমসুং মহাক্কী রাবেং সাহিত্য,* লমযানবা প্রেস, ইম্ফাল, লা ৫ ।

[২] কবি চাওবগী জন্ম পত্রিকানি । মসি শীংজমৈ চীংঙা মখা ক্ষেত্রি লৈকাই ইম্ফালদা লৈবা খোকচোম প্রফুল্লোদগী ফংজবনি । মহাক কবি চাওবগী মশুনপী শোবোজিনী দেবীগী মপুবোইবনি ।

[৩] Jhalajit Singh, R K , 1995, Khwairakpam Chaoba Life and Works, *Souvenir, Birth Centinary Celebrations of KAVI CHAOBA 1995-96*, Art & Culture, Govt of Manipur, ed L Damodar Singh, Imphal, p 11

[৪] ইবিদ ————-, লা ১১ ।

[৫] প্রফুল্লো সিংহ খোকচোম, খোমজিনবা, ১৯৯৬, কবি শ্রী খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহবু শক্তাকচবা ওইনা রাহে খবদং, *কবি খ্বাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী সাহিত্য,* মুখি প্রিন্টিং সেন্টব, শিংজমৈ, ইম্ফাল লা (iii) ।

[৬] Op cit ________ *চাউবা অমসুং মহাক্কী রাবেং সাহিত্য* লা ৮ ।

[৭] ঝলজিৎ সিংহ আব কে ১৯৯৫, খ্বাইবাকপম চাউবগী পুন্সি রাগী সেমিনাব পেপব, এপ্রিল ৮ অমসুং ৯, মণিপুরী বিভাগ মণিপুব য়ুনিভর্সিটি কাঞ্চিপুব লা ৪ ।

[৮] দ্বিজমণি দেব শর্মা হিদংময়ুম, 1995, কবি চাউবা নীংশিংবা *Souvenir, Birth Centinary Celebrations of KAVI CHAOBA, 1995-96*, Op cit ________, p 1

[৯] মণিপুব ষ্টেট দববাব, বিজোলুসন নম্বব ৪ ইম্ফাল ১৭-০১-১৯১৭ ।

[১০] Op cit ________, *চাউবা অমসুং মহাক্কী রাবেং সাহিত্য,* লা ৯ ।

[১১] নুংশিতোম্বী দেবী, খ্বাইবাকপম চহী ৬৫, ব্রহ্মপুব ভাগ্যবতী লৈকাই, ইম্ফাল ইহুতা লৈবীগা তাং ১৮ ০৫ ২০০৯ ইং নুংথিলদা উনজকবদা

তাকপিবকপনি। মহাক কবি চাওবগী মচানুপীনি ।

[12] www ashutoshcollege in

[১৩] নুংশিতোম্বী দেবী, খ্বাইবাকপম ১৯৯৫, কবি চাউবগী মবমদা নীংশিংবা খবা, চাউবগী অখন্নবা চেফোঙ, ঋতু, ৯৫ শুবা মশীং, জুন, সম্পাদক অরিবম কুমাব শর্ম্মা দি কলচরেল ফোবম, মণিপুব, ইম্ফাল, লা ১ ।

[১৪] নুংশিতোম্বী দেবী খ্বাইবাকপম 1995 বাবুবু নীংশিংলগা ইবা, *Souvenir, Birth Centinary Celebrations of KAVI CHAOBA,* 1995-96 Op cit___, p 7

[১৫] দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা, হিদংময়ুম, 1995, কবি চাউবা নীংশিংবা *Souvenir, Ibid*___, p 3

[১৬] অলক কুমাব ঘোষ, ১৯৯৬, *স্মবনীয় যাঁবা* বিপিএম'স প্রিন্টিং প্রেস, ২৪ পবগনা (উত্তব), পশ্চিম বেঙ্গল লা: ৮ ।

[১৭] নুংশিতোম্বী দেবী, খ্বাইবাকপম, 1995 বাবুবু নীংশিংলগা ইবা, *Souvenir, Birth Centinary Celebrations of KAVI CHAOBA* 1995-96 Op cit______, p 6

[১৮] নুংশিতোম্বী দেবী খ্বাইবাকপম, চহী ৬৫, ব্রহ্মপুব ভাগ্যবতী লৈকাই, ইম্ফাল ইষ্টতা লৈবীগা তাং ১৮ ০৫ ২০০৯ ইংগী নুংথিল উনজকবদা তাকপিরকপনি । মহাক কবি চাওবগী মচানুপীনি ।

[১৯] Op cit___ কবি শ্রী খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহবু শক্তোকচবা ওইনা রাহৈ খবদং, *কবি খ্বাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী সাহিত্য* লা: (iv) ।

[২০] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম, ১৯২৬, রাহৌদোক, *ফিদম*, ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস, ইম্ফাল, লা ২ ।

[২১] Op cit___, *চাউবা অমসুং মহাক্কী রাবেং সাহিত্য,* লা ৩৫-৩৭ ।

[২২] খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা ইবম্বা *রাখল* গী রাহৌদোক নি । মসি চীংঙামখা ক্ষেত্রী লৈকাই, ইম্ফালদা লৈবা থোকচোম প্রফুল্লো সিংহদগী ফঙজবনি ।

[২৩] প্রফুল্লো সিংহ, থোকচোম, খোমজিনবা ১৯৯৬, রাহৌদোক, *মতমগী রাখল, কবি খ্বাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী সাহিত্য,* মুখি প্রিন্টিং সেন্টব, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা ৯৯।

[২৪] Op cit___, *চাউবা অমসুং মহাক্কী রাবেং সাহিত্য,* লা ৬২-৬৩।

[২৫] ইবিদ ———————,লা ৬২-৬৩ ।

[২৬] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম, ১৯৩৯, *লবঙ্গলতা* (অনীশুবা মতাং অহানবা পন্দুপ, কৈনা তোকপা পোকপ্রা ? নবচন্দ্র ।), জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুল *মেগাজিন,* ওগষ্ট, সম্পাদক, মৃতুম বাধেশ্যাম সিংহ, ইম্ফাল, লা ২১-২২ ।

[২৭] নীলকান্ত সিংহ, এলাংবম, ১৯৯৮, কবি খ্বাইবাকপম চাউবা । চহী চামা শুবদা, *হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি,* দি বাইটবস ফোবম ইম্ফাল, লা ৪০।

[28] Jayanta Kumar Sharma, B , ed 2006, Profile of the M D U *Platinum Jubilee, Souvenir,* Manipur Dramatic Union, Imphal, p-40

[29] Tombi Singh, N , 1995, The Unpublished Plays of Khwairakpam Chaoba, *Souvenir, Birth Centinary Celebrtions of KAVI CHAOBA 1995-96,* Op cit___, p 43

[30] Ibid ____________, p 41

[৩১] নুংশিতোম্বী দেবী, খ্বাইবাকপম খোমজিনবী, ১৯৯৫, *খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহক্কী মৈতৈলোনগী নিতাবাস,* সুচেতা প্রিন্টিং রার্ক্স, ইম্ফাল লা ৭।

[৩২] ইবিদ ——— ———, রাহৈ খবদং, লা ২-৩।

[৩৩] নুংশিতোম্বী দেবী, খ্বাইবাকপম খোমজিনবী ১৯৯৫, *খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহক্কী মৈতৈলোনগী বাসক,* সুচেতা প্রিন্টিং রার্ক্স ইম্ফাল, লা ২।

[৩৪] ইবিদ———————, লা ১।

[৩৫] ইবিদ ———————, লা ১।

[৩৬] Op cit____, *চাউবা অমসুং মহাক্কী রাবেং সাহিত্য,* লা ২৬।

[৩৭] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম অমসুং হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ সম্পাদক, ১৯৩৫, রাহৌদোক, *সাহিত্য অহানবা,* ষ্টেট প্রেস, ইম্ফাল ।

[৩৮] Op cit______, *চাউবা অমসুং মহাক্কী ৱাবেং সাহিত্য,* লা ৩৪।

[39] Shri Vastava, O N , 1995, Message, *Souvenir, Birth Centinary Celebrations of KAVI CHAOBA 1995-96,* Op cit______.

[40] Mani Singh,Rajkumar, 2002, Life and the works, Makers of Indian Literature Khwairakpam Chaoba Singh, Sahitya Akadami, New Delhi, p-11

[41] Ibid__, A Pioneer in Literary Pursuits, , p-49

[42] Ibid __________, p-52

[৪৩] চাওবা সিংহ, খ্বাইরাকপম, ১৯৫৬, ব্রজ বৃন্দাবন্দুদা, মতম অবেংতুবা মশিং, ওগষ্ট ১৫, সম্পাদক, শ্রীকোংব্রাই ইবোহল শর্মা শর্মা প্রিন্টিং ৱার্ক্স ইম্ফাল, লা ২০।

[44] Opcit__, Towards a new era of Literary Aesthetics, *Makers of Indian Literature Khwairakpam Chaoba Singh*, , p-5

[৪৫] নীলকান্ত সিংহ, এলাংবম, ১৯৯৮, কবি চাউবগী পুন্সিগী মীৎযেং *হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি*, বাইটবস ফোবম, ইম্ফাল লা ৩৩।

*****

# কবি চাওবগী শৈরেংদা মীওইবা অমসুং প্রকৃতিগা লৈনবা মরী

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা রোমান্তিক পরম্পরাগী ওইবা শৈরেংগী ঈহৌ অসি ইং ১৯১৫ দগী ১৯৫০ ফাওবা কোনশিনবা যাই । ঈহৌ অসিদা পনবা যার লমযানবা শৈরেং ইবা কবিশিংদি - চিংঙাখম ময়ূরধ্বজ সিংহ, পুখ্রম্বম পারিজাৎ সিংহ নাওরিয়া ফুলো, হিজম অঙাংহল সিংহ, হিজম ইরাবত সিংহ, ডা কমল সিংহ, অশাংবম মীনকেতন সিংহ অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ, মহারাজ কুমার বোধচন্দ্র সিংহ অমদি হুইরোইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ অসিনচিংবনি । মখোয়শিং অসিগী মতুংদা রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ, রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ, খুমন্থেম ইবোহল সিংহ, এলাংবম সোনামণি সিংহ শীজগুরুমযুম নীলবীর শাস্ত্রী, খাইদেম প্রমোদিনী দেবীনচিংবা থোরকখি। ইং ১৯৪০ দগী ১৯৫০ ফাওবগী মনুংদা শৈরেং ইবা হৌরকপগা ইং ১৯৬০ গী মতুংদা মশক নাইরকখিবা কবিশিংদি লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ, এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ অমসুং লাইশ্রম যোগেশ্বরনচিংবনি । মখোয়না মণিপুরী শৈরেংদা অচৌবা থৌগাই লৌরকখি।

মথক্তা পনখ্রবা অইবা-অইবীশিং অসি নত্তবা মণিপুরী চেফোংশিং (মণিপুর অমদি মপাল মণিপুর - শ্রীহট্ট, কলিকতা, গৌহাটি, কাছাড়নচিংবদা ফোঙলম্লা চেফোংশিং) দা চোইজাইননা ফোঙখ্রবা অদুগা মশক্তি নাইদ্রবা কবি খরগী শৈরেংসু লৈরি । মখোয়শিং অদুগী মনুংদা শীংথারবা যারা খরদি - খ্বাইরাকপম গীরি সিংহ হিদংময়ুম দ্বীজমনি দেব শর্ম্মা, অরাম্বম ইবুংঙোহল সিংহ, ডা ভাগ্য সিংহ, হুইরোইবম রনবীর সিংহ শ্রী শোরোকখাইবম ললিত সিংহ, রাজকুমার নীলমনি সিংহ, অয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ, নিংথৌজম যাইমা সিংহ, খুন্দ্রাকপম অমুবা সিংহ, কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ হুইরোইবম নীলমণি সিংহ, ইন্দুরেখা দেবী অমদি এল রোমণি দেবীনচিংনা মণিপুরী চেফোংশিংদা শৈরেং ইরম্মী । মতম অদুগী মণিপুরী চেফোংশিং খরগী মীং পল্লরবদা *যাকাইরোল, ললিত মঞ্জরী পত্রিকা, জ্যোতি, ঙসি, মুক্তি, মিংনাইদবী, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা, খোঞ্জেল, মাসিক জাগরণ, মৈতৈ চনু, মৈতৈ, নহারোল* অমদি মণিপুরীগী এন্থোলোজী *কবি তর্পন* (১৯৫০) নচিংবদা খুদোল তম্লম্মী । মসিদা কবি চাওবা সিংহসু মশাগী শৈরেংগী লাইরিক *থাইনগী*

*লৈবাং*, অমসুং *রারেং-শৈরেংগী* অপুনবা *লাইবিকশিং হাযবদি হাল্লমচা, কাল্লবা রা, ফিদম, রাখল, রাখলগী ঈচেল* অমসুং হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহগা ইমিল্লবা *সাহিত্য অহানবা* অসিনচিংবা ইদুনা *অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী ঈচেলদা খুদোল তল্লম্মী* । মসিদা নত্তনা জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুল *মেগাজিন* (১৯৩৯), খাইদেম প্রমোদিনীনা সম্পাদন তৌবা শৈরেংগী এম্বোলোজী *কবি তর্পন* (১৯৫০), মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা ফোঙবা *শৈরেং অখোম্বা* (১৯৬৫) *নচিংবদা হাপখিবগা লোইননা মতম অদুগী মণিপুরী চেফোঙশিং* খবদসু শৈরেং হাপখি।

ইং ১৯৫০ গী মমাংগী কবি খুদিংমক্তা রোমান্তিক কবি ওইনা হৌবকখি । মসিদা কবি চাওবসু রোমান্তিক কবি অমা ওইনা শৈরেং ইদুনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা থৌদাং লৌবম্মী । মণিপুরী সাহিত্যদা কবি চাওবনা খুদোল তল্লম্বা শৈরেং খবদা সাহিত্যগী মচল অমা ওইবিবা মীওইবা অমসুং প্রকৃতি অনীগী লৈনবা মরী অদু মযেক শেংনা মমি তাই । মসিদা *থেঙনবিবা মকওইবা মশক্তি প্রকৃতিগী খুৎশেমশিংদা থরাই পানবা অহিংবা* জীব অমা ওইনা লৌবা, মীওইববু তাইবঙপানবা মপু মানা শেম্বীবকপা খুৎশেম অমা ওইনা লৌবা, মীওইবগী পুন্সিবু নত্রগা পুন্সি ঈচেলবু লৈবাং নত্রগা উচেক, চীং-পাৎ-*তুরেল লৌবুক* অমসুং উপাল-রাপালনচিংবগা চাংদম্নবা অসিনচিংবনি । মসিদা নত্তনা মহৌশাগী খুৎশেমশিংবু মপু মাগী খুৎশেম্নী হাযনা লৌবা অমদি মহৌশাগী পোৎলমশিংগী মগুণবু শৈথাবা, শীংথাবা অসিনচিংবগী মশক উৎননবা হোৎনৈ । কবি মযুরধ্বজ সিংহ, পাবিজাৎ সিংহ, মীনকেতন সিংহ, ডা কমল সিংহ, অঙাংহল সিংহ, ইবাবত সিংহনচিংবগী শৈরেংশিংদা প্রকৃতিগী মশকশিং অসি মরেক শেংনা উবা ফঙই। মতৌ অসুম্না কবি চাওবগী শৈরেং খবদসু প্রকৃতিগী মফম অমা চাওনা কন্দুনা লৈরী । মীওইবা অমসুং প্রকৃতি অনীগী লৈনবিবা মরী অসিগী মশক অসি নৈনবমদ্রবদি কবি চাওবগী শৈরেংগী অশেংবা মশক অসি মপুং ইফা ফাদবগুম উই । কবি চাওবগী শৈরেংশিংদা মীওইবা অমসুং প্রকৃতিগী মরীদু মতাংসিদা নৈনবি।

'অযুক অঙনবা' হাযবা শৈরেংদা প্রকৃতি অমসুং তাইঙমপুগা লৈনবা মরী অদু উৎপগা লোইননা কবিনা পীক্লিবা অঙাং নরাশিংদা নুংঙাইববা অযুকী মতমদা

যাহৌনবা পাউজেল্লী। অহানবদা প্রকৃতি অমসুং তাইবঙ শেম্বা মপুগা লৈনবা মবীদু অসুম্না ইবি,

*ঙাল্লে ঙসিদি, শেংলবা অযুক্তা,*

*অনৌবা নুমিৎকী মেংলবা মঙাল্না ।*

*শাৎলে অযাম্বা, নিংথিবা লৈবাংনা*

*লিক্লানা চোৎলবা অশংবা লৈকোন্দা ।*

*ঙংলে খোইমুনা, মপুগী গুণবু*

*ফুগাযনা শাৎলবা লৈবাংবু উদুনা ।*

*কৎলে শীংঙ্গেনবু মপুগী চবন্দা*

*ঈংলবা নামিবা মলযা নুংশিৎনা ।* [১]

মখা চথবকপদা কবিনা মহৌশা খুৎশেমগী নুংঙাইবা অযুক অসিদা নৌবিবা অঙাং নরাশিংদা যাহৌবো, মপুগী ঈঙ্গিৎ যেঙহৌবো হাযনা পাউমেল্লী,

*হৌবো অঙাংশা । নুংঙাইবা অযুক্তা*

*মপুনা উৎলিবা, ঈঙ্গিৎপু উদুনা ।*

*পাংঙো নারাগী, মেংলবা খোঙ্গেন্না*

*নুংশিবা চেক্লাগী সুবগা তিন্নবা ।*

*হৌবো অঙাংশা অসুম্বা মতমদা*

*মপুনা উৎলিবা ঈঙ্গিৎপু খঙদুনা ।* [২]

চিংঙাখম মযুবধ্বজ সিংহসু 'অযুক অঙনবা' হাযবা শৈরেং অমা ইবম্মী । মসিদদি কবি চাওবগুম্না পীক্লিবা অঙাংশিংদা পাউতাক পীবা যাওদে । মহাক্তি মীওইবদা মোরেল লেসন পীননবা হোৎনৈ । অবোইবদা কবিনা ঈশ্বর নত্তুনা লেঙদবা মরুপ হাযবদু লৈতে হাযনা মেসেজ অমা পীবনা মপুং ওই । মাসিদা প্রকৃতিগী পোৎলমশিং ওইবিবা থম্বাল অমদি থবো অনীগী নুঙাইবা অমসুং অরাবা মশকসু যেক্লি

*পাত্তা হৌবা থম্বাল্না, নুমিৎ মঙাল উবদা,*

মোমোন মোমোন নোক্লকলে ।

থরো কৌবী লৈবাংনা, তাংজা মবাই লুক্লুনা

কাঙনা মৈখু লাংথরে ।

লৈহী পাম্বা খোইমুনা লৈবাংথক্তা তোংদনা

লৈহী পেন্না চুপ্লক্লে । [৩]

কবিনা মোবেল লেসন পীন্দুনা অমদি শেম্বীবকপা মপু ইবুংঙো নত্তন। কনাসু লেপ্লেবা মকপ লৈতে হাংবদু উৎনদুনা ইবি,

মতম থীবা লাকগা, ফিবান মমাই পৈবগা

কনা যেংবদা উদেদা ।

শাদৈ নাতৈ মনুংদা নচিন ননাও মবক্তা

ন গী হায়বা কনানো ?

তাইবংপানবা অসিদা, মকপ মপাং মনুংদা

লেংদবা মকপ কদাইদনো ?

খংবা মখৈ থিবগা থনবা মখৈ থল্লগা

ঈশ্বর নত্তনা লৈতেদা ।

কাঙ্গ মতম নাইদনা, পুক্লিং অনি লোংদনা।

ইবুংঙো মাবু নিংজোদা । [৪]

কবিবত্ন হিজম ইবাবত সিংহসু 'অযুক অঙনবা' হাইবা শৈবে ইবম্মী। কবি চাওবগী শৈরেংগী হীবমগা ইবাবতসিংহগী শৈরেংগী অবোইবা শংক্লা হায়ফেৎ মান্নবা মতাং উবা ফংই । কবি অহুম্মাক মযুবধ্বজ সিংহ, ইবাবত সিংহ অমসুং চাওবা সিংহগী শৈরেংশিং অসিগী মফোঙদোক্তদি খেন্নে । ইবাবত সিংহগী শৈরেংদনা প্রকৃতিগী খুৎলেমশিং, হৈবাং-লৈবাং, মলযা কোবৌহনবা উচেক (যেন লাবা, কাক) সু যাওনা মপুগী। নীংথিবা মশকপু শীংনদুনা যেংগল তৌই হায়না কল্পনা তৌই । অবোইবদা কবিনা নহা ওইবিবা পুম্নদা অঙনবা অযুক্তা যাহৌনবা মপুগী মগুণ শক্লবা পাউমেল্লী

নোংপোক লৈমা ইবেম্মা

*চীংখৈ ফিদুপ অছন্না,*
*হোংবিরে খ্বাংজেৎ অনৌবা*
*খোবক্রে হবাওনা নোক্লা*

*হে ইচিন ইনাওশা ।*
*হৌগৎলো মতমসিদা,*
*মপুগী কোলোয শোল্লগা*
*পাযনবো নঙগী নঙগী নশিন । "*

কবি চাওবগী 'মৈতৈ লৈবাক' হাযবা শৈরেং অসিদনা প্রকৃতিগী খুৎশেমগী খেন্ন-খেন্নবা পোৎলমশিংনা মৈতৈ কবিগী সাহিত্যগী মচাক পীবিবনি হাযনা লৌই মসিগা লোইননা মণিপুরগী মহৌশাগী ফজবা অসি অতৈ মালেমগী মফম অমত্তদা লৈতে অসিগুম্বা লমদম অসিদা যোইবু যোইহেন তাল্লিবা শাবী-শানৌ পুন্নমক্তা লৈবাক অসিদ পোকচবা অমসুং শীজবা পামজবা অসিগী মীৎযেং উৎলি । মতাং অসিদা কবিনা অসুম্ন হায,

*চীংনবু কোইনা পনশাবা*
*চীংমীনা কোইনা পনঙাকপা*
*হৈবাং লৈবাংনা তিল্লবী ঋতু তকক্লা খৌগল্লিবী*
*(মণিপুর সনা লৈবাক ও ।)*
*রাখন চাউববা কবিগী*
*লাইনা থাবা মফমনি ।*
*কন্নাগী মবম লমলেন্দা, কাওবেন যঞ্জন মতমদা*
*সন্ধাবতিগী খোঞ্জেনা*
*মাইকৈ তবা নিল্লিবা ।*

*কন্নাগী শংবানবা লৌবুক্তা*

*নামিবা নুংশিৎনা হুম্বদা*

*অশংবা ফৌনা মথক্তা ঈথক্কী জগোই শাবিবা ।*

• •

*যোইবু যোইহেনবা তাল্লিবা*

*শাবী শানৌ অপুম্বা ।*

• •

*চবৈগী ফিগাও শাদুনা*

*ইমাগী থৌজান নিজবি ।*

• • •

*লৈবাক অসিদা পোকচবা*

*লৈবাক অসিদা শিজগে ।* ৬

'ব্রাকচিংগী লৈবাং' হায়বা শৈরেং অসিদদি কবিনা ব্রাকচিংগী লৈবাং গুলাম্পু পবসোনিফাইদ করেক্তর অমা ওইনা শাগত্তুনা মীওইবগী চরিত্র অমা ওইনা উৎলি । লৈবাং অসিবু নুপী অমগী মূর্ত্তি ওইনা কল্পনাগী তুবিনা শাগত্তুনা মচল অমগুম্না লৌবগা অন্না - নুঙাইবগী মশকশিং ফোঙদোক্লি । লৈবাংনা অবেম্বদা কেন্দুনা মথন্ত মাঙজখিবা, বসন্ত ঋতু ওইবিঙেগী মতমদা কনাগুম্বা খোইমুগা শবী - ব্রাশক্লখিবা কযা অদু কবিনা কল্পনা তৌবি । অসিগুম্বা লৈবাং অসিনা চিক্লবা লৈকোলনুংদা শাৎলগা অমুক পত্তুনা মাঙখিবদু কবিনা পাম্মুজে । শামান্নবীশিংনা খোমলেন তুমখুম হুল্লিবা ফৈদোম মথক্তা লৈবাং লৈচা শেৎনা চাইথোকপনা লৈবাংগী মগুণ হেনগনি হায়না কবিনা থাজে । কবিনা ব্রাকচিংগী লৈবাং গুলাম্পু পবসোনিফাইদ করেক্তর অমা ওইনা নুপীজা ওইবীগী লমচত্তা শাগৎতুনা, কল্পনাগী মূর্ত্তিদা কবিনা মমাঙগী মতমদা কবিগী তযাং তশোইনা লৈহৌবনো হায়বগী ঈঙ্গিৎ পীবদুনা নীংঙমবদা ফোঙদোক্লি

*লাইবক চাউবী ইচল ও ।*

*বসন্তনা ওইবিঙে, লৈবাং মযাম্না তিল্লিঙে,*

*শীজেনগী শামান্নবগা,*

খোইমু লৈহী চুম্পগা

কবিগী লৈবাং নোকহৌদে [৭]

কবিনা লৈবাংগী হৌখ্রবা যৌবন মতমগী পুন্সিবু কবিগী লৎনখিবনো হায়বগী মতাংদা পেন্দবা ফোঙদোক্নুনা অসুন্না হায়বি,

*শিমিন্নশি রাশকপা মাংমিনসি তেমশীংবা,*

*নতা কনাদা শিন্নদুনা*

*পম্বৌগী লৈকোলনুংসিদা*

*লৈবাংবু হুঞ্জেকলম্মবোই ।* [৮]

কবিনা লৈবাংগীদমক্তা মীনুংশি পোকলকই । অরাবা তাংবা কনাগুম্বী অমগী মতেং পাংবা ঙমদ্রবসু মমিংমক্তা রাজববী কনাগুম্বীগী যিবম্ যেংবা ঙমজখিদে । মবম অসিনা লৈবাংনা শাৎলগা অমুক পত্তুনা পুমদুনা মাঙখিবদু যেংবা ঙমজদবা মতাংদা কবিনা হায

*নুংশিববী ঈচল ও ।*

*হেকপিনবা লৈতনা নম্বিনবা যাওদনা,*

*চীক্রবা লৈকোন্নুংশিদা*

*পত্তুনা পুমদুনা মাংখিবা*

*লৈবাং যেংবা ঙমজবোই ।* [৯]

অমুকসু কবিনা হায়বি,

*নাইতোম শাৎপী লৈবাং ও ।*

*লৈকা চোইনা খীকত্তুনা লৈবাং লৈশক খংহন্দনা*

*নংগা শামান্নবসিংদুনা*

*খোমলেন তুংখুল হুল্লিবা*

*ফৈদোমফক্তা চাইথোক্কে*

*রাকচিংগী লৈবাং লৈনুংশি ।* [১০]

রাকচিংগী লৈবাংবু নুপীজা অমগী মশক্তা, কবিগী মচল শক্লবী নুজা অমগী

মশক্তা, এলোগোবিকেল ভিযুদা কবিনা মূর্ত্তি শাগৎলি । মসি মণিপুরী ব্রাবেংদদি হিজম অঙাংহলগী 'থম্বাল' হাইবসিদা উবা ফঙই । মসিদা লাইজ ঈপাক্তা শাৎচবী লৈবাং থম্বালবু নূপীজা ওইবী অমগা মান্ননা উৎননবা লাক্লে । মসি মতম অদুগী মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা চাংযেংনি ।

কবি চাওবগী শৈবেং 'ব্রাকচিংগী লৈবাং' হাইবা অসিদা এলোগোবিকেল ভিযু অ৯গী মম্মি তাবগুন্না ডা কমলগী শৈবেং 'মৈতৈ চনু' দদি মেতাফোবিকেল ভিযু নত্রগা এলোগোবিকেল ভিযু নত্রগা সিম্বোলীকেল ভিযু অমবু ঈঙ্গিৎ ওইনা উৎনবা হোৎনৈ । মসিদা মৈতৈ চনুবু মৈতৈ সাহিত্য ওইনা মশক তাক্লবা প্রকৃতিগী পোৎলমশিং মরু ওইনা লৈবু সাহিত্যগী মচল ওইনা শক তাক্লি,

*মতম কুইনগী তুংদা*
*লেংশিল্লক্লে ইমা মৈতৈচনু*
*মৈতৈ সাহিত্য মন্দিব মনুংদা*
*যেন্দাই থন্না লৈহাগুনা*
*কৎলুসি ইমাগী খুযাদা ।*

*পূক্লিং লৈকোন্দা শাৎপা লৈবাং হেক্তুনা*

*কৎলুসিনে ইমাগী খুযাদা*
*লৈগী মন্দিব শাকসি ইমাগী*

*লৈগী চাব থিকসি ।* [১১]

কবি চাওবগী শৈবেং 'লোক্তাক মপান্দা' হাযবা শৈবেং অসিদদি কবিগী পুন্সি ইচেল অমসুং মোইবাং লমদমদা লৈবিবা লোক্তাক্কী মহৌশা খুৎশেমগা লৈনবিবা নকশিনবা মবী অদু উৎননবা হোৎনৈ । কবিগী থম্মোযদা ফাওবকপা লাংতক্লবা, ঈখৌলাংবা, থম্মোযবু শুম্মৎপা অমদি লোক্তাক ঈপাক্তা হি তোংদুনা নৌগী জগোই শাদুনা হবাও

নুংঙাইবা ফোঙদোকপগী মতাংসূ যাওবি ।

কবিনা লোক্তাক পাৎ উকবদা ফাওবকপা থম্মোয়নুংগী লাংতক্লবা ঈহৈ অদু উৎনবা হোৎনদুনা কবিনা হায়,

*ঙসিদি পুন্সিগী অনৌবা ঈচেন্দা*

*অনৌবা ঈথক্লা হৌবক্রে*

*মৈতৈগী ঈপাক্লা মাংদা ঙানব'দু*

*ইমিংনা উজবা ফংজবে ।* [১২]

কবিনা লোক্তাকী ফজবদা পুক্লিং হকচাং লুপখিদুনা মতম কুইনা লোক্তাক্তা চৎকে খঞ্জদুনা নীংলকপা অদু থুঙজবদুনা অমদি লোক্তাক ঈযাইদা হি তোঙদুনা নৌ পাযবগা শান্ননিংবগী অপাম্বদু ফঙলগনি খঞ্জদুনা খঙহৌদনা হৌবকপা হবাও নুংঙাইবগী ঈপোম্না থুম্মৎখিদুনা মমিত্তগী পি শিম্মখি,

*কুইনা নিংলবা পুক্লিংগী অপাম্বা*

*ঙসিদি থুংজবা তাবেদো ।*

*হিথক্তা তোংদুনা ঈপাক্তা তৌবগুম*

*নৌগী জগোইবু শাজগে ।*

*নিংজবা থুংদুনা মিৎলুগী নাপোমদা*

*তবংগী লাইজবু শিম্মগে ।* [১৩]

অরোযবদা কবিনা লোক্তাকী মহৌশাগী ফজবা অসি মপু মাগী থুৎশেমনি হায়না লৌদুনা তাইবঙপানবা পুম্মবু শেম্মীবিবা মপু মাগী মগুণতবু শক্তনা পুক্লিং পেন্নশি হাযবি,

*ঈযাইদা থুংবদা, মপুগী নিংথিবা*

*গুণবু উজবা ফংদুনা,*

*ঈথক্কা লোঙ্গনা, লৈবিবা পুক্লিংনা*

*মপুগী গুণবু খংদুনা*

*ঋাংলবা খোঞ্জেল্লা, মপুগী গুণবু*

*শক্তুনা পুক্রিং পেন্নসি ।* [১৮]

কবি চাওবগী শৈরেংগী লাইবিক *থাইনগী লৈবাং* অসিদনা 'ইঙেল লৈ' অদুগা ঋাবেং শৈরেংগী পুন্সিনবা *লাইবিক ছাত্রেমচা দনা* 'লৈবাংদা' হায়না মীংথোনবা শৈরেংসিদা মোরেল লেসন অমা পীবি । তাইবঙপানবা মপু মানা শেম্বীবকপা খুৎশেম ওইবিবা মীওইবগা লৈবাং ইঙেল লৈগা চাংদম্নবি । মীওইবগী পুন্সিদি অমব নত্তে । নোংমাদি শোযদন। অশিবগী লমদমদা চৎখিগনী । হকচ 'না মালেম লৈশাদা উৎ ওইনা তিনখিগনী। মশুবা নাইদবা পোক্লমা অইবিইমপুগী মাক্তা চঙজফম লৌকগনি । লৈবাং ইঙেল লৈসু গাইবঙ মপুগী খৎশেম অমনি । মপুগী থৌদা ইল্লিগনী । ইঙেল লৈনা কেন্ননবা শাৎলম্বগুম লাওইবসু অমুক পোক্লগা অমুক শিগনী । মসি মপু মাগী থৌদানি । থৌদা অসি কনানসু থকপা ঙম্বা নত্তে । পোকপা শিবা মহৌশাগী কাযদনা লাক্লি । নুমিৎ-থানা অমুক মম্বা অমুক ঙানবা নাইবগুম মীওইবসু পোকপা নাই শিবসু নাই । মসিগী বাখল্লোন অসি ইঙেল লৈ হায়না লৈবাংগী পুন্সিগা মীওইবগী পুন্সিগা খেন্নবা লৈতে হায়বদু তাক্লবা হোৎনৈ

*চীংদা শাৎপা ইঙেল লৈ*

*চিনদনা কেন্নখিবা*

*কল্লকই ।*

*ঐনা কেন্নগে কেনদেদো*

*মালংবনা হুম্বগী*

*কেনবনি ।*

\- \- \-

*চীংদা শাৎপা ইঙেল লৈ,*

*ঐখোইসু নংগী নতৌগুম*

*পানবনি ।*

- - -

*অরাবা নুংশিৎ কযানা*

*পুন্সি' ফম্বাক থাক্লিদা*

*হুমলিদো ।* [১৫]

কবিনা লৈবাং ইঙেল লৈগা মীওইবগী পুন্সিগা চাংদম্নবা মশক অদু উত্নুনা ইবি,

*তাইবং মীবু উবগা*

*যুবান্না জগোই শাবদু*

*নিংশিংঙি ।*

- - -

*নংনা কেন্নবা শাৎপগুম*

*ঐখোযসু থুনা শিনবা*

*ঙাইগনি ।*

*ঈপাক্তা কোঙোল তাকপগুম*

*পুন্সিগী ঈপাক থক্লিদা*

*তাক্লনি ।* [১৬]

কবি চিংঙাখম মযুবধ্বজ সিংহগী শৈবেং 'প্রকৃতিনা উৎপা' হাযবা অসিদসু কবি চাওবগী 'ইঙেল লৈ' হাযবা শৈবেংগী ৱাখললোনদা মীওইবগী পুন্সিগা লৈবাংগী পুন্সিগা চাংদম্নে । কবি মযুবধ্বজ সিংহগী শৈবেং অসিদনা তুবেলগী ঈচেলগা নমু তাইবঙ মীওইবগী খোঙচৎকা মান্নবা লৌই,

*তুবেন্না চেনবা ঈচেনগা,*

*নমু পুনশি খোংচৎকা,*

*প্রকৃতিনা ওনবা শাইওনগা*

*তাইবংমীগী ফিবমগা*

*পাংখকনিদি থল্লুবে ।* [১৭]

অমুকস্ কবিনা নিংথমথাগী মতমগা মীওইবগী পুন্সিনা অহল ওইশিল্লকপা মতমগা চাংদম্নদুনা মখা চথবি,

*নিংথম্বা মতম লাকল্লগা,*
*উন্না কুংনা তাবগা,*
*উনা রানা কেন্দুনা*
*উপান রাপান মখৈনা*
*শিকম নাকম তৌবদো,*
*চহি মতাং যামদুনা*
*হকচাং মবাঙ্গ চ.ঈদুনা*
*পাঙ্গন মযে. তাদুনা*
*অহন ওইবা ফিবমবু*
*উৎপনিদি নিংভ্রিদা।* [১৮]

কবি চাওবগী শৈবেং 'মেবাগী থাবল' হাযবা অসিদস্ মীওইবগী পুন্সিগা মেবাগী থাবল ঈপোমদা লৈশাৎ তন্নীবী লৈবাংশিংগা চাংদম্নবি। পঙ্না পানবা তাইবঙ পুন্সিগী খোংচত্ত শিবা ভাইনবা হীংনবিবনি। শিবা হাযবসিদি তন্না ঙমদে। অদুবু শির্গনি হাৎবসিমদি তাইবঙ জীব পুন্নমক্না হেক হেক কাওথোক্লে। পুন্নমক অসি মপু মাগী খৌজালগী মখা পোল্লী হাযনা কবিনা ফোঙদোক্লি,

*থাবলগী লৈবাং খিবিক্লা*
*মালংবগী ফৌবোই যেংদুনা*
*মপুগী কোলোই খঙবি।*

\- \- \-

*মতমগী ঈচেল অযাংবা*
*কবিগীদমক থাজবা*
*মাংবা লৈরোই নিংলিবোই।*
*পংনা পানবা তাইবংনি*

*ঐখোইস্ নখোইগুম্বনি*

*শিবা ঙাইনবা হিংবনি ।* [১৯]

মতাং অসিদা ইংবেজী কবি বোর্বাট হেবিককী শৈবেং 'টু দাফোদিলস'গী ৱাখল- লোনগা মান্নবা মতাংস্ যাওবি । 'টু দাফোদিলস' হাযবা শৈবেংদা অসুন্না ইবি,

*We have short tıme to stay, as you,*

*We have as short a sprıng,*

*As quıck a growth to meet decay,*

*4s vou, or any thıng,*

*We dıe,*

*As your hours do, end dr*

*Awa*

*Lıke to the summer's raın,* [20]

'মেবাগী থাবল' হাযবা কবি চাওবগী শৈবেং অশিদা অমুক মখা তাবদুনা ইবি,

*ইনুংশোবা তৈবগা*

*চিখৈ ফিদুপ গুল্লগা*

*অমুক নোকপা ফংলবোই ।*

*পুনসিগী অমম্না অহিংদা*

*থাবলগী মাযা উবদা*

*ঐখোইস্ নংগুম্না নোকপনি ।*

*ঙসি শিনি পাউচেন্দে*

*হযেং শিনি পাউতাক্তে*

*মৈতাননা ৱাখৈনদ্রিঙে*

*শিনি হাযবা কাউবনি ।* [২১]

অমকস কবিনা হাযবি

*মেবাগী থাবল উবদা*

*থম্মোইনুংদা পেনদবা*

*অতৈ কন্না লৈবগে ?* [২২]

'লৌউবা' হাযবা শৈবেং অসিদদি মীওইবা অমসুং প্রকৃতি অনীগী লৈনবিবা মবীগী মশক্কু তশেংনা উবা ফঙই । লৌমীনা অযুক ঙন্না হৌদুনা লৌবুক্তা, নোংজু থাগী মতমদা অন্না-অনা থিদনা, অঙৈং-অশা কিদনা লৌবাং শুদুনা লাঙ্গোল খোইদুনা থবক শুবি, অদুগা পোইনু থাগী মতমদা অন্নাবা কোঙ্গাই কাওদুনা ফৌগে থন্না হাপ্পুনা থাও-পাদনা লেল্লী । মীওইবনা প্রকৃতিগী মপাল তাংদুনা পুন্সি চেংজেল হুন্দুনা লৈ, প্রকৃতিনা পীবকপা মচাক-মবলবু নীংথিনা মীওইবনা লৌশিনবা অমসুং শীজিন্নবা হৈগদবনি। প্রকৃতিগী মবলশিং লৌমীশিংগীদি থন্নাযনি । মবম অসিনা কবিনা লৌমীগী অন্না-অনা থিদনা, অঙৈং অশা কিদনা মথৌদা পুক্নিং চংবা মশক্কু উৎলি

*ইনুংশোবা তৈবকলে,  চীথ্বে ফিদুপ হুল্লকলে*

*কাক্কী লাম্বাউনা শীনখবে ।*

*খুনগী লৌবাং শুবনা  ষমপোৎ লাঙ্গোল পান্দুনা*

*লৌবুক্কী মাইগৈ তমখবে ।*

*যাহৌঙনবা কন্নানা  যোৎলৈগী নোংথাং শাদুনা*

*তেমপাক্কী লাড়ু তাখবে ।*

*অইং অশাবা কিদনা  নুংশি-কোলোই শক্তুনা*

*লাঙ্গোলগী যোৎলম ফাৎখবে ।* [২৩]

লৌমিশিংগী হোৎনজমলগী মহয ফঙদুনা পোইনু থাগী মতমদা ফৌগে চোন্না খঞ্জদুনা নুংঙাইনা পানবদুগী মতাংদা কবিনা মখা তাবি,

*চীংজীন চুপনা নোম্মুবে  লাংবন লৌকানবকলে*

*চহিগী রাত্তনা পৈশিল্লে ।*

*পোইননা লাকপদা  লৌবোক পাম্বা যৌবদা*

*যৌগেগী চীংদুম শাবকলে ।*

*লৌযে তাম্বা পীবকলে হমাই জগোই শাবকলে*

*যৌগেবু চোননা খিনখরে ।* [২৪]

কবিগী শৈরেং 'থম্বাল উবদা' হাযবা অসিগা 'ইঙেল লৈ' হাযবা শৈরেং অসিগা মপুং ওইবা হীবমদা (রাখল্লোন্দা) মাম্রে । কবিনা মীওইবগী পুন্সিবু লৈবাং থম্বালগী পুন্সিগা চাংদম্নে । লৈবাংনা মপাল ফবিঙেদদি খোইমূলাবা খ্বাংজেংবনা লৈবাং নাক্তা লৈহি মীহৌদুনা ঙংঙবা অমসুং নুমিৎনা চীংযা থাংলকপা মতমদদি লৈবাংগী পুন্সি লোইদুনা কেনখি । মতৌ অসুম্না থম্বালগী পুন্সিনা মপু মাগী যৌদা ইল্লম্মী । থম্বা লৈবাংগী মতৌ অসুম্না তাইবঙ মীওইবসু লৈবাং থম্বালগা পাংখক্লি, খেন্নবা লৈতে হাযব তাকই। মতাং অসিদা কবিনা হায,

*থম্বাল কৌবী লৈনুংশি*

*ঐখোযসু নখোইগুম্বনি*

*তাইবং ঈপাক থকসিদা*

*কেন্নবা শাংপনি ।* [২৫]

কবিনা অমুকসু মখা তাবি,

*তৈইগুম্বসুং লৈনুংশি*

*কেন্নবা শাংপনি*

*শিননবা পোকপনি*

*ঐখোযসু নখোইগুম্বনি ।*

\- \- \-

*পাঙ্গল যেংঙি লৈবক্তা*

\- \- \-

*নোংমা নংগুম্না পৎলনি ।*

\- \- \-

*পুনসিগী নুমিদাং রাইদুদা*

*লৈবাং নংনা তৌবগুম্না*

*নোংমা নিংবা কাঈবনি ।* [২৬]

পোকপা অমসুং শিবা অনীগী চক্রদা তাইবঙ মীওইবনা মপূ মাগী লীলা শান্নবিবনি। তেল্লবা মীওইবগী পুন্সি খোঙচত্তা তৌগদবা থবক্লদি যাম্না অদুগা মপুংদি ফাদনা হীংলিঙেগী পুন্সিদা কবিসু তৌবা ঙমদবা অসি মীওইবগী হৌনশানি । মসিনা মবম ওইবগা কবিগী শৈরেং 'থম্বাল উবদা' হাযবদুদা অসুন্না শৈথাবি,

*থম্বাল কৌবী নহাক্না*

*পুম্নিগী লৈতেং ওইদুনা*

*কুম্নি কালেন শাৎলবদি*

*নিংবগী মহৈ যানগনি ।*

\- - -

*লৈবাং ঙসি শাৎলবো ।* [২৭]

প্রকৃতিগী শক্তম অমা ওইবিবা লৈবাং ইঙেল লৈ, থম্বাল, ব্রাকচিংগী গুলাপনচিংবা অসি কবিনা মীওইবা পুন্সিগী মশক্তা মূর্তি ওইনা শাগত্নুনা মীওইবগী পুন্সিগা মবী লৈননা উৎনবসু হোৎনৈ । প্রকৃতি অমসুং মীওইবা অনী অসি কৈদৌঙেদসু থাদোক্লবা যাদবা মবী অমা লৈনৈ । তাইবঙপানবা অসিদা লৈবিবা পোৎশক খুদিংমক শকউদবা মপূ মাগী খুৎশেন্নী । প্রকৃতিগী শক্তম ওইবিবা হৈ-লৈ, উপাল-ব্রাপাল খুদিংমকসু মপূ মাগী খুৎশেন্নী।

মপূ মাগী মফমদদি পুন্নমক খেন্নবা লৈতে, হৈপাল-লৈপাল, উপাল-ব্রাপালসু অহিংবা জীবনি । মীওইবসু অহিংবা জীবনি । তাইবঙ মীনা পোকপা অমসুং শীবা নাইবগুম প্রকৃতিগী পোৎলমশিংসু শাৎপা অমদি কেনবা নাই । মতাং অসিদা কবিনা অসুন্না ফোঙদোক্লি,

*লৈবাং নংনা তৌবগুম্না*

*তাইবং মীওইবশিংনা*

*পলেমগী গর্ভ নুংদুদা*

*নোংমা পোমদনা লৈবশ্মী ।*

*লৈবাং নংনা তৌবগুমনা ।*

*খোমলাং অমৃত থকতুনা*

*তাইবং লাইজ ইপাক্তা*

*লৈবাং নংগুমনা শাৎচবি ।*

*তৌইগুম্বসুং লৈনুংশি*

*কেন্ননবা শাৎপনি*

*শিন্ননবা পোকপনি*

*ঐখোইসু খুবাইগুম্বশি ।* [১১]

কবি চাওবগী শৈবেং 'চীংগী লৈবাং অমদা' হাযবা অসিদনা লোহবী চীংগী পামেল ক্যামলৈ মথক্তা লৈশাৎ তম্লিবী 'মৈন্রে লৈম্না নুংজুমপাল কদাম্বদি ইনুংশি' চিন্নাইবা থবাই পানবা তাইবঙ মীগুম্না মবোল থোকপা চীংগী লৈবাং অমগী মশক্তা কবিগী কল্পনানা মূর্ত্তি অমা শাগত্তুনা কবিগা লৈবাং আসগগী ওইবা থম্মোযগী ব্রাযই হৌদোক্লবি পুক্লিংগী ব্রা ফোঙদোক্লবি । কবিনদি লৈবাং অসিনা লোহবী চীংগী নাপোমদ পামেল ক্যামলৈ মথক্তা কনা যাওদা, কনাসু উদনা মথক্তা লৈশাৎ তমদনা ফৈবাংও' ঙাম্লি । মৈতৈ লৈবাক্কী লৈবাংবিনবা লৈতবনা লৈগী লৈশক হেল্লবী লৈবাং অসিগী লৈচন খঙদনা লৈমা নিংথৌগী খুযাদা দর্শন ফঙবা ঙমদ্রে । মদুগীদমক্তা কবিগী থম্মোযদা অরাবা ফাওজৈ, নুংনাংবা হেঙ্গৎলকই । কবিনা মথক্তা খঞ্জে

*লৈবাং নংবু উবদা*

*নংগী ব্রাসু নিংশিংদা*

*ঐগী ব্রাসু খল্লুদা*

*ব্রাখলগী ঈথক হৌবিবা ।*

*শীঙ্জেল নংবু উবদা*

*লাইবক ফবা কবিনা*

*চাংজৌ নাইদবা ঈপাক্তা*

*ৱাখলগী ঈপাক্তা নূপনিবা ।* [২৯]

কবি চাওবগী *থাইনগী লৈবাং* দা যাওবা 'চীংগী লৈবাং অমদা' হাযবা শৈবেং অদু পবেং ৫২ না শাই । কবিগী *কান্নবা ৱা* দা যাওবা 'চীংগী লৈবাং অমদা' হাযবা শৈবেং অদুদনা পরেং ৩২ না শাই । পবেং ২০ খেন্নে । হাযবিবা খেন্নবা মওং অসিতা নত্তনা শৈরেংগী ৱাহৈ ৱাতা খবসু মান্নদে । *থাইনগী লৈবাং* দা যাওবা 'চীংগী লৈবাং অমদা' হাযবা শৈবেং অসিদা কবিনা লৈবাং মাগীদমক ৱাজববা মীওই অমা ওইনা পুক্নিংগী ৱা খঙবা পামদুনা মশাগী অনীঙবা অদু মখা তানা তন্নুবি,

*চিন্নাইদবী মক্তপলোই*

*পামেল ফৈবাথক্তুদা*

*পৎতুনা পুমদুনা মাংখিবা*

*ঐদি খনবা ঙমজবোই ।* [৩০]

চীংগী লৈবাং ওইবী মৌন্নে লৈস্না নুংজুমপাল, কদাম্বদি লৈনুংশিদি চিন্নাইদবী ওইবমদ্রে। তাইবঙ মীগুন্না মীবোল থোকপা, মশাগী অনিঙবা অপাম্বা ফোঙদোকচবা ঙম্বা লৌনম তাৎ পামজদবা আদর্শ ওইবীনি। তাইবঙ মীগুন্না লৈবাং মাসু মপু মাগী থীদা ইল্লিবনি। মঙোন্দা থাগৎপিবসু পামজদে। মাগী মফমদদি থাগৎপিবা অমদি চৈবিবা হাযবসিগী খেন্নবা লৈতে। মীওইবগী পুন্সি খোঙচত্তা অকা-অকুম নাইবগুন্না লৈবাংগী পুন্সিদসু অকা-অকুম লৈগনি। মসি মহৌশাগী চৎনবীনি। পুকচেল শেংবা, নীংবগা তৌবগা মান্নবা অসিতনা লৈবাং ওইবী অসিগী পান্দমনি। মসিমক্লনি চীংগী লৈবাং অসিনা কবিগী মফমদা হায়বক্নি

*নুংশিববা মক্লপলোই ।*

*ঐনা পোমশাৎনবদি*

*উবিবসু পামজদে*

*থাগৎপসু মিহৌদে ।* [৩১]

তাইবঙ মীওইবগী লীচৎপু পামজদবা অদু ফোঙদোকপগা লোইননা মখা তাবকপদা লৈবাং ওইবী অসিগী লমচত্তা উৎলিবা তাইবঙ মপু মাগী যাথংবু ইঙ্গবা

অসিনা লৈবাংগী মথৌনি হায়বদু কবিনা অসুম্না ফোঙদোক্লি,

*নখোই তাইবংমীগুমনা*

*মপান্দা অফ শাজবোই*

*নিংবগা তৌবগা মান্নগে*

*পুকচেলশেংবা তমজগে ।* ৩২

তাইবঙ মপুগী যাথং ঙাকপনা লৈবাং ওইবী অসিগী পান্দমনি। মঙোন্দ নাপল হায়বদু যাওজদে। কাগনি নত্রগা তাগনি হায়বগী খেন্নবা কবিসু লৈতে। মতাং অসিদা কবিনা হায়,

*কাগনি হায়বসু কল্লক্তে,*

*তাগনি হায়বসু ব্লকদে*

*পুন্সিগী পুংজা খুদিংদা*

*মপুগী যাথং ঙাক্কনি ।*

*মপুগী খুভম অচীকপা*

*অপাম্বা নংগুম্বা কনানা*

*লাক্নুনা যেংগে যেংসনু*

*লৈবাং পুক্লিং পেনগনি ।* ৩৩

কবি চাওবগী *ছাত্রমচা* দা 'মৈতৈ কবি' অদুগা *থাইনগী লৈবাং* দনা 'মীতৈ কবি' হায়না মমীং থোনবা ব্রাহে ব্রাতা মান্নবপ তৌবা শেবেংদদি কবিনা মহৌশা প্রকৃতিগী খুৎশেমদা মপাল তাঙবগী ব্রাফম্না মপুং ওইবি। মণিপুর সনা লৈপাক্তা মহৌশাগী ফজবা খুৎশেমগী নীংথিবা অসি মপাল নাইদে। ব্রাত্ত পাদবা ফজবা লেবাক অসিগী মহৌশাগী খুৎশেমশিং অসিগী ফজবা পুম্বা খোৎচিঞ্জদুনা সাহিত্যগী মচাক মবল ওইবগদি হেন্না মপুং ফাবা সাহিত্যগী খুৎশেম ওইদুনা মৈতৈ কবি লাকখিনি হায়বগী থাজবা অদু কবি চাওবগী থম্মোয়দা ফাওই। মবৈবাক মবমদমগী মপুংফাবা মহৌশাগী নীতিগা ঈবোয়নবা ঋতুগী খোংচৎ অমসুং মপু মাগী থৌগল তৌজবিবা হৈবাং-লৈবাং, পোম্বী চেক্লানা মপুগী কোলোই শক্লিবশিং অসি কবিগী খোর্জে পায়বক্লবগী ঈথিল ওইবি।

কবিনা পোক্লফম লমদম মণিপুব সনা লৈবাক্কী মহৌশাগী কাযদবা নীতিগী খোংচৎপু শৈথাবদা অসুন্না ইবি,

*ইনুংশোবা তৈবকলে,*
*চীখে ফিদুপ হুল্লক্লে*
*কাক্কী লাম্বাও শীল্লনি।*
*নুমিদাং রাইগী কান্দুদা*
*তমযা কোবী চেনবদা*
*পুকনিংগী তোর্বানথকুদা।*

*থাবল্না ইপোম হৌবগা*
*শংবানবা অহিংদা*
*ইমাগী নিংথিবা যেংজহৌ।*

*বসন্তগী মতমদা*
*পৃথিনা ভাড়ানবদা*
*অযাম্বা পোম্বী চেকলানা*
*ফৈবাথক্তা ফমদুনা*
*মপুগী কোলোই শকলিবা*
*কবিগী মিংফমনা যেংজহৌ।* [৩৪]

মহৌশা খুৎশেমগী ফজবা অমসুং কবিগা লৈনবিবা মবীদু উৎলদুনা কবিনা মখা তানা হাযবি,

*শবৎকী থাবল অরুবা*
*কালেন লৈবাং ফজবা*
*কবিগী হবাওনফমনি।*

অসিগুম্বা লমদমসে
কবিগী পোক্রফমনিদো।

মীতৈ কবি লাকখিনি। [৩৫]

কবি চাওবগী মপুং ওইবা মীৎযেংদি, মৈত্রবাক্কী তোপ তোম্পা প্রকৃতিগী ফজবশিং অসিগী মপাল তাংলগা, খুত্তা খোর্জৈ পাযদুনা পলেমগী ফজবা খোৎচিনদুনা, সাহিত্যগী খুদোল তমদুনা, মৈতৈ সাহিত্যবু মপুং ফাহনবা পাম্বগা লোযননা মৈতৈ কবি লাকপা অমদি থোবকপা পাম্বগী ৱাখললোন উৎলি। মৈতৈ সাহিত্যগী সেবাবীশিং থোবক্লবগী পাউজেল পী।

'উনা কবি হাঈবিবা ?' হাযবা শৈবেং অসিদা কবিনা উবু হৈ পাম্বী অমগী মশকতা শাগত্তুনা পবসোনিফাইদ কবেক্তব অমা ওইনা শাগৎলকই। প্রকৃতিগী পোৎলম অমা ওইবিবা 'উ' বু তাইবঙ মীগুম্না পুক্লিংগী ৱা ঙাংহন্দুনা তাইবঙ মীওইবগী অশোনবা চবিত্রগী মশক তাকপগা লোযননা নাপল থাদোক্লবা পাউতাক পীবি । মসিগী মথক্তা 'উ' - হৈ পাম্বীগী মতৌগুম্না নোল্লুকপা, শাউদবা ঙম্বা অমদি তাইবঙ মীগীদমক্তা অহাওবা উহৈ পীবা, উগী মতীক মগুণ অসি তাইবঙ মীনা তমজগদবনি । উগী পীনহৈবা থৌজাল অসিগী মতাংদা মীওইবদা পাউতাক পীবি,

পবেং পবেং হৌবিবা পৃথ্বি লৈতেং ওইবিবা
উহৈ পাম্বী খিবিক্লা
তাইবংমীবু নোক্লবি হন্না হন্না পাউমেল্লি
মীগী পংবা উদ্না । [৩৬]

মীওইবনা লনগী মপু ওইবিঙৈদা নাপল তৌবদু উবগা নত্রগা দশা তাববা মতমগী অৱাবা অদু উবগা উগী মতৌ তম্নবা পাউতাক পীবগী মতাংদা কবিনা অসুম্না হৈবি,

লনগী মপু ওইবগা মীকোক থোংবা ফংলগা
কবিগী নকোক হাইগৎপা ।

*অন্নবদা তাবগা অনংবা দশা ফংলগা*

*কবিগী মীখোং চুপ্পবা ।*

*ঐখোই উগী মতৌগুম মবাইলুক্না চৎপগুম*

*মহৈগী নাপল তৌগনু ।*

*তাইবংমীগী মতৌগুম মীগী খুযাদা চংবগুম*

*ইকাইখুমনবা থাগনু ।* [৩৭]

কবিনা শৈরেং অসিগী লোইশিল্লকপগী অবোইবা শকত্তা উগী মতৌ তম্লবা তাইবঙ মীদা পাউমেল্লি,

*শাউদবনু ঙমজবা যেংউ ঐখোই উগুম্বা*

*কন্না উবা লৈবগে ?*

*ইকোক' থক্তা ফুজবো চৈনাখোনবু পীজবো*

*অথুম্বা উহৈ পীবিগে ।* [৩৮]

'লৈপাক লৈ' হাযবা শৈরেং অসিদনা লৈপাক লৈগী অখাং কনবা, তাইবঙ মপুদা ভক্তিগা লোযনবা সাধনা উৎপা অমদি তাইবঙ মপুগী অঙকপা লীলা উৎলিবনি হাযনা কবিনা কল্পনা তৌবি । মসিদা কবিনা লৈবাং লৈপাকলৈগী মফমদা লৈবাংগী অখাংকনবী মতৌ- বজ্রমক্লা ঙমদ্রবা ভক্তিগী মশক অদু লৈবাংগী মফমদগী তমজনিংবগী ৱাখল্লোন অদু উৎনবা হোৎনৈ । শৈরেং অসিদা লৈপাক লৈ অসি চিন্নাইদবী লৈবাংনি, তাইবঙ মপুগী খুৎশেমনি হাযনা কবিনা লৌবি । অদুগা কবিগী শৈরেং 'চীংগী লৈবাং অমদা' হাযবা শৈরেং অদুদদি চীন্নাইদবী লৈবাংনি হাযনা লৌববসু থৱাই পানবা তাইবঙ মীগুম্না অৱা-নুংঙাই ফোঙদোকপা ঙম্না, মপু মাগী খুৎশেমগী পোৎলমনি হাযনা লৌবি । 'লৈপাক লৈ' হাযবা শৈরেং অসিদদি কবিগী পুক্লিংগী ৱাহং খবা লৈবাং অসিদা হঙবা নত্তনা পাউখুমদি যাওদ্রে । মপু মাগী লীলাগী অঙকপা মশক অদু উৎনবা লৈবাং মাবু শেম্লকপনি হাযবগী মীৎযেং থম্লী । কবিনা চীন্নাইদবী লৈবাং লৈপাক লৈগী মফমদা হঙলি,

*নংদি হান্ননা শাৎলগা*

*কোন্না মনা চোংলিবা*

*কবিনো ?* [৩৯]

কবিনা মখা তানা হঙলি,

*তাও লৈবাং নিংথিবী ।*

*চিন্নাঈদবী মকপলোই,*

*হাঈবিযু ।*

*কালেন তেম্পাক অকনবা,*

*কবি খুৎলাইনা থিঙ্গাঈবা*

*খঙনিংই ।*

*বজ্রমক্রা ভমদ্রিবী*

*লৈপাকলৈমা অসিবু*

*ঙম্মিবা ।*

*পৃথ্বী মাতা কৌবীনা*

*যাদু উৎকে হাঈদুনা*

*যাববা ?* [৪০]

অবোইবদা কবিনা মপু মাগী লীলাগী অঙকপা থৌদাদু উৎকে হাযবগী লৈপাক লৈবু শেম্লকপবা হাযনা খঙনিংবগী ৱাহংনা শৈবেং অসিগী ৱাবোই ওইবি,

*লৈবাং নংবু যেংলগা*

*নংগী ৱাদি নিংশিংদ্রে,*

*থল্লকই।*

*মপুগী লীলা অঙকপা*

*উৎকে হাঈনা তৌববা*

*খংনিংই।* [৪২]

কবি লমাবম কমল সিংহসু 'লৈপাক লৈ' হাযনা মীং থোনবা শৈরেং ইবম্মী। কবি কমলগী শৈবেং অসিদদি লৈবাং অসিগী মতিক মগুণ অদু শীংথাবনা মপুং ওইবি।

অদুগা অবোইবা পবেংদনা কবিনা যোইবু যোইহেন তাল্লিবা পাখংশিংদা লৈপাক লৈবু লৈবাং ওইবীনি, পাঙ্গল শোনবিনি হাযদুনা থৌওইদবা তৌবিগনু হাযবি,

*কালেন নুংশা খাংজববী, ইভ্রাগী নোং নংজববী ।*

*ইঙেলগী লেন খাংলবী, নুংশিৎ থেংনববী শক্তিবুগী ।*

*মাগী থোৎলবা লৈনানা কল্লবা মালেম থিনগাইদো ।*

*নিংদ্রবীনি উপান্দা তাংগে, কিদ্রবীনি নেথৎপগী ।*

*পাঞ্জবিবী লৈপাক লৈনি, মথন্নতগী মথৌনানা ,*

*হে পাখংশা ! থৌওইদবা তৌগনু পাঙ্গল শোনবীনি হাঙ্গদুনা ।* [৪২]

কবি চাওবগী 'যাচংবা' হাযবা শৈবেং অসিদদি নুমিৎনা চীংয়া পাঙখিবা নুমিদাংব্রাইবম ওইবকপা মতমদা নুমিৎকী মঙালসু শান্নকপা অদুগা অমম্ননসু কুপশিনদ্রিঙৈ মতমগী দৃশ্য অদু কবিনা যেকপগা লোযননা পীক্লিবা অঙাংশিংদা নুংথিল চুম্পা শান্নকববসু হযেংগী পাবা পানবা অমদি মপু মাগী মীংলেনবু শোঞ্জনবা পাউতাক পীবি। শৈবেং অসিদা কবিনা নৌবিবা অঙাংশিংদা নুংথিলগী মতমদা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা হবাও নুংঙাইনা শান্নজববসু সন্ধ্যাগী মতমদদি নথৌ তৌব্রো অমসুং পোথাবো লাইবিক ফাক্তোক্নুনা হযেংগী পাবা ফানবা হোৎনগদবনি মসিদা প্রকৃতি অমসুং নৌবিবা অঙাংশিংগা লৈনবিবা মরীশিং অদু উৎনল হোৎনৈ। কবিনা সন্ধ্যা যাচংলকপা মতমগী মহৌশাগী ফজবা দৃশ্য থেক্রদুনা অসুম্না হায

*নুংথিলগী মঙাল মুৎথবক্রে*

*নুমিৎনা তানিং তানিং তৌবক্রে ।*

*লৈচিন্না পাইবে মচু মচু*

*তমযাসু কোবি চেল্লে ।*

*নুংশিৎনা শিৎলে লিবি লিবি,*

*তাইবং পুক্রিং পেল্লে ।*

*নুংথিল থবক লোইশিন্নরে,*

*সন্ধ্যা থাওমৈ থান্নে ।* [৪৩]

কবিনা মখা তানা অঙাংশিংদা মথৌ পাঙনবা পাউতাক পীবগী মতাংদা অসুম্না হায়রি,

*নুংথিল চুম্পা শান্নকবে*

*হৌজিক নথৌ পাযবো ।*

*হযেংগী পাডা ফাক্তোকলো,*

*পুক্লিং চংনা ঔবাইরো ।*

*শোল্লো অঙাংশা । মপুগী মীংসু*

*নুংথিল চুম্পা লেলহনবীবে,*

*অশোয অঙাম লৈতনা ।* [৪৪]

কবি চাওবগী শৈরেং 'পি থোদোই' হাযবা অসি মখল অনী শুই । মসি 'চীংগী লৈবাং অমদা' হাযবা শৈরেংগুম্না 'পি থাদোই' সু *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহনা সম্পাদক ওইবা, তাং ১৫.১৯.৩৫ ইংদা ফোঙখিবদুগা *ঙসি* হাযবা চেফোঙ অসিদা কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহনা সম্পাদক ওইদুনা তাং ১৩.৪.১৯৪৯ দা ফোঙখিবাসিনা মান্নদে । শৈরেংগী পরেং ৯৩ না শাবা অসিনা *ঙসি* চেফোঙদা অদুগা শৈরেংগী পরেং ৪৬ না শাবা অসিনা *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা*দা ফোঙখি। পরেং ৯৩ যাওবা অসিনা ফজবা, মবীক চুম্বা অমসুং মপুং ফাবা হেল্লী । শৈরেং মখল অনী অসিগী মপুং ওইবা মীৎযেংদি মান্নবপ চৎলি । শৈরেং অসিদা কবিনা উৎনিংলিবা অসি নুংশিবগা মরী লৈননা প্রকৃতি অমসুং মীওইবগী থরাইগী মশক উৎনবা হোৎনৈ । কবিনা মোইবাং কংলৈরোলগী রাবীদা যুম্ফম শাগৎতুনা কল্লম পাইবকই । মোইবাং কংলৈরোলগী অরোইবা শাইওন ওইবীবা খম্বা অমসুং থোইবীগী রাবীদা যাওবিবা থল নাযকনি হাযনা লৌনবিবা নোংবানগী মশক যেক্লনবা হোৎনবকই । নোংবাননা থোইবী (থাদোই) মশুংলাংগীদমক্তা খোইবেন্তাক্তা পাম্বা কৈগা শাথেংনবদা কৈনা যাথোং লোনখ্রবা নোংবানগী থরাইনা পি

থাদোই কৌবা চেক্লা ওনখি । পি থাদোই হাযবা চেক্লা অসি প্রকৃতিনা বিশ্ব প্রেম মালেমদা তম্বীনবা (শন্দোক্লবা) থাবকপনি হাযনা কবিনা কল্পনা তৌবি,

*পি থাদোই পি থাদোই*
*থাদোই থাদোই পি থাদোই*
*কনা মশুংলাংগী ভাওবিবা ?* [৩৫]

অমুকসু কবিনা অসুন্না শৈথাবি,

*কুম্বীগী তেবা খাদুনা*
*ইতে হাযনা কৌবদুনা*
*তাওজীং লমন খুল্লবনি ।*
*যাঙোই থৌদুনা চেনশ্লবী*
*অমত্রা পোকপী থাদোই*
*অমুক মিংতুনা উবরোই ।*
*খুমন মযুম থৌশ্লবনি*
*মশাবী মনাক তমশ্লবনি*
*থাদোক্রো উনিংবা আশা ।*
*বসন্ত বসন্ত খিদুনা*
*অশেঙবা লৈবাংতা খন্দুনা*
*অসুপ কুইনা কৌবকপা ।* [৩৬]

মোইবাং শাইওনগী থাজ রাবীগী এপিসোদ ওইনা, মক ওইনা থোইবীবু নুংশিজরুবা অমদি থোইবী মশুংলাংগীদমক কৈগী খাযাত্তা থরাই ফাওবা থাখিবা নোংবাননি । নোংবানগী থরাইনা পি থাদোই কৌবা চেক্লা ওন্দুনা মহাক্কা নুংশি পন্থুং ওইমিন্নখিদ্রবদা থাদোই মহাকপু মালেম থুংনা কৌব কৌরদুনা থীবি । অসিগুম্বা প্রকৃতি অমসুং তাইবঙ মীওইবগা লৈনবা মবী অসি কবি চাওবনদি প্রকৃতিনা মালেমদা বিশ্ব প্রেম শন্দোক্লনবা (তম্বীকনবা) তাইবঙ মপূ মহাক্কা থাবকপনি হাযনা লৌবি,

*থোইবেনতাক্কী লমযাইদা*

*পাম্বা কৈরেন্না শোক্লবা*

*আত্মা অদুগী মতৌগুন্না ।*

*অদুমক্তদা প্রকৃতিনা*

*কৌহৌ কৌহৌ হাযনা*

*তাক্লি খোযদা তোযনা ।*

*খঙলে চেক্লা খঙজবে*

*প্রকৃতিনা থাবকপনি নঙসে*

*তম্বিনবা বিশ্ব প্রেম* [৪৭]

মতাং অসিদা ঐখোযনা নীংশিংবা যাই, মদুদি - কবি কমল সিংহনদি বিশ্ব প্রেমগী মশক অসি কবি চাওবগী ব্রাখললোনগা মান্ননা উৎনবা লাক্লদে । মাগী মীৎযেংদদি কখোকপা মশাগী ওইজবা থাদোকপা অসিনা মপুং ওইবি । মসিগী মতাংদা কবি কমলনা অসুম্না ফোঙদোক্লি,

*শনবিক পবেং নুংশিবগী,*

*হন্দোক্লনা নুংশিবগী ঙকশমদগী*

*যেক্লনবদা শিবিবা ঙমলবা*

*প্রেমিক কৌই নুপাদু অশেংবা ।* [৪৮]

কবি চাওবগী শৈরেং 'পি-থাদোই' হাযবা অসি অহানবা ওইনা *ললিত মঞ্জরী পত্রিকাদা* ফোঙখিবা অসিদদি নোংবানবু প্রকৃতিনা বিশ্ব প্রেম তম্বিনবা থাবকপনি হাযবগী ব্রাফম অসি যাওবমদে, *ঙসি* হাযবা চেফোঙদদি বিশ্ব প্রেমগীদমক থাবকপনি হাযবি। পি থাদোই চেক্লানা থাদোইবু কযাগী মতীক নীংজবা নুংশিজবা মশুংলাংগীদমক্তা থগ্রাহ ফাওবা থাবদা নোংবানগী অকিবা লৈখিদে, থব্রাই পাম্মুখিদে। অদুনা, খোইবীনা কবোদগী লোই কুপ্লকপগী লম্বী, কুম্বী তেবা খাদা ঈতে হাযনা কৌবম্বা অসিনা নুংশি লমন খুম্লবনি হাযনা কবিনা ফোঙদোক্লি,

*কুম্বীগী তেবা খাদুদা*

*ইতে হাযনা কৌবদুনা*

*তাউজীং লমন খুন্নবনি ।* [৪৯]

বসন্ত ঋতুনা লাকপদদি চেক্লা মাগী মফমদা নুংশি কাযনা মৈশা লাংবগা লোযননা তাশোন্ননা থীনখি । মশানৌ থোইবী (থাদোই) না হুন্দোকপীবল্লবা, কাযনা চৈনা ফগুহৌববা পি থাদোই চেক্লাগী মশকপু কবিনা অসুম্না যেক্লি,

*বসন্তনা লাকপসে মহৌশানা নোকপসে*

*খোইবাং খোইশাওনবনি*

*চেক্লা নংগী মতৌগুম্না*

*মপাং কন্না কাযনবনা*

*তাইবং পুক্লিং কযানা নুংশি মৈনা চাকুন্না*

*কনাবু থিবা কোযবিবা*

*শকউ, চেক্লা । কৌ, লাউনা*

*(পি থাদোই পি থাদোই)*

*থাদোই থাদোই হাযদুনা* [৫০]

'তোনু লাইজিংলেম্বী' হাযবা কবি চাওবগী শৈরেং অসিসু মোইবাং কংলৈরোলগী থাজ ব্রাবীদা যুম্ফম ওইনা শাগৎপনি । লোক্তাক্কী ফজবা, প্রকৃতিগী শক্তম অদু কবিনা উৎপগা লোযননা তোনু লাইজিং লেম্বীনা মশাবী কদেং থাংজহনবগা কাযনবমদাইগী মীকুপ অদু যেক্লি। কাযনবমদাইগী মতম অসিদদি তোনু লাইজিংলেম্বীদি মোইবাং নিংথৌকোন্দা লৈমা ওইনা চৎখিগদৌরে । মতাং অসিদা কবিনা মহৌশা (প্রকৃতি) অমসুং তোনু লাইজিংলেম্বীগা লৈনবা মবী অদু অব্রাবা মশক্তা লোযননা শৈথাবি,

*মাংদা শংবান্নববা, লোক্তাক্কী ঈশিংদা*

*ঈথক্লা জগোই শাবিবা ।*

*বসন্তগা ওইবনে, হৈবাং লৈবাং অপুম্বা*

*অনৌবা যেন্নিং হুনখবে ।*

*অসুঙৈগী কান্সিদা, লাইজ-নিংথৌ লোক্তাক্লা,*

*সনা মচু লময়ৌবী, নুমিৎকী অরোইবা মশেক্লা*
*নৌনা লৈতেংবগুম নিংথিখি ।*

*লোক্তাক ঈপাক তোর্বান্দা*
*অশংবা তিংথৌ মথক্তা*
*নুবা তোনু কৌবীনা ঈথক্কী জগোই যেংদুনা*
*মিৎসনা থম্মাল অনিদা*
*তবংগী লাইজ শিম্নখি ।* [৫১]

অসুন্না কবিনা অমুকসু ফোঙদোক্লি,

*ৱাখন্না লাম্বা ফংদ্রিবা, নুবাগী ৱাবগী মশকসি*
*উদবা কন্নানা খংগনি ?*
*নোংদম থিবা বিধাতা ।*
*লৈবাং শিঙ্গাবৈনা তৌবগুম*
*নুবাবু কেন্নবা শাববা ?*
*ঈথক্কী জগোই ফজবা, অমুক হন্না উববোই ।*
*শাবী ইবুংঙো নুংশিবা ।*
*প্রসিদি অবোইবা বিদায় পীবিবো ।*
*লৈবম্মবদি নহাকসু, থাইনবগী পুংফম অসিদা*
*পিগী মবিক খবদং পীদুনা*
*থমোইদসু চোংপা ঙমগনি ।* [৫২]

তোনু লাইজিংলেম্মীগী অৱাবদা মহৌশাগী খুৎশেম অমা ওইবিবা মোইবাং তুরেলগী মীনুংশি খঙদবা, মীগী অৱাবা উবিদবা মশক অসি তোনুগী অৱাবা মতাংগা লোইননা অসুন্না ফোঙদোক্লি,

*মোইবাং তুরেল যাঙ্গংবী*
*নুবানা কম্পদা নোক্লবি ।*

*তুরেন্না মিনুংশি খংববা ?*

*নুবাগী ব্রবদা থৌশাদে, নুমিৎ চিংযা থাংখরে ।*

*মদুগা পালোইনদুনা, নুংস্রইবা নুমিৎ তাখরে ।* [৫৩]

মীওইবা অমসুং প্রকৃতিগা লৈনবা মবী অসি শৈরেং অমগী মনুংদা মচেৎ ওইনা লৈবা কযাসু ফগুই । মসিমক্তা মবী অদু মপুং ফাবদি নত্তে । অদুবু কবিনা মতাং চানা, মফম চানা ইমেজরী ওইনা নত্রগা এপিসোদ ওইনা, উপমা ওইনা, মেটাফর ওইনা মবক মবক্তা শীজিন্নবম্বা (হাপচিন্নম্বা) অসিনা অযাম্বনি । মসিমক্তা শৈরেং অদুগী মশক্তা মগুণ হাপ্পুনা রাহৈগী লৈতেং ওইহল্লি । থূদম ওইনা পান্নবদা, 'লোইকাবা' হাযবা শৈরেংগী মতাংদা থোইবীনা কবোদগী লোই কাবকপা মতমদা, কুম্বী তেবা খাদা নোংবান্না ওক্লম্বা, নোংবানদগী শগোল লৌবগা খুমন নোংযাই খম্বগী নাক্তা চৎখিবা অসিগুম্বা মতাং অসিদা কবিনা যেক্লিবা থোইবীগী মশক্তি অসুন্না শৈথাই,

*কাক্তা নুংশিৎ নামিবা*

*নুবাবু মৌগী শীংদা চল্লল্লি ।*

*নুংশিৎকী মমাংথাদুনা*

*খুমন মবানযাই যৌখবে ।* [৫৪]

কবি চাওবনা যেক্লিবা ইমেজরী অসিমক্তা মান্নবা মশক্তুদগী পৌবগা সাহিত্যবত্ত এলাংবম নীলকান্ত সিংহ (১৯২৭-২০০০) না মাগী 'মণিপুর' (১৯৪৭) হাযবা শৈরেংদা অসুন্না হায,

*মজাইবেম্মা মমোম লাংলেন থোইবীনা শাথৌবা*

*কাক্তাগী নুংশিৎ নামিবা*

*নিংথ্রেলবু মৌগী শীংদা চলহনবা* [৫৫]

কবি চাওবগী 'তান্না' হাযবা শৈরেং অসিদা মহৌশাগী থুংশেম ওইবিবা চেক্লা অসিগা ব্রজ বৃন্দাবনগী গোপীশিংগী থৱাই ওইবিবা রাধাগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগা মবী লৈননা উৎনবা হোৎনৈ। চীংগী নাপোমদগী তান্নাগী নুংশিবা খোল্লেনা 'তান্না তান্না' হাযনা খোঙলকপদা তাইবঙ মীগী থম্মোইদা রাবনা চাক্লবদা, লৈবাংদা চন্দন খিকপগুম

পূক্লিং থৌগৎপীবি । তান্নগী খোঙ্গুল লীনিংবগুম ব্রজ বৃন্দাবনদগী কৃষ্ণনা নুংশিববা সুবদা বাঁশী খোঙদুনা ব্রজগী গোপীশিংগী থম্মোয় হুবদুনা কৃষ্ণবু কদাইদা লৈবগে হায়দুনা থীবা অদুগা মান্নবা মীৎযেংদা উপমা তৌবি । তান্নাগী খোঞ্জেলনা মীওইবগী থম্মোয় শুমহৎখ্রে। মীওইবগী থম্মোয় পূক্লিং-হকচাংবু চন্দন খিকপা লৈবাংগা মান্নখ্রে । পূক্লিং ঈবাং হৌহল্লে। অসিগুম্বা মতীক মগুণ লৈববী অহিংদা খোঙবী তান্না হায়বা উচেক অসিগা মবী লৈননা ব্রজ বৃন্দাবনগী কৃষ্ণগী বাঁশীগী নুংশিবা, থম্মোয় হুবা সুবগা মান্ননা উপমা তৌবা এপিসোদ অমগী ঈঙ্গিৎ ওইনা তাক্লবা লাক্লবা অসি কবিগী চাংযেংনি । কবিনা হায়,

*শবংকী মেংলবা থাবল্লা থুল্লবা*
*চীংগী নাপোম থল্লিদা*
*অমৃতনা খিকপগুম*
*তান্না তান্না খোংলিবা ।* [৫৬]

তান্নগী খোঞ্জেলগা শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী সুবগী খোঞ্জেলগা চাংদম্নবা মতাংদা কবিনা মখা তানা হায়,

*খেংলবা অহিংদা চীক্লবা লোল্লিদা*
*বৃন্দাবনগী ময়াঈদা*
*শ্যামগী বাঁশীনা তৌবগুম*
*তাইবং পূক্লিং শুম্বাৎপা,*
*যুমদা লৈবা ঙমদবে*
*ব্রজগী গোপীনা মুকলী তাদুনা*
*ব্রজ বৃন্দাবন'দুদা*
*শ্যাম কাহ্নাই খিবগুম*
*চেক্লা খোঙ্গুল লীবক্লি ।* [৫৭]

মতাং অসিদা কবিনা চেক্লা অসিগী খোঞ্জেল তাবদা থম্মোয় শুমহৎখ্রদুনা চেক্লাগী খোঙ্গুল লীবকপা, অদুবু মফমদি খঙদনা 'চেক্লা নংবু কনানো' হায়না হঙবা নত্তনা উপাই লৈখিদে । কবিগী লাইবিক ছাত্র মচাদা যাওবা 'তান্নানা খোংবা তাবদা'

হাযবা শৈরেং অসিসু কবি অসিগী 'তান্না' হাযবা শৈরেংসিগা হীবম অমসুং মফোঙদোক্তা মান্নে। অদুবু খেন্নবা খবদি শৈরেং অসিদা ব্রজ বৃন্দাবনগী শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশীগী সুবগা তান্নাগী খোঞ্জেলগা চাংদম্নবা উপমা অদুদি যাওদে, বসন্তগী মতমদা খোংবা কোকিলগা চাংদম্নে । কবি, চেক্লা অমদি প্রকৃতি, মখোয অহুমগী লৈনবা মরীদু শৈরেং অসিদা উৎননবসু হোৎনৈ । কবিনা চেক্লাগী মগুণবু শৈথাবদুনা হাযবি,

*অমৃতগুম্বা খোনজেন্না      তাইবং পুক্রিং গুম্বাৎত্তুনা*

*নুংঙাইবা ইপোম হৌইন্দুনা*

*তাইবং তোর্ব্বান থুম্বাল্লিবা ।* [৫৮]

তান্না অমসুং কোকিলগা তেমশিংনবগী মতাংদা কবিনা অসুম্না শৈথাবি

*বসন্তগী মতমদা      তমযা পামেল খুদিংদা*

*মপুগী কোলোই শক্তুনা*

*কোকিলগা তেমশিংনবিবা ।* [৫৯]

কবিনা মাগী অবোইবা থম্মোযগী ৱাবেপ পীবদুনা হায,

*চীংদা খোম্বাং যৈদুনা      খুকউ তানবু থাদুনা*

*তাজগে, চেকলা শকপিখো*

*হবি কোলোইবু (চেকলা) শকপিখো ।*

*চেক্লা নংবু কন্নানো ?*

*তাইবং মিৎনা উববদি      মাংদা চালি শাববদি*

*চীংগী উহৈ অথুমবা*

*চেকলা হেক্তুনা পিজগে ।* [৬০]

'মৈতৈ কবি' হাযবা শৈরেং অদুগী মতাং অমদা তান্না কৌবা চেক্লা, প্রকৃতি অমসুং মৈতৈ কবিগা মরী লৈনবা মতাং খবসু থেঙনে । মতাং অসিদা অসুম্না হায,

*বসন্তগী মতমদা*

*তমযা পামেল খুদিংদা*

*তামনা কৌবা চেকলানা,*

*উফৈ থক্তা খোংলিবা*
*কালেন লৈবাং ফজবা*
*কবিগী মিংফমনা যেংজহৌ ।* [৬১]

কবিবত্ন ডা কমলগী শৈরেং 'অহিংগী চেক্লা তান্না' হায়বা অদুদদি কবি চাওবগী বাখললোনগা মীৎযেং থবা থেন্নে । ডা কমলগী শৈরেংদা মপুং ওইনা উৎলিবদি প্রকৃতিগা তান্না কৌবী চেক্লাগা লৈনবা মবীদুগা লোযননা কবিনা তান্নাগী খোল্লেল তাবদা থম্মোযদা ফাওবকপা মেলানকোলিগী মশক অদু ফোঙদোকপনি । কবিনা হাযবি,

*ও চীংনুং মনুংসিদি চীকশ্রেদা ওম্মোক্লা ।*
*যেংউ যেংউবদা তুমিন তুমিন্না,*

*উচেক ব্রযাগী খোল্লেল উথক্তা তোংবা*
*অসি মথৈ মজাইবেনে তাবা ফংলিবা ।*

*তাইবংপানসি মৌনব্রত তৌগ্রবোই,*
*অদুবু কবিনো খোল্লেল অমা তাবি' সে*
*থম্মোযদগী থব্রইনা পাইখিদুনা,*
*খোংলুবিববনে অতিযাদা পাইদুনা ?*
*তাবগুমসু তৌই 'তাম তাম' হাযনা ।* [৬২]

কবিগী থম্মোযগী ওইবা বাবোলবু ফোঙদোক্লদুনা মথা তাবি,

*খোল্লেল অসি তাবদা কাউথ্রবা অব্র'না*
*নীংশিংহল্লেনে ঐগী পুক্লিংদা ইনৌ নৌনা*
*মসি অওইবমক উচেকী মখোল্লা ?*
*নত্রগা উমং লাইবেম্মীনা তেংথাবিব্রা ?*

*তাদে খোল্লেলসি নুংথিলগী মতমদা,*

অহিং লাক্নুনা উনাথক্তা যাতাববদা

তায নাকোংদা খোঞ্জেলসি হন্না হন্না.

অরা'না তেংথা নাওইবগী ঈশৈগুন্না ।

কবম্না অরাবা ননিং থুংদবা লৈদুনা,

নথম্তা চীক্নবা অহিংদা লৈবি খোংদুনা ?

ও নৈশ শোক সঙ্গীত শকপা অহৈবা ।

অদুবু নংগী ঈশৈদি ওন্নোক্না নুংশিহল্লি । [৬৩]

কবি [illegible]গী শৈরে 'ঈশ্বর' হাযবা অসিদা তাইবঙ মপুগী খুৎশেম ওইবিবা প্রকৃতি[illegible] তোঙান তোঙান[illegible] মশকশিংবু শাংথাই । মীওইবসু তাইবঙ মপুগী খুৎশেম অমনি হাযনা লৌদুনা মপু মাগী অঙকপা খুৎশেম্বু পুক্নিং পেন্না যেংবা ফঙ্জবগী নুংঙাইবা [illegible]ঙদোক্লি । প্রকৃতি তাইবঙ মপুগা অমদি কবিগা লৈনবা মবী অদুসু মতাং অসিদা উবা [illegible]

তেংবানবা অসিনা যেংথিবা মাইকৈদা শংবানবা অতিং'থক্তুনা'

নকাঙ্গী থৌজানগী অঙকপা খুদম্বু উদুনা পুকনিংসি পেন্নবি ।

চীংথেনা হনবদা নুমিৎনা থোক্নুনা তেংবানববু ডামবি ।

নুমিৎনা তাপ্থগা থানা লাকতুনা অহিংগী চাকশিন্নবি ।

থাবন্না নোক্লবা শংবানবা নোংদোন্দা সনাগী লৈবাংনা শাংঙাক্লি । [৬৮]

'অহিংদা কোঙ্গশা' হাযবা শৈরেং অসিদসু মীওইবা কবি অমসুং প্রকৃতিগা [illegible]নবা মবী অদু উৎনবা হোৎনৈ । কবিনা প্রকৃতিগী শক্তম থাবকপগা ঈরোইননা [illegible]রোইবদা কবিগা লৈনবা মবীদু অসুম্না ফোঙদোক্লি,

নোংমদোন অতিযা থুংনবু থরান্নিচাক্কী লৈবাংনা,

বসন্তগী লৈহাউগুম, মকাফম্না শাৎকাইবে ।

*থবোগী শাগৈ খিবিক্লা মকত্রবা পুখ্রী মযোম্দা*
*মপুবোইবগী যৌগনওই, মকাফন্না শাত্তোক্লি ।*

*শংবানবা উনা মবক্তা, সনাগী লৈবাং শাৎপগুম,*
*শমজিবৈগী মতৌগুম তন্দনগী লৈবাং শাত্তোক্লি ।*
*শংবানবা তিংথৌ মথক্তা, মহী চেনবা থাবন্দা,*
*মীওইবগী রাখনগুম, তোঙ্গনা চিকমাং মাংখবি ।*

*অহিংগী নিংথিবা উবগা, থাবনগী ঈচেন ফংলগা*
*থমোইগী মম্বা নত্তনা রাবিনবা যাওববা ।* [৬৫]

'লৌবুক মযাই' হাযবা শৈরেং অসিদসু কবিনা মশামকপু লৌমী অমা ওইনা কল্পনাগী চবিত্রদা শাগৎলী। লৌবুক্কী অশংবা ফৌনাগী নীংথিবগা কবিগী পুক্লিংগী ঈথৌলাংবগা অমদি পুক্লিংগী অপেনবগা মবী লৈনহন্দুনা সংসাব অমা শেমগৎলি। মসিদা কবিনা ফোঙদোক্লি,

*কুপ্পে পাক্লবা লম্মাংশি অশংবা ফৌনানা*
*মবক্তা চৎলম্মী ঐনা অভাওবা কনাগুম্না*
*শোল্লম্মী মবক্তা মুকম মুকম অমুকসু লাওবম্মী*
*লৈতনা ফৌ পাম্মী নত্তনা তাবিনবা কনাস*

*লৈতে মফম অদুদা অরাৎপা নুংঙাইবা চিংনবা*
*লেল্লি ঐহাক্কী ঙাইহাক্কী রাখলনা খল্লিবা*
*মালংবনা খোংহৌবকপদা হাই হুমলি ফৌনানা ।* [৬৬]

'নীংথাঙ্গবে' হাযবা শৈরেংদসু মীওইবা অমসুং প্রকৃতিগা লৈনবা মবীদু কবিনা ইঙ্গিৎ ওইনা পীবম্মা মতাং উবা ফঙই । শৈরেং অসিগী অরোইবা পরেংদা কবিনা অসুম্ন ইবি,

*কুমগী ঈবাসু হৌবক্লে অঙাংনুবীনা লাওবক্লে ।*

*নোংও চুথবো লাংজিং মতোন থুমহৎলো ।*

*পাশোই নুবাবী তেকখৎলো, হনুবা হনুবী তাওথবো ।* [৬৭]

কবি চাওবগী শৈরেংশিং অসি ঈশ্বর অমদি মহৌশা খুৎশেমগী পোৎলমশিংনচিংবগা মরী লৈনবা ৱাফমশিংদা মপুং ওই । মহৌশা (প্রকৃতি) গা মরী লৈনবা মীওইবা অমসুং ঈশ্বর (তাইবঙ শেম্বা মপু) গসু থাদোক্নবা যাদবা যাম্না নকশিন্নবা মরী অমসু লৈনহল্লী। তাইবঙপানবগী লেঙলী পাল্লিবা জীব অমদি থরাং পানদবা পোৎশক অদুবদা তাইবঙ মপুগী খুৎশেন্নী হায়না কবিনা থাজৈ মসিমক্না কবিগী মীৎযেং কযাদা খন্ন-খেন্নবগী মশক, মীওইবা অমসুং প্রকৃতিগা লৈনবা মরীদু মাগী শৈরেংশিংদা উৎলি।

*****

# Bibliography -


[১] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম ১৯৪৭ অযুক অঙনবা *সাহিত্য অহানবা* মবীশুবা ফোঙবা, ষ্টেট প্রেস, ইম্ফাল, লা ১।

[২] ইবিদ ————— , লা ১।

[৩] ময়ুরধ্বজ সিংহ, চিংঙাখম, ১৯৪৮ অযুক অঙনবা *শৈরেং অনৌবা* মবীশুবা ফোঙবা তরুণ প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল লা ২।

[৪] ইবিদ ————— লা ২।

[৫] ইবাবত সিংহ হিজম, ১৯৯৬ অযুক অঙনবা *শৈদম শৈরেং* অহুশুবা থুংনম, নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি ইম্ফাল লা ১-২।

[৬] চাউবা সিংহ খ্বাইবাকপম ১৯৪৮, মৈতৈ লৈরাক *থাইনগী লৈবাং* অনীশুবা ফোঙবা ষ্টেট প্রেস ইম্ফাল লা ৭৬-৬৮।

[৭] ইবিদ —— ব্লাকচিংগী লৈবাং লা ৬২।

ইবিদ ————— লা ৬২।

[৯] ইবিদ ————— লা ৬৩।

[১০] ইবিদ ————— লা ৬৩।

[১১] কমল সিংহ লমাবম ১৯৯৮ মৈতৈ চন *লৈপরেং* অনীশুবা ফোঙবা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল লা ১২।

[১২] Op cit___ লোক্তাক মপান্দা *থাইনগী লৈবাং* লা ৪০।

[১৩] ইবিদ ————— লা ৫২।

[১৪] ইবিদ ————— লা ৫২।

[১৫] ইবিদ — ইঙেল লৈ *থাইনগী লৈবাং* লা ৪৪-৪৫।

[১] ইবিদ ————— লা ৪৫ ২৬।

ময়ূরধ্বজ সিংহ চিংঙাখম ১৯৪৮ প্রকৃতি। উৎপা, *শৈরেং অনৌবা* মবীশুবা নম্বা তরুণ প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল লা ৪৪।

ইবিদ ————— লা ৪৫।

[১৭] Op cit____ মেবাগী থাবল *থাইনগী লৈবাং* লা ২০।

[২০] Herrick, Robert, 2007, To Daffodils, *An Anthology of English Prose & Poetry*,

AHSEC,

Ghy -21, p-140

[২১] Op cit____, মেবাগী থাবল *থাইনগী লৈবাং*, লা ২১।

[২২] ইবিদ ———— লা ২২।

[২৩] ইবিদ———, লৌউবা, *থাইনগী লৈবাং* লা ২৩।

[২৪] ইবিদ ———— লা ২৪।

[২৫] ইবিদ——— থম্বাল উবদা লা ১৫।

[২৬] ইবিদ ———— লা ১৫-১৬।

[২৭] Op cit_________ থম্বাল উবদা *থাইনগী লৈবাং* লা ১৬ ১৭।

ইবিদ ———— লা ১৫।

চাউবা সিংহ খুাইবাকপম, ১৯৩১ চীংগী লৈবাং অমদা, *কান্নবা রা* অনীশুবা ফোঙবা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল লা ৪২।

Op cit_____ চীংগী লৈবাং অমদা, *থাইনগী লৈবাং*, লা ১১।

Op cit_____ চীংগী লৈবাং অমদা *কান্নবা রা* লা ৪২।

Op cit_____, চীংগী লৈবাং অমদা *থাইনগী লৈবাং*, লা ১১।

ইবিদ ——— ———— লা ১১ ১২।

[৩৪] ইবিদ—— মীতৈ কবি *থাইনগী লৈবাং*, লা ৭ - ৮।

[৩৫] ইবিদ ——— - ———— লা ৮ - ৯।

Op cit______ উনা কবি তাঙ্গৈবিবা ? *কান্নবা রা* লা ৫৩।

ইবিদ ———————— লা ৫৪।

ইবিদ — -- ——— লা ৫৪।

ইবিদ -——— লৈপাক লৈ লা ১।

চাউবা সিংহ, খুাইবাকপম, ১৯৩১ লৈপাক লৈ *কান্নবা রা* ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল লা ২ ৩।

ইবিদ — — ——— লা ৩।

সিংহ লমাকম ১৯৪৮ লৈপাক লৈপবেং অনীশুবা ফোঙবা ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল লা ৬।

[৪৩] চাউবা সিংহ খুাইবাকপম ১৯৫২ যাচংবা *সাহিত্য অনীশুবা* শরুক সম্পাদক শ্রীআবীব সিংহ, বাজা ষ্টোব ইম্ফাল লা ৫১।

[৪৪] ইবিদ ———— লা ৫১।

[৪৫] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম, ১৯৪৯, পি থাদোই, ঙসি, অহুমশুবা চহী, চৈবাউবা মশীং, এপ্রিল ১৩, সম্পাদক, কৈশাম কৃঞ্জবিহারী সিংহ, ইম্ফাল, লা ১৩।

[৪৬] ইবিদ ————, লা ৪০।

[৪৭] ইবিদ———— লা ৪০।

[৪৮] কমল সিংহ, লমাবম, ১৯৪৮, বিশ্ব প্রেম, *লৈপবেং*, ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেস ইম্ফাল, লা ১৪।

[৪৯] Op cit————, পি থাদোই, *ঙসি*, লা ৩৯।

[৫০] চাওবা সিংহ খ্বাইবাকপম, ১৯৩৫, পি থাদোই, *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* ২ য বর্ষ ৯ ম খণ্ড, মে, ১, সম্পাদক থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহ, চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স, ইম্ফাল, লা ৯০১।

[৫১] Op cit————, তোনু লাইজিংলেম্বী, *থাইনগী লৈবাং* লা ৪৬-৪৭।

[৫২] ইবিদ———— লা ৪৮।

[৫৩] ইবিদ ————, লা ৪৯।

[৫৪] ইবিদ————, লোইকাবা, *থাইনগী লৈবাং*, লা ৪২।

[৫৫] নীলকান্ত সিংহ, এলাংবম, ১৯৪৯, মণিপুর (বথ যাত্রা নুমিৎকী নুংথিলদা), *মুক্তি*, অহানবা চহী, অহুমশুবা মশিং, ওগষ্ট, ১৫, সম্পাদক বাকু ঝলজিৎ সিংহ, কংগ্রেসাইট ষ্টডি সার্কল ইম্ফাল, লা ১৯০।

[৫৬] Op cit————, তান্না, *থাইনগী লৈবাং*, লা ২৭।

[৫৭] ইবিদ ————, লা ২৭।

[৫৮] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম, ১৯৬২, তান্নানা খোংবা তাবদা, *ছাত্রমচা*, দি গোভর্নমেন্ট প্রেস, মণিপুর, ইম্ফাল, লা ৬৮।

[৫৯] ইবিদ————,লা ৬৮।

[৬০] ইবিদ ————, লা ৬৮-৬৯।

[৬১] ইবিদ————, মৈতে কবি, লা ৬৫।

[৬২] কমল সিংহ, লমাবম, ১৯৯৩, অহিংগী চেক্লা তান্না, *ডা কমলগী খোমজিনবা লাইবিক*, পোক্লফম পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, লা ২৬২।

[৬৩] ইবিদ ————, লা ২৬৩।

[৬৪] Op cit__________, ঈশ্বব, *ছাত্রমচা*, লা ৬১।

[৬৫] ইবিদ————————, অহিংদা কোঈবা, *ছাত্রমচা*, লা ৫৬-৫৭।

[৬৬] চাওবা সিংহ, খাইবাকপম, ১৯৯৬, লৌবূক মযাই, *কবি খাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী সাহিত্য*, খোমজিনবা, থোকচোম প্রফুল্লো সিংহ মুখি প্রিন্টিং সেন্টব, শীংজমৈ, ইম্ফাল, লা ১৭ ।

[৬৭] চাওবা সিংহ খাইবাকপম, ১৯৩০, নীংখাঈবে (ঈশিংপা নুপা অমগী অৱাবা দশা), *যাকাইবোল*, অহানবা চহি, অহানবা মশিং ওক্টোবব, সম্পাদক, নিংথৌজম লৈবেন সিংহ,যাকাইবোল পব্লিকেসন্স, নূতন বাজাব, ইম্ফাল, লা ২৩২।

*****

# কবি চাওবগী শৈরেংদা মীওইবগী দর্শন

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী লমদা যাকাইরোল শরুম্বা অমসুং শরুাইবা কবিশিংদি চিংঙাখম ময়ূরধ্বজ সিংহ (১৮৮৮-১৯৪৩) হিজম অঙাংহল সিংহ (১৮৯২ ১৯৪৩), হিজম ইবাবত সিংহ (১৮৯৬-১৯৫১), পুখ্রম্বম পাবিজাৎ সিংহ (১৮৭২ ১৯৪২), ডাঃ কমল সিংহ (১৯০০-১৯৩৪), হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ (১৮৯৭-১৯৪৬) অশাংবম মীনকেতন সিংহ (১৯০৬-১৯৯৫) অসিনচিংবগী মবক্তা থোইদোক্লা শীঙথানখিবা কবিদি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহ (১৮৯৬-১৯৫০) নি। ইং ১৯১৫ দগী ১৯৫০ ফাওবগা মনুংদা মহাক্না ইখিবা শৈরেংশিংদা বুদ্ধি লৌশিংগা লোয়নবা মীওইবগী দর্শননা ম . ওইনা উৎপা শৈরেংশিং খবসু যাওবি।

কবি চাওবনা খুত্তা কলম পাযদুনা শৈরেংগী লমদা খুৎ থাবক... ইং ১৯১৫ অসিরাহদগীনি হাযবগী খুদম চপ চানা উৎপা ঙমদ্রবসু সাহিত্যবু পামজবা মীশক ... সাহিত্যগী সংস্থান অমগা খুৎশম্নববদা সাহিত্য ইবকপা হাযবসি মশানা ঈদুম তাজবব রাফমনি। উবিপোক থাইদেম লৈকাই ইম্ফালদা ইং ১৯১৩ দা খ হৃদেম ... যাইগী যুমগী মমাং শঙ্গোইদা 'মিত্র সিমিতি' লীঙখৎখি। 'মিত্র সিমিতি' অসিদা মতম অদুগী সাহিত্য প্রেমীশিংনা নুমিদাং অমসুং ছুটি নুমিৎশিংদা ফমদুনা শৈরেং রাবেংশিং হৃদুনা পাংথোক... অমদি নৈনখি। মসিদা কবি চাওবসু সমিতি অসিগী মীকোক (মেম্বর) অমা ওইনা শরুক যাবকখিবগা লোয়ননা শৈরেং ইবা হৌবকখি। হায়বিবা সমিতি অসিদা 'মৈতৈ কবি' হায়বা শৈরেং ইখি। সাহিত্য রত্ন এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা 'মিত্র সিমিতি' হৌবকপগী মবমদা অসুম্না হায,

> *মীগী মরোলনা ফনা যান্না খঙলদুনা মমারোল ওইবা যাবোই হায়বসিমক ওশেংনা খঙলে। মজাতিগী আশা ওপান্বা অমসুং নীংবা থুংদবা কযাবু ফোংদোক্কে হায়ববদি মমালোন নত্তনা অতৈ পাম্বে লৈতে। অসি গুম্বা অমম-অঙান শিন্নবা মতম চীংখৈ ফীদুপ হুন্নকপা মতাংগী মণিপুরী অশৈবশিংনি মমারোনগী সেবাগীদমক্তা চেংথোবকপা অসিনা উবিপোক্কী 'মিত্র সিমিতি' দা রাবেং*

শৈরেং পাথোক্লদুনা তান্নে। মণিপুরী শৈরেং অমসুং রাবেং নৌহৌনা পুথোকপা তাই। অঙাংশিংগী মমারোন্দা তন্নবা সাহিত্য লাইবিক ইবা তাই। সাহিত্যগী ফজবা, লোনগী নিংথিববু নৌহৌনা মখোঙকী শেমগৎলকখি। অসিনা কবি অমসুং সাহিত্যগী লমযানবা খবগা লোযননা ওইবকই-শৈরেং ইবা চাউবা রাবেং ইবা চাউবা, আলোচক চাউবা। চাউবা কয়া চোংথোবকই।[১]

খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনসু 'মিত্র সম্মিতি' হৌদোকপগী মতাংদা অসুম্না হায

মমৈদা শোক ১৯১৩ ইং রাহদা হৌজিকী মীতৈ সাহিত্য অসি চেল্লিবা মাইকৈ অসোমদা চেনবা হৌই। মৈবিক মচা মচাগুম্না মাইকৈ মাইকৈদা সাহিত্যগী সমিতি মচা মচা পোকখি। মদুগী মবক্তা 'মিত্র সিমিতি', 'ইম্ফাল ষ্টুদেন্স ইউনিয়ন' অনীসি মমিং পনশ মতিক চায। অহানবগী অসি চৈবাক কোটকী বর্তমান মেম্বর শ্রীযুক্ত খাইদেম লোংযাই সিংহগী যুমদা হৌই। মতাং অদুগী ছাত্র অমসুং শিক্ষিত সমপ্রদাযগী মীশিংনা মৈতৈ লোন্দা অমসুং বাংলাদা রচনা নাচংবা ইন্দুনা সাহিত্য চর্চা তৌবা হৌখি।[২]

মীওইবগী পুন্সিদা নুংশিবা, নুংশিবগী শৈন্হৌ অমদি কাযনবা, মীওইনা অমম নত্তে, নোংমদি শোযদনা শিগনি, অশিবনা মীওইবগী পম্মুংনি হাযবগী মীৎযেং রাখল মাওইবগী থম্মোযদা মচা নুংশিবা (লৎসনা প্রেম), পীক্লিনা মচিন-মৌপ্পাগী মবক্তা লৈনবিবা নুংশিবগী মবী অসিন্চিংবা কযাগী মমি মহাক্কী শৈরেংশিংদা যাম্না মযেক শেংনা তাই। মসিদা অমুকসু নুংশিবগী পবিচয যেক্লবসু হোৎনৈ। অদুগা পুন্সিগী রাহল্লোক পীনবা হোৎনবসু লেপতে। আত্মাগী নুংগী ওইবা ঈচেল পুথোক্লবা হোৎনবগা লোযননা মীওইবগা আত্মাগা লৈনবা নকশিন্নবা মবী উৎনবসু হোৎনৈ। মসিগী মথক্তা মীওইবগী অবোইবা পুন্সিগী মতমদা তাইবং মপু মাগী চবণদা চঙজফম থিবকই হাযবদু মীওইবদা পাওজেল

ওইনা পীবগী মীৎযেংসু থেঙনৈ। মতাং অসিদা সাহিত্য- বত্ন, এলাংবম নীলকান্ত সিংহ (১৯২৭-২০০০) না মাগী ব্রাবেং 'কবি চাউবগী পুন্সিগী মীৎযেং' হাযবসিগী অবোইবা মতাংদা হাযখিবা ব্রাবোলদু নীংশিবা যাই,

*পুন্সিগী যাচংলকপা মতমদা তুবেন্না ঈশিং ঈপাক্তা তিন্নবদৌনা*

*কবিগী আত্মানা অথোইবা আত্মা মপুদা তিনজনবা, নাক্তা লৈজনবা,*

*সেবা তৌজনবা লাংতক্লে। মমা নীংবা কবি বৈষ্ণব ভক্তা ওনখি।*

কবি চাওবগী শৈবেং খবদা ঐখোযনা থেঙনবিবা মীওইবগী দর্শনগী ব্রাহন্নোব কযা মহাক্কী শৈবেংদা উবা ফঙই । মসিদা মীৎযেং অনী থোক্কা নৈনবা যাই। কবি চাওবগী শৈবেংশিং 'শিবা', 'মীওইবা', 'থম্মাল উবদা', 'ইঙেল লৈ', 'লৈবাংদা', 'মেবাগী থাবল' অমসুং 'লমগী চেক্লা অমদা' হাযবিবশিং অসিদা মীওইবগী পুন্সি অমসুং আত্মাগী দর্শন মবাং কাযনা যাওই। কবিগী শৈবেং 'তোনু লাইজিং লেম (নিংথৌকোন্দা কৌখৎপা)', 'পি থাদোই' অমসুং 'লোই কাবা' হাযবিবা শৈবেংশিং অসিদা নুংশিবগী দর্শনশিং মবাং কাযনা উবা ফঙই। করুণ অমদি বাৎসল্য বস মতাংদানা কবিগী শৈবেং 'শিবা', 'মীওইবা', 'থম্মাল উবদা', 'ইঙেল লৈ' অমসুং 'লৈবাংদা' হাযবসি পনবা যাই।

## (ক) পুন্সি অমসুং আত্মাগী দর্শন

কবি চাওবগী শৈবেংদা মীওইবগী পুন্সি অসির্দি শিবগা লোযবে মীওই মপোক অসিনা হেক পোক্লকপদগী হৌনা শিবগী মতম ঙাইবা হৌববনি হাযবা ব্রাখল্লোন অসি কবিগী শৈবেং 'শিবা' হাযবসিদা উৎলি। শৈবেং অসিদা মপুং ওইনা উৎলিবদি উন বানা অমসুং হৈবাং-লৈবাং পুন্নমক্কী কেন্নবা মতম লৈ। থক্তা থোক্লিবা নুমিৎ থাগীসু তাখিনবা মতম লৈ, তৌইগুম্বসুং মীওইবনা শিবগী অককবা মতমদি মবৈব্রে। তাইবঙ ব্রাঙোনশঙ অসিদা মীওইবনা হেক পোক্লকপদগী হৌনা মিনা তুং ইনবগুম হেক পোকপ মতমদগী অশিবনা ঐখোযগী তুং ইল্লকই। অশিবনা ঐখোযগী অশোযবা কযা ঙাইদু লৈববগুম তৌই। লাইজ ঈপাক্তা কোঙোলগুম্না ঙাইহাক্তং লৈবল্লগা ইখঙ খঙহৌদ কোঙোলনা মাঙখিবগুম, অমঙবা নোংলক্তা নোংথাংগী মতৌগুম্না মিকুপ অমতং শৎ

-াওনা ঙাল্লম্লগা মাংখিবা নত্রগা অযুক্কী যুবান্না ঙাইহাক পাইবম্লগা মাঙখিবগুম্না মীওইবসু তাইবঙ লীলা ফম্মাক অসিদা ঙাইহাক উৎলম্লগা মাঙখিগনি। লানফমদা হৈ-শিংলবা নেপোলিযন অমসুং ভীষ্মনা লালঙম ফিবাল থেৎলম্লগা মীংচৎকী যুম্বী যুংলমদুনসু অশিবগী খাযাত্তা অদুম্মক তাখি। মীওইবগী হকচাং অসিসু মতম কুইনা লৈবা থক ঙমদে শিববা মতমদা লোইনা মাঙখিগনি। মসিদা মাঙলোইদবদি মীংচৎতনি। মবম অসিনা তাইবঙ পানবা অসিদা ঈশ্বরগী শিম্মা পাঙদুনা মীংচৎকী যুম্বী খিল্লম্বনা মীওইবা ওইনা পোকপগী মহয যানবা হাযবা অদুনি হাযনা কবিনা লৌই।

কবি চাওবগী শৈরেংদা থেঙ্গবিবা মীওইবা পুন্সিগী দর্শনদি মক ওইনা অশিবগী রাখল অসিনি । মীওইবা অসি অমব নত্তে, নোংমদি শোযদনা মীওইবগী হকচাংনা মালেম লৈশাদা তিনদুনা মাঙখিনি। লেংদবদি থরায আত্মাতনি হাযবা রাখল্লোন যাওবি মীওইবগী পুন্সগী মক্তা যাম্না লাংতক্লখিবা পুন্সি অসিমক তাইবঙ লীলাগী ফম্পাক্ত হাযনা থক্লখিবা মীওইবগী পুন্সিগী থোঙ্চৎনা তাইবঙ লীলাদা যাওবিবা চবিত্রনি হাযনা লৌদুনা পুন্সিগী পোলোইগা লীলাগী লোইশিল্লকুবা মশক্ত মান্ননা লৌখিবা কবিনি। পুন্সিগী মমল অসি কবিনদি যাম্না থাংনা লৌখি। ব্রহ্মামক্তা পোকঙমখিদ্রবা মপোক্তি হাযনা চাংদম্নবিবা পুন্নমব অসিগী মথক্তা হিংললিঙৈগী পুন্সিদা অফবা থবদ তৌদুনা ঙম্লবা মীংচৎকী উবোং খিনবা ঙম্লবা থৌদাং লৌগদবনি হাযবগী মিৎযেং থল্লী শিবা মব শৈরেংদা কবিগী অবাবা নাৎযেং অসি মপুং ফানা উবা ফঙই। শৈরেং অসিদা হাবিবদি, শকউদবা তাইবঙ মপু মানা শেখ্রুকখিবা লেইলি পান্নবা অসু পাৎ খুদিংমক্কীসু অবোইবা মিৎকুপ অমা শোইদনা লৈ। মীওইবসু ঈশ্বরগী খুৎশেম অমনি নোংমদি শোইদনা খুৎশেম্না খুৎশেমদা তিনখিবা হাযবসি মযেক্কা অতাবানি। মীওইবা কন্নানসু ঙসি শিনি নত্রগা হযেং শিগনি হাযদুনা শিবগী মতম্নু খঙখিবা কন্নাসু ঙসিগী জগৎ সংসাবসিদা পোকখিবা লৈতে। মাগী মাগী মতম্না লোযবদা তাইবঙ কন্নাসু তাক্লমদনা অশিবগী লম্বীদা চৎখিবা তাবনি। মবী মতা মচা- মস্ত মব-প-মপাং পুম্নমক থাদোক্লম্লগা শকউদবা তাইবঙ মপুগী মনাক্তা হনখিবা তাবনি। মসিমক্তা অশিবগী মপাউ খুবদুনা ঙসিগী মীওইবদা কবিনা হায,

*ত্রসি শিনি, পাউজেন্দে*

*হযেং শিনি, পাউতাক্তে,*

*লৈবাং লৈখোক লোইবগা,　　হৈবাং-ঠৈমুন ফাবগা*

*মালেম' থক্তা কেনখিনি।*

*শিবগী মতম খঙববা ?*

- - -

*শিবগী মতম ন'ইনবা* [৪]

কবিনা মখা তাবি,

*তাইবং লাম্ফম থডুন্দা　　লানঙম ফিবান থেৎলগা*

*মিংচৎকী যুম্মী যুংদুনা*

*লোইনা নোংগানখবে।*

*নিনিগী শাবা মযুমনি।*

*শিবগা লোঈননা মাংগনি।*

*তুংগী যেংদনা　　তাইবং ঈপাক্তা তাউদুনা*

*ঈশিং কোসোল তাকপগুম*

*মৈতাননা রাখৈনবনি*

- - -

*শিবগা পুন্নমক মম্বনি।* [৫]

অবোইবদা কবিনা রাবোই পীবদুনা হাযবি,

*মপুগী শিনশং অসিদা*

*মপুগী শিম্বা পাংদুনা*

*পুক্লিং তুজ্যুং হবাওনা　　নিংবা কাঈবা লৈতনা*

*মিংচৎকী উবোং খিন্দুনা*

*পোকপা মহৈ যানগনি।*

মীওইবগী পুন্সি অসি নোংথাংনা জগোই শাবা নত্রগা অযুক্কী যুবান্না পাইবগুম্না ঙাইহাক্কী ওইবা তেনখ্রবা মতমনি। মসিগী মনুংদা লেঙদ্রবা পোৎশক ওইবিবদি মীওইবগী মীংচৎতনি। অদুনা কবিনা তেনখ্রবা পুন্সিগী মতম অসিদা অশিবগী অরাবা অসিবু কাওথোক্তুনা মীংচৎকী লম্বী থীবম্মী ।

কবি চাওবগী 'মীওইবা' হাযবা শৈরেং অসিদসু মীওইবা পুন্সিগী দর্শন ঐংনবা হোৎনৈ। অসিদা মপুং ওইনা উৎলিবদি, মীওইবগী মীংচৎ অসিনা হেন্না মরু ওই হাযবদু তাকই। তাইবঙপানবা অসিদা মীংচৎ নত্তনা লেঙদ্রবা পোৎ অমত্তা লৈতে। লনসু তুবেন্দা তাওবিবা কাওশিংগুম্বনি, পুন্সিসু থম্নাথক্তা পকপা লিক্লাগুম অবেম্পা লৈতে অমসুং মতম থবদংদগীনি। মতম্না অসুম হৌখিবনা পুন্সি অমসুং পাম্বলসু নোংমা নোংমগী মযেং তাখি। তাইবঙপানবা অসিদা ঐ-ঐগী হাযবা অবেম্পা পোৎ কবিসু লৈতে। মীওইবগী পুন্সি অসি নুংঙাইবদগী অরাবা শকক্লা চাং হেন্না যাওই । মবম অসিনা মীওইবগী পুন্সি অসি অরাবা ওইনা কবিনা লৌই। তাইবঙ পুক্রিংগী অবেম্পা লৈতবা অশাম্বা কযা মীহৌবগী লাংদা থুদুনা পুন্সিগী ঈচেলবু অরাবদা ঈবাক্লদুনা পোলোইদা ঈখন্নহল্লী। অসিগুম্বা অরাবা অসিদগী কোক্লনবা পাম্বৈদি রাই হাযনা শোনবা তোক্তুনা শপুগী (তাইবঙ মপুগী) শিনশঙগী মশক ওইববা অমদি মীওইবনা ষ্টংনবা লানফমগী মশক ওইববা সংসাব অসিদা ঐখোযনা মাংগী থল্লুদনা অমসুং তুংগীসু থন্দনা হৌজিক্কী মতমতবু মাঙহন্দনা থবক্তা মাযবোং যাগদবনি। ইথৌ তৌবদা অতনবা থাদোক্তুনা থবক শুগদবনি অমসুং থবক্কী মহযদি ঈশ্বরগী মফমদা শীন্নগনি। অসুন্না থবক্তা পুক্রিং লুপ্তুনা অচৌবা মীশিংগী ফিদম মতুং ইন্দুনা লেঙদবা মীংচৎ ফঙনবা হোৎনগনি। মসিমক্তনা ঐখোযনা লেঙদবা মীংচৎ ফঙবা ঙম্লবদি ঐখোযগী তুংদা লাকপা মীবোলশিংনসু ঐখোযগী ফিদম লৌদুনা লেংদবা মীংচৎকী উরোং খিনবা ঙমগনি। অসিগুম্বা মবম অসিনা সংসাব অসিদা মীওইবগী পুন্সি অসি মঙ নত্তে, মীওইবগী পুন্সিদি ব্রহ্মামক্তা ফংঙমদ্রবা মপোক্নি হাযনবিবনি। অসিগুম্বা ফংঙমদ্রবা পুন্সি অসিদা মীগী কাননবা তৌদুনা মীওইবনা নুংঙাইনা লৈবা ওইসনু অমসুং মীংচৎকী যুম্বী যুংলসনু হাযনা ফোঙদোক্লি। মসিদসু নত্তনা মীওইবগী

পুন্সিসি অৱাবত্না থল্লবা, কপ্পনবা পোক্লকপা মপোক ওইনা লৌই। নুংঙাইবগী শকক্লা খজিত্তুং ওইবা অদুগা অৱাবগী শকক্লা মপুং ওইবা পুন্সিনি। পুম্নমক অসি মীওইবনা হেক শিদ্রিবমখৈ নাম্থোকপা যাববোইদবা পোৎলুম অমনি। শিববা মতমদতা পোৎলুম অসি থাগদৌবিবনি । কবিনা হায়,

*নোংদম্বা বিধিনা কপনবা শীন্দুনা*
*তাইবং মীবু থাবক্লে।*
*পুন্সিগী ঈপাক্তা ʻৱাবগী ঈবৈদা*
*ঐখোযনা ইবাক্লবে।'*

কবিনা মখা অমুকসু তাবি,

*ʻৱাবনা চাকতুনা কপ্পুনা শিবনা*
*হিংবগী মহৈ ওইরে।*
*কনানা ঐগীনো ঐগীনা কনানো*
*শিবগা মম্বা ঙাক্তনি।*

অদুবু তাইবঙ মপুনা শেম্বীবকপা মীওইবগী মপোক অসিদ ঙাইহাক্কী ওইবা কাইথবা শিথবা নাইবা অহোংবা নাইবা অসিনা ইতৎ তত্তনা কবিগী থম্মো যবু ৱাহন্নী. তাশোম্মনা থিনবগা মান্নহন্নী। অৱাবা কোঙ্গাই অসিনা অবোইবনি হায়নসু [illegible]বিনা [illegible] থক ঙমখিদে৷ তাইবঙ মপোক অসিগীসু মমল চপ চানা লৈ হায়নসু কবিনা থাজদে। ব্রহ্মামক্লা পোকঙমদ্রবা মীওইবগী মপোক্লি, তেল্লবা মীওইবগী পুন্সি খোঙচৎ অসিগী ঈচেল অসিদা তৌফম থোকপা থৌদাং অদু পাঙথোক্লবা হোৎনবনা তুংলমচৎকী লম্বী যাৎপনি হায়না লৌই । কবিনা হায়,

*মংনি হাযদুনা নিংবা কাঈদুনা*
*কবিগী তেংথা-নবগে ?*
*কপ্পিবা অসুপ ৱাবসু অদুপ*
*শোইদ্র হেনগদবনি। ২*

তাইবঙ মপোক অসি মঙ নত্তে, মীনম্বা নত্তে, তৌশিন্নবস্ নত্তে, অশেংবনি, অওইবনি। অচুম্বা অশেংববু থিবনি। মাংদা চংখ্রবা অচৌবা মীশিংনা তৌবম্বা মুৎনাইদ্রবা থবক্কী খোঙ্গুল লীদুনা, ইশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা স্বার্থত্যাগ তৌবা তাই। অসুন্না তৌববদতা ব্রহ্মানা ফংঙমদ্রবা মপোক অদু ওইগদৌবিবনি। মবম অসিনা মীগী ফন্নবা, ইশাগী ওইজবা থাদোক্লুনা মীগী কান্ননবা তৌবা, তুংগী মীবোনগীদমক্তা অচুম্বা অশেংবা লম্বী শেম্বীবম্বা মথৌ তাই,

*অচৌবা মীশিংনা    অশিংবা কন্নানা*
*মুৎক্রবা পজেংবু থেংলি ।*

*নশাগী ওক্লুনা    মীন্তেন্দা পীদুনা*
*নশাগী কান্নবা থাগনি।*
*বিনাস্ খোংসন্    ফিবানস্ থেংসন্*
*ব্রহ্মানা ফংদ্রবা মপোক্লি।*[১০]

কবি চাওবগী 'মীওইবা' হাযবা শৈরেং অসিগী থিম (হীবম) গা আমেরিকাগী কবি Henry Wadsworth Longfellow (১৮০৭-১৮৮২) গী শৈরেং A Psalm of Life' কী থিমগস্ মতাং খবদা মান্নবা থেঙ্নে। Henry Wadsworth Longfellow গী শৈরেংদগী পরেং খবা খুদম ওইনা লৌখৎচবি

*Life is real! Life is earnest!*
*And the grave is not its goal,*[11]

কবি চাওবগী শৈরেংদা উৎলিবা নুংগী ওইবা ব্রাবোল উৎপা মতাংদা হায

*মপুগী শিন্সংনি    থবক্কী মফম্নি*
*থবক্তা মাইরোং যাও।*

*মংনি হাযদুনা    নিংবা কাঙ্গদুনা*
*কবিগী তেংথা-নবগে ?*[১২]

Henry Wadsworth Longfellow গী শৈরেংদা মখা তানা উৎলি,

*Lives of greatman all remind us*

*We can make our lives sublime,*

*Let us, then, be up and doing,*

*With a heart for any fate,* [13]

কবি চাওবগী শৈরেংদনা,

*অচৌবা মীশিংনা অশিংবা কনানা*

*মুৎত্রবা পজেংবু থেৎলি।*

*লম্নীদু যেংদুনা ফিবান্দু থেজুনা*

*ঐখোযসু খুভম ফংগনি।* [১৪]

Henry Wadsworth Longfellow গী খুৎফোঙদোক্তা অসুম শৈথাবি,

*Foot prints on the sands of time,*

*Foot prints, that perhaps another,*

*Sailing o'er life's solemm main,*

*A forlorm and shipwrecked brother*

*Seeing, shall take heart again* [15]

কবি চাওবগী শৈরেংদনা,

*কালগী তোবর্বান্দা খোঙ্নুনা তাবদা*

*ঐখোইসু শিদবা ফংগনি*

*খোঙ্নুল লীদুনা অতোপ্পা কনানা*

*মিংচৎকী থোংজিন্দা লাকনি।* [১৬]

মহৌশা খুৎশেমগা মরী লৈনবা পোৎশকশিংদা উবা পুন্সিগী দর্শন অসি কবি চাওবগী শৈরেং 'থম্বাল উবদা' হায়বা অসিদা উবা ফঙই। কবিনা থম্বাল কৌবা লৈবাংবু উকবগা, লৈবাং মানা লাইজ ঈপাল ফবিঙে মতমদা মকা ফম্না শাৎকাইদুনা লৈবদু

কবিগী পুক্রিংদা অপেনবা হাযবদু ওইজখি। নুমিৎনা চীংযা থাংদ্রিগুে মতমদা লৈবাং থম্বাল অসি লৈকা ফন্না শাৎচসনু, লৈহী পাম্বা খোইমু কযাসু লাক্কুনা অপিকপা মীনা অচৌবদা নপচবগুম লৈবাংগী যৌগলসু তৌবসনু। তৌইগুম্বসুং তাইবঙমীনা মবায চাযথবল্লগা মকুপ-মপাং, শাগৈ-নাতে ফাওবা মীচং ফঙদবগুম থম্বাল কৌবী লৈবাং অসিনা লৈহী চেন্দ্রবদা খোইমু অমুক পাইবক্লবোই অমসুং নুমিৎনা চীংযা থাংলক্লবা মতমদা লৈমন চন্দুনা ঈযাযথক্তা কেনখিগনি। অসিগুম্না লোইশিল্লকপা থম্বালগী পুন্সি অসিগী মশক অসি খল্লুবদা কবিনা মীওইবগী পুন্সিগা লৈবাং থম্বালগী পুন্সিগা মান্নবশিং অদু নীংশিলকই। থম্বাল কৌবী লৈবাংনা মতম খবা লাইজনুংদা লৈকবগা মনুং মতম চাবগা লাইজ ঈপাকথক্তা লৈকা ফন্না শাৎলকপগুম মীওইবসু মতম খবা মমাগী শিযোমনুংদা লৈকবগা তাইবঙ ঈপাক্তা মতম খবা হিংজবতনি। নুমিৎনা মযুম চঙদ্রিঙেদা থম্বাল কৌবী লৈবাংনা মতম খবা লৈকা ফন্না শাৎচবগুম্না মীওইবসু নহা ওইবিঙে মতমদা হবাও তযান্না লৈজে। থম্বালনা লৈকা ফন্না শাৎলিঙে মতমদা নুংশিৎ অমসুং খোইমুগী নুংঙাইবা যৌগল কযা ফঙবগুম্না মীওইবসু হীংলিঙে মতমদা ফঙলিবনি। নুমিৎনা চীংযা থীঋবা মতমদা থম্বালনা লৈমন চন্দুনা কেনবগুম অহল ওইবক্লবা মতমদা পাঙ্গলসু যাওবক্তা অমসুং নীংজবসু থুংলক্তা, হৈনিংবা পুন্নমক মাংখিদুনা মীওইবগী পুন্সি ঈখম্নৈ। নোংদম্বা মপুনা অপাম্বা লাংবু থাক্কুনা মতম খবা মীওইবসু হীংবা ঙমহল্লীবনি। থম্বাল কৌবী লৈবাংনা কুম্মী-কালেন নাইদনা শাৎলল্লবদি নীংবা থুংলমগদবনি। মীওইবগী পুন্সিসু অদু মঙাই তৌগদবদি যাম্বা অমসুং পুন্সিনদি তেনবা অসিনি। হাযবিবা মবম অসিনা মীওইবসু লৈবাং থম্বালগুম্না নীংবা কাযদুনা শিগনি। পুন্নমক অসিগী মবমদা কবিনা খনবা যাবিবমখে খল্লুবগা থম্বাল কৌবী লৈবাংদা হাযবি,

'নপাল ফবিঙেদা শাৎচহৌরো'।

মীওইবগী পুন্সিনা থম্বালগী পুন্সিগা মান্ননা লৌবা, থম্বালনা তাইবঙ ঈপাক্তা কেন্নবা শাৎপগুম মীওইবসু শিননবা পোক্লকপনি হাযবগী মীৎযেং অমা উৎলি,

*থম্বাল কৌবী লৈনুংশি*

*ঐখোযসু নখোইগুম্বনি*

*তাইবং ঈপাক থকসিদা*

*কেন্নবা শাৎপনি।*[১৭]

মীওইবগী মপুং ফাদবা, লোইবা নাইবা পুন্সিগী খোঙচৎ অসিগী মনুংদা অরেম্পা, লেঙদবা মপুং ফাবা মমল খবা থীবা অসিসু কাওবা লৈতে। মীওইবগী, পুন্সি অসি অযুক্কী লিক্লাগুম নত্রগা মৈবানবী নত্রগা থম্বালগুম্না ঙাইহাক হীংলম্লগা অশিবগী খাযাত্তা লুপখিবা তাবনি। লৈবাং থম্বালনা লাইজ থক্তা শোযদনা কেম্লগনি খঙন-খঙনা লৈকা ফন্না শাৎপা উকবগা কবিনা মীওইবগী হীংলিঙে পুন্সিবু নীংশিংলকই। মবম অসিনা কবিনা অশিবগী খুৎনা শোকপা ঙমদ্রবা পোৎশক খবগীদমক্তা লাংতক্লবা পোকললকই।

মীওইবগী পুন্সিগা মহৌশাগী ওইবা পোৎশকশিংগা চাংদম্নদুনা পুন্সিবু পোকপা শিবা অনিগী লংদাইদা লৈবিবনি হাযনা লৌবগা লোইননা নোংমদি লৈবাং থম্বালনা কেনবগুম মীওইবগী অরোইবা মতম লাক্লুনা শিখিবগা চাংদম্নবি। কবিনা মথা তাবি,

*তৈইগুম্সুং লৈনুংশি*

*কেন্নবা শাৎপনি*

*শিননবা পোকপনি*

*ঐখোইসু নখোইগুম্বনি।*

*পুনশিনদি তেল্লিদো,*

*জৈগদবনা যাম্লনা*

*লৈবাং নংগুমনা মাংলনি।*[১৮]

কবি চাওবনা মীওইবগী লাইবক্কীদমক্তা যাম্না কুপ্না থীজিনবা, খঙজিনবা, মনুং যৌশিন্না চংশিন্দুনা অশেংবা তত্বগী মশক্তু পুথোক্লবা লাক্লে। মসি কবিগী অৱাবা সুব অমনি। লাংতক্লবা, তনিকপা থম্মোয়বগী মপাউখোলনি,

*বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বনা*

*অপাম্বা লাংবু থাক্তুনা*

*মৈবাম্বীনা জৈবগুমনা*

১১

## ভাইহাক পাইনবা শেম্মনি

পুন্সি হাযবসি মাযানি। পোকপা শিবগী চক্র মনুংদা মীওইবনা হীংলিবনি। মহৌশা খুৎশেমগী ফজবসু ভাইহাক্কীনি। অদুম ওইনমক মপু মাগী খুৎশেম ওইবনিনা মসি অবেম্মদি নত্তে। পুন্নমক অসিদগী কবিনা নাম্মোকপদি পামদে, থম্মোযদা লেঙদনা থম্নিংখি। থরাযগা হকচাংগদি কাযনদবা যাবোইদৌবি। মৈবানবীনা মৈবিলক্তা চোংশিন্দুনা শীজবগুম মীওইবগী পুন্সিনা মতমগী খাযাত্তা তিনখিবা শোইদ্রবনি। মাগী মাগী অরোযবা মতম, পুংজা, মীকুপ অদু ভাইনবিবনি। কবিগী মীৎযেংদা অশিবগী রাখললোন অসি 'মেবাগী থাবল', 'ঈঙেল লৈ', 'লৈবাংদা' অমসুং 'তাম্না' নচিংবা শৈবেংশিং অসিদসু উবা ফঙই।

'মেবাগী থাবল' হাযবা শৈবেং অসিদা কবিনা মেবাগী থাবলবু উকবগা কবিগী থম্মোযদা লৈতাবা ভমদ্রবা অশিবা হাযবা অদুগী অরাবা মশক অমা উৎননবা হোৎনৈ। মেবাগী থাবলদি পুক্লিং হুনবগী মশক্কি । ঈযাযদা কোঙ্গোল কাবগুম থাবলগী ঈপোমলক্তা থরাম্নিচাকশিংনা অতিযাদা শিনবা থুংনা থোকখ্রে, থাবন্দা শাৎপী লৈবাং খীবিকসু মকা ফন্না শাৎকাযবি। থবো কৌবী লৈবাংসু থাবল ফববা অহীংসিদা মবুংঙো থাবু উজদুনা লৈকা ফন্না শাৎকাযবি। মহাকপু শেম্মীবা তাইবঙপানবা মপুগী থৌজান্না মবুংঙো থাগী সেবা তৌবা ফঙজবিঙে মতম অসিদা লৈকা ফন্না শাৎচহৌগদবনি। মবমদি, ইনুং ভাল্লবা মতমদা মহাক্লা অমুক হন্না নুংভাইবা ফঙলরোই। মীওইবগী পুন্সিসু লৈবাং থরোগী পুন্সিগুম্বনি । মতম থবা অপাম্বগী লাংদা থুদুনা লৈকবগা খঙহৌদনা শীখিগনি। রাখল অসি খল্লুবদা কবি অসি রাখলগী ঈপাক্তা তাউথ্রে অমসুং পম্মুংফমসু খঙ্খিদ্রে। অহিংগী মতম্না থেংজিল্লকপনা মীচিক মীবাওখোনসু তান্নখিদ্রে। অসিগুম্বা মতম অসিদা কাকশিংনা ইনুং ভাল্লে খন্দুনা খোংবা হৌবক্লে । তাইবঙ মপুগী মগুণ শক শোঙ্গরে। ঈশ্বরগী গুণবু উবদুনা কবিগী মীৎলুদগী পিবাংসু শিম্মুজরে। শরৎ ঋতুগী থাবল অসিগুন্না ফজবা অসি উকবদা নুংঙাইবদি মকুগুম্বা উচেকশিং, নুম্মিদাংদা চাকতাবশিংনি, অতোম্পা কন্নাসু যাওদে হাযবা রাখল অসিনা মপুং ওই। কবিনা অশিবা হাযবা অরাবা, তাইবঙ মীওইবদা শোযদনা লাক্লগদবা অসিগী মশক উৎননবা হোৎনৈ,

*পংনা পানবা তাইবংনি*

*ঐখোযসু নখোইগুম্বনি*

*শিবা গ্রাইনবা হিংবনি।*[২৫]

'ইঙেল লৈ' হাযবা শৈরেং অসিদা কবিনা মক ওইনা ফোঙদোক্লিংলিবা ৱাফমদি, চীংদা শাৎপা ঈঙেল লৈনা চীন্নদনা কেনখিবা অসি উবগা কবিগী থম্মোযদা মঙল মঙল খল্লকখি। লৈবাংনা লৈথোক লোইদুনবু কেল্লিববা নত্রগা মালংবগী শউম ফঙদুনবু কেনলিব্রা অসিনচিংবনি। লৈবাং অসিনা মতম থবা শাৎলল্লগা কেনখিবা অদু উবগা কবিনা তাইবঙ মীওইবগী পুন্সিবু অমুক নীংশিলকই। তাইবঙপানবা অসিদা ঙাংবা হৈবা অসিনা অথৌবা অকনবা, শক্লিবা অমসুং মপান থোক্তবদগী তৌবা ঙম্বা মীওই কযাসু নাবক্তা শাৎপা লৈবাংগুম্না মীনা খঙ্রবিদনা লৈবি।

লৈবাংগী পুন্সিদা মালংবগী শউম ফঙবগুম মীওইবগী পুন্সিসু অৱাবা কযাগা থেঙ্নবি। নুমিৎনা খাদা লৈদবিঙে ফাওবদি লৈবাং অসি শাৎখিবসু মযাবনি। অদুবু লৈবাংগী পুন্সি তেনবা মবম্না মালংবগী শউম লাংদ্রবসু মথন্তনা কেঞ্জবনি। মতৌ অসুম্না মীওইবগী পুন্সিসু যুবাল্লা অযুক্তা ঙাইহাক্তং পাইবক্লগা নুমিৎনা কাবক্লবা মতমদা মাঙ্রখিবগুম, মতম খবদংগীতনি। লৈবাংনা মতম খবদং শাৎলল্লগা কেনখিবগুম মীওইবা ঐখোযসু মতম খবদং লৈবল্লগা ঈযাযদা কোস্নোল তাকপগুম তাইবঙ ঈপাক্তা মাঙ্খিগনি হাযবা ৱাখল্লোন অসি ফোঙদোকই।

মীওইবগী পুন্সি খোঙ্চৎকা লৈবাং ইঙেল লৈগা চাংদম্নদুনা, মীওইবগী পুন্সি খোঙ্চৎকী অবোইবা নাইবা পোল্লোইগী ৱাফম মযেক শেংনা উৎনবা হোৎনৈ। অশিথনা মীওইবগী অমদি তাইবঙ জীব পুম্নমক্কী পম্মুংনি হাযবদুসু তাক্লি;

*চীংদা শাৎপা ইঙেল লৈ*

*ঐখোযসু নংগী নতৌগুম*

*পানবনি।*

*নংনা কেন্নবা শাৎপগুম*

*ঐখোইসু থুনা শিনবা*

*ঙাইবনি।*

*ঈপাক্তা কোঙ্গোল তাকপগুম*

*পুন্সিগী ঈপাক থিন্নিদা*

*তান্নুনি।* [১৭]

মতাং অসি চিংঙাখম মযূরধ্বজ সিংহ (১৮৮৮-১৯৪৪) গী শৈরেং 'নিদ্রা' হায়বা অদুগী অবোইবা পরেংদা পল্লিবা ৱাহৈ খবগা মান্নবা উবা ফঙই,

*তাইবংপানবা অসিদা*

*মতম ঙাইহাক পানবনি*

*মংদা ওইবা নাওংগুম*

*কোঙ্গোল তাকপগুম তান্ননি।* [১৮]

শৈরেংগী অসিগুম্বা থিম অসিগা ইংবাজী কবি Robert Herrick (১৫৯১- ১৬৭৩) গী শৈরেং 'To Daffodils' গী পরেং খবগা মান্নে,

*We have short time to stay, as you,*

*We have as short a spring,*

*As quick a growth to meet decay,*

*As you, or anything,*

*We die,*

*As your hours do, end dry*

*Away*

*Like to the summer's rain,* [১৯]

কবি চাওবগী 'লমগী চেক্লা অমদা' হায়বা শৈরেং অসিদা তাইবঙ মীওইবগা তাইবঙ শেম্বা মপুগা লৈনবিবা মবী অদু উৎননবা হোৎনবগা লোযননা মীওইবদি তাইবঙ পানবা অসিদা পঙনা পাল্লি, শীগনি হায়বদু খঙন-খঙনা কাওথোক্তুনা নীনিগী ওইবা

নুংঙাইবনা অরাবগী শকক অদুবু কাওথোক্নুনা ঐখোয় মীওই মপোক্লি হায়বদু নীঙ্গশিংহন্দে। মীওইবা অমব নত্তে, তাইবঙ মপূগী নাক্তা নোংমদি শোযদনা থরাযনা চৎখিগনি হায়বা রাফম অসি মীওইবনা খঙনা খঙনা হেক হেক কাওথোকপগুম তৌবি। তাইবঙ মপুনা শেম্বী শাবিদুনা তাইবঙ লীলা শান্নবা থাবকপনি, তাইবঙ লীলা শান্নবা লোযবগা মপাম লমদম ওইবিবা তাইবঙ মপূগী নাক্তা হনখিদৌবা ঙাক্তনি। তাইবঙ মপূগী নাক্তা হনদ্রিঙে, মীওইবা ওইনা লৈবিঙে মতমদা তাইবঙ মপূদা তাইবঙ মীওইশিংনা পুন্নমক কখোক্ত্রিব্বা অমসুং ঈশ্বরগী ওইবা থবক থৌবমদা পুক্লিং চঙশিন্দ্রিবা কবিগীনো ? ঐখোযবু শেম্বী শাবিবা অদুগা অমুকসু হনজিনফম ওইবিবা মপু মহাকপু নীংজদুনা লৈজবা, পুন্নমক কখোকপা ঙমদ্রিবা তাইবঙমী ঐখোয অসি অসুক্কী মতিক পংই, পংনা পান্নী হাযদুনা তাইবঙপান কৌবিবনি হাযবি। মতাং অসিদা হিন্দুগী লাইনীংগা মবী লৈননা মীওইবা ঐখোযগী থরাযদি শিবা নাইদে হাযবদু ঈশিংগী মওংগুম উহল্লি।

ঈশিংদি নুংশানা শাববদা ঈপাক্তগী মনিল ওইনা নোংথক্তা পাইখৎখি। মনিলশিং অদু অতিযাদা পাইখৎতুনা অমসুং নোংগী মশক লৌদুনা মালেমথক্তা অমুক চুবিবি। নোংগী ঈশিং অদু অমুক অকুৎপদা চেম্ব্রখিদুনা ঈপাকতা অমুক তীনখি। অসুন্না সার্কল অমদা উংদুনা লৈ হায়বা হিন্দুগী দর্শন অসি কবি চাওবগী শৈবেং 'লমগী চেক্লা অমদা' হাযবা শৈরেং অসিদা মযেক শেংনা তাকই,

*হযেংসু শোইদ্র মবাক্কে ডসিদৌনা পাঈবক্কে,*
২৪
*মপুগী মশুণ তমলগে।*

তাইবঙপানবা অসিবু শেম্বীবা মপু অমা লৈ। মানা শেম্মা তাইবঙদা মীওইবনা চখবিবা থৌবম শিম্মা খুদিংমক মপু মানা পীবা ঈঙ্গিৎকী মতুং ইন্না পান্নথোকনৈ। মপু মানা তাইবঙগী জীবশিংবু যোকপী-থাকপীবি, ঙাকপী-শেনবিবি অমসুং লমজিংসু তাকপীবি। অসুন্না তাইবঙ শেম্মা মপু মাগী লৈবাক অসিদা হীংলিবা তাইবঙ মীওইবনা মতম থবা লৈবল্লগা থরায চেক্লানা হকচাং পোলাংবু থোদোক্লল্লগা শেম্বীবকপা মপু মাগী নাক্তা তিনখি। অদুগা অমুকসু মপূগী যাথং পুদুনা দূত অমগুম অনৌবা তদেকপা হকচাং অমদা নৌনা কাযদোংফম ওইদুনা অনৌবা মপোক অমদা অমুক পোকই। তাইবঙ মপূগী

থৌগল নত্রগা যাথঙ পাঙ্খোক্নুা অমুক হীঙই। ঈশ্বরগী অসিগুম্বা থৌজাল অসি খঙন-খঙনা ঈশ্বরবু নীংদে, ঈশ্বরদা চংজদে, পংনা পাল্লি হাযবদু কবিনা তাক্লি,

*ঙসাইদৌনা নিংথিজে ঙসাইদৌনা মফজে,*

*পংনা পাল্লি তাইবং ও।*

*মপুগী লৈপাক 'নুংসিদা হীবম থৌদোক খুদিংদা*

*কনানা লংজিংবিবগে ?* [২৫]

মতাং অসিদা কবিনা তাক্লিংলিবা অসিদি, শিবা নাইদবা থব্রাযনা অনৌ-অনৌবা হকচাং পোলাংদা কাযদোংফম লৌদুনা তাইবঙ হকচাং পোলাংগী অনৌবা মপোক কযামকম পোকই। অমবোমদনা থব্রায চেক্লাগী কাযদোংফম ওইনা তাইবঙ হকচাং পোলাংদি মম্বৰকপগী মতম লৈ। মল্লবা কান্নদ্রবা হকচাং পোলাং অসিদি মৈনা চাকথোকখিদুনা মালেম লৈশাদা তিনখিনি। অদুবু থব্রায চেক্লাদি মম্বৰকপা লৈতবা অমদি শিবা নাইদবা তাইবঙ মপুগী দূত অমগুম্না মতম পুন্নমক্তা লৈজে। তাইবঙগী হকচাং পোলাংদি শিবা, মাঙবা নাই, অমব নত্তে অদুগা অমবোমদা থব্রাযদি মাঙবা অমদি শিবা নাইদে। থব্রাযদি শেম্বীবকপা মপু মাগী পাখোল চৎপা দূত অমনি হাযনা লৌই। মতাং অসিদা হিন্দু লাইনিং লম্বীগী মমীং চৎলবা *শ্রীমদ্ভগবদ গীতা অশেংবা মশক* হাযবা লাইবিক অসিদগী থব্রাযদি শিবা নাইদে হাযবগী মতাংদু নীংশিংবা যাই,

*দেহিনেহস্মিন যথা দোহ কৌমাবং যৌবনং জবা*

*তথা দেহান্তবপ্রাপ্তির্ধিবস্তত্র ন মুহ্যতি॥১৩॥*

*(অধ্যায ২, শ্লোক ১৩)*

*(হকচাঙ পুবিবা আত্মানা হকচাঙসিদা লৈনা লৈনা হকচাঙনা*

*নহা ওইবযন্দগী মথোক অমুক কাবকপা অদুদগী অমুক*

*হকচাঙ অতোপ্পা অমদা হনুশিল্লকপগুম্না শিববা মতমদ*

*হকচাঙ অতোপ্পা অমদা চঙ্গ্রী। আত্মাগী অযৌবী জ্ঞান*

*(তত্ত্বজ্ঞান) লৈববা মীশিংনা মসিদা করি অমত্তা ভ্রক্তে)* [২৬]

আত্মাদি শিবা নাইদে, অমবনি, হকচাংদি শিবা নাই হাযবদু শৌগত্তুনা গীতানা হায,

*বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায*

*নবানি গৃহ্নাতি নবোহপবানি।*

*তথা শবীরানি বিহায জীর্ণা*

*নান্যানি সংযাতি নবানি দেহী॥২২॥*

*(অধ্যায ২, শ্লোক ২২)*

*(ফি অমন অকায ওইববু হুন্দোক্লগা মী অমনা অনৌবা*

*ফিজোন শেৎপগুম আত্মাসু অমনবা কান্নদ্রবা হকচাঙবু*

*হুন্দোক্লগা অনৌবা হকচাঙ অমা লৌই)* [২৭]

অসিগুম্না ধর্ম্মগী রাফমদা থব্রাযগী ওইবিবা মশকশিং অসি কবি চাওবস চেৎনা থাজখি। হাযবিবা থাজবা অসিনা কবিগী শৈবেংশিংদা মযেক লানা তাবিবনি। অসিগুম্না ধর্ম্মদা থাজবা বৈষ্ণব অমগী লীচৎ অসিমক্লা কবি চাওববু বৈষ্ণব কবিনি হাযনসু শীংথানৈ । মতাং অসিদা বাজকুমাব মণি সিংহনা অসুম্না হায,

*some scholars added and epithet 'Vaishnav Poet' after persual of his writings* [২৮]

কবি চাওবদি বৈষ্ণব সম্প্রদাযগী ঈচেল নুংদা পোক্লকপা অমসুং চাওবকপন বৈষ্ণবকী লীচৎ চৎখি হাযবসি মাগী খুৎইশিংনা অদুম্মক তাকচবি । মসিমক্লনি পণ্ডিৎ অমদি সাহিত্যকাবশিংনা কবি চাওববু বৈষ্ণব কবিনি হাযদুনা অব্রাংবা থাক্তা থম্নীবল্লিবনি।

### (খ) নুংশিবগী দর্শনঃ

মীওইবগী থম্মোযদা লৈবা নুংশিবগী দর্শন অসি কবি চাওবগী শৈবেংদা চাওবাক্লা মখল অনীদা উবা ফঙই। শৃঙ্গাব বস অমদি করুন বসকা লোযনবা বাৎসল্য প্রেমগী মওং অসি কবি চাওবগী শৈরেংদা মম্নি তাই ।

শৃঙ্গাব বসতা শাগৎলগা অমুকসু কাযনবগী অব্রাবা মশক্তু কবিনা মাগী

শৈবেংশিংদা উংনবা লাক্লে। মসিদা নুংশিনবা শাবী-শানৌ অনীগী অরোযবা বিদাইগী পুংফমদা ওইর্হৌবা খাংঙমদবা মশক অদুগা লোইনবা থম্মোযনুংগী তেংথাখোল যাওবি। নুংশিবগী তম্ব অসি মীওইবগী থম্মোয খুদিংদা যাওবা, নহা ওইবিবা ইনখৎলকপা মতমদনা হেন্না মযাই কনবা, পুন্সিগী অহৌবা ঈচেলগী মশক অমনি । মতাং অসিদা পনবা থাবা কবিগী শৈবেংশিংদি থাজরাবীদা যুম্ফম ওইবা মোইবাং কংলৈবোলগী রাবীদা শাগৎপা কাযনবা, খাযনবা অমসু' অমুক উন্নবা নত্রগা থুঙ্নবগী মশকশিং যাওবি । মসিদা 'তোনু লাইজিংলম্বী (নিংথৌকোন্দা কৌখৎপা) , 'পি থাদোই' অমদি 'লোইকাবা' অসিনচিংবা পনবা যাই।

'তোনু লাইজিংলম্বী (নিংথৌকোন্দা কৌখৎপা) হাযবিবা শৈবেং অসিগী রাবীদি লাইজি. নিংথৌনা মোইবাংদা পাং‌ঙ মতমদা তোনু লাইজিং লেম্বী কোনী থান্বাকপা (লাইজিংলাকপা)গী মশ... মতৌ ফঙবা মচানুপী অমা লৈবম্মী । মোইবাংশিংগী থাজনবী অমগী মতু হন্না মোইবাং লৈবাক অসি চাকহোং-ঙাহোংনবা হাযদুনা মাইবীনা লাইমাং ক্ষম্বগা থৌরম পাঙথোক্লে । থৌরম অসিদা মাইবীনা লাইমাং যম্বদা শাবম চামা ঙাবম চামা থাংজিং লাইদা কা... মোইবাং লেবাক চাকহোং ঙাহোংগনি যাইফগনি অমসুং ... নিংথৌগা মীংমান্নবী নুপী অমা তালোইশিংদা চলহল্লু হাযরং লাইযাও পাবক... অসি লাকপদগী মোইবাং কোনুংগী ফম্বাইবা পুন্নক্লা মাং মাগী হবক খৌবমদা পুক্নিং চঙলখি। তোনু লাইজিংলেম্বীগী মশাগী কদেং থাংজহনবা মোইবাং নিংথৌগী ফম্বাইবা ওইরকনা নিংথৌগী থৌদা পুদুনা শাবম চামা ফানখ্রে, হাযদুনা তোনু লাইজিংলেম্বীগা পুকমেন পাওমেন্নবম্লগা বিদাই তৌবদুনা শা ফাকনবা চংখি। মশাবী কদেং থাংজহনবনা' শা ফাকবগা হল্লকপদা তোনুগীদমক শক্তি মচা অম যাবিবকউ হাযনা তোনু লাইজিংলেম্বীনা পাওমেঙ্খি। মতৌ অসুম্না পুকমেন পাওমেনবগা চংখি। মাইকৈ অমবোমদনা মোইবাংগী নিংথৌ (লাইজিং নিংথৌ) গা মীং মান্নবা থীবকপদা তোনু লাইজিংলেম্বীগা হেক চান্নকবদগী তোনু লাইজিংলেম্বীবু মোইবাং নিংথৌগী তালোইশিংদা চলহন্নবা হাযবকপদগী অমসুং মপা ইবুংঙো লাইজিংলাকপা (থাঙবাকপা) নসু নিংথৌদা মচানুপী থাজনিংলুবদগী যাথোকখ্রে। মবম অসিনা কোনুংদা

তোনু লাইজিংলেম্বীবু কৌখৎলকখি । চৎলমদাইগী মতমদা তোনু লাইজিংলেম্বীনা মশাবী কদেংথাংজহনববু থম্মোযদা কৌজদুনা লোক্তাক মপান্দা অবোইবা বিদাই তৌজখি। মতাং অসিদা কবিনা অসুম্না শৈথাবি

*শাবি ইবুংঙো নুংশিবা*
*ঙসিদি অবোইবা বিদায পীবিবো ।*
*লৈবম্মবদি নহাকসু, খাইনবগী পুংফম অসিদা*
*পিগী মবিক খবদং পীদুনা ।*
*থমোইদসু চোংপা ঙমগনি।* [২৯]

তোনু লাইজিংলেম্বীগী অৱাবা মতৌ অসি হেক খঙ্জকপা মতমদা মতাং চাবে খন্দুনা মশাবী কদেং থাংজহনবনসু বিদায শোইদনা পীবিবক্লবগী মতাংদা কবিনা অসুম্না যেক্লি,

*নহাকসু ঐগুম্না, মতম চাবে খন্দুনা*
*থম্মোই নুংদা, নুংশি কোলোই শক্তুনা*
*অবোইবা বিদায পীবিযু ।* [৩০]

অসুম্না 'তোনু লাইজিংলেম্বী (নিংথৌকোন্দা কৌখৎপা)' হাযবা শৈবেং অসি কবি চাওবনা তোনু লাইজিংলেম্বী অমসুং কদেংথাংজহনবা অনীনা হকচিন্না নুংশিনবম্নদগী শেৎন-খাইনখিবা মতাং অসিদা লোইশিন্দুনা নহা ওইবিঙৈগী মতমদা নুংশিনজবিবা অমসুং নুংশিনজবিবী শাবী-শানৌ অনীনা খাংঙমদবা নুংশিগী চৈনা কথা ফঙখিবদু উৎলি।

'পি থাদোই' হাযবা শৈবেংদা কবিনা উৎনিংলিবা ৱাফমদি বসন্ত ঋতুনা লাক্লবদা উপাল-হৈপালশিংনা অনৌবা যেন্নীং হল্লকপা মতম অসিদা পি থাদোই কৌবা চেক্লানা 'থাদোই থাদোই পি থাদোই' হাযনা খোংবা অদু কবিনা তাকবে । মশক্তি উবা ঙমদবা অদুগা খোঙ্গেলদি তাবা, কদাযদগী খোংলকপনো হাযবদি খঙজবা অদুগা খোংলক্লিবা খোঙ্গেল অদুদদি নীংঙমদবগী সুব অমদি ইবোইদা লোইনবদুদা কবিনা মণ্ডল মণ্ডল খল্লকখি । পি থাদোই হাযবা উচেক অসি নোংবানগী থৱাযনা ওনখিবনি অমসুং মহাক্লা যাম্না নুংশিজবী মচা ইবেম্মা থোইবীবু কৌব কৌবদুনা মালেম থুংনা থীবি । থাদোই

মহাকথক্তগী নোংবানগী পুন্সিগী অবোযবা যাহিপ ফাওবা খোইবেন্তাক্তা তানখিবনি। মচা ইবেম্মা থাদোইনা কবোক্গী লোই কাবকপদা নোংবান্না কুম্বী তেবা খাদা লোই কাবকপদু ওকচখি । লোই ওকপা মতমদা নোংবান্দা 'ইতৈ' হাযনা কৌবদুনা নোংবানগী তালোইশিংদা চলহনখি। 'ইতৈ' হাযনা থাদোইনা কৌববদা ইতে তেথববা নোংবাননি । নোংবানগী শগোলদু থাদোইনা তোংলগা খুমন খম্বগী লাইবশঙ তন্না থৌখি। অসিগুম্বা নোংবানগী নীংজবা পুন্সা কাইববা মতাং অসিবু কবিনা অসুন্না যেক্রি,

*কুম্বি তেলা থাদুদা*

*ইতৈ হাযনা কৌবদুনা*

*তাউদিং লমন খুম্নবনি ।*

*[illegible]ক্লেঙ থৌদনা চেনখ্রবী*

*মমতা পোকপী থাদোই*

*অমুক মিৎতুনা উববোই ।*

*থমন ময়ুম [illegible]থীখবনি*

*মশাই মনাক তুমখবনি*

*থাদোক্লে তোনংবা [illegible]শা।*

[illegible] অসিনা [illegible] উশহাত্তা উচেকশংনা [illegible] [illegible] নুংশি [illegible] উববগা পি থাদোইগী হাংঙমদা মচাকী মৈবী [illegible] [illegible]কশিল্লকই [illegible]কইনা মৈশা লাঙ্গলবা পি থাদোইনা মালেম থুংনা পাইবনু । 'থাদোই [illegible]দাই' হাযনা কৌদুনা নুংশি মাগী মক্কমদা অশেংবা নুংশিবগী মশকপু মীপুম খুদিংদা শন্দোকই । অসিগুম্বা নুংশিবগী অশেংবা মশক অসিবু তাইবঙপানবা অসিদা শন্দোকপীনবা নোংবানবু প্রকৃতি হাযবী লাইবেম্বীনা থাবকপনি হাযনা কবিনা যেক্রি

*খঙলে চেক্না খঙজবে*

*প্রকৃতিনা থাবকপনি নঙসে*

*তম্বীনবা বিশ্ব-প্রেম।*[৩২]

অমুকসু বিশ্ব প্রেম শন্দোক্লিবা নোংবানগী থৱাযনা ওনখিবা পি থাদোইগী

কাযনা মৈচাক অসিবু কল্পনা তৌদুনা মতাং চানা শৈথাবি,

*পোম্বী চেক্লা চীলোক্লনা*

*ফৈবাথক্তা খোংলকপা*

*ব্লববা থম্মোয চাক্লবনি ।*

*খঙ্গলে চেক্লা খঙজবে*

*কৌখো নপূক্লীং পেন্না*

*থাদোই থাদোই পি-থাদোই।* ৩৩

অসুপ্পা মোইবাং কংলৈবোলগী ব্রাবীদা যাওবা নোংবাননা মচা ইবেম্মা থোইবীবু তশেংনা নুংশিখি হাযবদু কবিনা মতাং চানা পুখংলকই । মসিগা লোযননা নোংবান্না মচা ইবেম্মা থোইবীগীদমক থব্রাই ফাওবা কচ্চখিবনি । কাইনা মৈশা লাংলবা নোংবানগা অব্রাবা কযাবু কবি চাওবা সিংহনা কল্পনা তৌদুনা শাগৎপনি।

'লোইকাবা' হাযবা শৈবেং অসিসু মোইবাং কংলৈবোলগী ব্রাবীদা যুম্ফম ওই। মোইবাং কংলৈবোল ব্রাবীগী অবোযবা শাইওন ওইখিবনি হাযনা লৌনবিবা 'খম্বা থোইবী'গী ব্রাবীদা যুম্ফম ওইবগা শাগৎপনি । মচা ইবেম্মা থোইবীবু মপা ইবুংঙো চীংখুবা যুবরাজগী যাথং মতুং ইন্না কবোদা লোই থাখি । মচাদু কুইনা উবক্রুবদা মতোমত্ত পোকপীগা ওইবনা অমসুং খোমলেন মঙলানচাদা মচানুপীগী অব্রাবা শক্ত-উকবদকী মচানুপীবু উনিংবগী লাংতক্লবা লোযননা মনাই নাইজহনবদা কবোদকী থোইবী কৌখৎহনবা যাথং পীদুনা কৌখৎহখি। অসিগুম্না লোইদা থাকবদকী কৌখৎলুব [illegible] মতাং অমসু 'লোইকাবা' হা [illegible] খঙনবি। শৈবেং অসিগী চাওবাকপ ব্রাবীদি, থোইবী অমসুং সেনুনা কবোদা লেববা মতমদা হৌখিবা পুন্সিগী অব্রাবা, নীংঙমদবা কযা, মোইবাং লমদমদা থোকখিবশিংদ নীংশিংনদুনা ব্রাবী শাদুনা লৈবম্মী। মাইবে [illegible] মোইবাং লৈবাক্তা [illegible] চীংখুবা যুবরাজনা মঙগী ব্রাবু নীংশিংনদুনা মনাই নাইজহনবা কৌবগা থোইবীবু লোইদকী কৌখৎনবা হাযবম্মী। থোইবীনা পাং কুমথদুনা লোং খোনবা অমসুং চীংদা কাদুনা শীঙ চন্দুনা লৈবগী অব্রাবা ফিবম অদু মপা ইবুংঙোগী মঙলানচাদা উরম্মী। অমত্তা পোকপী ওইবনা উবক্রুবা মতমদা হেন্না থোইনদুম

নুংশিবক্রে। যাথং ফঙলদুনা মনাই নাইজহনবনা কবোদগী থোইবীবু লৌখৎলক্রে ।
কবোবোমদদি থোইবীনা মপা শরুবা তুমুবাকপা অমদি মতা শম্বিক চনিং খোম্বীদগী বীদাই লৌখ্রে । থোইবী, সেনু অমসুং নাইজহনবা মখোয অহুম লোইদগী কাবক্রে। কুম্বী তেবাখাদা নোংবান্না চীংখুবা যুববাজগী যাথং মতুং ইন্না থোইবীবু লোই ওকপা লাক্লম্মী। অঙোম নোংবানগী পে হেক উবদা থোইবীনা মপুকনিংদা মপাবুংবু ব্রাবৌজখি অমসুং কবোদা হল্লশিবা হাযনা খনখি। তুংদা থোক্লগদবা অপুম্বা চীংঙু থাংজিংগী মফমদা শিন্নবদুনা থোইবীনা নোংবান তম্না চঙ্শিনখ্রে। থোইবীনা তাৎ তৌদুনা 'ইতে' হাযনা কৌবদুনা নুংশি ব্রাবী শাবা হৌবক্রে। ঙাইহাক লৈবগা থোইবীনা কবোবাই হৌবে হাযজিন্নবে। নোংবান্না হৈ লৈনচিংবা পুশিল্লভুনা মচা ইবেম্মাগী সেবা তৌবা হৌবক্রে । তৌইগুম্বসুং মদুনা ফবা যাবা লাযনাদি নত্তবনা থোইবী ফবা লৈখিদ্রে অমসুং মমৈথংদদি ব্রাখল তোদুনা, শগোল অমা ফংলবদি ফগনি হাযবক্রে । মসিদগীদি থোইবীনা নোংবানগী শগোল মথক্তা তোংখৎলে অমসুং নোংবান্না মনাক্তা শেন্নবক্রে। থোইবীনা থৌদোক-থৌজিন ঙাইহাক তৌবম্লগা কন্না থৌখ্রে। নোংবাননদি থোইবীনা শগোল খাম্না ঙমদ্রবোই খন্দুনা কন্না তান্নে। থোইবীনা নোংবানবু চৈবা যাবা মখৈ চৈবম্লগা খম্বগী মযুম যৌনবা থোখ্রে অমসুং খঙ্গোই অদুবুনা মবুক্তা শাবল অদু পুনশিল্লগা থাদোবক্রে। নোংবান্না মযুম যৌবক্রবা মতমদা থোইবী যৌবক্তে হাযবা খঙলদুনা চীংখুবগী শঙ্গাযদা চত্তুনা মচা ইবেম্মা থোইবীবু যৌবকপ্রা হঙজকই। চীংখুবনা নোংবানদা থীনা চৈবিবক্লবদা খম্বগী যুমদা চত্তুনা লোন্না থোইবী সাকপবা যেংলুই। থোইবীগী থোইনশিন মতং ইন্না হবানবা কনানো হাযনা খম্বনা তাল্লক্লবদা নোংবান্দি মযুম যৌনবা চেন্ন । মমৈথংদদা হে ইবান্দি মপানুং যুববাজগী শঙ্গাযদা যৌখি।

অসুম্না কবোদা লৈরুবদগী মথংলেন খম্বগা কুইনা উনকনুবা থোইবীদি কবোদগী লোইকাবকপা মতমদসু খম্বগী নাক্তা হান্না যৌনিংবগী অপাম্বা লৈখি। অসিগুম্বা মতাং অসিদা কবি চাওবনা অসুম্না শৈথাই,

*কাক্তা নুংশিৎ নামিবা*

*নুবাবু মৌগী শীংদা চন্দহল্লি*

*নুংশিৎকী মমাংথাদুনা*

*খুমন মবানযাই যৌখবে।*[৩৪]

নোংবানগী অসিগুম্বা নুংশি কাইনবগী অর্থাবা মতাং অসিবু কল্পনা তৌদুনা কবিনা নোংবানগী নুংশিগী চৈথেং অমসুং মৈচাকশিংদু শৈথাদুনা ইবনি । নোংবানবু যাম্না মরুওইবা পাত্র অমা ওইনা কবিনা যেংই।

*মহাভারত* কী থাবীদা যাওবা *বিরাট পর্ব* গী মতাং অদুদা পাণ্ডবশিংনা বিরাট নিংথৌগী নাক্তা লোত্তুনা লৈখি । কীচক হায়বা বিরাট নিংথৌগী মসেন নুপা অদুনা বিরাট লৈবাক্কী মন্ত্রী ওইবম্মী । কীচক অসি লৈবাক অদুদা তৌগে হায়বতা তৌবা ঙম্মনি। নোংমা মহাক্না দ্রৌপদীবু মহাক্কী যাথংগী মখাদা থমগে হায়না থনখি । কীচক্না মচেম ওইবা মহাবাণী সুদেষ্ণদা হন্ন-হন্না দ্রৌপদীবু পামলুবগী থাফমদু হায়বম্মী। চণ্ডজবকপা মীগী সতীত্ব করম্না মাঙহনগদগে হায়না মচেমনা খনবদগী অহানবদদি মৌপ্পনা হায়বদ পারদে। তৌবা ঙম্বা কীচকপু অসুম অসুম কীবকপদগী নোংমদি মচে মহাবাণী সুদেষ্ণনা দ্রৌপদীব কীচক্কী ময়ুমদগী খোইহী লৌকনবা থাবম্মী। দ্রৌপদীনা কীচক্কী যুম মৌবরা মতমদা কীচক্না মহাক্কী খোইহীগী মশক ওইববা প্রেম অদু ফঙজৌ হায়না দ্রৌপদীদা হায়বম্মা. দ্রৌপদীনা থাফমদু যাবমদে অমসুং খোইহী হাপ্পবা পত্র অদ শাউমনবদগী কাচ .. । ... মফম অদুদগী চেল্লক্লম্মী। কীচক্না তান্নবকবদা দ্রৌপদীনা খদা.. ..ইচে ..তৌবদদা ..... নুমিৎ কৌবা শাইদা কনর্থানবা হায়জখি । নুমিৎ .কাব' ..ইনা কাচক্কী মমাঙদা খোড পারু। কাওবদা কীচক্কী লৌশিং ভাইহাক মাঙলদুনা লৈমাইদা তাদুনা লৈখি । মতম অদুদা দ্রৌপদীনা বিরাট লৈবাক্কী বাজ সভা তাম্না চেনবা ঙমজখি। মতৌ অসুম্না নোংবাংগী থোইবীনসু পামজদবা নোংবানগী যাথং মখা পোন্না হীংনীংদবদগী কোবৌহনবা নুমিৎকা মফমদা কনবিযু হায়রি,

*কোবৌহনবা ইবুধৌ ।*

*পাণ্ডবকী তালোই সতীবু অরাবদা কনবিবা*

*নাকোংনদি তাঈ*

*লাইবকথীবী ননাইগী সত্যগী থাশক ভাকপদা*

*তেংবাংবিবু লাঙ্গনিংথৌ।*[৩৫]

অসুন্না কবিনা পাণ্ডবকী সতী দ্রৌপদীগা মোইবাংগী থোইবীগা মতাং অসিদা মান্নবা লৌবকই । দ্রৌপদীনা কীচক্কী মখুত্তগী নাম্মোবক্লুনা সতীত্ব ঙাকচবা ঙমখিবা মদুন্না থোইবীসু নোংবানগী মখুত্তগী নাম্মোকচখি ।

থোইবী অমসুং খম্বগা পুকমেন পাউমেন্নবম্লগা যুববাজগী শঙ্গাইদা যৌজখিবগী মতাংদা কবিনা অসুন্না য়েক্লি,

*অমতা পোকপী থাদোইদো*

*পুকমেন পাউমেন্নবম্লগা*

*যুববাজগী শঙ্গাই যৌজখি ।*[৩৬]

থোইবীনা কবোদা লোই কুমখিবা মতমদা মাগী থম্মোযদা ফাওখিবা মৈচাক অসি তশেংনা নুংশিবগী মমি অমনি । নহা ওইবিবা ওইবিবীশিংগী থম্মোযদা অপাম নুংশিজবিবা মীওইদুগা থাপতোক্লবকপা হাযবসি অরাবগী মশক্লি । যেংহৈদ্রবা মীওইবগী নুংশিবগী মশক্লি । কবিনা 'লোইকাবা' হাযবা শৈরেং অসিদা থোইবীগী থম্মোযদা নুংশি কাইনবগী মশক অসি অসুন্না উৎলি,

*লৌবাং সুবা কনানা, অনৌবা খোংলম যানবদা ,*

*কক্ল কক্ল শাংবগুম,*

*থল্লু থল্লুবে হাঙ্গবগা*

*থমোইগী লকা নুংদুদা অরাবতা মহেল্লি ।*[৩৭]

অসুন্না মতম খবা কাযনকুববা থম্মোয অনীনা অমুক হন্না উনবগী মশকসু কবিনা মাগী শৈরেংদা উৎলি ।

কবি চাওবগী শৈরেংগী মশকশিংদা যাওবিবা মপুং ওইবা খবদি, মীওইবদা যাওবা অরাবা অমদি মীনুংশিদা যুক্কম ওইবা অসিনি । হাযবিবা অসিগা লোযননা মমা-মপা ওইবশিংনা মচাবু নুংশিবা মচাগা কাযনখ্রবদা মমা-মপা ওইবশিংনা খাঙমদবা থম্মোযগী চৈনা ফাওহৌবা, পীক্লিবা মচিন-মৌপুগী নুংশিনবগী মবী অমদি লুনা তিন্নবম্বা পকপ অমনা লৈখিদবদা থম্মোযদগী ফাওবকপা কাযন-তেংথাগী শৈবোলনচিংবা কযাদু

উবা ফঙই । কবিগী 'অৱাবা ঈশৈ' 'মকুপ কাঈনবা', 'শক্তিশেলনা পন্দুনা লক্ষ্মণ তুববদা শ্রীরাম্না তেংথাবা', অমদি 'অঙাংনা তেংথাবা' নচিংবা শৈবেংশিংদা হাযবিবা মশকশিং অসি মযেক শেংনা যাওই।

'অৱাবা ঈশৈ' হাযবা শৈবেং অসিদা মরু ওইনা ফোঙদোক্লিবা ৱাফম্দু খুঙ্গংগী অহল-লম্মনশিং অসি ইচম চম্বা মীওই ঙাক্তনি । মখোযনা নোং হেক ঙানবদা নুমিৎ তাবা ফাওবা লৌবুক্তা লৌ উদুনা মপুন্সি লেনখিবনি । মখোযনা মতম খজিক্ত পোথাবা অমসুং নুংঙাইথোকপা ঙমখিদে। নিংথম থাগী ঈংখ্রবা অযুক অঙনবদা লৌ থবক তৌবা চৎলমদাইদা মতু মচাগী সেবা অমুক ঙাইখিদে । নুংশিখ্রবা পাবী-মচে কযাবু পোবা, পম্বা অমসুং চুপচবগী মতম ফঙখিদে । মখোযশিং অসিগী মবক্তা লৈবা ৱাযেল তৌবা ঙম্বা, মীকোক থোঙবা যাবা মীওই কযাসু যাওবিবনি । অদুবু মবাইবা থীবদগী মহৈ-মশীং তম্বা ঙমখিদে অমসুং ঈনাক কৈবাক পুনবসু ঙমহৌদ্রে। অসুম তৌদু নোম্বা মখৈ নোম্লম্লগা মখোযনা লাইগী খুযা তানখি । মখোযনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মখোয মোংফমদা লজবা নীংশিং ফুবা শাখিদে । অচৌবা মান্দব খন্দুনা মখোযগী মীংচৎ কোলো শকখিদে । অদুবু মখোয অসি মালেমগী থাঙ্গৈশেংবা ললনি। মবমদি মখোযনা লাওইব থাক্লিবনি । মখোযগী মপান্না মীওইবনা হীংবা ঙম্লীদনি। মখোযগা অসিগুম্বা পুন্সি মতৌ অসি উবগা কবিনা মখোযগীদমক মাম্না ৱাবম্মী। মবম অসিনা থৈখোমনা মখো নোক্লবোইদনি।খুঙ্গংগী ইপা ইপুশিং অসিদি লাইংবা হাযবা অসিনা ... তমহৌদ্রে হাযবা মতাংদু কবিনা অসুম্না হায,

*লৌশিং থাওমৈ থালহৌদ্রে, লৈতবনা পেন্নখবে ।*
*লাইজ ঈপাক নুংদুদা, লোৎতুনা লৈবা মণিগুম,*
*শোংলবা নাবক মনুংদা লোম্না শাৎপা লৈবাংগুম,*
*উবিননবা যাওদনা খংবিননবা লৈতনা,*
*অবেম্নদা মাংখবে, মতম' ঈপাক্তা তিনদুনা ।*[৩৮]

অসিগুম্নবা খুঙ্গংগী অহল-লমনশিং অসিগী ওইবিবা ফিভম অসিবু যেংলুবা নোক্লবিগন্। মখোযশিং অসিদি মতম অমদা হোৎনবা কনবা, মীথোই মীহেনবা ওইবা

যাবৰা মীওইশিংনি হাযবগী ৱাফমবু কবিনা অসূন্না যেকই,

*অচম্বা মোংফম থকসিদা, অত্রৈবা ফুবা উদ্রগা,*

*অচৌবা মান্দব খন্দুনা, মিংচৎ কোলোই শকত্রগা*

*লমইন পেনা খোংদ্রগা, কবিগী মীনোক চংলূবা ?* [৩৯]

কবি চাওবগী 'অৱাবা ঈশৈ' হাযবা শৈৱেং অসি Thomas Gray (১৭১৬-১৭৭১) গী শৈৱেং 'Elegy Wntten ın a Country Church-yard' (১৭৫১) হাযবা অসিগী হীবমগা মপুংদা মান্নৈ। অদুবু সাহিত্যগী ওইবা lıterary translatıon অদুমক্তি নত্তে । কবি চাওবনা Thomas Grayগী শৈৱেং অসিদগী theme লৌবগা মণিপুরীগী নাক-যেৎকী ফিভমদা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী লৈহাউদা চুশিন্ননা শেমদুনা পুথোবকপনি । Gray গী শৈৱেং অসিদনা হেন্না মপুংফাবা মশক অমা উবা ফঙলবসু কবি চাওবগী শৈৱেং অসিসু মপুং ফাদবদি নত্তে। মীৎযেং অমৱোমদা হাযবা তাববদি ভাবানুবাদনি হাযনা লৌবা যাই । কবিগুম্বা মতাংদা Thomas Grayগী শৈৱেংদা শিজিন্নবা ৱাহৈ পবেং খবগা কবি চাওবগী শৈবেংগী পবেং খবগা খুৎফোঙদোক্তা মান্নবা মতাং থেঙনৈ,

*Beneath those rugged elms, that yew-tree's shade*

*Where heaves the turf ın many a moulderıng heap*

*Each ın his narrow cell for ever laıd,*

*The rude For fathers of the hamlet sleep* [40]

Thomas Gray গী শৈৱেংদগী লৌথোবকপা পৱেং খবা অসিগা মান্নবা কবি চাওবগী শৈবেংদা উবা ফঙই,

*মাংগী পামেল উখাদা, লৈতংগাইগী মবক্তা,*

*অচম্বা শন্তক' নুংদুদা, খুঞ্জাগী ইপা ইপন্না তুম্লিবা।*

*অযুক্কী যেঙ্খোং তাবদা, নামিবা নুংশিৎ যৈবদা*

*নাপী ফমজাওনুংদগী, নৌনা যাকাঈনদ্রবা ।* [৪১]

কবি চাওবনা মাগী শৈৱেং 'অৱাবা ঈশৈ'বু অনুবাদনি হাযনা ইবিবম্মী।

মসিগী মতাংদা এলাংবম নীলকান্তনদি যানিংলমদে । নীলকান্তনা মসাগী মীৎযেং থম্লদুনা অসুম্না হাযবম্মী,

> *কবি মশামক্না অনুবাদনি হাযজবিবা - 'অরাবা ঈশৈ 'গা*
> *ইংরাজী কবি গ্রেগী ইলেজিগা রাখল মফোংদোক্না খবদি*
> *মান্নববসু রাহৈ- রাতা অমসুং রাখলগী পরেংদদি খেন্নবা*
> *কয়া উবা ফংই । 'ফুঙ্গা ' খামবেন থাববোই, লৈমাগী*
> *সেবা ঙাইববোই । পাবি ইমোম কন্নানা চুম্পাগী মিহৌ*
> *তান্নবোই।' হাযবসিগী ফজবা গ্রেগী শৈরেংদা থেংনদে।*[৪২]

কবি চাওবগী অরা-তেংথাদা যুম্ফম ওইবা শৈরেং 'মকুপ কাঙ্গনবা' (ইবাঃ ২৭৭১৮ ইং কালিঘাট, কলিকতা) হাযবা অসিদা মপুং ওইনা উৎলিবদি— লুনা তিন্নবা কবিগী মকুপ অমনা খঙহৌদনা মনুং-মতম চাদনা লৈখিদবদা কবিগী থম্মোযদা খাঙবা ঙমদবা, হীংদুনা লৈনিংদবা, কাযনবগী অরাবা মশক অদু উৎলি। মসি মীওইবগী থম্মোযদা লৈবা মীনুংশি অমনি । মসিগুম্না মীনুংশি অসি লুনা তিন্নবা মকুপশিংদনা হেন্না যাওই । মসিমক্না কবিগী মকুপ কাযনবা মতমদা কবিগী থম্মোযদা ফাওবা অবাবা চৈনাখোল অদু অসুম্না ফোঙদোকই,

> *পান্নিংদে, হিংদুনা পান্নিংদে*
> *নুংশি হৈতবা তাইবংদা হিংদুনা পান্নিংদে।*
> *নুংশিবগী পবেংদকী, চান্নবা লৈবাংনা কেন্নখবদা*
> *অরাবা মাইথোং উদুনা রাবিনবা লৈত্রবদা*
> *হিংদুনা পান্নিংদে।*[৪৩]

কবিগী মকুপকী অরোযবা শক্তম অদুনা মোংফমথক্তা লৈখ্রবা মতমদা কবিগী থম্মোযদা অরোযবা বিদায তৌবদুনা খল্লবকই অমসুং কবিনা মাগী অরোযবা বিদাই পীবদুনা তেংথাবকই,

> ***মকুপ কাঙ্গনবা মৈচাক্না লকানুংদা চাকলবদা***
> ***নুংঙাইবা মাইথোং উদুনা নুংঙাইবিনবা কত্রবদা***

*হিংদুনা পাম্লিংদে।*

*নুংশি হৈত্রবা মিংসিনা তাইবং মোংফম থকুদা*

*মকুপক্কী ফজবা শকফম্ম, পত্তনা পুমদুনা মাংখিবা*

*খঙ্গবা ওমজরোই।*[৪৪]

মণিপুরী শৈরেংদা কবি চাওবগী অৱা তেংথা শৈরেং অসিতা নত্তনা মতম অদুগী লমযানবা কবিশিং খবসু মখল অসিগী শৈরেং ইবিবম্মী। মখোযশিং অদুগী মবক্তা খবদং পল্লবদা হিজম ইবাবত সিংহ (১৮৯৬-১৯৫১)গী 'মকুপক্কীদমক তেংথাবা' (ইবা ১৯২৮), হিজম অঙাংহল সিংহ (১৮৯২-১৯৪৩) গী 'হনখ্রবী ছাত্রী' (ইবা ১৯৩৫), ডা কমলগী 'মাতৃ তর্পন' অমসুং অশাংবম মীনকেতন সিংহ (১৯০৬-১৯৯৫)গী 'কমলদা' অমদি 'নোঙ্গুম্নকখোদা' (ইবাঃ ১২.১১.১৯৪৮) নচিংবা পনবা যাই। লৈমিন্নবম্বা মরূপ নত্রগা মীওই অমমা খঙহৌদনা লৈখিদ্রবদা মাগীদমক তেংথাবা নত্রগা অৱাবা ফোঙদোকপগী শৈরেং মখল অসি অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী শৈরেংগী ঈচেলদদি কবি চাওবনা অহানবা খুৎমাবনি ।

কবি চাওবগী শৈরেং 'শক্তিশেলনা পান্দুনা লক্ষ্মণ তুববদা শ্রীরামনা তেংথাবা' হায়বা অসিদি হিন্দু ধর্মগী অশেংবা লাইবিক্তি হায়না থাজনবিবা *রামায়ণ* হায়বা মহাকাব্যদা যাওবা ৱারীনি । শৈরেং অসিগী মপুং ওইবা ৱারীদি শ্রীরামনা বন্দা মপাগী ৱাশক ঙাক্না লৈবিঙেল সতী সীতাসু মাঙখ্রবা অমসুং লক্ষ্মণসু শক্তিশেল হায়বা যেক্কবগী তেন অদুনা পান্দুনা লৈমাইদা তাদুনা লৈবা মতাং অদুদা শ্রীরামচন্দ্রগী অৱাবা মশক অদু ঙাকপা মতাংনি । অসিগুম্বা মতম অসিদা শ্রীরামচন্দ্রগী থম্মোয়নুংদা মঙল মঙল খল্লকাখি অযোধ্যাদ্গী খোংশাল্লকপা মতম, পুংফম অদু ফত্তবা পুংফম ওইকবদগী অৱাবা শসি ফঙলিবা ওইবিদা ? অযোধ্যাদা শ্রীরামচন্দ্রনা হনখিবা মতমদা মমা সুমিত্রাদা অমদি অমদা ৱবম হায়না পাওখুমলুগদগে খনবদা শ্রীরামচন্দ্র থোইদোক্লা ৱাজখি । মাঙখবা সীতাসু খল্লুদে, মবৈবাক ফঙগনি হায়বগী ৱাখলসু খল্লুদে, মনাও লক্ষ্মণতগী খনবদা শ্রীরামচন্দ্র ঙমখে লৈতনা বাখ্রে । তাইবঙপানবা অসিদা ফত্তবা মীংচৎ লৈহৌগদবগী শকুকপুদি সমুদ্রগী ঈবোলনুংদা থরায থাজবগে হায়না নীংলক্রে। সীতা মহাকথক্কীদমক

বাবণগা লান্থেংনকুবগীদা মহাক যান্না নীংঙমলক্লে । যমুনা- গঙ্গা মযাযদা কার্ত্তবীয্যাজুণ হাযবা পান্থোম লীশিং পানবা অকন্নবা অদুবুসু লক্ষ্মণনা ঙমখিবনি । অদুগুম্বা অকন্নবা ঙম্বা অদুবু ঙসিদি হীংচাবনা হাৎখ্রে । মপাবুং দশবথকী যাথং ঙাক্লবা বনদা লৈবক্লিবা শ্রীবামদি অবাবনা ফুম্বংনখি। মমৈথঙ্গদি মযুমদা হল্লবোই হাযনা খনখ্রে । অসিগুম্বা শ্রীবামগী ব্রাজবা মতাং অসিবু কবিনা অসুম্না যেক্লি,

*পান্থোম লিশিং পাল্লবা কার্ত্তবীর্য্যজুণ কৌবদো,*

*ঐগী ইনাও লক্ষ্মণগী পান্থোম মখা পোনবনি ।*

*অদুগুম্বা লক্ষ্মণবু হিংচাবনা হাৎখ্রবা ?*

*বিধি ব্রহ্মা নোংদম্বনা কযা থীনা তমখ্রবা ?*

*হল্লবোই, অযোধ্যাদা অমুক হল্লবোই* [৫৫]

কবি চাওবগী শৈবেং অসি কৃত্তিবাসকী *বামাযণ* দগী মতেক খবা অনুবাদ তৌবনি হাযনা কবি মশামক্লা ইবিবম্বী । হাযবিবা মতাং অসিসু নুংশিনা লোইনদুনা লৈমিন্নবম্বা অদুগা খঙহৌদনা লানফমদা তুখ্রবদা অব্রাবা ফোঙদোকপা মতাংনি । শৈবেং অসিগী ব্রাখললোনগা হাযবপ মান্নবা অব্রাবা ফোঙদকপগী মতাং অসি মতম অদুগী শৈবেংদসু উবা ফঙই । মচা কাযনবা মতমদা মপানা তেংথাবা, কাযনা মৈচাক পুহৌবা মতাং অসি পুখ্রম্বম পাবিজাৎ সিংহ (১৮৭২ - ১৯৪২) না ইবম্বা 'নুঙাইবগী মনুংদা অব্রাবা (বীববাহু তুবা)' হাযবা হাযবিবা শৈবেংদসু অসুম্না শৈথাই,

*হা বিধি নোংদম্বা ।*

*গাইবংপান হায ' অসিদি*

*নংগী লীলা শান্নফমনি,*

*মীনা ব্রাবা অসিবু*

*নংদি যেংবা নুংঙাইবোই।*

*মচানা ব্রাবা উবগা*

*মপানা হেন্না ব্রবিবনি।*

*কবিগী মচৎনি হাযবগে।*

*হা বীববাহু শকহেনবা*

*ইপা কবন্না যেংশিবা ।*[৪৬]

লংকাগী নিংথৌবু 'নিংথৌবেন বাবণ' হাযনা খঙনববসু *বামাযণ*গী রাবীগী মতুং ইন্না বাবণবু হীংচাবনি হাযবা রাখল অমদি লৈহল্লি। তমথিল্লবা হীংচাবা, মীনুংশি লৈত্রবা বাবণ ওইনা উবগসু কবি পাবিজাৎনা পুখৎলকলিবা মতাং অসিদদি তাইওন্নবা মশক অমা ওইনা উহল্লি। হীংচাবা ওইববা বাবণ, তমথীল্লবা বাবণ, মীনুংশি খঙ্দ্রবা বাবণদি — লানফমদা মচা বীববাহু অকনবগী থরায যাওদ্রবা হকচাংনা তাদুনা লৈবদু উকুবগা মচাগীদমক তেংথাখি, কপখি । হীংচাবা ওইববা বাবণগী থম্মোযদসু মচা নুংশিবগী প্রেমদি কৈদৌঙেদসু মাঙ্গে হাযবদু কবি পাবিজাৎনা ফোঙ্দোকই । অমবোমদা লেঙমান্নবা অকনবগা লানফমদা লান শোক্লবদা থরায থাদোকখিবদি অকনবা শীঙদা চল্লী হাযবদুসু মতাং চানা তাকই ।

কবি চাওবগী 'অঙাংনা তেংথাবা' হাযবা শৈবেং অসিদা কবিনা মপুং ওইনা ফোঙদোক্লিবদি মচিন মৌপ্পা অনীগী নুংশিববা মবী অমসুং মমানা মচাবু কবন্না নুংশিবগে হাযবদু মপুং ওইনা উৎলি। চাওবগী শৈবেংসিদা পীক্লিবা অঙাং মৌপ্পনা মচেগা তোইনা লাইখি শান্নমিন্নবম্বা, মমানা পীবা কবোক খোইবাক যোনবা শান্নবম্বা কযাশিং অদু নীংশিংলক্লনা মমাগী মফমদা মচেবু কৌবিযু হাযজৈ । মতাং অসিদা মমানদি মচাগী মফমদা মচেনা লাইবৈবাক্তা তিনখ্রে হাযবদু খঙহনন্নিংদ্রদুনা রানা খাঙজবা অদু মচানা ভুবগা মমাগী মাইথোংদা অহোংবা অমা লৈবে হাযবদি খঙলগা মচেনা তাইবংপানবা অসিদগী থাদোকখ্রে হাযবদুদি খঙদবনা মতোমতা শান্নবা ঙমলোই মচেবু কৌদিযু হাযনা মমাদা ওইনজবকই । নুংশিজল্লবা মচানা নহান্দগী মচেগা শান্নবা ফঙদবা, শান্নবিদবদগী উপু মথক্তা লুবাক ঙাক্তা তাদুনা লৈবা, নুমিদাং শুমাংদা চেন্দুনা মচেগা লোইননা তন্দন ফাবা শান্ননিংবা, ফমুংদা মচেগা পুন্না মবোক্লা পীবিবা চাকঙাই রাবী (ফুঙ্গা রাবী) তাগে খঙ্গবা, মচেগা পুন্না তুম্বা, চাবা-থকপা পামজবা অসিনচিংবা কযানা মবম ওইবগা মচাগী থম্মোযগী নিঙাইদু মমা ওইবীগী মফমদা তৌববে । মচাগী থম্মোযগী নিংঙাইদা খাঙবা

ঙমদ্রবী মমানা লৈখিদ্রবী মচানুপীবু নীংশিংলগা নীংবা কাযবা, থম্মোযদা চৈনা থাঙহৌবা মশক অদু উৎনবা হোৎনৈ । শৈরেং অসিদা অসিগুম্বা মতাং অসিবু কবিনা অসুম্না ফোঙদোক্লি,

*পাবি ইবুংঙো নুংশিবা ।*

*নচেগী মরা পল্লগনু ।*

*ফমুং'থক্তা নুংঙাইনা তুম্মো*

*নচেবু নিংশিং নিংশিংদুনা,*

*নংনা নচেবু, নিংবা উবগা*

*ইমাগী ব্রাবা কোক্লে।* [৪৭]

মচাগী মফমদা ঈঙ্গিৎ ওইনা মচে লৈখিদ্রে হাযবসি কবিনা অসুম্না অমুক ফোঙদোক্লি,

*ইমানা ফনা, কৌকই হাযদুনা*

*লাক্লবোই নচেদি হন্না।*

*ওলাংথাগী লৈবাং মানবা*

*নচেগী নিংথিবা মাযথোং।*

*নংগী ঐগী মীৎ অসিনা*

*ফংলবোই অমুক উবা ।*

*পোম্মিঙৌনো চীকথৎতুনা*

*কেল্লখ্রে লৈমাযথক্তা ।''*

কবি চাওবগী শৈরেং অসিদা মীওইবগী থম্মোযদা মচা নুংশিবা অসি কৈদৌঙেদস মাঙবা লৈতে, কুইব কুহবগা অহোইনদুম হেন্না মথোই হাপ্লকই হাযবা অদু মতাং অসিদা কবিনা উৎননবা হোৎনৈ । মমা অমত্তগী পীবুকনুংদগী ওইবনা মচিন মৌপ্পশিংনা নুংশিনবগী মবী অদু কৈদৌঙেদসু থদৎপা ঙমদে হাযবদুসু ফোঙদোকই । কবি চাওবগী শৈরেং 'অঙাংনা তেংথাবা' হাযবা অসিগা American poet F Hemans (১৭৯৮-১৮৩৫) গী শৈরেং 'The Child's First Grief' হাযবা অদুগা চাওবাকপা মীৎযেংদা

নকশিন্নে হাযনা লৌবা যাই। F Hemans কী শৈবেংদনা মচল্লনা মবুংবু মপাবুংগী মফমদা কৌবিযু, মথন্ত শান্নবা ঙম্মোয হাযনা নিংঙাই তৌবনি। লৈখিদ্রবা পীক্লিবা মচানুপা অদুবু মচল্লনুপীদুনা পুন্না শান্ননিংবা, মপাবুংনদি মচানুপীগী মফমদা মবুংদি লাইবৈবাক্তা চৎখ্রে হাযনা পাওদম্বা, ঐখোযনা মাবু কৌদুনসু অমুক হন্না লাক্লবোই হাযবগী ৱাফম অদু ফোঙদোক্লি

F Hemans কী শৈবেং 'The Child's First Grief' দনা অসুম্না ইবি,

*Oh, call my brother back to me !*

*I can not play alone,*

*The summer comes with flowers and bee-*

*Where is my brother gone ?* [ক]

কবি চাওবগী 'অঙাংনা তেংথাবা' হাযবা শৈবেংদনা অসুম্না ইবি,

*কৌবিযু ইমা ঐগী ইচে*

*ইতোমতা শান্নবা ঙম্মোই ।*

*লহান্দী কবিগী ইমা*

*ইচেবু অমুক কৌদ্রে ।*

\- - - - - - -

*হাযযু ইমা ইচেদি কদাই*

*কৈদৌঙৈ লাক্কে হাযবা ?* [৫০]

মথংদা F Hemans নসু অমুক ফোঙদোক্লি,

*He would not hear thy voice, fair child !*

*He may not come to thee,*

*The face that once like spring-time smiled*

*On - earth no more thou'lt see* [৫১]

কবি চাওবগী শৈরেংদসু অসুম্না ফোঙদোক্লি,

*পাবি ইবুংঙো নুংশিবা ।*

*নচেগী মরা পল্লগনু ।*

*ফম্মুংথক্তা নুংঙ্গইনা তুম্মো*

*নচেবু নিংশিং নিংশিংদুনা ।*

\- - - - - - - - -

*ইমানা ফনা, কৌকই হাযদুনা*

*লাক্লরোই মচেদি হন্না ।* [৫২]

F Hemans গী শৈরেংগী মতাংদা সমালোচক, শরত্চন্দ্র লোঙ্জোম (১৯৫৭—) না মাগী লাইবিক *মণিপুরী শৈরেংগী মশক* (২০০০) হাযবদুদা অসুন্না হায,

*নুপীমচা অমনা মপাদা লৈখিদ্রবা মবুংবু কৌবীযু,*

*শান্নমিন্নগে, মথন্ত শান্নবা ঙম্লোই হাযনা হাযজবদা মপা*

*ওইবা থম্মোযনা কযাদা চাক্লমগদবা ।*[৫৩]

কবি চাওবগী শৈরেংদা মীওইবগী পুন্সিনা নোংমদি শোযদনা শিবগনি হাযবদুগী রাখল অমা ইতৎ তত্তনা যাওবা থেঙ্নৈ । মসিগা লোযননা মীওইবগী পুন্সি অসি নীনিগী পুন্সিনি, নুংঙাইবগী শকক্তগী অরাবগী শকক্লা হেল্লী হাযনা লৌই । পুন্সিবু অমবনি হাযনা খক লৌদে অদুবু মীংচৎকী যূম্বী যুংলম্বা অমদি মীওইবগী তুংগী মীবোলদা শক্লা শোম্নহৌনবগীদমক্তা কবিগুম্বা অফবা থবক অমা তৌনবগী পাওজেলদি মীপুম খুদিংদা পীনবা হোৎনৈ । মাগী শৈরেংদা মীচমগী পুন্সি শক্তমবু যেক্লনবা লাক্লবগা লোযননা মীওইবগী পুন্সিগা ঈযাইদা শাৎপী লৈবাং থম্বাল অমসুং চিন্নদনা কেনখ্রবী ইঙেল লৈগী পুন্সিগা চাংদম্নৈ। মসিদা নত্তনা ‘মেবাগী থাবল’, ‘লমগী চেক্লা অমদা’, অমসুং ‘মীওইবা’ নচিংবা শৈরেংশিংদা ঈশ্বরগা মীওইবগা লৈনবা মরী, মহৌশা খুৎশেমগী পোৎলমশিংগা মীওইবগা লৈনবা মরী, অমদি মীওইবা অসি শকউদবা তাইবঙ মপুগী খুৎশেম্নী হাযনা লৌবা রাখললোন অদু উবা ফঙই । মাগী অতোপ্পা মীৎযেং অমনা কাযনখ্রবা নত্রগা শিখ্রবা কনাগুম্বা নত্রগা কনাগুম্বী অদুগী অরাবদু মাগী থম্মোযনুংগী খোঞ্জেল যাওনা ফোঙদোকপা ঙম্মী অমসুং নুংশিবদা থুংনবা নত্তবা কাযনবনা মপুং ওইবা মূর্ত্তি অমসু শাগৎলকই । কবিগী শৈরেংগী মশক্তি অরাবনি, নুংঙাইবা নত্তে,

মৈচাক্লি থুংনবগী নত্তে, কাযনবনা পম্মুং ওইবা মশক অদুনি । মসিমক্লা মোইবাং কংলৈরোলগী থাজ ৱাবীদা যুক্ষম ওইবা শৈবেং ইবিবম্মীবনি । শৈৱেংশিং অসিদা থুংনবগী ৱাফম কবিনা উৎপা পামদে । কাযনবগী অৱাবা মশক অদু মপুং ওইনা যেক্লবা হোৎনৈ । খুদম ওইনা কবিগী শৈবেং 'পি থাদোই' পনবা যাই । 'পি থাদোই' হাযবা শৈবেং অসিদা নোংবানগী থৱাইনা 'পি থাদোই' হাযনা কৌদুনা চেক্লা ওইনা ওন্দুনা পাইখিবগী মতাং অদু পনবা যাই । অমৱোমদা কদেং থাংজহনবা অমসুং তোনু লাইজিং লেম্বীগা কাযনখিবগী মতাংদা তোনু লাইজিংলেম্বীবু মোইবাং নিংথৌগী লৈমবেলশীংদা চন্নবগীদমক কোনুংদা কৌখৎখিবা অমসুং 'লোইকাবা' হাযবা শৈবেংদনা নোংবান্না কৃম্বী তেবা খাদা মশানৌ থাদোইবু ওক্লনবা লৈবম্বা, থাদোইনা 'ইতৈ' হাযনা কৌবম্বা, থাদোইনা শগোল থৌবদুনা খুমন থম্বগী মবানযাইদা যৌখিবা, নোংবানগী চাকচহৌবা অৱাবা মতাং অসিনচিংবা শৈথাবি। কবিনা নোংবানগী কাযনা মৈচাক থাংবা অদুগী অৱাবা মশক অদু উৎননবা হোৎনৈ। মসিমক্লসু কবি চাওবনা নোংবানবু বিশ্ব প্রেম মালেমদা শন্দোক্লবগীদমক প্রকৃতিনা থাবকপনি হাযবা ফাওবা শৈথাবি,

*থঙ্গলে চেক্লা খঙজবে*

*প্রকৃতিনা থাবকপনি নঙ্গসে*

*তম্মিনবা বিশ্ব প্রেম ।* [৩৪]

কবিনা মমা-মপা ওইবশিংগা মচাশিংগা লৈনবা মবী বাৎসল্য প্রেম অদু উৎননবসু মতাং চানা হোৎনৈ। মসিদা করুণ বসকী মশক অমসু যাওহন্নবা হোৎনৈ। মসিনা মালেমগী ওইবা নুংশীবগী তত্ত্ব, মমা-মপা অমদি মচাশিংদা লৈবা নুংশিবা অদু মালেমগী ওইবা বিশ্ব প্রেম অমগী সংসাবদা শাগৎনবা হোৎনৈ । হাযবিবা মতাং অসিগা মবী লৈননা নীংশিংবা যাবা ৱাফম অমনা - কবিগী পুন্সিদা থেঙনখিবা অৱাবা থৌদোকনি। কবি চাওবগী মচা মবীগুবী, নুপীবোমদনা অহমগুবী ইবেচা দেবী কৌবী অসিনা পীক্লিঙৈদা বিধিগী নোংদম্না কনখিবনা ঈশিংদা তাদুনা লৈখিদবগী অৱাবা মমি অদু কবিগী শৈৱেং 'অঙাংনা তেংথাবা' হাযবা অসিদা মমি তাই । মসিদা নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যগী সমালোচক অমা ওইনা শীংথানবিবা লৈমাপোকপম দামোদব সিংহনা অসুন্না হায,

*মহাক্কী পুন্সিদা থেংনখিবা অরা-অনা কয়া যেংলুব-*
*বদি মহাক্কী অসিগুম্বা অরাবগী রাখল অসি থোইনা ঙক্লা*
*থোক্কে । কবিনা মহাকপু পোকপা মপা ইবুংঙো পুন্সিদা যান্না*
*ঙম্না কাযনখি। মচীন মনাও তরুক লাইচত্তা শিখি । পুন্সিদা*
*থোকখিবা অরাবা কযাসিনা মহাক্কী মীৎযেংদসু চৈথেং পীবম্বা*
*যাই । অসিগী মথক্তা কবিদা পুন্সিগী অর্থ থিবগী হৈনবী অমা*
*অমসুং হেন্না মপুং ফাবা পুন্সি অমা খৌবাংজবা অদুবু মদু*
*ফংবদি ঙমদবা পুক্নিং মওং অমা লৈবগুম তৌই । ৫৫*

কবি চাওবদি আধ্যাত্মিক্কী (থরাযগা মবী লৈনবা ঈশ্বরগী ওইবা) পুন্সিব থাজবা মীশক্নি । মসিমক্তা মহৌশা খুৎশেমগা মবী লৈনবা শৈবেংশিংদা শক ২ঙ্গ্রব তাইবঙ মপু অমগী খুৎশেম ওইনা পুন্সিবু লৌবকই। মাগী মীৎযেংদা পুন্সিবু মাবাইবর্গ মহুত্তা ব্রহ্মামক্তা পোকঙমদবা মীওই মপোক্নি হাযনা লৌদুনা পুন্সিগী মমলব থাক রাংনা থাঙ্গৎলম্মী । মসিদা খুঙ্গংগী পুন্সি লৌমী অমদি মীচমশিংগী মবমদা কবিন কবিগুম্বা খবদং তৌবম্বা পামজখি । মখোযনীদমক্তা তুংগী মীবোলনা খংহৌনবা নীংশিং মূর্তি ফাওবা থম্লম্বা পাম্মী । চম্নবা মীওইশিং অসিগী গ্রাবীসু তুংগী মীবোসন, নীনহৌনব থম্লম্বা পাম্মী। ঐখোযনা মীচম্নী হাযদুনা লৌবিবশিং অসিগী মবক্তসু মতীক লৈন ফম্নাইবা মীগী ফনবা তৌবা ঙম্বা মীযামগী লুচিংবা ঙমগদবা কযাসু যাওবমগনি হাযনসু থাজে । মখোযবু কনানসু খংবী উবিদনা খুঙ্গংগী মোংফমথক্তা লৈদুনা মালেমগী লৈশাদা তিনখিবা অদুদা নোকুবিদনবা পাওমেল্লী ।

*অচম্বা মোংফম থকসিদা, অচৌবা ফুবা উদ্রগা,*
*অচৌবা মান্দব খন্দুনা, মিংচৎ কোলোই শকত্রগা*
*লমইন পেনা খোংদ্রগা, কবিগী মীনোক চংলুবা ? ৫৬*

কবি চাওবগী শৈরেংদা উবিবা মীওইবগী দর্শনদি অপিকপা মীৎয়েং নত্তে পাক চাওরবা মালেমগী ওইনা য়েংবা মীৎয়েংনি । মসিদা ঐগী জাতি, ধর্ম, শাগে হাযদুনা তোঙানবা তৌদে । বিশ্ব জগৎ অমগী, তাইবঙপানবা অমগী মশক অদু পুবরুবা য়োংনৈ।

# Bibliography -


[১] নীলকান্ত সিংহ, এলাংবম, ১৯৯৮, কবি খ্বাইবাকপম চাউবাঃ চহী চামা শুবদা, *হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি,* বাইটবস ফোবম, ইম্ফাল, লাঃ ৪০।

[২] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম, শকাব্দ ১৮৭১, মীতৈ সাহিত্যগী ইতিহাসকী মবমদা খরা, *জ্যোতিঃ* ১বা চহী, ১২ শুবা মশিং, সম্পাদক, খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহ, বাজ পূর্ণিমা, হিযাঙ্গৈ, ইম্ফাল, লাঃ ৩৫৩।

[৩] Op cit____, *হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি,* লাঃ ৩৭।

[৪] চাউবা সিংহ, খ্বাইরাকপম , ১৯৪৮, শিবা , *থাইনগী লৈবাং* অনিশুবা ফোংবা, স্টেট প্রেছ, ইম্ফাল, লাঃ ১৭।

[৫] ইবিদ ——————, লাঃ ১৮-১৯।

[৬] ইবিদ——————, লাঃ ১৯।

[৭] ইবিদ——————, মীওইবা, লাঃ ২৪।

[৮] ইবিদ ——————,লাঃ ২৫।

[৯] ইবিদ——————, লাঃ ২৬।

[১০] ইবিদ——————, লাঃ ২৬-২৭ ।

[11] Longfellow, Henry Wadsworth, 1849, A Psalm of Life, *The Poems of Henry Wadsworth Longfellow* (Vol 1), Harpar & Brothers, New York, p 8

[১২] Op cit______, মীওইবা, *থাইনগী লৈবাং* , লাঃ ২৫।

[13] Op cit_ ______, A Psalm of Life, p 9

[১৪] Op cit__________, মীওইবা, *থাইনগী লৈবাং,* লাঃ ২৬।

[১৫] Op cit_ __ , A Psalm of Life, p 9

[১৬] Op cit________ মীওইবা, *থাইনগী লৈবাং,* লাঃ ২৬।

[১৭] Op cit______, থম্মাল উবদা, *থাইনগী লৈবাং,* লাঃ ১৭।

[১৮] ইবিদ - —— ————, লাঃ ১৭।

[১৯] ইবিদ ——————— লা ১৬ ।

[২০] ইবিদ——, মেবাগী থাবল, *থাইনগী লৈবাং,* লাঃ ২০।

[২১] ইবিদ—— ইভেল লৈ, *থাইনগী লৈবাং,* লাঃ ৪৫-৪৬।

[২২] ময়ূরধ্বজ সিংহ, চিংঙাখম, ১৯৪৯, নিদ্রা, *শৈরেং অনৌবা,* অহুমশুবা ফোংবা, তরুণ প্রেছ, ইম্ফাল, লাঃ ১০-১১।

[23] Herrick, Robert, 2007, To Daffodils, *An Anthology of English Prose & Poetry*, AHSEC, Ghy-21, p 140

[২৪] Op cit ——— লমগী চেক্লা অমদা, *থাইনগী লৈবাং,* লাঃ ৫৬।

[২৫] ইবিদ ———, লাঃ ৫৫-৫৬।

[২৬] স্বামী প্রভুপাদ, শ্রী শ্রী মৎ এ সি, ভক্তিবেদান্ত, ১৯৯২ *শ্রীমদ্ভগবদ গীতা অশেংবা মশক* অহুমশুবা ফোংবা, ভক্তি বেদান্ত বুক ট্রাষ্ট প্রেছ, শ্রীমায়াপুর, নদিয়া, ৱেষ্ট বেঙ্গল লাঃ ১০২।

[২৭] ইবিদ ———, লাঃ ১১৭-১১৮।

[28] Mani Singh, Rajkumar, 2002, Life and Works, *Makers of Indian Literature Khwairakpam Chaoba Singh*, Sahitya Akademi, New Delhi, p-11

[২৯] চাউবা সিংহ খ্বাইবাকপম ১৯৪৮, তোনু লাইজিংলেম্বী (নিংথৌকোন্দা কৌখৎপা) *থাইনগী লৈবাং* অনিশুবা ফোংবা, ষ্টেট প্রেছ, ইম্ফাল, লাঃ ৪৮।

[৩০] ইবিদ ———, লাঃ ৪৯।

[৩১] চাওবা সিংহ খ্বাইবাকপম, ১৯৪৯, পি থাদোই *ৱসি* অহুমশুবা চহী (চৈবাউবা মশীং), এপ্রিল ১৩, সম্পাদক কৈশাম কুঞ্জবিহারী সিংহ চিত্রঙ্গদা প্রেছ, ইম্ফাল, লাঃ ৩৯।

[৩২] ইবিদ ———, লাঃ ৪০।

[৩৩] ইবিদ ———, লাঃ ৩৯।

[৩৪] Op cit___, লোইকাবা, *থাইনগী লৈবাং,* লাঃ ৪২।

[৩৫] ইবিদ ———, লাঃ ৩৮ ।

[৩৬] ইবিদ ———, লাঃ ৪৪।

[৩৭] ইবিদ ———, লাঃ ৩৩ ।

[৩৮] ইবিদ ———, অরাবা ঈশৈ, লাঃ ১৩।

[৩৯] ইবিদ ———, লাঃ ১৩ ।

[40] Gray, Thomas, 1964, Elegy Written in a Country Church - yard, *The Golden Treasury,* rpt , ed Francis Turner Palgrave, Oxford University Press, London, p 145

[41] Op cit______, অরাবা ঈশৈ, *থাইনগী লৈবাং*, লাঃ ১২-১৩।

[42] নীলকান্ত সিংহ, এলাংবম, ১৯৯৮, কবি খ্বাইবাকপম চাউবাঃ চহী চামা শুবদা, *হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি*, বাইটবস ফোরম, ইম্ফাল, লাঃ ৪১।

[43] চাউবা সিংহ, খ্বাইবাকপম , ১৯৬২, মকপ কাইনবা, *ছাত্রমচা* , দি গোর্ভনমেন্ট প্রেছ, মণিপুব, লাঃ ৬৭।

[44] ইবিদ ______________________, লাঃ ৬৭।

[45] Op cit________, শক্তিশেলনা পান্দুনা লক্ষ্মণ তুববদা শ্রীবামনা তেংথাবা, *থাইনগী লৈবাং*, লাঃ ৬৫।

[46] পাবিজাৎ সিংহ, পুখ্রম্বম ১৯৪৯, নুংঙাইবগী মনুংদা অরাবা (বীববাহু তুবা) *মৈতৈ সাহিত্য*, অহুমশুবা ফোংবা, ষ্টেট প্রেছ, ইম্ফাল লাঃ ৬৩-৬৪।

[47] চাওবা সিংহ খ্বাইবাকপম, ১৯৪৭ অঙাংনা তেংথাবা, *সাহিত্য অহানবা* মবীশুবা ফোংবা, সম্পাদক, খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহ অমসুং হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ, ষ্টেট প্রেছ ইম্ফাল লাঃ ৬০।

[48] ইবিদ ______________________ লাঃ ৬০।

[49] Hemans, F , 1962, The Child's First Grief, *Junior Poetical Selections for South East Asia,* rpt , The I S S D Press, Madras-2, p 62

[50] Op cit________, অঙাংনা তেংথাবা *সাহিত্য অহানবা*,লাঃ ৫৮।

[51] Op cit____________, The Child's First Grief, p 62

[52] Op cit_________, অঙাংনা তেংথাবা, *সাহিত্য অহানবা*,লাঃ ৬০।

[53] শবতচন্দ্র লোঙজোম্ব, ২০০০, *মণিপুবী শৈবেংগী মশক*, থৌদাং পব্লিকেসন্স, ইম্ফাল, লাঃ ৩৩।

[54] চাওবা সিংহ, খ্বাইবাকপম, ১৯৪৯, পি থাদোই, *ডসি* (চৈবাউবা মশীং) অহুমশুবা চহী, এপ্রিল ১৩, সম্পাদক, কৈশাম কুঞ্জবিহাবী সিংহ, চিত্রাঙ্গদা প্রেছ, ইম্ফাল, লাঃ ৩৯।

[55] দামোদব সিংহ, লৈমাপোকপম, ২০১০, *সাহিত্য অমসুং থিয়েটব*, অশাংবা কমিউনিকেসন, ইম্ফাল, লাঃ ৩৬।

[56] OP cit_________ , অরাবা ঈশৈ, *থাইনগী লৈবাং* লাঃ ১৩।

*****

# কবি চাওবনা শৈরেংগী লমদা তৌরম্বা খুদোল

মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাসকী তাঙকক অহুম থোক্লা খাইদোকই। মদুদি - অবিবা, মযাই অমসুং অনৌবনি। অবিবা অমসুং মযাই হাযবা তাঙকক অসিগী তুংদা লাক্লিন্দা অনৌবা হাযবিবা অসি ইং ১৮৯১ দগী হৌবগা চাউবাক্লা হৌজিক ফাওবা অসি কোনশিনবা যাই । মতাং অসিদসু অমুক শকক অনী থোক্লা খাইদোকপা যাই, মদুদি - ইং ১৮৯১ দগী ১৯৫০ ফাওবগী মতম অমদি ইং ১৯৫১ দগী হৌজিক ফাওবগী মতম হাযনা চাউবাক্লা থম্মা যাই।

মণিপুর হাযবা লৈবাক অসি বৃটিশকী মখাদা লোইলম লৈবাক অমা ওইদুনা লৈবম্মা মতম হাযবদি এপ্রিল ১৮৯১ - ওগষ্ট ১৯৪৭ ইং ফাওবা অসিনা মণিপুরী সাহিত্যদা অচৌবা অহোংবা অমা লাকখি। মসিদা লমযানবা অইবা কযা থোবকখি : অইবশিং অসি লোংচুপলোমগী শিক্ষা ফঙ্লবা বাংলা, সংস্কৃত অমসুং ইংবাজীনচিংবা তম্লবদগী মদুদা থেঙ্নবকপা সাহিত্যগী মগুণশিং অদু অযাম্বনা খঙ্নববা ঙাক্তনি । হাযবিবা মতম অসিদা থোইদোক্লা শীঙথানখিবা লমযানবা অইবা থবগী মীং পনবা যাই। মখোযশিং অদুদি পুখ্রম্বম পাবিজাৎ সিংহ (১৮৭২-১৯৪২) খ্বাহেংবম যুমজাও সিংহ (১৮৮৪-১৯৫৩) চিংঙাখম মযূবধ্বজ সিংহ (১৮৮৮-১৯৪৩) নাওবিযা ফুল্লো (১৮৮৮-১৯৪১) ফুবাইলাংপম অতোম্বাপু শর্ম্মা (১৮৮৯-১৯৬৩) হিজম অঙাংহল সিংহ (১৮৯২-১৯৪৩),শোবোকখাইবম ললিত সিংহ (১৮৯৩-১৯৫৫),লাইবেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ (১৮৯৫ ১৯৬৬) হিজম হবাবত সিংহ (১৮৯৬-১৯৫১) হবাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ (১৮৯৭-১৯৪৬) ডা লমাবম কমল সিংহ (১৯০০-১৯৩৪),সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ (১৯০২-১৯৮৬),অযাম কমল সিংহ (১৯০৫-১৯৭৬),অশাংবম মীনকেতন সিংহ (১৯০৬-১৯৯৫) অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯০৭-১৯৪৪),মহাবাজকুমাব বোধচন্দ্র সিংহ (১৯০৮-১৯৫৫), জি সি তোংব্রা (১৯১৩-১৯৯৬), বাজকুমাব শীতলজিৎ সিংহ (১৯১৩-২০০৮), গুরু অবিবম সুবচান্দ শর্ম্মা (১৯১৫-১৯৯৮), বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯২৫-১৯৮২), খুমন্থেম ইবোহল সিংহ (১৯২৪-১৯৮৮) নচিংবনি ।

মথক্তা পল্লবিবা অইবশিং অসিগী মবক্তা থোইদোক্লা শীঙথানখিবা সাহিত্যকাবদি কবি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনি । মহাক্লা মণিপুরী শৈবেং অমসুং ৱারেংদা মরু ওইনা ইং ১৯১৩ দগী খোর্জে পাইদুনা মণিপুরী সাহিত্যগীদমক কখোকপা অমগা লোযননা মায পাক্লা সাহিত্যগী কর্ম্মভূমিদা সাহিত্যগী লান্মী অমা অইনা শকক যাবকখি। কবি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী খোর্জেদগী ৱাবেং (বচনা না মপুং ওইবা), শৈবেং, উপন্যাস, নাটক অমদি ক্লাসিকেল শাস্ত্রীয সঙ্গীত্তা ভক্তিনা যুম্ফম ওইবা *মৈতৈলোনগী নিত্যবাস* (ইবা ১৯৩৬ ফোঙবা, ১৯৯৫) অমসুং *বাসক* (ইবা ১৯৩৬, ফোঙবা, ১৯৯৫) নচিংবা কযা ইবিবম্মী।

মণিপুরী সাহিত্যগী শীঙথানবিবা সমালোচকশিং - লৈমপোকপম দামোদব সিংহ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ অমসুং লোংজম জয়চন্দ্র সিংহনচিংবনা কবি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহবু 'ফাদব ওব দি মণিপুরী এসেযিষ্ট' হাযনা শীঙথাবম্মী । ঙসিদি মণিপুরী সাহিত্যকাব খুদিংমক্লা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহবু মণিপুরী সাহিত্যগী ৱাবেংগী অপোকপনি হাযনা খঙনবে । মসিদা নত্তনা শৈবেংগী লমদসু খুৎমাবা কবি অমা ওইনা থোইদোক্লা শীঙথানবি। কবি অসিগী শৈবেংগী লমদা থোইদোকপা শীঙথানিঙাই ওইবা গুণ অমা লৈবগা লোইননা কলা অসিদা অইবগী মফম অমা চাওনা কন্দুনা লৈবি । মবম অসিনা অইবা অসিবু 'কবি চাওবা' হাযবগা হেন্না মযেক শেঙনা মণিপুরী সাহিত্যকাবশিংনা খঙ্নবি । কবি চাওবা সিংহনা হীৱলিঙেদা ইবিবম্না শৈবেংশিং কযা চেফোঙদা হাপখিবা অমসুং লাইবিক ওইনা ফোঙখিবশিঙ্দুগী খোঙ্গুল শীজবি ।

ইং ১৯১৩ ডিসেম্বব দা 'মিত্র সমিতি' হাযনা খঙ্নবা সংস্থান অমা উবিপোক খাইদেম লৈকাইদা লৈবা খাইদেম নোংযাই (চৈবাপ কোর্টকী মেম্বব) গী যুমদা লিঙ্থৎখি। ছুতি নুমিৎ অমসুং নুমিদাং খুদিংগী লমদম অদুগী সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা থৱায যাওবা মীওইশিংনা শৈরেং শৈদিম্নবা, সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী মবমদা নৈনবা অসিনা অচৌবা মথৌ ওইখি। হাযবিবা সংস্থান অসি লৈবকপদগী ৱাবেং - শৈবেং ইনবগী লম্বীদা খোঙফম চেৎনা খোঙ থাঙজিনবা হৌনবকখি। অসুম্না সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা শৈবেং, ৱাবেং অসিনচিংবা কযা ইনবকপা অসিগা ইবোইননা ইং ১৯১৮ দদি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী 'মৈতে কবি' হাযবা শৈৱেংদু থোবকখি । অসুম্না খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহসু সমিতি অসিগী অচংবা মেম্বব অমা ওইনা শরুক যাবকখি ।

হিজম ইবাবত সিংহ, অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহ, হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ অযেকপম শ্যামসুন্দব সিংহ, নিংথৌজম নবকুমাব সিংহ, বাকৃ শীতলজিৎ সিংহ, তেলেম আবিব সিংহ, খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহ অমসুং নামৈবাকপম তর্পন সিংহনচিংবা লমযানবশিং অসি যাওদুনা অমদি চিংঙাখম অঙৌবী (ময়ুবধ্বজ) সিংহনা সভাপতি ওইবিদুনা 'মণিপুবী সাহিত্য সন্মীলনী' হাযনা মীং থোনবা সংস্থান অমা তাং ২৩ ৬ ১৯৩৫ ইংদা লীঙ্খৎখি। মসিগী মতাংদা মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনা চহী ৫০ শুবগী মপোক কুমওনগা মবী লৈননা পুথোকপা *মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী শরুম্পা ইতিহাস* (১৯৮৫) দা অসুন্না ইবি,

> *তাং ২৩/৬/৩৫ ইংদা খ্বাই ব্রহ্মপুবদা মণিপুবী সাহিত্য সন্মীলনী শেমখি।* [১]

অদুগা অতোম্পা ব্রাফম অমনা মণিপুবী সাহিত্য সন্মীলনী অসি লীঙ্খৎখিবগী মতম অমসুং মফম অসি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী চহী ৭৫ শুবগা মবী লৈননা পুথোকপা *Manipuri Sahitya Parishad A Brief Introduction* (Dec 1 2009) হাযবা অসিদদি খেন্নবা ইবা থেঙনে

> *The seed for establishment of Manipuri Sahitya Parishad was shown in may 1935 The day was the 26th May, 1935 and the place was Kwai Nagamapal the heart of the Imphal city where a meeting of the Manipuri Sahitya Sanmilani was held with Chingakham Angoubi Singh alias Mayur-dhwaja in the chair Many distinguished persons including renowned scholars, poets, dramatics and Social Workers were present at the meeting* [2]

মণিপুরী সাহিত্য সন্মীলনী অসিগী পান্দমদি মণিপুরী জাতিদা যৌবিবা শাফু, বেঙ্গলী অমসুং ইংলিশকী সাহিত্যনচিংবা মযামগী মরক্তা মমারোলব্ রাংনা থাঙ্গৎনিংখিবগী ঈহৌদা যুম্ফম ওইখি । হাযবিবা মবম অসিনা তাং ১০ ১০ ১৯৩৫ ইংদা লাইবেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহনা সভাপতি ওইদুনা মতম অদুদা লৈবম্বা মণিপুব গার্লস হাই স্কুলদা ফমখিবা মীফমদা 'মণিপুরী সাহিত্য সন্মীলনী' গী মীং হোঙদুনা 'মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ' কৌখি । মীফম অদুদা সংস্থান অসিগী থৌবুবোইশিংসু শেমখি । রাফম অসিগা মবী লৈননা *মণিপুরী সাহিত্য পবিষদকী শল্লম্পা ইতিহাস* (১৯৮৫) হাযবা অদুদা অসুন্না পল্লি,

*মণিপুরী সাহিত্য পবিষদকী কার্য্যকাবী সমিতিগী সদস্যশিং - ১৯৩৫ ইং*

*১) লাইবেনমযুম ইবুংঙোহল সিংহ - সভাপতি*

*২) শ্রীহিদিংময়ুম দ্বিজমণি দেব শর্ম্মা - জে, সেক্রেটবী*

*৩) অবাম্বম ইবুংঙোহল সিংহ*

*৪) হ রাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ*

*৫) খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহ*

*৬) সবোকখাইবম ললিত সিংহ*

*৭) হিজম অঙাংহল সিংহ*

*৮) নোংমৈকাপ্পম গোপাল সিংহ*

*৯) হিজম ইবাবত সিংহ*

*১০) হিজম অঙৌবা সিংহ*

*১১) রাইখোম চাউবা সিংহ*

*১২) অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহ* [৩]

ইং ১৯৩৫ দা লীঙখৎখিবা 'মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ' অসিগী কার্য্যকাবীগী

মেম্বব খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহসু ওইবগা লোযননা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিদা যুক্ষম ওইবা সংস্থান অসিনা পাঙথোকপা শৈরেং - শৈদিন্নবা অমসুং সাহিত্যগী থৌবমশিংদা মহাকসু শকক যাখি । তাং ৩০।৩।১৯৩৬ কী অহানবা চহীগী অধিবেসন্দা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী 'ডিফিসিট বজেট' কৌবা প্রবন্ধ অদু পাখি,

> *তাং ৩০।৩।১৯৩৬ ইংদা পবিষদ অসিগী অহানবা অধিবেসন্দা ৱাবেং - শৈরেং পাখিবশিংগী মনুংদা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী 'ডিফিসিট বজেট' কৌবা প্রবন্ধ অমা পাখি। মদু তবদা অত্রবশিংনা যাম্না নুঙাইনবদগী থাগৎনখি।* ⁸

অমুকসু পবিষদ অসিমক্কী শৈরেং শৈদিন্নবা থৌবম তাং ২৫।১২।১৯৩৬ ইংদা পাঙথোকখিবদসু 'মহাবলী কঙ্গ্রেস' কৌবা শৈবেং অমা পাখি,

> *তাং ২৫।১২।১৯৩৬ ইংদসু চাউবা সিংহনা 'মহাবলী কঙ্গ্রেস' কৌবা কবিতা অমা পাখি। কবিতা অদুদা পীবিবা থিমদি মতম অদুগী সমাজগী ওইবা ফিবম অদুদা হাসাবস হাপচিন্দুনা অত্রবশিংগী পুক্লীংদা নুঙাইবা পোকহনখি ।* ⁸

ইং ১৯৩৭ গী নম্বেবব থাদা ফোঙবা থোকচোম মধু সিংহ (১৯০৮-১৯৪২) বি.এ.না সম্পাদন তৌবা থা ৩।৩ গী ওইনা ফোঙবা, মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী অহানবা চেফোঙ *মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ পত্রিকা* (১৯৩৭, নম্ফম চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স শগোলবন্দ) হস্ফালদা ফোঙখি । চেফোঙ অসিগী ১ বা মশীং ফো.ঙখ্রবা মতুংদা মখা তানা ফোঙখিদে । ১ বা মশীংগী চেফোঙ অসিদা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী 'কচ্চবা' হাযবা শৈবেং ফোঙখি । শৈবেং অসি কবি মশানদি মমীং থোল্লমদে অদুবু মণিপুবী সাহিত্য সংসদকী অহম্মেম গৌবমণি সিংহনা সম্পাদক ওইবা *শৈবেং নাচোম* (৫শুবা ফোঙবা ১৯৭৫) হাযবা লাইবিক অদুদদি 'কচ্চবা' হাযনা মীং থোনবা থেঙনে।

খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা বেঙ্গলী মিদল ইংলিশ স্কুলদা ওজা ওইবিঙেদা শৈবেং ৱাবেংগী অপুনবা লাইবিকশিং ইং ১৯২৩ দা *ছাত্র মচা* (শৈবেং ৯, ৱাবেং ১৪ যাওবা), ইং ১৯২৪ দা *কান্নবা ৱা* (শৈরেং ১০, ৱাবেং ২১ যাওবা) নচিংবা কযা ইবিদুনা

মতম অদুগী স্কুলগী মহৈবোইশিংগীদমক অরাংপা কথা মেনখৎপীবম্মী। হায়বিবা লাইবিকশিং অসি ইং ১৯২৯ গী ডিসেম্বর ৪ দা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা খুৎই ওইনা লৈবিঙেদা লুপা ১২০/-, লুপা ১২০/- দা লৈখি। [৬]

ইং ১৯২৯ দা খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহনা জোনষ্টোন হায় ইংলিশ স্কুলদা ওজা ওইন-ওইনা মণিপুরী সাহিত্যগী অচৌবা থৌদাঙ লৌবকখি। *থাইনগী লৈবাং* হায়বা শৈরেংগী লাইবিক অসি ইং ১৯৩২ দা ফোঙ্গলকখি। লাইবিক অসিনা মতমদুগী ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী তন্ন-লাইবিক ওইখি। ইং ১৯৩৯ আগষ্ট থাদা জোনষ্টোন হায় ইংলিশ স্কুলগী অহানবা ফোঙবা *মেগাজিন* অদুগী সম্পাদক মুতুম রাধেশ্যাম সিংহ বিএসসি না ওইখি অদুগা টিচর-ইন-চার্জ ওইনা খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহনা ওইখি। *মেগাজিন* অদুদা খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহনা ইবা শৈরেং অমদি  রারেং ফোঙখি। পনবা যাবদি - 'বাসন্তী ডিবেটিং ক্লব।' হাইবা শৈরেং অসি *মেগাজিন* অসিগী লামাই ৩১/৩২ দা যাওবা থেঙনে। রারেংলোমদা যেঙ্গলুববসু পঞ্জবিবা *মেগাজিন* অসিমক্কী লামাই ২৮-৩০ দা 'মৈতৈগী চিঞ্জাক থাইনা অমসুং হৌজিক' হায়বদু যাওবা থেঙনে।

খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহনা মতম অদুগী মণিপুরী সাহিত্যগা মরী লৈনবা চেফোঙ *যাকাইরোল*, ডাক্তর নিংথৌজম লৈরেন সিংহনা সম্পাদন তৌবা থা থাগী ওইনা ইম্ফালদা ফোঙবা মণিপুরী চেফোঙ অসিগী অহানবা মশীং, ওক্টোবর, ১৯৩০ দা 'নীংথাঙ্গীবে (ঈশিংপা নিপা অমগী অরাবা দশা)' হায়বা শৈরেং অদু ফোঙখি।

*ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* হায়বা চেফোঙ অসি ইং ১৯৩৩ সেপ্টেম্বর থাদা অরাম্বম দবেন্দ্রজিৎ সিংহ বি এ না সম্পাদন তৌদুনা ফোঙবা হৌখি। চেফোঙ অসি মণিপুরী লোনগী চেফোঙনি। চেফোঙ অসি ফেব্রুরারী ১৯৩৫ ইংদগী সম্পাদনগী থবক অসি থোংবম গোকুলচন্দ্র সিংহনা ওইবে। ফেব্রুরারী ১৯৩৫ গী চেফোঙ অসিদা খ্বাইরাকপম চাওবা সিংহ গী 'বাবুগী দশা' (ইবা, ১ / ২ / ৩৫ ইং) হাইবদু যাওবি। অসিদসু নত্তনা 'পি থাদোই' (পরেং ৪৬ না শাবা) হাইবা শৈরেংদু চেফোঙ অসিগী ২য় বর্ষ, মে, ১৯৩৫ ৯ম খণ্ডগী লামাই ৯০০-৯০১ দা যাওবা থেঙনে।

মণিপুর সংস্কৃত পরিষৎ ইম্ফাল (৩১।৮।১৯৪৭) কী থা থাগী চেফোঙ

*জ্যোতি* গী অহানবা মশীংদগী ১০ শুবা মশিং ফাওবগী সম্পাদক অশাংবম মীনকেতন সিংহনা ওইখি। চেফোঙ অসিগী ১১ শুবা মশীংদগী খাইবাকপম চাওবা সিংহনা সম্পাদকী থৌপুবা হৌখি । তাং ৫।১১।১৯৪৯ ইংদা পুথোকপা *জ্যোতি* চেফোঙদা খাইবাকপম চাওবা সিংহগী শৈরেং 'খোঙদ্রে ইমা ঐগী বিনাসে' হাযবদু লা ৩৪১ শুবদা ফোঙলকখি। অদুম ওইনমক শৈবেং অসি চেফোঙ অসিমক্তদদি মীং থোনবিবমদে । হাযবিবা শৈবেং অসি খাইদেম প্রমোদিনীনা খোমজিনবা *কবি তর্পন* (নম্বা, স্ববাজ প্রেস, ইম্ফাল, ১৯৫০) দদি 'খোঙদ্রে ইমা ঐগী বিনাসে' হাযনা মীং থোন্দুনা লামাই অনীশুবদা যাওবা থেঙনৈ । মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনা পুথোকপা *শৈবেং শৈখন* (১৯৬২) দদি 'নঙদা লৈবিযু নাক্তা' হাযবা কবি চাওবগী শৈবেংগী অনীশুবা পন্দুপ ওইনা লামাই ৭/৮ দা যাওবা থেঙনৈ । শৈরেং অসিগী মীংথোন তোঙান্না ইবিবমদে ।

*জ্যোতি* ১ ম বর্ষ, ১১ ম সংখ্যা, ৭ ১০ ১৯৪৯ ইংদা হাযবিবা চেফোঙ অসিদা যাওবা 'পামজবা' (ইবা ১৮ ৯ ৪৯) হাযবা শৈবেং অসিমক খাইদেম প্রমোদিনীনা খোমজিনবা *কবি তর্পন* (১৯৫০) দদি 'নঙদা লৈবিযু নাক্তা' (লা ১-২) হাযনা মীং ওঘোক্তুনা থোনবা থেঙনৈ। *শৈবেং শৈখন* (১৯৬২) হাযবা শৈবেংগী লাইবিক অসিদসু 'নঙদা লৈবিযু নাক্তা' (লা ৭) হাযনা অদুম ইবম্বা থেঙনৈ । *জ্যোতি* ২ য বর্ষ, ১ ম খণ্ড ৫ ১২ ১৯০৯ ইংদা ফোঙবদুদদি 'নিজবোই ইমা অতোম্পা অমা' হাযবা শৈবেং অসিগী মীং থোনবিবমদে । অদুম ওইনমক *কবি তর্পন* (১৯৫০) হাযবা শৈবেংগী লাইবিক অসিদদি 'নিজবোই ইমা অতোম্পা অমা' (লা ৩) হাযনা মীং থোল্লম্বা থেঙনৈ। *শৈবেং শৈখন* হাযবা মণিপুরী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালগী লাইবিক অসিদনা 'নঙদা লৈবিযু নাক্তা' হাযবা শৈবেং অসিগী অহুমশুবা পন্দুপ অমা ওইনা যাওবা লামাই ৮ দা থেঙনৈ।

*মীং াহদবী* হাযবা চেফোঙ অসি থা ৩/৩ গী ওইনা পুথোকপা মণিপুরী চেফোঙনি। মসিগী অহানবা সম্পাদক অসি শ্রীখাইবাকপম চাওবা সিংহনা ওইদুনা ইং ১৯৪৭ আগষ্ট থাদগী ফোঙবা হৌখি । হাযবিবা চেফোঙ অসিদা খাইবাকপম চাওবা সিংহগী পবেং নবিনা শাবা অত্তেনবা শৈবেং 'কৌবেসে ইমানা' হাযবদ ফোঙলকখি ।

*মতম* কৌবা থা/থাগী মণিপুরী চেফোঙগী তাং ১৫।৮।১৯৫৬ ইংগী চেফোঙদা চাওবা সিংহগী 'ব্রজ বৃন্দাবন্দুদা' হাযবা শৈবেং অদু ফোঙখি। চেফোঙ অসিগী সম্পাদক শ্রীকোংব্রাই ইবোহল শর্মানা ওইখি। মসিগী ছাপা নক্কমদি শর্মা প্রিন্টিং ৱার্ক্স, ইম্ফালনি।

ইং ১৯৩৭ কী নবেম্বর থাদা ফোঙবা, খোকচোম মধু সিংহ (১৯০৮-১৯৪২) বি এনা সম্পাদন তৌবা থা ৩/৩ গী ওইনা ফোঙবা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী অহানবা চেফোঙ *মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা* (১৯৩৭, নক্কম, চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স ইম্ফাল) ফোঙখি। চেফোঙ অসিদা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী 'কচ্চবা' হাযবা শৈবেং ফোঙখি। শৈবেং অসি কবি মশানদি মীং খোনবিরমদে অদুবু মণিপুরী সাহিত্য সংসদকী অহম্মেম গৌরমণি সিংহনা সম্পাদক ওইবা *শৈবেং নাচোম* (৫ শুবা ফোঙবা, ১৯৭৫) হাযবা লাইবিক অসিদদি 'কচ্চবা' হাযনা মীং খোনবা থেঙনে। খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা বেঙ্গলী মিদল ইংলিশ স্কুলদা ওজা ওইবিঙেদা শৈবেং অমসুং ৱাবেংগী অপুনবা লাইবিকশিং - ইং ১৯২৩ দা *ছাত্রমচা* (শৈরেং ৯, ৱাবেং ১৪ যাওবা) ইং ১৯২৪ দা *কানবা ৱা* (শৈবেং ১০, ৱাবেং ২১ যাওবা) নচিংবা কযা ইবিদুনা মতম অদুগী স্কুলগী মহৈরোইশিংগীদমক অৱাংপা কযা মেনখৎপীরম্মী। মসিদা নত্তনা *থাইনগী লৈবাং* (১৯৩২) হাযবা শৈবেংগী লাইবিক অমসু খুদোল তম্বীরম্মী। 'বাসন্তী ডিবেটিং ক্লব' হাযবা শৈবেং অসিদি জোনষ্টোন হায ইংলিশ স্কুলগী অহানবা *মেগাজিন* ইং ১৯৩৯ দা ফোঙবা অদুগী লামাই ৩১-৩২ দা যাওবা থেঙনে। কবি চাওবগী '*নীঙথাইবে* (ঈশিংপা নিপা অমগী অৱাবা দশা)' হাযবা শৈবেং অদু নিংথৌজম লৈবেন সিংহনা সম্পাদন তৌবা *যাকাইরোল* হাযবা চেফোঙগী অহানবা চহী, অহানবা মশীং, ওক্টোবর ১৯৩০ ইংদা ফোঙখি।

কৈশাম কুঞ্জবিহারীনা সম্পাদন তৌবা *ঙসি* চেফোঙ অহানবা চহী অনীশুবা মশীং, তাং ৩০ ৪ ১৯৪৬ ইংদা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী 'হৌজিক করম তৌবা' হাযবা শৈবেং অদু লামাই ২৪-২৫ দা যাওবা থেঙনে। 'পি থাদোই' হাযবা পরেং ৯৩ না শাবা শৈবেং অদুসু চেফোঙ অসিগী অহুমশুবা চহী, চৈবাওবা মশীং তাং ১৩ ৪ ১৯৪৯ ইংগী লা ৩৯ দা যাওবা থেঙনে। 'পি থাদোই' হাযবা শৈবেং অসিগা *ললিত*

*মঞ্জরী পত্রিকা* (২ য বর্ষ, ১ মে, ১৯৩৫ ইং, ৯ ম খণ্ড)গী লামাই ৯০০-৯০১ দা যাওবিবা 'পি থাদোই' হাযবা শৈবেং (পবেং ৪৬ না শাবা) অসিগদি মান্নদে। *ঙসি* হাযবা চেফোংদা যাওবিবা 'পি থাদোই' (ইবা জোনষ্টোন স্কুল, ২১ ২ ৪৯ ইং) অসিগা *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* দা যাওবিবা শৈবেং অনী অসিগী মীংথোন মান্নে । মীংথোনত্র নত্তনা শৈবেংগী নুংগী ওইবা ৱাবোলশিং যেঙবদা চাওবাক্লা মান্নে। *ঙসি* চেফোংদা যাওবিবা শৈবেং 'পি থাদোই' অসিনা হান্নগী পবেং ৪৬ না শাবা শৈবেং অদুদগী হেন্না মবীক চুম্বা, ফজবা হেল্লি । *ঙসি* হাযবা চেফোং অসি তাং ১৫ ৪ ১৯৫৫ ইংদগী নুংতিগী ফোংবা পাওজেন চে ওম্লোকখি ।

*নহাবোল* হাযবা চেফোং অসিসু ইং ১৯৪১ দা পুথোকখি । মসি শিবজী প্রেস ৯/১ এম ডা সুরেশ সবকাব বোড, কলিকতাদা ছাপা তৌবগা ফোংখি । চেফোং অসি যাওশঙ মশীং অমসুং পূজা মশীং হাযদুনা পুথোকখি । চেফোং অসিগী যাওশঙ মশীং অমসুং পূজা মশীংগী সম্পাদক তোঙাল্লী । পূজা মশীংগীদি শ্রীখুবাইজম বুধ সিংহনা ওই অদুগা যাওশঙ মশীংগীনা শ্রীলাইশ্রম গোপাল সিংহ বি এ না ওই । চেফোং অসিগী অনীশুবা চহী, ১ বা ফোংবা, (পূজা মশীং) দা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী 'মৈতৈ সাহিত্যদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম' হাযবা ৱাবেং অদু লামাই ১/২ দা যাওই ।

কবি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী মচানুপা খ্বাইবাকপম গৌবহবি সিংহ বি এ বে এল অমসুং তেলেম আবীব সিংহ অনীনা খোমজিন্দুনা *সাহিত্য মযোল* হাযবা লাইবিক অমা পুথোকখি । হাযবিবা লাইবিক অসিদা কবি চাওবগী শৈবেং অহুম যাওবি। মদুদি 'মীগী কান্ননবা তৌবা', 'মহাত্মা গান্ধী' অমসুং 'লাইশোন' নি।'

*লাইবিক লাইত্ত মবীশুবা* (৪ শুবা ফোংবা, ১৯৫৪ ইং ফোংবা ইম্ফাল স্কুল ষ্টোর্স, মেক্সরেল বাজাব) হাযবা লাইবিক অসি শ্রীতোমচা সিংহ এম এ (দবল) অমসুং শ্রীমদনগোপাল শর্ম্মা এম এসসি অনীনা সম্পাদন তৌদুনা পুথোবকখি । হার্যবিবা লাইবিক অসিগী লামাই ৪৭ তা খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী শৈবেং 'নীংতম্বা নুমিত্তা' হাযবসি যাওবা থেঙ্নৈ ।

*সাহিত্য অনৌবা* (অহানবা শরুক ২ শুবা নম্বা ১৯৫৩ ইং) হাযবা লাইবিক

অসি শ্রীআবীব সিংহনা ইং ১৯৫২ দা পুথোবকখি । হাযবিবা লাইবিক অসিগী লামাই ৫১ দা কবি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী শৈবেং 'যাচংবা' হাযবসি যাওবা থেঙনৈ । খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহগী শৈবেং 'উহনবিযু অবোইবদা নংগী নুংশিবা শকফমদো' হাযবা অদু প্রমোদিনী দেবীনা শৈথোমদুনা ইং ১৯৫০ দা ফোঙবা *কবি তর্পন* হাযব লাইবিক্কুগী লামাই ১০ দা যাওবা থেঙনৈ ।

কবি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা ইবিবষ্বা শৈবেংশিংদা মমীংদি থোনবিবমদ্রব: কযা অমসু লৈবি । পরেং ৮ না শাবা শৈরেং 'খোংদ্রে ইমা ঐগী বিনাসে' হাযবা অসি *জ্যোতি*, ১ বা চহী, ৫/১১/১৯৪৯ ইংদা ফোঙখি । চেফোঙ অসিমক্কী সম্পাদক অসি খ্বাইবাকপম চাওবা সিংহনা ওইখি । কবি মশামক্কা শৈবেং অসিগী মীং থোনবিবমদে অদুম ওইনমক লাইবিক থবদা হাযবদি *অনৌবা লৈ পবেং* হাযবা অদুদদি 'খোংদ্রে বিনা হাযনা মীং থোনবা থেঙনৈ । পবিষদকী *মণিপুরী শৈবেং* লাইবিক্তনা 'খোংদ্রে বিনা অমসুং *কবি তর্পন* দনা 'খোংদ্রে ইমা ঐগী বিনাসে' হাযনা মীংথোল্লী ।[৮] 'পামজবা' (পবেং ১৪, ইবা ১৮/৯/৪৯) হাযবা শৈবেং অসি কবি মশানা 'পামজবা' হাযন মীংথোন্দুনা *জ্যোতি*, (ওক্টোবব ৭, ১৯৪৯ ইং) গী লামাই ৩১০ দা ফোঙখ্রে।হাযবিব শৈবেং অসি থাইদেম প্রমোদিনী দেবীগী *কবি তর্পন* (১৯৫০) অমসুং খুমন্থেম ইবোহল সিংহগী *শৈবেং কুনমল্র* হাযবা লাইবিক অদুদদি 'নঙদা লৈবিযু নাক্তা' হাযনা মীংথোনবিবম্ন থেঙনৈ ।

'নিজবোই ইমা অতোম্পা অমা' হাযবা শৈবেং অসি কবি মশামকুদি *জ্যোতি* (৫ ১২ ১৯৪৯ ইং) চেফোঙদদি মীং থোনবিবমদে । অদুম্মকপু *শিন্দম পাওজেল অহানবা* হাযবা লাইবিক অদুদদি 'নিজবোই ইমা অতোম্পা অমা' হাযনা মীং থোনবিবম্ন থেঙনৈ।[৯] অসিদসু নত্তনা কবি মশামক্কা মীং থোনবিবমদ্রবা শৈবেং থবসু লৈবি । ব্রাফম অসি থোকচোম প্রফুল্লো সিংহনা খোমজিনবা লাইবিক *কবি খ্বাইবাকপম চাউবা অমসু মহাক্কী সাহিত্য* (১৯৯৬) হাযবিবা অসিদা শৈবেংগী মমীং থোনবিবমদ্রবা শৈবেং কযাবু খোমজিন্দুনা ফোঙদোক্লি,

১) *পাক্লবা মালেমসিদা*

ঐবু শেম্নীবম্না,

কদাইদনো নংগী লৈফম ?

যৌননবা চৎনিংঙুই

নংগী ননাক্তুন্দা

লৈনিংঙি মতমচুম্পা নংগা।

নুংশিবিযু ঐবু

পংলবা, তোল্লবা

ভ্রকশেনবীযু মিকুপ খুদিংগী

হাযনৈ জগৎনা

নংগী নকাদনি

তাইবংমী ঐখোইগী চংনফম।

নল্লগী থম্মোইনা

মক্তুন্বা পুক্লিংনা

খুকমজবি ঈশ্বর নোল্লুক্লা। [১০]

২) তাবিযু ইবুঙো তেংবানবা মপুও

খুকমজৈ খুযাখাদা

তাজৈ নাকোংনা শেম্বনি নহাক্লা

তাইবংপানবা পুম্বসি

লাইশোন হৈজদে ইবাংপা খঙজদে

পীক্লবা অঙ্গাংনি ঐদি।

পীবিবি চানবা ভ্রকপিবি লুনা

নহাক্কী জীব খিবীকপু

নিজগে খুযাদা অপঙবা ঐনা

কাওজদবা নংবু

অহল্লমন্না হাযবা হবাউনা ইঙ্গবা

ইথৌদা পুক্নিং চংবা
ইবুঙোগী শিম্না পাঙদুনা চঙখোম্না
লেঙ্গগে অঙাংগী পুন্সি । [১১]

৩) অকুম অকাগী লম্বী লৈতথোয মবক্তা
চেনশিন্নি যুগ যুগকী লংফৈ চংপা
শাথৌবনি নংনা নিল্লি নংগী
নোংথাং খোঙ্গেম্না
মঙ থীনববা কান্দা
কোনবিবি তম্বাক্তা
নুংশিববী হে ইমা ।
তমথীববা লৈবাক ঈথক হৌবদা
তাবি নংগী মোইবুং খোঙ্গেল
অন্নবা অনাবা পুম্না কোকহল্লি
তাইবং লম্বীদা লমজিংবিবা
ভাবতকী অফবা নোংদমবা
নংনা জয ওইবি নংনা জয ওইবি
শুক্লা মমথবা অথেংবা অহিংদা
ন্নববা নংলবা লৈবাক্তা
মিং কুণ্ডনা অহিং মিশেং খাংবীবি নংনা
মঙ থীনববা কান্দা
কোনবিবি তম্বাক্তা
নুংশিববী হে ইমা ।
মীগী 'ন্নবা কোকপিবিবা
ভাবতকী নোংদম্না বিধাতা
নংনা জয ওইবি নংনা জয ওইবি

ইনুং শোবা তৈবদা থোক্লে

নোংপোক্তা নুমিৎনা

পোম্বী চেক্লানা খোংলে

নামিবা নুংশিৎনা পীববে

অনৌবা থব্লাই

নংগী নুংশিবা খোঙ্গেল তাবদা

তুম্লম্বা ভারত হৌরে

থৃকমজবি খৃযাখাদা । [১২]

৪) নুংথিল মণ্ডল মৃখবক্লে নুমিৎ তানিং তানিং তৌবে

লৈচিল্লা পাইরে মচু মচু তময়া কোবি চেপ্লে। [১৩]

৫) কোলোইশিংনা কবি তৌবা

তাকপিযূ পবিচয অশেংবা

কবম্বা লমদমদগী লাকইবা

কবম্বা নিংবা থুংদবা মবমনা

অচিকপা মফম থিবকইবা

মতিক চাবা কাযদোং ফংলববা।

(ইবা ২৮/৮/১৯৪৩ ইং)[১৪]

কবি চাওবা সিংহগী অতৈ শৈরেংশিং,

'মতম' (পরেং ১২ না শাই), ফোঙবা, ১৯৯৬,

'থৌজাল' (পরেং ৩০ না শাই), ফোঙবা, ১৯৯৬,

'লৌবুক মযাই' (পরেং ৯ না শাই, ইবা, ৬/২/১৯৪৩, ফোঙবা, ১৯৯৬)

'নিংজবা' (পরেং ১২ না শাই, ইবা, ১/১/১৯৪৩, ফোঙবা, ১৯৯৬)

কবি চাওবা সিংহনা মীংথোল পীবিবমদ্রবা শৈরেং মঙাখক খৃৎই ওইনা লৈবম্বদগী শৈবেংশিং অসিবু খোমজিন্দুনা থোকচোম প্রফুল্লো সিংহনা ইং ১৯৯৬ তা পুথোবকখি।

*ছাত্র মচা* দা যাওবা শৈরেংশিংদি,

১) 'অহিংদা কোঈবা' (মোইরাং, ১৩-৯-২১ ইং)

২) 'অরাবা ঈশৈ' (খুবখুন, ২৫-১২-২২ ইং, পরেং ৪০)

৩) 'লমগী চেক্লা অমদা' (মোইবাং, ২৩-১২-২২ ইং, পরেং ৩০)

৪) 'লৈবাংদা' (ষ্টুডেন্টস ইয়ুনিযন, উবিপোক, ২৭-৬-২২ ইং)

৫) 'ঈশ্বর' (শিলং, ১৭-১২-১৯১৭ ইং)

৬) 'মৈতৈ কবি' (মিত্র সমিতি, উবিপোক, ১৯১৮ ইং, পরেং ৮৩)

৭) 'মকপ কাঈনবা' (কালিঘাত, কলিকতা, ২৭-৭-১৯১৮ ইং)

৮) 'তান্নানা খোংবা তাবদা' (বিষ্ণুপুর, ৩০-১২-২২ ইং)

৯) 'মবেবাক যৌবদা' (১৯১৯ ? )

*কানবা রা* দা যাওবা শৈরেংশিংদি,

১) 'লৈবাকলৈ', (কলিকতা, ২০-৯-১৯১৯ ইং)

২) 'হাবৌ অমসু ককচেং'

৩) 'শ্রীরাম অমসুং রাবণ'

৪) 'মহৈ তম্বা'

৫) 'চীংগী লৈবাং অমদা' (পরেং ৩২)

৬) 'সীতা হুবদা'

৭) 'শিবা' (পরেং ৩৫)

৮) 'উনা কবি হাযবিবা'

৯) 'অশাউবা'

১০) 'রাদনা নুংঙাইবা লৈরা ?'

*সাহিত্য অহানবা* দা যাওবা কবি খ্বাইবাকপম চাওবগী শৈরেংশিং,

১) 'অযুক অঙনবা'

২) 'শাবিঙৈদা যেন্থৌ'

৩) 'অঙাংনা তেংথাবা'

৪) 'মপা মমা অমসুং ওঝা'

৫) 'ঈশ্বব ভক্তি'

*থাইনগী লৈবাং* দা যাওবা শৈরেংশিং,

১) 'মীতৈ কবি' (পরেং ৭৭)

২) 'চীংগী লৈবাং অমদা' (পরেং ৫২)

৩) 'অবাবা ঈশৈ' (পরেং ৩৫)

৪) 'থম্বাল উবদা'

৫) 'শিবা' (পরেং ৪৫)

৬) 'মেবাগী থাবল'

৭) 'লৌউবা'

৮) 'মীওইবা'

৯) 'তাম্না'

১০) 'লোইকাবা'

১১) 'ঈঙেল লৈ'

১২) 'তোন্ লাইঙ্জিংলেম্বী (নিংথৌকোন্দা কৌখৎপা)'

১৩) 'লোক্তাক মপান্দা'

১৪) 'ফৌওইবী লাইরেম্মা'

১৫) 'লমগী চেক্লা অমদা' (পরেং ৩৪)

১৬) 'শামূ ফাবা'

১৭) 'একলব্য'

১৮) 'ব্রাকচীংগী লৈবাং'

১৯) 'শক্তিশেলনা পান্দুনা লক্ষ্মণ তুববদা
শ্রীবামনা তেংথাবা (অনুবাদ, *কৃত্তিবাশি বামাযণ*)'

২০) 'মৈতৈ লৈবাক'

মথক্তা পঞ্জবিবা অসি নত্তবা মণিপুবী চেফোঙ অমদি লাইরিক খবদা চোইজাইননা

ফোঙ্খ্রবা শৈরেংশিং অদুদি,

১) 'নীংখাঙ্গিরে' (*যাকাইরোল*, ১ বা চহী ওক্টোবর, ১৯৩১)

২) 'বাবুগী দশা' (*ললিত মঞ্জরী পত্রিকা*, ফেব্রুবারী, ১৯৩৫)

৩) 'কচ্চবা' (*মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ পত্রিকা*, ১৯৩৭)

৪) 'বাসন্তী ডিবেটিং ক্লব ।' (*দি জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুল মেগাজিন*, ১৯৩৯)

৫) 'খোংগ্রে ইমা ঐগী বিনাসে' (*জ্যোতি* ৫ ১১ ১৯৪৯)

৬) 'হৌজিক কবম তৌবা' (*ভ্রসি*, ৩০ ৪ ১৯৪৬)

৭) 'পামজবা' (*জ্যোতি* , ওক্টোবর, ১৯৪৯)

৮) 'কৌব্রেসে ইমানা' (*মীংনাইদবী*, ১ ৮ ১৯৪৭)

৯) 'নিজরোই ইমা অতোম্পা অমা' (*জ্যোতি*, ৫ ১২ ১৯৪৯ ইং)

১০) 'উহনবিষু অরোইবদা নংগী নুংশিবা শকফমদো' (*কবি তর্পন*, ১৯৫০ ইং)

১১) 'য়াচংবা' (*সাহিত্য অনৌবা*, ১৯৫২ ইং, সম্পাদক, আবীর সিংহ)

১২) 'ব্রজ বৃন্দাবন্দুদা' (*মতম*, ১৫ ৮ ১৯৫৬ ইং)

১৩) 'পি থাদোই' (*ভ্রসি*, ১৩ ৪ ১৯৪৯ ইং, পরেং ৯৩)

মথক্তা পল্লবিবা শৈরেংশিং অসি নত্তবা কবি চাওবনা সাহিত্যগী থৌরমদা মতম মতমগা চুন্না পাখোকখ্রবা শৈরেংশিংদি খিবা ফঙদ্রে । মথোযগী মনুংদা 'মহাবলী কংগ্রেস' হায়না মীংথোনবা শৈরেং অসি তাং ২৫ ১২ ১৯৩৬ ইংদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী সাহিত্যগী থৌরমদা পাখোকখি ।

কবি খাইরাকপম চাওবা সিংহগী শৈরেংশিংগী মনুংদা মীং মান্নবা শৈরেং কযামকম যাওবি । হাযবিবা শৈরেংশিং অসিগী নুংগী বারোলদি মান্নবপ চংলি । খুদম ওইনা থরদং হাযববদা 'পি থাদোই' হায়বা শৈরেং অসিমক পরেং ৪৬ (নিফু তকক) না শাবা অমা অমদি পরেং ৯৩ (মবিফুতবা হুমদোই) না শাবা হাযদুনা মখল অনী লৈ । পরেং ৪৬ (নিফু তকক) না শাবা অসি *ললিত মঞ্জরী পত্রিকা* (১ মে ১৯৩৬ ইং) দা

ফোঙখি। অদুগা পরেং ৯৩ (মবিফুতবা হুমদোই) না শাবা অসিনা *প্রুসি* দৈনিক (চৈরাওবা মশীং, ১৩।৪।১৯৪৯ ইং) দা ফোঙখি। '*লমগী চেক্লা অমদা*' হাযবা শৈরেং অসিসু *ছাত্র মচা* হাযবা তন্ন-লাইবিক ওইবা অদুদদি পরেং ৩০ (কুন্থ্রা) না শাদুনা যাওবা থেঙনে। অদুগা *থাইনগী লৈবাং* হাযবা তন্ন-লাইবিক ওইখিবা অদুদনা পরেং ৩৪ (কুন্থ্রা মরি) না শারগা যাওবা থেঙনে। 'চীংগী লৈবাং অমদা' হাযবা শৈরেং অসিসু *কান্নবা ব্র* হাযবা তন্ন-লাইবিক ওইখিবা অদুদদি পরেং ৩২ (কুন্থ্রা নিথোই) না শাবা থেঙনে। অদুগা *থাইনগী লৈবাং* হাযবা তন্ন-লাইবিক ওইখিবা অদুদনা পরেং ৫২ (যাংখৈ নিথোই) না শাবা থেঙনে। মতৌ অসুন্না কবিগী 'শিবা' হাযবা শৈরেং অসি *কান্নবা ব্র* হাযবা তন্ন-লাইবিক অদুদদি পরেং ৩৫ (কুন্থ্রা মঙা) না শাবা থেঙনে। অদুগা শৈরেং অসিমক *থাইনগী লৈবাং* হাযবা তন্ন-লাইবিক অসিদনা পরেং ৪৫ না শাই। কবিনা শৈরেং অসি থবা শাংদোকহনবা তাবগসু মপুং ওইবা নুংগী ৱাবোলদি অমগুনি। মহাক্কী 'অৱাবা ঈশে' হাযবা শৈরেং অসি *ছাত্র মচা* হাযবা তন্ন-লাইবিক অসিদদি পরেং ৪০ (নিফু) না ওইবি। অতোপ্পা তন্ন-লাইবিক *থাইনগী লৈবাং* না পরেং ৩৫ (কুন্থ্রা মঙা) না শাই। 'অৱাবা ঈশে' হাযবা শৈরেং অসিগী হেক মথা থঙবদা 'অনুবাদ' হাযবা ৱাহৈ অসি ৱেকেদনা কোইশিন্দুনা ইবসু থেঙনে। অদুবু *ছাত্র মচা* হাযবা লাইবিক অসিদা যাওবিবা 'অৱাবা ঈশে' অসিদদি অনুবাদ হাযবা ৱাহৈসি থাবা থেঙনদে। 'মীতৈ কবি' অমসুং 'মৈতৈ কবি' হাযবা ৱাহৈশিং অসি মপুংদি অমতা ওইববসু খোম্নোক্তি থেম্নে। কবি চাওবা সিংহনসু মাগী শৈরেং অসি 'মীতৈ কবি' অমসুং 'মৈতৈ কবি' হাযদুনা মীংথোল অনী অসিদা তোঙান তোঙান্না থম্নীবম্মী। হাযবিবা শৈরেংশিং অসিগী মপুংদা ৱাহৈ ৱাতা মান্নে, নুংগী ৱাখল মান্নে। থেন্নবা হাযববু *থাইনগী লৈবাং* দা 'মীতৈ কবি' হাযবিবা শৈরেং অসি পরেং ৭৭ (হুক্কুতরা তরেৎ) না শাই। অদুম ওইনমক *ছাত্র মচা* হাযবা তন্ন-লাইবিক ওইখিবা অসিদদি 'মৈতৈ কবি' হাযবা শৈরেং অসিগী পরেং ৮৩ (মবিফু নিথোই) না শায। *থাইনগী লৈবাং দা* যাওবা 'মীতৈ কবি' অদুদগী *ছাত্র মচা দা* যাওবা 'মৈতৈ কবি' অসিনা পবেং ৫ (মঙা) শাংবা হেল্লি। অদুবু লাইবক থীবদি হাযবিবা শৈরেং অনী অসি কবম্মনা কবম্মনো হাযনা ফজনা শেমজিনবগী মহৎতা মণিপুরী

সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পুথোকপা *মণিপুরী শৈরেং* কৌবা শৈবেংগী লাইবিক, অনীশুবা খুৎনম, ১৯৮৪, সম্পাদক থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহনদি খ্বাইবাকপম চাওবগী শৈরেং পরেং ৭৭ না শাবা 'মীতৈ কবি' বু 'মৈতৈ কবি' হায়না মীং থোনবিদুনা ফোঙবিখি।

*****

# Bibliography

[১] মাহল সিংহ, বা কু অমসুং ওইনাম ভোগেশ্বব সিংহ, সম্পাদক, ১৯৮৫, *মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী শন্নম্পা ইতিহাস,* মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল, লা ১।

[2] General Secretary, Manıpurı Sahıtya Parıshad, Imphal, ed 2009, *Manıpurı Sahıtya Parıshad A Brıef Introductıon,* Manıpurı Sahıtya Parıshad, Imphal, p 1

[৩] Op cıt ———, *মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী শন্নম্পা ইতিহাস* লা ১৩।

[৪] ইবিদ ——— ————, লা ১৩।

[৫] ইবিদ ————————, লা ২ ।

[৬] মাধুবী দেবী কে ১৯৯৫, *খুাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী শাবেং সাহিত্য,* লমযানবা প্রেস, ইম্ফাল লা ৮৯।

[৭] প্রফুল্লো সিংহ, থোকচোম সম্পাদক ১৯৯৬, *কবি খুাইবাকপম চাউবা অমসুং মহাক্কী সাহিত্য* মুখি প্রিন্টিং সেন্টব, শীংজমৈ ইম্ফাল লা ১৪।

[৮] ইবিদ ———————— লা ৫।

[৯] ইবিদ ————————, লা ৮।

[১০] ইবিদ ————————, লা ১৫।

[১১] ইবিদ ——— ———— লা ১৬।

[১২] ইবিদ ————————, লা ১৭।

[১৩] ইবিদ ————————, লা ১৮।

[১৪] ইবিদ ————————, লা ১৮।

*****



মিং ঃ ডঃ সোবোকখাইবম সবতচন্দ্র সিংহ

পোকপা ঃ ০১।০৩।১৯৬৮ (একাদেমিক)

অপোকপা ঃ সোবোকখাইবম অনুমচা সিংহ

অপোকপী ঃ নিংঙোম্বম নিঙোল সোবোকখাইবম ওংবী বিনাবোন দেবী

লৈফম ঃ শীংজমৈ ৱাইখোম লৈকাই, ইম্ফাল ৱেষ্ট, মণিপুর (ইন্দিযা)
পি.ও. শীংজমৈ ৭৯৫ ০০৮।

মহৈগী থাক ঃ বি.এ.(ওনর্স), এম.এ. (মণিপুর য়ুনির্ভসিটি),
পিএচ ডি.
(আসাম য়ুনির্ভসিটি, শিলচর)

শিনফম এসিষ্টেন্ট প্রোফেসর, হোজাই গার্লস কলেজ, হোজাই,
পি ও হোজাই, আসাম ৭৮২ ৪৩৫।

এ[illegible]াইজর, [illegible] আসাম মণিপুরী ষ্টু[illegible]ন্টস [illegible]

সেক্রেটারি, দ মণিপুরী [illegible] সোসাইটি আসাম

এসিষ্টেন্ট আরবেটর, অল আসাম চেস কম্পিটিসন [illegible]

এক্সিকিউটিভ মেম্বর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ আসাম ([illegible])


ISBN 978-93-81544-28-0


[illegible]
RINDA PUBLICATIONS
RINDA LIBRARY AND PRESERVATION FOUNDATION, MANIPUR
Sagolband Khamnam Leirak Imphal West 795001

₹ 200/